কো'জবা

ঙঃ কেঃ ঢৌর,

ইম্ফাল

অহানবা মোংবা

১৯৮০

কোপী ১,০০০

নক্কম

বীণা প্রিন্টিং ৱার্কস,

পাওনা বাজার, ইম্ফাল

# কচ্চবা

মৈত্রবাকী নিংথৌরেল শূরচন্দ্র সিংহগী মতুং
ইবুংঙো গৌরচন্দ্র শর্ম্মাগী মাখুত্তা
"মৈত্রবাক" কৌবা লাইরিক
অসি ছাপাচরি।

নচা
নন্দলাল শর্ম্মা।

# হিরম-লামাই

হিরম | লামাই


—ৱাহৈ অহিতং ... ১—৩

সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী শক্তম তাকপা মতাং

— থাইনগী সাহিত্য ... I—LXXI
— মৈত্রবাকী লৈবাক তাকলোন —১বা শরুক ১—২৭
— " " " ২বা শরুক ক—ঠ
—থাইনগী চীং লম্বী ... ২৮—৪৫
—মৈত্রবাক্তা আর্য্যশিংনা থুন্দাবা .. ৪৬—৬১

মৈতৈ লৈমগী অথোইবা মচা খরগী মতিক মথৌনা শিংথাবা মতাং

—১৮৯১ গী শহীদশিং ... ১—২৭
—মৈতৈ লৈমগী তম্পাক্তা ... ১—১৭
—চাইনবা ... ১৮—৩৮
—থাঙ্গালগী জয় ... ৩৯—৫১
—ৱাংখৈরাকপা ... ৫২—৭০
—কনানা কোনুং কনখিবগে ? ... ৭১—৮১




# থাইনগী সাহিত্য

প্রবন্ধ মচা অসিদা মৈত্রবাক্কী থাইনগী সাহিত্যগী শক্তম শিংথাবা ৱাঠৈ মশা তরাদং য়াওরি। মাংহ মশা তরা অসি লৌথোক্তুনা মমাই চোন্না লৈরিবা থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য পুক্কদা যাওরিবা অরিবা লাইরিক খরগী চেনাদগনি। প্রবন্ধ মচ অসিনা অরিবা মৈতৈ সাহিত্যগী শকলোন শক্তম মপুং ফানা তাকপা মতিক লৈতে। অদুবু মসিগী মচাক তাবরা চংলুবদা, উজরকপা ঐখোয়গী থাইনগী সাহিত্য ভাণ্ডারগী শক্তম অদু শন্নগা পনজনিংই। মীয়ৎরবাক্কা অরিবা সাহিত্যগী পোৎলোকশিংনা ছাপা তাদুনা য়েংজসদ মতাগুম লেন্নরি, মণিপুর তপাক্কা থাইনগী মণি-মুক্তাশিং অসি মশক খংবিদনা শবা শন্না লৌথোকত্তুনা থমগন। অরা য়াজরিন অয়াম্বা লৈবাক্কা পামনরে, ঐখোয়না চাংয়েংনা কুন্নাবদি ঐখোয়মক্তা লৈ তাম্নবা কাওই। তেখাওগী বুরঞ্জি তাগ্নরে, ঐখোয়গা সন্নাই কমাং পুরাগী বা ইরৈবাকমক্তদসু তাদে। লোন মনোংমগা মা শিনক্পদা পলিবা মৈতৈগী থাইনগী সাহিত্য পুক্কনি। আগবদা হবা কোকোক, শডন্দা ইবা খুৎই লাইরিক, চংপাক, কোরি-কোম্পাক কয়াদা ইবা লাইরিক কয়াগী চেনাদা, চহি লিশিং কয়া খোন্না চেন্থরক্কইবা ঐখোইগী সাহিত্য, সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগী মপুংফাবা শক্তম চোংথোক্তনা লৈতে। কাশ্মীরগী রাজতরঙ্গীনি পৃথিবীগী অথম্বা লাইরিকশং যৌখ্রে, ঐখোয়গী কাংলৈরোনগী কেন্নবা চেনা ইশিংদা থাদবা উ তাম্নবা শ্মীমানা ইবেবাক্তনা।

চহি চহমলোম হেন্না মাংলনবতা থংহুনা লৈরক্লিবা ঐখোয়গী থাইনগী সাহিত্যগী পুকৈ অসি, হৌজিক ফাওবদা মথংমচন শুনা মচাক য়াওরি; মমাইমক চোংশ্রুগনু, অতৈ সাহিত্যগী অরিবা পোথোক্কা লাম্বা ওইবা য়াবা মচাক কয়া কয়া য়াওরি। ঐখোয়গী থাইনগী সাহিত্য লৈকোন্দা হৌরম্বা শিঙেল লৈরা, শুনা কোলোয় থাবা, লৈশক হাকপা অতেনবা প্রবন্ধ মচা অমদা শুম্বা ওইপোক্কে, মৈংল লাংবনা লৈকোন চংবদা হেক্রুগনবা শিঙেন মঙা তরাদংগী লৈশক থানবা হোংনজগে। লৈকোন অসিদা লৈনম লাপ্পা চংলম্বা শিঙেন অাং অমদি, সনাপুয়া, সঙ্গাই ফমাং পুয়া, লাইরেং-লাথুপশিং অসিনি। মথোয় অসি পুরারি, পুয়া, কাংলৈরোনগী লৈচন্দা তিনবা শিঙেলনি।

## মীহৌরোল, পুবারি, পুয়া :—

ইতিহাস ইননবা হোংনরকপা মতমদা থাগীমা খুদোংচাবা য়াম্না ফংলিবা মরমদি, আদি কাল হৌবকপা মতমদা থাগী সাহিত্য লৈকোন্দা মীহৌরোন, পুবারীগী শিঙেন তমশিবননি। ভারতবর্ষগী ইতিহাসনা কাংখোং চাইবা যাতমদা হৌজিক ফাওবা লৈরিবনা, সংস্কৃত সাহিত্যদা ইতিহাসকী লৈরাং থেংনা হৌখিবা অমসুং চীংজিন্দা থাখিবা চার অহুমা শুনগ্রং-মাঙ্গংবা তাওজিং অমামিতা পানখিবননি। থাগী সাহিত্য পুকৈদা ইতিহাসকী মচাক ওটব য়াবা পোংথোক কয়া ছল্লিদৈ মতমদা থেনবগুম্না, মৈতৈ সাহিত্যগী আদি কালদসু, পুরারি, মীহৌরোন, পুয়া, কুম্বাবা, পুদীন নচিংদা সাহিত্যগী মচাক, মযেক চুম্না লংলবা মণিমুক্তা কয়ানা ইমাই চোনখি। কীরেপ চুম্বা, মপুংফাবা মীহৌরোন (History) ইবা হায়রবু, ঐখোইগী মশীং থাবা বানা থোক্লিবা পুয়া, পুবারি অমসুং পুদীনশিং অসিনা পীরিবা মচাকশিং অসিনি খিনা লৈচন চানা সেংপাশপা হায়বত্তনি। সংস্কৃত

চৈথারোল কুম্বাবদা ইরিবত্ত পোংনিংথৌবোন্দা ইরবগা চা'র। R. B. Pemberton না ঐখোয়গী কুম্বাবু অচুম্বা লৌবা য়াবা মীহৌরোননি হায়না থাগৎলি। য়াজবেন অমস্তুং কুম্বাবদা য়াওরিবা খৃঃ ১৭০০, ১৮০০ অমসুং ১৯০০ দা অবা অমসুং মৈ'তৈগী মরক্তা লৈনরকপা মরি অড় চপ মাইরে। অস্তম্বা মৈ'তৈ পুয়াশুবাশিংনা থোক্লোক চুম্বা ইরবা অসিদা Dr. Robert Brown না থাগৎলি।

ত্রেথাও লৈবাক্তী মীহৌবোন বুরঞ্জি অসি খৃ ১৩০০ অড় চাইদতা মথা লৌবা য়াই। ত্রেথাও অমসুং মৈ'তৈগী লৈনথিব মরিদা কুম্বাবা অমসুং বুরঞ্জিদা ইরিবা খারোলশিং অড় নুমচ চাইরে। চহি ৩০০০গী মতুংদা থোকখিবা থৌদোকশু অমুক চুম্বা য়াওবা কুম্বাবা মাংদা থাক্ত চপা অতুনা, মণিপুরগী ইতিহাস ইবা তারবদী, মতাক অড় থোকউ হাইবতা থোক্ত মথি পাইরবওবনি।

চৈথারোল কুম্বাবগী থোইদোকপা মশুপ অমদী মণিপুরগী চাং অমসুং তমগী অপুনবা মীহৌরোন ইব অসিনি। কাংলৈ লৈবাক্তী লিংথৌনা, মনিংতম্বা লৈরবা তম্পাক্তী লৈবাক তরুকপু থুদম চৎথি বদগী, চৈথাবোন কুম্বাবাদা কাংলৈগী বাতা মতুনা মথাপোলবা লৈবাক তরুক্তী বাসু য়াওনা ইথি। হৌজিক কাওবা ইনত্তীবা মণিপুরগী ইতিহাস পুয়থক কুম্বাবদগী লৌবা মচাক্তা থাদেপ তাহনগে হোৎনবনি।

পুয়া' ইমনবা কাংলৈ নিংথৌগী কোয়ুংদা লোইশং অমা লৈ হাইজরে। লোইশং অসি পায়বা কয়াইবশিংবু নিংথৌনা শাজুপ কাহনদা, লৌচা পীচনা মীহৌরোল ইহনবা দা কোয়ুংদা থমখি। চাহি থুমৌংগী চেনাওবা রুমিত্তা চৈথাবা ঙপা অমা হাপই। চৈথাবদা লৈবাক অমসুং নিংথৌগী মংকা লাকদবা কতবা পুয়াক মকোক

থোংবা পুৱতা মতমা, পুয়া তবশিংগী থবক য়েংশিল্লি। লাইরিক য়েংবস শাগৈ অসি য়াম্না হুইরবা নাওদা অমনি, শাগৈ অসিগা মৈয়েথংদা বাঙ্গালা লৈবাক্কী লাকপা মী থয়্নু তিনখি। শাগৈ অসিগী মী য়াম্না পুম্নাইবা লোইশংদা কম ওইরমী।

কাংলৈপাক নিংথৌরেন, পুয়া, পুযারি, মিহৌরোন মশিং তমা থাবদা চেনা কনা কনগনি। লৈবাক অসিগী চাওথ্রবা পুয়াগী পুক্কী দগী অ থাইবা পুযারি থয়্রং শকংপা তারবদি নিংথৌরেন তানৈরবা নিংথৌরোল শিংথং, নিংথৌরে ন শিংকক, নিংথৌরোন শকুবা, নিংথৌরোন শিংশং নিংথৌক্কারোন, নিংথৌরোন লখুবা, শজাই কমাং পুয়া পনবা মাংতক চাই।

কাংলৈ লৈবাক্কী পুয়াশিংগী মরক্তগী ওথোক্লা ইতিহাসকী থোংদা কায়থ্রবা পুযারি থয়া লৈশি, ভারতবর্ষদা বিক্রমাদিত্য অমসুং হর্ষবর্দ্ধনগী পুনসিগী হারি শমন্ত মখোইনা পানবা মতমদা থোকখিবা থৌদোকশী খা ইবা লাইরিক কংই, নিংথৌ অমি অসিগীতমদি কংলিবা। অদুবু মৈত্রবাকীদি নিংথৌ খুদিংগী মমিংদা তোঙান তোঙানবা লাইরিক ইরমই। লাইরিকশিং অসিদা নিংথৌ অমগী পুনসি হারি, মহাক্কা থোকখিবা থৌদোকশিংগী মরিক চুখা বায়ন শিংথাই। নিংথৌ পাখংবা (খৃঃ ৩৭-১৫০) মতোমতগী মরমদা ইবা লাইরিকশিংগী মখুদ। পাখংবা নোঙারোল, পাখংবা নাওরোল, পাখংবা লাইহুই, পাখংবা খিরেল, পাখংবা কানথোং, চোথে থাংনাই পাখংবা শিংথাব হাই। অসিগুম্না নিংথৌ খুদিংগী পুন্সি হারি মহাক্কা থোকপা থৌদোক ইবা লাইরিক য়াবদ্রে। নিংথৌরেল নাওফিংথোং (খৃ ১০১-১১৪) গী মরমদা ইবা লাইরিকশিংদা মহাক্কী নাওফিংথোং কনগাবা পনবা য়াদে। মহাক্কা লেমাংবা/

পাল্বা হৌবনি কোম (কনি) চক্তো চহি ৪০০৭ মোয়ংত [illegible] দবি হাই। থরনিঙাই ওইবা বাকম অমধি—অহানবা চক অমম অসিদা পানখিবা নিংথৌশিংগী বাহু পুরাপশিংদা পীখিঃ পাহৈ পাঙৌঝী মঙংদা নয়া ইরগমু, অতৈ অরিব লাইরিক চুমশিন্নবগা মথোইগী অশেংবা শক্তম লেপ্না ম'মগী পাটৈ কয়ঃ তৈগনি।

চক্রা কক্লোগী অর্থ থোকই। চক মরি অসিগী মমাংদা হকো মরিথকহু তৈথরি। হকো খুদিংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী বা মথোইগী মতমদঃ ওইখিবা তৈরাক্তা কিতমসু অরিবা পুরাপশিংদা ময়েক চুম্না য়াওই। হকো মরি অমসুং চক মরি অসিদা পানখিবা নিংথৌশিং অসিগী ইতিহাস থিদোকতুনা, লোংদা লাইয়েননা পানবা হৌবা খৃঃ ৩০গী মমাংগী মণিপুর ইতিহাস শাগংকে হায়রবদি অরিবা পুরাপশিং অসিদগী মচাক তানবা নত্তনা, অতৈ উপায় তৈতে।

## মোইরাং, খুমন, লুয়াং, মঙাং, চেংটৈল, খাবা ঙানবা অমসুং অঙোম তৈবাক্তা পুরারিশিংঃ—

তৈবাক পূমনমক্তা ওইবা নিংথৌরোল ইরবমক্তদা, তৈবাক অচুগী প্রদেশ খুদিংগীসু পুরারি অসি, মণিপুর অমসুং থাগী তৈবাক্তা, উবা ফংই। মামনা কুইগ্রবা মতমদগীনা চরাইরোংবা নিংথৌরেম্না পানবা মতম (খৃঃ ১৬৯৮-১৭০৯) কাওবদা, মণিপুর তমপাক অসিদা তৈবাক তংয়েং তৈরম্মী। মামনা ওন্নিটৈ মতমদঃ তৈবাকশিং অসি মনিং-তম্মী। মতুংদা নিংথৌজা শলাইগী তৈবাক কাংলৈপুং মরোমা, খোম্না লাইয়েন শাথংবগী মতিক মথোনাদগী অতৈ শলাই তম্মী তৈবাক অসি খুন্নম চনখি; তৈবাক তম্মী নিংথৌনা মথা পোনবা নিংথৌ ওইহনা, লোংদা লাইঃরক্তা পূমনমক্তা মপু ওইহনা নিংথৌরেল

মিংথোন লৌখি। অঙোম, খাবা ঙানব, লুৱাং চেংলৈ, লৈবাকশিং অসিদি মতুংদা পাল্লকপা কাংলপুংগী নিংথৌশী লৈবাক্তা খোপচিনাখ, মথাপোনবা লৈবাকশিং অসিগী নিংথৌশিং অসি কাংলপুং নিংথৌগী অঙম্বা ওইখি, মরক মবক্তা মথোইনা লালহৌববসু, মথা খাবা কমথোল অসি লৌদবা ঙমখিদে। অসুম্না কাংলপুংনা, লুৱাং, অঙোম, চেংলৈ, খাবা অমসুং ঙানবা লৈবাকশিং অসিগা পুনশিন্নগা মৈত্রবাক ওইখি। অতুগা মৈতৈ নিংথৌনা মপাঙ্গল কন্নবদি খুমন অমসুং মোইরাং লৈবাক অনি অসি মৈতৈ লৈবাক্কী মতুংদা লোইচনাশনবা ঙমই; অশোনবা মৈতৈ নিংথৌশী মতমদদি মথোইনা লালুংথোক্না মনিংতম্না লৈ। নিঙাই চাওবা খুমন অমসুং মোইরাং নিংথৌবু লাকাশিন্নবা হোংনবনা মৈতৈ নিংথৌনা লাল তৌইনা তৌবা তাখি, কবিগুম্বনা অচৌবা লৈবাক্তা নিংথৌ ওইববসু মৈতৈ নিংথৌনা মাইথিবসু য়াওই। মণিপুর ইতিহাসতা মৈতৈ নিংথৌনা খুমন অমসুং মোইরাং লৈবাক্তা তোইনা লাল তৌনবগী খৃাথোংনবসি মরম আসিদগীনি।

মথক্তা পনখ্রবা অঙোম, লুৱাং, মোইরাং, খুমন, চেংলৈ, খাবা ঙানবানাচংবা লৈবাক তরুক অসিগী নিংথৌ পুমনমকসু মশ্রবাকী পুয়া ইরনখি। কাংলৈপুংগী মথা পোলব মতমদসু মথোইগী পুয়া ইবা লেপ্তুনা লাকই।

**মোইরাং কাংলৈরোল**ঃ—লাইরিক অসিনা চৈথারোল কুম্বাবা, শঙ্গাই কমাং পুয়া, নিংথৌরোল লম্বুবা অমসুং নিংথৌরোল তানবৈবনচিবদা পীরিবা মচাকশিং অসিদগী অতেনবা মচাক পি, বৈজ্ঞানিক ওইবা মপুং ফাবা মণিপুর ইতিহাস ইবদা ওস্তোকনা কাম্রথুবা থুংলাইনি। অহানবা মোইরাং নিংথৌদগীনা হৌজিককী

মতমগী মোইরাং নিংথৌ চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত কাওবগী বা মোইরাং কাংলৈরোন্দা য়াওই। মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌবোন লম্বুব লৈবগুমনা মোইরাংগীসু মোইরাং নিংথৌ লম্বুব ইথি।

**অঙোম লোন ঃ**—মোইরাং কাংলৈবোনগুম্না, মসিসু মচাক লৌনিংঙাই লৈবা পুরানি। মৈতৈনা অঙোম লৈবাকপু অযামবা মতমদা শুনংপীবা, মথোংইগী পারি পুরি তাকপা লাইরিক মাংতনবা, লান্দা মাইথিবা পুরবমক্তদা তুরবা থেক্রবনি থন্দুনা সেংবিদবদগী অঙোম লৈবাক্তা ইবা লাইরিক, তৌজিক কাওবা কাইদনা লৈকম পোকপা কোন্থংনচিংবা মাংথিবনি। ঐথোইনা কংনবিবা অঙোম লোন অসি মপং কাদে, মোইরাং কাংলৈবোনগা চাং তমনববদি মরেপ মঙান তাবা যাম্না রাংলি, শরুক যাম্না থিবা ঙাই। অঙ্গু খুংই লাইরিককী পাকদা ওথ্রবা পুংক অসি কাইথোকপবনিনা অঙোমগী অমা ঙংঙাই, পারি পুরি তাকপা কোবেক মতিক চানা কংলোই হাইবা চুমদে।

**খুমন লোন ঃ** কাংলৈপুং নত্তনা লৈবাক শক্রককী পুয়াশিংগী মতুংদা, মোইরাং কাংলৈরোনগী মথংদা খুমন কাংলৈরোম্না, মচাক চেনবা, পোদোক মপুং কানা শিংথাবগীদমক পানকম থোকই। নোংচুপ থংবা মাইকৈনা লোক্তাক্তা ঙাকথিবা, নোংপোক অমসুং অরাংগী শকক থরনা চিংনা কোনখৎনা, খুমন লৈবাক অসি কাংলৈপুংগী চৈথেংমতম কুইনা থাংবা ঙমখি। লৈবাক অসি মণিপুর সাহিত্য লৈকোন্দা মথন্ন মথেলগী লৈরাং চায় থায়মই, শিঙ্গেল নিংথিনা শাংখি। খুমন শুক পুনশিবা মীতোমংপোক, লাইপোকনি, মণিপুর ঙমপাককী লৈবাক ঙরেংমক্তা গুরু অসিবু ইকাইখুম্নবা ঙমখিদে।

**লুম্রাং লোন ঃ**—পুৰ' অসি অঙোম লোনগুম্না, মপুংফাবা ৱাংপা, ময়ক হোৱা উই। অতুস্তু কাংলৈপুং অমস্তং লুৱাং লৈবাক অনিগী মবক্তা লৈনরকপা শালাল, নিংথৌ মশেল চাৱৌ মৌরৌ-নবগা পাও খবা মখৈদি তস্বা ওমই। লুৱাংশংবম, লুৱাংলিনা লিৱবা লৈবাক অসিবু নিংশি হল্লি। লুৱাং গুকম্থু খুমন গুরুগুম্না লাইপোকনি।

**খাবা, ওানবা, চেংলৈ** নচিংবা লৈবাকশিং অসি ওম্না কাংলৈপুংদ' পুনশিনখ্রে। মখোইগী তোঙান তোঙানবা পুম্না ফংইদি হাগবনু, মচেং তাবা, শবেপ ফাদবা অমস্তং শবক শিবনা কুইখ্রবা লৈবাকশিং অসিনা মপুং ফাবা শক্তম পুম্বাশিং অসিনা তাকপা ৱানা থো ক্লে। খাবা, ওানবা কাইবা লৈবাক অনিসি অতৈ লৈবাক পুমনমক্ক॥ কাম্না কাংলেপুংতা তিনশিনখি, অতুনা মখোইনা ৱা চৈথারোল নৃখাবা, অতে কাংলৈপুংগী পুম্বাশিংদা ইকং ফংদে। মখোই অসি খুমন শলাইদা তিনখিবনি কাম্বনা খরনা মত পিনবি। অনি অসিনা পুল্লগা মঙাং শলাই ওইখি, মঙাং লৈবাক লিংখৎ-খিস্নু হ যংন। অতাংবদি থংনদ্রি। অজবু মঙাং গুরুদি মণিপুর সাহিত্যগী আদি কালদা গুকনুং মুংলরোইদবা মিংচং থনম্বা মী তোথোকনি।

**মুমদাবা পুম্না ঃ**—মণিপুর তমপাক্তা শলাই তবেংনা লৈবাক তরেঙা পাংনখিবা অমস্তং লৈবাক খুদিংমকনা মশা মশাগী পুৱারি ইত্নুনা থনম্বী ৱা মথককী মতাং অমদা শনখ্রে। শলাই খুদিংমক্তা, খবক, শিস্বা খেম্নবগী মতুংইন্না মীগী কাংলুপ খাম্নদোম্নকই, কাংলুপ খুদিংমু শাগৈ কৌনখি। শলাই অমতা ওইনা লৈশেম্বা মতমদগীনা লৈরক পা তমপাককী মীশিং অসিনা শলাই তরেং থোক্না খাম্নদোম্নকপগী

ময়েক চুপ্প' রাবি পুদিন (মপুবো ভিন্নবিডৈগী রারি) কৌবা লাই-রিক্তা যাওই। পুদন্দা পীখিবা মচাকশিং অসিদগী অথোইবা অকুপ্পা মঃরোন, যাওবা লাইরিক্তা মক্ত'দা শলাই শগোক, শলাই শদিং, শলাই তরেং পনবা মতিক চাই।

মণিপুরগী মীচৌরোন (Historical literature) গী থোইদোকপা শক্তম অমদি শাগৈ পুমনমক্কী পুথাবি যংবা অসিনি। শাগৈ পুয়া অসিদু নাওদা পুয়া নত্রগা শেংথবা পুয়া নত্রগা যুমদাবা পুয়া কৌই। শাগৈগী পিবাগী মথুংতা নাওদা পুয়া অসি থমই অমসুং মানা মাঙ মকমদা শাগৈ অতদা পোকখিবা পোদোক পুম-নমক ই। মসিদা শাগৈ পিবাগী মমিং, শাগৈ ফুকাইনব, ফু ত্তিরবকপা, অকোপ্পা শাগৈনা শাগৈ অতুদ চংলকপগী অপুপ্পা মঃবোল য়াওই। শাগৈ অতা মক্তদা কনাগুম্বনা নিংথৌগী পোত্তান মিংয়েং কংখিবা, পঙ্গে ফিয়ান শেংখিবা অমদি কমপোন কাখিবা, দোলাই কৈনা তৌখিবা যাওরবসু, মংখাইগী মবমদত্ত নাওদা পুথাশিং অসিদা চংথোয়া ই।

**খুম্ভোক লোল ঃ**— মণিপুর তমপাক্তা মপান্দগী মী চংলকুবা খুন্দাববা, মথোইবু মৈতৈ সমাজদা অনোবা শাগৈ অমা পীতুনা নত্রগা হায়া লৈরবা শাগৈদা তিনাশিন্দুনা লৈহনখিবগী থাকম অসিসু খুম্ভোকলোন কয়াদা ইতুনা থমই। অসিগুবা খুম্ভোকলোন মশিং থিবা চনা কয়া চংগান। অমনিদং থনগংপদা, অতোম খুম্ভোক, লোংশাব খুম্ভোক, পোইবৈতোন খুম্ভোক, শিংথাবা য়াই। ব্রাহ্মণ-শিংনা খুন্দাবকপসু থামন খুম্ভোকলোনদা নিংথিনা ইরি। শাঙল খুম্ভোকলোনদি লোংশামিং কৌই।

**হৌরকপা ফম ভাকপা পুয়া** — লাইণ্ডই, লোল অমত্তং মহৈ থাকৈ অহুম অসি হৌরকফম হায়বা অর্থ থোকই।

"চকপা মখৌ" চকপশিংনা হৌরকপফম ভাকপা লাইরিকনি। চকপশিংগী এলহৌটৈগী বা অমত্তং হৌবককমদা চকপা থেঙাব কৌবা লাইরিক্কস্ম থংই। পোইরেতোননা অকুপা বাবি অমদী হৌরকফম অসি পোইরেতোন খুনং কৌবা লাইরিক্কা শিরি। অসিগুম্বা অতোপ্পা কা ইবক অমগা মমিং পনবা ফ-খবাদি মচু নোংপাব লাইহৈনি, নোংপাবনা হৌবকফম ভাকই। তোঙানবা ব নুংনা নোংপোক নভগা নোংচুপ মাই কদম খুন্থোরকপনা ব বম ইবা লাই-রিকশিংস্ম য়াওরি, মখোইগী মং তা নোংপোক হারম অমত্তং নোংচুপ হারম লৌমথিন ওইনা চৌথোকই।

**Local history** — চহি ১০০ মুক্তা ভাইবি, ইতিহাস সংস্কারদা local history চংলকপাসি, অতৌব্ব মণিপুরদদি য়াম্না ভনিংভদনা হৌনা local history ইরম্মী। মাশমক্রা মৈতেনা করম্মুক যাম্না historical sense লৈবখগে হায়বগা মখেক লাক্রবা প্রমাণি। Local history হায়বা বাহক অসিনা কোনবা পন শ মণ্ডলদা লৈবা লাইরিক মশিং য়ামমে। মখোবনা মণ্ডলদা পুখীরোন কোঙ্গারোল, থরাং লৈশাংথেমলোল, লাঙ্গোলশিরেল, লাংবান লোল, লালাম্বুং লাংখৈ, লৈশাংখোং শিরেল, ঙৈবোপ থিরেল মশিং থাবা য়াই।



## (2)

## ধর্ম্ম অমসুং দর্শন :—

হিয়ম অসিদসু লাইরিক মথল মচন চানা লৈ। লাই য়াম্না পূজা তৌবা হাইবা অসি খৃষ্টান অমসুং ইসলাম ধর্ম্মনচীংবা অনৌবা ধর্ম্ম অমা অনি লাক্লিংইগু মমাংদা, তৌনরমই। মৈতৈ ধর্ম্মসু, বেদ ধর্ম্ম লাক্লিংইডদা, দ্রাবিবশংগী ধর্ম্মগা মান্নদা ধর্ম্ম অমা চংলমই। মৈতৈনা লাই ৩৬৫ পূজা তৌখি ; অদুগা লাই পুম্নমক অসিগী মপক্তা অখোইবা লাই অমগী মকমদা অয়ান খুভম কংননবা চংঙকম ওইরম্মী ; মহাক অদু লাই পুমনমক্কী লেননি ; লাইরেন মিংথোমৈ ; লাইনিংথৌ হাইনা কোলোইরৈ। শিব নত্রগা অশিব কৌই ; অতোপ্পা মিঙ্গৌ অমনা আতম্না গুরু শিদবনি। শিব হাইবা ৱাহে অসি সংস্কৃত নত্তে ; কনানা খংগনি ৱাহৈ অসি মৈতৈগী লাইনিংপো অশিবদগী পোকখিবা অপভ্রংশ ওইরমবসু য়াদ্রি। শিব অসি মৈতৈগী লাইনি। মৈতৈগী লাই পূজাবু লিঙ্গপূজা হাইবতনি, লিঙ্গ অসি লাইনি। মোহেঞ্জোদারো অমসুং হারাপ্পাগী সভ্যতা শেম্মা কাংবুগী লাইগু লিঙ্গ ওইনা ফংলে। মখোইগা মচা মশু দ্রাবিরাশংগী অরিবা লাইসু লিঙ্গ ওইনা ফংই। মৈতৈনা লিঙ্গ পূজা তৌরম্বগী প্রাইদগী মরেকলাবা পুমনমক্তা ৱাম্নদবা য়ারোইদবা প্রমাণদি লাই (লিঙ্গ) লাংপা (পূজা) হায়বা ৱাহৈ অনিসিনা তাকলে। ঐখোইগী ধর্ম্মগী শক্তম তাকপদা চংবা ৱাহৈ পুমনমক লাই হাইবা ৱাহৈ অসিনা য়াংথাই। অসিগুম্বা ৱাহৈ থরতং পনবা তারবদী, ল্পাইশং, লাইকম, লাইপাও, লাইনিংলবী, লাইপোক, লাইয়োন, লাইকোন, লোইপোং, লাইরেপাক, লাইয়মলেন, লাইপোং শিংথাবা য়াই। ধর্ম্মগী মওং শিংথাবদা চংদবা

য়াদবা বাহৈ অয়াঘগী মতুংদা "লাই" হায়বা য়াহৈ অসি তিনশিল্লগা শেমই ; য়ুমলাই, লমলাই, উমঙ্লাই, কোইরেনলাই।

(Universal overlord) ল্যাই পুমনমক্কী মকোক লাইনিংথৌ (লাইরেন) পূজা তৌবা, ল্যাই অত্রবু লিঙ্গগী মওংদা ইরাংপা ধর্ম, চংপা মৈতৈ অসি ভারতবর্ষদা আর্য্যশিংনা লাক্লৌউদা, মতিক চানা বাংলবা সাহিত্য লৈজরমই। অসিগুম্বা ধর্ম অসিগী কীরেপ তাকপা লাইরিক মশিং নাইদনা ইরম্মী। য়াম্না লিপ্পবা লাইরিক অমদা মহেশ্বর (লাইনিংথৌবু) মথাগী অমুম্না শিংথারি।

"চয়াকে, খোইমোম লাইনিংথৌ অয়াং কাংলৌ থাইমখোম চিহ্ন, য়াইবী মতুম মাগী অতিঙা উংলৈচিং অথুপ্পদা তাইবং থরাই অপকমা পুমনমকনা কঙেং থাংথোক্ত, গুম্বানু চাচন হৌনরকপা লাইরি থোও।"

"কোহরৌরক্কী তমথরকপা বাংপন লক্কী থাইপরকপা পুংনাং লকাংথক্তা লাইজ ইরোইনবা তরং ইপাকথক্তা সেকমোক কাইব-রিবু পরিং লেপতম হুনবা অমম্বা মথে তৈবা অতিংঙা চেংলৌ মিংথোংথিংবদগী মালং য়াইবী কাওগুম লমহোৎবকপা কোরৌ কান্দা কমদোংবা চিহ্ন, যাইবী হুমজাওবা থরাই তিল্লি যাইমরু শিদবও।"

অতাই লাইশোন, লাইচং লাইওল, নচৌংবা কোর্বেক কয়া অসি সাহিত্যগী আদি কানদা মতম অত্রগী ধর্মগী মওং তাকপা লাইরিকনি। লাইরিকশিং অসিনা উংপা গুম্বা মওংদৌ চাওরাকনা মথাগী অমুম ওইগনি—তাইবংপানবা মালেম লৈকোইবুং অসি লাইনিংথৌনা ঙাকলি ; উমংলাই, লমলাই, অপোকপা নচৌংবা লাই ৩৬০ অসি লাইনিংথৌগী মনাইনি ; অতিং কোক্কা (লাইনিংথৌনা) মীওইববু কমনবা থারকপনি ; মথোই উমঙ্লাই কৌই। খুৎশেমগী মমুংদা য়াওবা

পোং কন্নাবু লাইহেনবী নত্রগা লাইঁমু কৌনরম্মী অমস্তুং কীনরম্মী। লাইমুশিংনা মীবু নাহল্লবা, চাকতা'হল্লবা, লৈপাক মরা তপনা পানবা থাহনত্রবা মতমদা, উকল্লাই অমস্তুং লাইনিংথৌ মতে' নিজন্তনা', লাইমু তাম্থোক্নুনা মীহিংগৌই। মীহি' লাইশি হাইনরি, মসিদা শিঝবা লাই অসি লাইমু (লাইহেনবী) নি।

উকলাইশিংগী মঙুংদা শি এখা, শৈলৈশা, থুমলৈমা, কৌওইবী নচী'বীনা অপোইবনি। লাইরেম্বা পাওশা অমস্তুং লাইসনা পখাংল কোবা লাইরিক্তা লাইরেম্বীশিং অসিনা মীওইববু চিরবা তানফম কন্নাদা থুবিথিবগী মবেক চুম্বা রা সাওই।

ক'ওবা লাইনগী ভাকথোক্লনবা', অযবা লাইমু .পনহন্নবা ইরাং চবান তৌই। অত্তবু আরবা লাইবিকশিংদা ইাবনবা লাইহৃংলোন, লাইরাশি' অসিদ' মীকাত্তুনা ইরাংপগী রা পন্দে, শল শরেন চনবগী রাখমস্তু পেংনদে।

খম্নমা ফাবা কাওথাজিংদা শরেন চনখিবা পেনা শৈশরবা অহুদী ঐথোই'ম সাহিত্যগী মথাই ওইবা যুগ লোইদমদা'ঙদা চ'লকপা রা-কমনি, মশিমকস্ত কা'লে থুমন, লুনা' লৈবাক্ত' পেনা শৈবা'বশিংনা মোইবা'বু সেংথিবদগী হাপচিনবনি। হিন্দু অমস্ত' বুদ্ধ ধর্ম্মগী ইচাওদা খ' নোংপোক থবা এশিয়াগী লৈবাক পুমনমক ইবাক্লববা মতমদা, অকনবা ইথক অসি ফাউহুনা চংথিবা মণিপূববু ঈশি' মবিক অমতা চোংখিদে হায়বা ভুম্বা মী লৈরবদি অহুগুম্বা মীতাতনা থাংজিংদা শন শরেন চনখি হায়বা' রাখম অলি থাজগনি। ইবাং চবান, থৌন-নচি'বগী মরমদা নৈনবা লাইবিকী চাওথ্রবা পু'কদগী অনিতংগী মমিং পনবা তারবদী, কুমজন ইরাং অমস্তু' লাইহংলোন লম্নুনা শিংথাবা

য়াই, তন্ত্রিক চৎপা কাংবুগী ইবাংপা মওংগুম্বা ইহিং নাহিং হংবা ঐখোয়গী ইরাং চৎন্দা য়াওদ।

লাংওন (অবতার) গী ভাব অসি মৈতৈদা য়াম্না কয়া থাজখ্রে। মোইরাং লৈবাক্তা শাখোন তবংবী য়াবিনা শৈবাংবা (কবি) কয়াগী কলম থাল্লবা বিষয় ওইনখি। কাংলৈ মক্কদস্থু মাতক মন্ডান চাওখ্রবা পাথংবা কৌবা নিংথৌ অমা পানথিবক্তগী শাখোম্নি হায়গনা মতুংদা পাল্লকপা নিংথৌ কথাবুস্থ পাথংবা মিংথোন লিনে, লোইংদা লাইবেন (খু ৩১—১৫০) অসি পাথংবা মিংথোন কংথবা নিংথৌ মথংগী মতুংদা অমনি। লমচৎ অমস্থং লিন্দা পানবী থপী কয়ানু পাঙ্খোইবী, মওইবাগী শাখোননি থাজনখি। থুমন মাইচৌ, লুবাং মাইচৌ, মঙাং মইচৌগী লাংওননি হাইনা তুংদা কাওবকপা মাইচৌশিংবু লৌ ন। মাইচৌ হাইবা অসি ওবগী অর্থ কোংদোকপা ওমই, পণ্ডিতপুস্থ থংনে। মাইনে না শিষ্য, পকরা, ছাত্রবু থংনে। লাংওনগী ভাবতা থাজবা অসিনা অথাবা মমিতাবা লাইবিক কয়া কবা লৈনরি। মখোইহৃ মতুংদা লাওন লাংদাই, লাংওন অমস্থং লাংলোন থিবেন পনকম পোকই।

অকবা থবক তৌগনা ওজাগী সেবা তৌথিবা মীশিংগু লুনা খোকথংনে, মখোইবু অপোকপা কেতনা ইবাংনে। অপোকপা ইরাংপা, অসিদগী উকপ্লাই মশিং অস্থম হেনগৎলকতুনা মমৈদা ৩৫০ শুদকপনি। য়ুমজাও লাইরেম্বী, মীথোই মীহেনবী অমদী সমাজগী কনবা তৌবগীনি, মাস্থ উকপ্লাইশিংদা চনখি, মাগী মচাগুপা কৌরিকাবস্থ মমাগী মতিকচাবা মচ ওইখি, মাবুস্থ লাইগুম্বা লৌনখি। অপোকপা ইরাংপা অসি hero worship কী অরাব থাকনি, মৈতৈ ধর্ম্মগী থোংদোকপা শক্তম অমা তাকপনি,

অপোকপা ইরাংপগী মঙ্গ তাকপা লাইবিকশিংগী মতুংদা অপোক লাইচঙ্গমলোন, অপোকলোন পনবদা মতিক চাই।

দর্শন শাস্ত্রসু নৈনরমদবা নত্তে, অধ্যাত্মিক যুগী চেংলমদনা হাংখ্রবা মৈতৈ সভ্যতা অসি শাগংপা ঙমখোকতবনি। ধর্ম অমসুং দর্শন অসিদা মাইচৌ (গুরু) কয়ানা পুনশি চুপ্পা নৈনগদবা হিরম ঙমনখি। চহি চা কয়া নোমজকপ॥ মতৈনা মৈতৈ সাহিত্য পুথিদা হিরম অসিদা নৈনবা লাইহিক কয়া থোরকখি, মখোইনা মতুংদা ইকলাইশোল, রা যাল, কোংথাং লাইচৌলোল, শিনবুং বাঙ্গোল-নচৌংবা শিংথাম থোকই।

লিল পূজা তৌবসিসু মৈতৈ ধর্মগী শক্তম অনি তাই-নবা হাওরি। লিল পূজা অসি অহানবদা থ ডাবন্তা তৌবগা অমুম শান্দোকপনা বঙ্গাদা খৃঃ ১১০০ সু ইদা যৌবকপা বাগম অসি তোঙ্গক চুমই হায়না লৌনরে। অমা লৈবাক্কী লিল ইবাং পসি মণিপুর অমসুং শাশি চিং যৌখি। মৈতৈ ধর্মদা লিল ইবাংপণ শকক থবা লৈবসি উবা লাইনং থোকই, অতুং অনোবা চংলকপা লিল ইরাংপা আসনা হায়রি চংনবম্বা লিঙ্গ পূজাগী ধর্ম অদুমুংপংপদা নত্তে অনোংবা ইবাং অসিদা লুপ্পবা মীবু অমুক মৈতৈ সম জাতগী মপান থোকতনশিদনবা মহৌশা পানখিবা মতিক মগুণ চাওবা নিংথৌ লৈনুং লোঙ্গা পাখংববু লিলগী লাইনি হায়না ইবাংনখি, নোংনা লিলগী লাই ওইবগী পক্তেং কৌরান কংবতং ডাইহিরবা পাখংববু নিংথৌনা শকথংবিরে—নিংথৌগী যুমলাই ওইনা তাংবন পীনখ্রে। মৈতৈ লাই অশিববু রুদ্রগী শক্তি লৈ হায়তনা শিব কৌতনা অংদ্যশিংনা লৌশিনখিবদগী, দ্রাবিড় অমসুং মৈতৈ ধর্মগা আর্যশিংগী ধর্মগা তিন্নখি। অমুমনা নোংনা চংলকপা

লিল লাংপগী ধর্ম্ম অতুগী লাই অদু মৈতৈ নিংথৌ পাখংবা ওইহন্দুনা অনৌবা ধর্ম্ম অদু অবিবা ধর্ম্মদা তিনখ্রে। পাখংববু লিল্লাই ওইহল্লবদা অনৌবা লাই অসিগী মরমদসু লাইরিক কয়া ইনখি। মখোইতুগী মতুংদা তাওবোইনাই য়াংবী, তাওবানই বীজ, তাও-বোনাই পিচা, পাখংবা লাইহুই, পাখংবা নাওথোমশিং পনবা যাই।

---

## (৩)

## ৱারেং, শৈরেং, উপন্যাস

ঐংপাইগী পাক চাওখ্রবা সাহিত্য পুংকদা য়াওবা ধর্ম্ম অমসুং ইতিহাসকী মতুং চনবা লাইরিক থরগী পোথ্রবা শক্তম মথক্তা উংখ্রে; মতাং অসিদ ৱারেং, শৈরেং, উপন্যাসকী য়া চাওবা য়া নৈনবসি। মথক্তা পনখিবা লাই বকশিং অসিসু মীয়োলোবোন থবতং নওনা য়াংলবা থাক্কী ৱারেংনি লৌবা যাই। ৱারেংদা চনবা য়াংয়োইদবা মী হৌবানগী ল্যাইরিক থর অথুনি বাহগী নৈশি নৈথোনব', ৱক কোইবা যাওদনা থোদোক অমসুং নিংপৌবোন শিংথাবনি; অতনা মথানা তংশংনা ইতিহাস হায়বা য়াকে অসিনা কোনবা থুংব পনককমগী মতুংদা লৈজখ্রে। মসি পুথা থরগী ৱানি, অতৈ পুয়াদি অৱাংবা থাক্কী ৱারেংশিংদা চন্দবা যাদে। পুয়া অমদগী শকংপা য়া হ পরেং অসি য়েংলগা অশেংবা সাহিত্যগী গুণ ওনা কংবিগনি।—

"অৱাং কৌক্রু অমুপ্পা লোইনাই থুম্বা অহানবা,
চারিক মপাল থারিবা নোংথৈ লিংলিবা।"

মতৌ অসুম তৌনা ধর্ম্মগী মবমদা ইবা লাইরিকশিংসু অশেংবা সাহিত্যগী চন্দবা য়ারোইদবা শুগনা থল্লি। খুদম ওইনা :—

চিঙ্‌ লিন্দাগু, তাউবী ইবোইনাই,
লাইরেন তাওবোইনাই নম্মু শিদবা।
ভুঙ্গা মহারাবা, মাইবি সুড়ো পিমাবা,
চিঙ্‌ কোয়ো অয়েংবা থাংবনিঙো পঙ্গবা।
চপলা মপানগী হাবমউগী মিশেঙোঙ কাইবী,
মতম মঙ্গংগী পর্ব লাংসং হুন্‌
উকা মাইথোং সান্না নপোক থোইবা যাগকপা।
চিঙ্‌ য় য় থোঙ্গেন লাংবন থোকমু থোন্দানবনা]
চিঙ্‌ যাবা থোঙ্গেন্না নমু পোঙ্গু মিকংকপা।

মথক্কী শৈরেং অসি লাইরিকশিং পরম তাক্লুনা ইবা লাইবিক অমদা য়াবের্ন, কবিতাগী ফজব মশেক মশা পুংমক শুনা তাল্লি।

## য়াথেং অয়াম্বনা শৈরেংনি —

ঐথোইগী সাহিত্যদা কাবত, শৈরেং যামদে কাযবস্ত য়াওই। কাংবু অসিনা কাপ্রিবাস অয়ানবনি। মৈতৈ কবিশিংনা ইরমবা থুংই লাইরিকশিং অসি হৌজিক পণ্ডিতশিংনা পাবদা সুর, ছন্দ পান্দুনা ইশ ওইনা ভংজনা পাই। মসুমনা পাবসি পুরা, পুরারিশিং-দসু তোই। ঐথোযগী থাইনগী কবিশিংনা হৌজিক কবিতা ইনরিবা মওং অসুম্না ইবমদে, লাইবিকী চেনা থোম্না হৌজিকী থাবেংগী মওংদা ইবগী। অতবু কবিতা ওইনা সুর, ছন্দ পান্না ইরম্বনা, কবিতা মওংদা ইথোকপদা চপ চাবি কবিতা, অরাংবা থাক শৈরে চেক্লা ওইরজ। মথক্তা থেংনবা শৈরেং অনি অহু

অহানবদা ৱারেংগী মওংদা লৈবক্সী, চেনা খোপ্পা ইরক্সী। মখানা শৈরেং ওইনা শৈরাংলম্বনা. অচাবী কবিতাগী মওংদা ইথোকপা ঙহোক্লা লায়না থোকই।

ৱারেং লাইরিক অমদগী ৱাহৈ পরেং খরা হৌজিকী কবিতাগী মওংদা থমলি :—

হে ইপুংনফাপাও।
যাবোদগী শগাইনা মচি কেক্রু থোন্দরি,
ললফা মপুংগী কাকৈকনা মনা হুমাই শাদরি।
তোককমদগী ঙমুনা খোইচু তোলোং চিন্দবি।
কোংবদগী ঙাখানা পোলাং কানক নক্তরি।
গুক্লা মহৈ য়ান্দরি।
য়াংকোক্লা মপান শাদরি,
নোংমে শৌজখিও।

মৈতৈ সাহিত্যগী চাওখ্রবা পুকৈ অসি শৈরেংতনা খাই পাই। অঙকপনি ঐংখায়গী থাযনগী কবিশংগী কলমগী পাঙ্গল। ক্রক-ক্রক লাউখ্রবা নিংথৌরোনবু কবিতাগী চপ চাবা শুণ কাপ্তুনা, তশেংবা কবিতা ওইনা ইবা ঙম্বা। ধর্ম্ম অমসুং দর্শন নৈনবা লাইরিকশিংমু চেনা খোয়া ইরখা উরগা ৱারেং ওইরবোই নিংবিগনি, পাক্নরগা কবিতা ওইরমগনি, শৈরাংবনা শৈহেক চুম্না শৈশক্রকপা ঙংশিবা, ঙংঙাইবা ফংবিগনি। ৱারেং অসিমু কবিতাগুম তোই—“থাংজিং মখোক লাং. খোক্লাং মচৈথাং. কংলা মচা থাক, হুয়াই লমগী লমচাপ কানচৈ, খোক্লাং কামুচৈ, সরিক খিং খিং য়াংনা লৈরক খোগাই চৈবু খোক্লাং লেংদা খোংনা চৈথাবকুম।”

## উপন্যাস

খাগী লৈবাক্তা উপন্যাস ইংলান হন্না ইথি। চহি ১৫০ রোমগী মমাংদা ইউরোপকী দেশ অমাম্বদা উপন্যাস ইবা হৌনখি। সংস্কৃত সাহিত্যদা উপন্যাস হায়বা যাকে অসিনা কোনবঙ্গী লাইবিক পংলে লৈরে, শন্না হায়রবদা, সংস্কৃত সাহিত্যদা উপন্যাস চার হৌখিদে। অদুবু মণিপুর সাহিত্যগী খুঙ্গদগী লেরবা তাওক্তিং হৈরাংদি উপন্যাসনি। খাগী লৈবক্তা উমংনা হৈব, নত্তগা মৈতেনা হান্না উপন্যাস ইবা হৌখিবা হায়বা যাফম আস থম্মদনা থম্মবস্ত, ঐপোয়গী সাহিত্যগী আদি কালদা উপন্যাস পাংমেন্দ্র হৌখ্রে, শুংগ্রং মাংগ্রংবা হৈবোন প নখিদে ইথিং কারাগী কমলাগুম্বা তাওক্তিং হৈবাং পানখি। অদুবু হৌজিক খাংপেপ ভারে হায়বনা চাওখৎলকনরিবা সাহিত্যশিংদা উপ-ন্যাস চংশিনর্দ্র চহি ২০০ ওরাম যাদ্রি।

পঙ্খোয়বা অমসুং নোংপোক নিংথৌগী খুংশিকাদা খাবানা য়েং থিবা খুংশিনজবা অনিনা কাইন মৈশা লাংথিনা অদুগা, মমদা পাম্মু খুংশি থ নখিবগী যাবিনা ঐখোয়গী সাহিত্যদা খুইদগী ফজবা উপন্যাস থাংবহনফ পাম্মাইবী থাকুল থোকহনখি। যারেং অমসুং শৈরেং লাইবিক বগাদা মৈ ৬ শৈবা বথি না পাখোইবী অমসুং নোংপোক নিংথৌগী খুংশি খুংগল রাবি শৈশকই। অসিগুম্বা লাইবিকশিংগী মবক্ত গোংঙ্গামহুবা নোঙ্গাংবান শিংথাকম থোকই।

বিজ্ঞান্ন কোনবা বিসয়শিংদগী অচাবা মচাক জোথোক্তুনা উপন্যাস লৈকোন্দা লৈহাও হাপচিনবাস ইকুইদনা চহি ৩০ মুক্তা মমাংদা ঐচঃ জি ওয়েলসনা হৌদাকখি। অদুবু মৈতৈ সাহিত্যদদি, আদি কাল মতুদা বিজ্ঞানগী যাবোন্দগী যাপা চংবা খায়ম পুশিন্দুনা ঐথোয়গী সাহিত্য ক্ষেত্রদা পুশিনবা ওইথি। মৈতৈনা বিজ্ঞানগী ক্ষেত্রদা কয়া

চাওখৎলম্বা অমসু' কবম কবম্বা লাইরিক ইরম্বা হায়বা বাকর অসি মতাং চানা নৈনরক্কনি। বাগী বাপা ওইনা পনবা তারবদি থবানমচাক লোন, হুমিং লাইরোন. হুমিং খেঙ্গংলেম্চিংবা জ্যোতিষ বিদ্যাগী মতুংদা তাবা লাইরিক কয়া ঐখোয়গী সাহিত্য আদি কালদা ইগ্রে। অসিগুম্বা বিজ্ঞানগী বিষয়দগী লৌশিন্দুনা মৈতৈনা খোংজোম-হুবী কৌবা থবানমচাক অমগী মমিং পোন্দুনা ফজববা উপন্যাস অমা ইথি। মত খোংজোমহুবী নোঙ্গায়োন কৌই। লাইরিক অসি মমাং-ৱৈদা কথাত্মক যামনা সাহিত্যগী সংসারদা ফিবান মমাই চুমখগে হায়বসিনা প্রমাণদি—অনৌবা ধর্ম্ম চত্রবী থাইনগী অরিবা ধর্ম্ম চংলিবা অংলা, চকপা অমসু' ফবেংনচংবা লমদা শিবন্দ যুমশেংবদা পোংজোমহুবী নোঙ্গাবোন শক্‌ববসিনা—ফটগনি।

ঐখোয়গী সাহিত্য পুংকদা কৌজিক মাওবিবা উপন্যাসকী লাইরিক-শিংগী মশিং থাবদা চেনা কয়া চংবা শোইদে। তোমখিনবা অম-নিতং শকংগা তাববদি, কংলা কানখোং কোইবা, কংলা শরিং, লাইরেম্বা পাংশা পনগম খোকই। সনামহিগী মরমদা ইবা লাইরিক অমাখদি ধর্ম্মগী মবিদনি। অতন্ত্র সনামহি লাইগুই অমসু' সনামহি থিরেলদি উপন্যাসনা কোনবা পংথগী মচু' চন্দবা যারোই।

## খৈশেরেং

মৈতৈগী লাইবিক পুমনমক লোইনা কবিতা ওইনা ইরম্বনি, অতুনা কবিতা ওইদন অতম মখবঙ্গরে হায়বা মথক্তা পনগ্রে। অতুনা ধর্ম্ম অমসু' মীহৌবোনগী লমদা ইবা লাইরিক থবতং নত্তনা ঐখোয় সাহিত্যগী পাক চাওগ্রবা পুংকদা যাওবিবা লাইরিকশিং অসি কবিতা পরেং ওাক্তনি, খৈশেরেং নাচোম ওাক্তনি। মথক্তা, উপন্যাসকী মতাংদা পনগ্রিবা লাইরিকশিং অসি চহৌক্রা বাংগ্রবা কবিতাগী

ꯀꯥ꯫ তিন্নি। অসিননি লাইরিকশিং অসি পেনা শৈরাংবশিংনা ইশৈ ওইনা শরুরিবা।

মৈতৈগী কাব্যশিং অসি হৌজিক উনরিবা চাঃ অসিদগী হায়রবা তারবদি ফুপীগী মরমদনা অয়াবা ওইনা শিংথাই। ফুপীগী তদা ই কায়রুনা নায়ক থাওদবদি নত্তে। মসিনা তাকপদি—মৈতৈ ফুপী অসি চাখুমদা থাবৈ চেগপ শাথবদা নত্তনা নিপানা তৌনবা থবকনি হায়না কপ্তোক্কনা থমনবা থবক অয়াখমু মাইপাকনা শিংথাই হায়বনি। ঐখোয়গী মপুং কানাইদ্রিবা ইতিহাসমক্তদা মহারাণী লিখোইগুম্বী অমসুং তাংজখোম্বীনা নিপা ময়াই অমা হেন্না থাং-তাদা থমথেংনা কৈ শিংবা উংপা অমসুং মশিং হেনগ্রবা য়েকনবগু মাইথিবা পীখিবগী মথেক লাথবা প্রমাণ লৈরি। চীববা বান্দা "ফুপী ইপোদাং য়েংগনি" হায়রবদি, মৈতে চঙ থোকপা অমা তৌরকপা শোয়দে। মথেক লানা থবক অমা তৌরবশিংবু কাওথোকবা অসি মৈতৈশিংগী অখোইবা শাজং অমনি। ফওইবী, পাম্হোইবী, শোইবোল, লাইলনা, মতম অমমমদা কাওথিবী মংবনাক্তীদমক লৈজবা কৎচথিবী ভাকতনি। মখোযবু লাইরেম্বীশিংদা চনশিনথি, মখোযগী মোংফমদা লাইশং শাই, মখোযদা চহি খুদিংগী ইরাৎ চবান কৎলি, মখোয়গী তৌবিমল কাওথোক্তে। মৈতৈ কবিশিংনমু অসিগুম্বী মৈতৈ চঙ মীতোম্বোকশিং অসিগী থৌনা, মরৌশিং, মীথোই মীহেনবা গুণ পুমনমক শিংথাতনা শৈরে শৈথন চানা শৈরাংথি। অমুম্না মৈতৈ লৈমগী মতিক চারবী মমোম্নোইশিংগী মরমদা ইবা কাব্য কথা ঐখোযগী সাহিত্য লৈকোন থোবকই। মখোয়গী মথংদা ফওইবী বারোন, ল ইরেম্বা পাওপা, লাইলনা থবাল, শোইবোল লাইরেম্বা, শোইবোল লাইরেম্বা লৌতারোল পনবদা মতিক চাই।

## মৈতৈ কবিতাগী শক্তম

মৈতৈগী কবিতাগী তোপতোপ্পা শক্তম লৈঈ। সাহিত্যগী সমালোচক অমসুং সাহিত্যগী ইতিহাস ইবা কাংবুমা ঐখোয়গী থাইনগী কবিতাগী সংসারদা খোংদারক্তবা অসি ওহোক্না সু'ঙাইতব অমানি। অপাবা মীদা থক হেক পানবা মৈতৈ শৈরেংগী মও' অমনি, পোৎ অমা শিংথাবদা বিশেষণগী মথল মথেল থম্না য়াম্না শিজিন্নবা অমনি। খুদম ওইনা :—

"থা'বাই মারহনবা
নোংপোক য়াইরং অতোম্বদা চিঙ নতে'হবা
সারন তা'গম য়াদা চিকপা।
নো'পোক মাল' হুমোইবা
য়াঙোই মোই শবা অয়াংবগু পুনেংনবা
খৌহ্রু গু'পাক থক্তা য়াএন তবা, লাইনিংথৌ ও।"

**অতোপ্পা অমস্তু :—**

লৈত্রুবেক নো'দম লে'বা,
তিনশং তিনপুক থাইতোক তবংবা,
চিকিং সনা ঘেংচৈপবা,
লৈতো' কে'মা শেংসুবা,
কাহে লাইসং সনা ওাক্রপা,
লৈছং খোমশিবি লাইরেম পোবোম খোংপা,
ঙম লৈনিংঙানবা লৈশং লৈপিপা।

**শৈখল অমস্তু :—**

পেল্লোই তওবা পোইরৈ চাং
মেজিং চাং হু'পোক
খে'যুম নোংপোক অয়িবা।

## উপমা

থাওদন মানবা অথোংপী ; থবৌ হেবা মানবা পাখোম, ওংক্রা মিতা, শজি মিত্ত, খুরুম খোংদা, অসিনচিংবা উপমা কয়া কংই। মসিগুবা মথলগী উপমা অসিগী থোইদোকপা শক্তমদি—অতোনবা বাখৈ থয়তনা শাবগা অতুগীস্ত মথক্তা পাকচাওনা খোনবা অর্থ কোংদোকপনা শৈরেংদা লাইনা শিজিন্নবা থুংলোইবা অসিনি। তুপীগী শাজং, শওং থাবদ :—

(ক) হৈনিংশগা কৈমাং হিপ্পী, হৈনিংত্রগা কৈনিং হিপ্পী।

(খ) তহ্নন ফুবী, তান ৷ই চাবী।

(গ) থংশিং মাইরম, লশিং কাপ্পা অসিনচিংবা শিজিন্ন। মৈতৈ লোলগী থোইদোকপা শক্তম অমনা বাখৈ থজিক্তনা পাক চাওরবা তাব অমা কোংদে কপা য়াবা অসিনি, মসিনা কবিশিংদা খুদোংচাবা য়াম্না পা। "লাকউ হায়বগী লাকপীবান, লৈরমত্রগা কদৌনি ; মংাচানি বাংহ পবেং অসিদা চংশিবা বাকে অসি গুপ্নগী বাখৈ তরুকথক্তনি" অতৈ লোন্দ হনবা তারবদি শাংলবা বাখৈ পরেং কয়াগী থবক্নি। মসিমক্তা ঐথোয়গী সাহিত্য পোংথোক অয়াম্বা কবিতাগী অচাবা মওং তাকনবদা খুদোং নিংথিনা চাহল্লি। মসিগুবা লোলগী খুদোংচাদা অসি মথাগী শৈরেং অসিদস্ত উবিগনি।

থাবৌ ইপান হৈনা নতুং ইগ্নরকই।
শানা লাংজেং মখৈ বাইজয়কই।
থোংজিন নাতৈ কাংজয়কই।
চামলৌ ঐবু চাব নাপোম শাংচরকই।
থাকন থয়াক মৈনা বাইজয়কই।
নিংথম কৈজুপ কিকি তোং মপান বাইনা কাংজয়কই।

চোয়না মনায় কাওজি অহনবনা পাও ওরুবিয়ু।
শিংগেন নৈবু লেংগলোই।
লাইথরোইনে লোইশং কালু হুংদা;
হিরু তোংমাই খিংলিবী পলেম ইমা ইবেমা
কোয়েী মযাথং অথুপা মালেম তাকদবগী কোয়েীহুংদা
কাংদবগা তাংজা ঐবু লুপা থোংজয়কই।
লয়েন রোইনা থরুয়কবে।
ঐগু পাও খোগয়োই।
হুংশি চ'য় কিয়ান লোইবা কোয়া ঐবু খুংদাইরোইবে।
অচিং কাংবী চমাইরোই থাচিং থকপা
নোনং হনবনা পনলেম মকাইরেম হাওনি।

খুনক ই শ, নাওসুমশ অমসুং শায়বদা শরুবা ইশৈশিং অপিগী সুর, ছন্দগী পাংমা মৈ ত সাহিত্যগী আদী কালদা থোকখিব' কবিতাশিং শৈহিক, শৈশক, তাল, মাত্রা লেপকনি হোংনবা কাংবু য়াওরি। মশি- থবোই অমদা ঊশিং লনাবুল অমা চনহনগে হোংনবগুম্বনি।

## লোকগীতকী অথোইবা সুর ঃ-

(ক) তোং তোং তোংক্রখী
চক্রিক নাক্রিক চবাইখী
থাদোই দোন তিমু তিমু মখোংদা

(খ) কেক্রেক ক্রেক যো যো
য়াজোই শখা শাও শাও

ঐকেগা য়েনগা কাওনবা
য়েনখোং কণ্ডে চেকশিল্লো
লাইগী য়েল্লি চাকদে।

(গ) শে শে শেখোতি
লাইশ্রম মচা ভুবনি
নংগা ঐগা কাওনবা

(ঘ) উচিচি থরুং মপাল খোশাবা
শেন্দাং লাকই ক্রং

(ঙ) উ কাবনা তাল্লগা
বন্দি মখোং য়েোই।
উদম্ম চাওবা খোংনাংনি।

অসিনচিংবা অসিগা ইহৃনা লৈবা কবিতা শরগী ছন্দ, তাল, মাত্রাগা চান্নবা ফংবনি শোইদে, খুন্নক অমসুং নাওশুম হঁশাগী শৈজিক অমসুং শৈদাদগী ইতোপ তোপ্পা স্বর, ছন্দ কয়া লৌজিক কাওবদা কাইথোক্লিবা ঐখোইগী কবিতা ভান্দারদা মমাল্ল চোম্না লৈরি।

পান্দবগী অতোপ্পা মওং অমনা—"খুমিংকুম মশোং চাগ, খাজণ্ডম মভান শাই, কুমজা তেকহৌনা, থাংজ নৌকৌনা পুন্সি চৈরি ফুই, বাচম খোমদোন শাং ভাওখোং মযুং কুই, লেমখোং মকৈ পাক, পোইবৈ খুলদোং লৈহোংবা খুঙ্গাও লৈচাওবা লেপনা তানফংইভনে।" খুমিংকুম তানবা খাজণ্ডম্ন লংবা হাযবা তাব অসি বাংহ পরেংসিদা ফাম্নগা লোয়ননা, নিংথোবেন "ঐনু শিজবা ইবুঙো লাইনিংথৌ"গী পুন্সি তোল্লোইনবা নিঙ্গরি।

---

## (4)

## থিরেল (নৈনরোল)

থিরেল হায়বা বাটৈ অসিনা গবেষণ (Research) কী অর্থ থোকই। ধর্ম, দর্শন, ইতিহাস, সাহিত্যগী ক্ষেত্রশ নওনা-অমত্ত ফিবম কয়াদা থাইনগী মৈতৈ ওজাশিংনা থিরেল লাম্বাং শাখি। অদুনা মৈতৈ সাহিত্য ভাণ্ডারদা চাইনরোল (Warcraft), থবান-মচাক লোন (Astronomy), চিংথরোল (Minerology), উরোল (Forestry), মাইবা-বান (Medical science), লমথল লোল (Agriculture), নোংগ্রং (Climatology), লৈচিলোল, থাংথেক-লোল (Treatise on the use of sword, spear etc), লম্বা নলগা লাংথ (Regional geography) হিরোল (Navy), রাজেন পথ প, লৈবাক চাকলোল (Political science) ণংলোন থবাল (Treatise on the use of stone) নাচংবা ফিবম কয়াদা নৈনবা কোর্নৈক কয়া ঐংথোবগী সাহিত্যগী আদি কাল॥ মতুংদা সাহিত্য ভাণ্ডার থোখি। সংস্কৃত সাহিত্য অসি লাইরিক, লাইহৈরোল, ধর্ম, দর্শনগী মচাকনা (Religious literature) চাং শাগিনা লৈনবা, অতৈ ফিবমগী থিরেল, নৈনরোল (Secular literature) গা চাংলোকনা যায়া য়াংবা উই; অদুবু থাগিগী সাহিত্যশুপ্পা মৈতৈ সাহিত্যগী পাক চাওখ্রবা পুক্কদা Religious literature অমসুং Secular literature অনিমক্কী মচাক, চাং চানা আদি কালগী মতুংদা লোকখি। Secular অমসুং Religious element শুনা থল চানা ফিনবা অনিমক ঐথোবগী সাহিত্যগী আদি কালগী তোপতোপ্পা লক্ষণ অমনি। Religious element না পুমথোম থোমজিনাথবনা সংস্কৃত সাহিত্যদু প্রার্থনা সঙ্গীত হায়বসু য়াওই; মৈতৈ সাহিত্যবুদি অসুম্বা কয়া হায়বা ওমগনি?

সংস্কৃত লোলগী অশিবা মশাদগী খৃঃ ১·০০ ফাওদা হৌখিবা গুজরাতি, হিন্দী, বাঙ্গালীনচিংবা নৌবিবা লোলশিং অসিগী সাহিত্যগা খৃঃ ১৯০০ ফাওবা প্রার্থনা সঙ্গীত ওইনা লৈখি, তশেংবা Religious literature ওইখি। মপুনসি শাবা অমত্তং মচাক মথক মখেল শুবগীদমক, মৈতৈ সাহিত্য, তামিল সাহিত্যগা চাংদমনবা য়াই, অনিমক সংস্কৃতকা অশিবা মশাদগী কোখিবা নত্তে, অতঃ অনিমক্তা সংস্কৃত সাহিত্যগী পুক্ষলবা মচাওনা লুপ্তাং কাওনা চংখি।

## চাইনরোল

পঙ্গেং লিবান থেংপা অচৌবশিংনা চাইনবু কাওনা লৈপাক নিংথৌগী মাদা থাংজা, লাংথোই, লম্বু কয়া য়ৈ পুংথাক্তুনা চাইনবা নারা নম অংবা কোরেকশিংদা ফই। য়াইখিং-কোক্তগী ম'এ খুয়াল তাওবগা খুমন নিংথৌগী মনাও কাওবগা চাইনখিবা— শকা না কয়াগা শেশকনবা য়াবি ওইখি। খুমন লৈবাক্কী সেনাপতি কাকপা থওান থাবংগা লালু চোমাই লৌখিবা, ককলবা খুমন অথৌবগী মকোক থেংপা হিয়াং তিরেয়া, ইম্ফাল তুরেলদা হোনগংলকপগী য়াবি পেনাগী লৈশক তানখি। অমুয়া মণিপুর ভমপাক্কী লৈবাক তবেং অসিগী অচুম্বা কয়ানা চাইনবুং কাখিবগী য়াবি মথক মচল- অয়িবা লাইরিক কয়াগী চেনানা লিখি। মকওইবা বা অমদি চাইনরোল কৌবা লাইরিক অমদা লাইরিক কয়াদা চাইনা য়াউরিবা য়াবি অয়াখা অসি পুম্না য়াউরি।

## থবানমচাক লোল

জ্যোতিষ বিদ্যা (Astronomy) অসি মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা লিংখিনা নৈনবগী হিরম অমনি। জ্যোতিষ বিদ্যা অসি মৈতৈলোন্দা

নোংশাইমে হায়না খংনরম্বা মাই। বিদ্যা অসিগী মরমদা ইবা লাইবিক অমাহদা বারৈ (নোংশাইমে) অসি ঙোইনা শিজিন্নরিবা মওংনা —বারৈ অসিনা জ্যোতিষ বিদ্যাবু খংনবমগনি হায়বগী প্রমাণ উৎলি। লাইবিকশিং অসিদা পাংথৌবা পনানমচাকশিংগী মশিং য়ামদ্রে। মখোয়গী মরুংদগী অমা অনিগী মমিংদি শজিক, থাদোন, উইদিংতোন, কইবোইনাইরা থাবা লৈতাং, লুরাং সনকোন, মোইরাং সনকোন, খোম চাংন্নবী, হাওবমা ইংনাং থাং, অয়াই লৈমা মুকশন, চিংচাইবী, শজুং কেলংচবা, লিকংপাশা ক্ষাব, ওকশংবোই তাওংচই য়ং, .গা চেংলনি মিংশিং অসি মৈ ত লৈমগী মতম অমদা কাওবগা মংম ম অমস্তুং মপ বা কথা নিংশিংননবা পোনবা যাম্লি। জ্যোতিষ বিদ্যাগী পূকনা লৌবরা লাইবিকাশিংগা মরক্তা থাবেংল, নোংশা ম, গুমিং খেঙ্গ লোন, গুমিং লাইরোন, পরানমচাক লোন, গু মং গা পরানমচাক লোন পনখম থোকই।

## চিংটৈখেল্লোল

কুম অমগী পাংশেন অমস্তুং মতু হায়বা বাহৈ অসি ঙসি-ঙরাংগী বা নত্তে। ঙাকাবশিংদগী নিংথৌনা লেবা কাংগংপু পাংশন অমস্তুং চীংদগী শিংয়ান শিংজন তৌবা মাদগী লৌব শেনবু মতু কৌনে। কাঙ্গং (খাজনা) অনি অসিদগী মতিক চানা নিংথৌ লনংগদা শেন কাবকই, পাং অমস্তুং চীং যেংনবা পাংচা লোইশং অমস্তুং হাওমচা লোইশং অনি অসি সনাকোন্থংগী মশিং য়ামগ্রবা লোইশং শংলেনশিংগী মরুংদা শিংথাবা যাই। চীংবুবোই, পাংচাকনবা, পাংচহিদং, লোয়ারাকপনচিংবা অ'চবা কমদোংশিংনা লোইশংশিং অসি যেংশিল্লি। অতুনা শংলেনশিং অসিগী কমনাইবশিংনা চীং অমস্তুং পাংশিংগী মরমদা মতিক চাবা লাইরিক ইরম্মী। চীংশিং

অতম্না হৌবা লি, বাগী মথল মথেন, শুন্থ অমসুং পুমগী থোং অমদি অকাংবা থাড়ুগী বাস্ত লাইরিকশিং অমিদা তাকই। অসিগুমবা লাইরিকশিংগী মরুংদা লাঙ্গোল থিরেন, চিংথৈ শেঙ্গী, উরোল, চিংথাং চিঙ্গোইবা, চিংশাংলোল, চিংখু লেম্বী পনবা য়াই।

উমংগী উ নিংথিনা য়োক্লবা ভিবম অসোমদস্তু লাইরিক হৈবশিংগী পুক্কি মতিক চানা চংলুমই। ভিরম অসিদা ইবগ্না লাইবকশিংগী মরুংদা উমংলোল, উয়াললোল, উরোল, উরোং ইশম চাইবা, পাখম উহোরোল শিংথাবা য়াই।

## মাইবালোল

মৈতৈ মাইবশিংস্তু মবেক পাবা, ইবা হৈলবা মিচম, খুঙ্গী হৈবোং তিন নত্তে। মথোয়স্থ লাবেংব॥ মবমদ মতিক চানা নৈনরম্মী অমসুং মশাগী মশিংগী লমদাংদা মথল মথেনগী লাইরিক ইরম্মী। অসিগুম্না লাইবিকশিংগী মরুংদা কিদাক লোল, কিশোব য়ুপাল, মাইবলোল পনবা মাতক চাই। ঙকচাংগী থোংইবি লিনশাং অমসুং শিংলিঙ্গী পাফন কাবাং তাকপা লাইবিক (Human physiology) কয়াস্থ লৈরি। অমংনঙং শিংথাবা তারবদি, হিবি লংগুং, হিরি লংগু লোল, মিয়াং, মীলোংশেমলোলশিং শিংথাবা য়াই।

## লমথন লোল

লৌউবগী মরমদা ইবা লাইরিকসু নিংথিনা মথল মথেন শুই। চহিগী লৌতাবদগী লৌ থোওবা কাওবদা লৌমীনা তৌকম থোকপা, তৌরোইদবা, হার হাপ্পগী মওং, শিঙ্গা অসি পাইবা মীদা থংহল্মী।

হায়রাম্লগী মরমদা ইবা লাইরিকশিংগী মতুংদা লৈচাই মখোই লৈবোই মখোই লৈনবুং পান্দিংবা, শিংথাবা য়াই।

## নোংখ্রুং

মৈতৈগী শিনশিংগী মরক্তা অথোইবা ওইবিবা লোউনা অসি কুম কাংদবা, ঊশিং ইচাও পোক্তবা, নোংদা চুম্না কাংভম কবাবুক্তা মপান তাংবনা নোংগী মচং মগুং অসি য়াম্না কুপ্না নৈনরম্মী। লৈবাক্তা চেং চাক থোংবা, খুঙ্গাও লৈচাওবগা মরি লৈনবা পোং অসিসু কলম য়ামনা তোইনা থানবা হিরম অমা ওইগনি। কৌকনা নোংকম্বা কুমগী কুমচং, লোয়াবাকপনা তম্বা চকিংগী মত্রা, থাংজিংনা তম্বা কুমগী মগুং য়ুমননক অসি শিনমী অমসুং লোমাশিংগী মথুঙ্গা থাদোক্রদে, ল্যাহাবক লাইগু থোবাশংনসু হিরম অসোমদা পরম তাকপা লাইরিক কয়া ইংথি। হিরম অসোমদা অতোম অরেম ওইবা ওানখবশিংগী মরক্তা নোংখ্রং, নোংলামহৌ, নোংলোলমহৌ, নোংলাল হারেং, নোংলোল যাংবী, নোংলোল লাইচম, নোংলোল কররোং, নোংলোল লাংবুম পনকম থোকই।

## লৈচিন লোল

কুম কাংগনি, চাকথোং তাথোংগনি, শাবণ মবাই তাগনি কাবরসি লৈচিন। পোংচং বেংলগা ইরাই শাইনা কাবরা ঙম্নরম্মী। থবী মহুম শাবী মভম, চুমথাং থনবগী পুংস, শঙ্গাই শন পাইবগী মাইকৈ, নিংথৌ তুবেন পোকপগী লম্বী বেংলগসু, লাকদোয়িবা অমসুং চংশিবা কুমগী মতুংদা থোক্লগদবা লৈবাক নিংথৌগী অক-কত্ত শাপাও লানপাংগী অকুপ্পা বা থংবা হুমনথি। বিষয় ওনা কলম থাবা মৈতৈ লাইরিক লৈবশিংনি, হিরম অসোমদসু মাগী কলম

ভাবমদবা ভৌদে। লৈচিন লোল, লৈচিন নাওথোম, লৈচিন য়ূলী, লৈচিন য়ুমতাবনচিংবা লাইরিক্কা মসিগী প্রমাণনি।

## থাং তা

মৈতৈনা অগোইবা শাবণীদমক মীনা থংবিবসিদি ভুসি ভুবাংতগী রানি। লাম্মী অমা ওইনা মৈতৈ অসি নকনব লৈবাকশিংনা থংনৈ। মীশিং য়ামদবা মৈ মনা অঙা, তথেল, তেথাও মযাং লৈবাক (কাছাড), কবোনচিংবদা লান তাকনবা নলগা মথোম্মনা লাল তাবকপা ভাকপোক্নবা ওইনা, মৈতৈ লাম্মা থাং, তা, তেন শাগোম্লতবা লৈবা ফাবম্মী। মশিং য়ামদবা কাংবুনা মশিং তেনবা য়েকনবা লামবা পাবা ভাবনা, মা অমতনা অবা পাবা য়ানবা থাংগী অনৌবা থাং লোন, তা অকবা পোরম, লাংশোই লম্নী অপুম্বা পোমিং পুপোকপা অনগী ফিবম অসোমদা চহি চা কয়া নৈনয়কপনা ঐথোয় থাং-তা, তেন বিথা অসি অককননা চহি মঙা ওয়া চংনা ওদ্ধা নাইনা অমদবা য়াদবা শিনকম অমা ওইথি। মসিমু চিনবুংদা, খুবাক মাংদা মান শাঙনা তৌবা কাণী য়াবা থবক ওইখিদে। সনা কোঙ্গৌ লোইশং শংলেল কম্বানা মতৌ অসি থুপা থুদিংমক সেকয়নবা হোংনখি, থুপা পুমনমক থাং, তা তেনদা থুংলোইননব নিংথৌনা য়েংশিনখি। লাপুপ কাবা কায়বা নিংথৌগী চৈথা অসিনা চহি ১৮ শুয়বা থুপা পুমনমক থুমিং ৪০ নিগী মথংদা থুমিং ১০ নি কোয়ং কায়গা মণা মণানা হৈবা শিল্লমদা শিঙ্গা পাইবা তায়খনা শা-লানগী থুংসু থুংলাই শাগোম্লবগী থুদোং চাবা অসি থুপা পুমনমক্তা কংনবা ভাক্কি। অদুনা মৈতৈ লাম্মী অমনা "মৈতৈ অমগা অমা তবাগা" হায়রবসি কা হেন্না হায়জিনবা নত্তে, অমা অমমুং মৈতৈগী পুয়ানা মসি অচুবনি হায়না সাক্কি পীরি।

শগোল তোংবা অমতনা মশিং যাম্বা য়েক্লববু লাকথুবা ওমনবগী থুংলাই মৈতৈনা পুংশোকখি। অয়াম্বাই—অয়া, মযাং লৈবাক অমসুং নক্লবা লৈবাক পুমনমক খংনবা ঙাকনি।

মতিক চাবা লান্মী অমা ওইননবা হোৎনবদা মৈতৈ পাখং অমনা ওজাগী য়ুমদা পাবা নাইনা তমজনা চহি তবাদি মহৈ অতুদা পুকনিং লুপ্তনা লৈবা তাখি। খাং-তাগৎ শক্লরাশিংনা খাং খেক্লংলোল, খাং লোন্নচিংবা লাইবিক শাগোন্নবা তাখি।

## অকক্লবা মফমগী ভূগোল

অকয়ব' লম অমা লমিং লোল ইবা অসি চাওখংলি কাবনা শিংখানবিব' লৈবাকশিংগীনমক লোনা লমযানবা ওইরবসু, মৈতৈ-গীদি লোন' পোক্কে। অককনবা মকম অমগী লমিং ভূমিং, চীং মান, উমং য়াম' শিংথাবা লাইরিক মরাং কাইনা অবিবা মৈতৈ সাহিত্যা পুংকদা যাওবি। অসিগুম্বা লাইরিকশিংগী মথংদা লাংথ-বান লোন, ললাম্বুং লাংথৈ, লৈশাংথোং থিবেল, কৈপোশ থিরেল, কোন্থা থিরেল, লাঙ্গোল থিবেল, চিঙ্গঙা লাংথৈ তোপ তোপ্না মশক জাকচ।

কৌক চীং অসি অশেংবা লাইকম ওইনখি। 'অযাং কৌক্র অস্থুপ লৈমনাই থুন্দ' অঙানবা'' হায়রে অসি - চীং অসি শনবদা মতোমদা থোকচরকই। কুইরবা অমসুং অহুৎ মথক্তা লুপ্রবা লাই-কোন অসিসু, মৈতৈ সাহিত্য সেবীশিংগী কলমনা য়োদা ঙমবা শনথৈগী মথং চনবা পোংশক অমা ওইখি। কৌক্র চিঙ্গোইরোল, কৌক্র লাংথৈনচিংবা লাইরিক থোকখি।

নোংমাইজিংগী কজবা, থোইদোকনসু শেল্লোই লাংমাই হায়বা অকনবা শলাই অমনা থুন্দারখা মকম ওইবনা, অসিসু লাইরিক

লাইশু ৱৈবা মীগী কলমদগী নাহোকচবা ঙমখিদে। নোংমাইচিং থিরেল, নোংমাইজিং চিঙ্গোইরোল ঐখোয়গী থাইনগী সাহিত্যগী লৈকোন য়ৌখি।

অকক্‌নবা মকমগী ভূগোল লাইরিকশিংগী মচুংদা শিংথাদবা য়ায়োইদবা অমা অনিদি—খঙ্গোই য়াঙ্গোই, খঙ্গোই শেক্লিং, থাঙ্গ চিঙ্গোইরোল, লোইজিং চিঙ্গোইবা, শেল্লোই চিংলোল, হিপোপ চিং-গোইরোল অসিনি।

মণিপুরনা চিং লম্বী ফাওজনা নকবা লৈবাকশিংগা শা-লাল, ললোন ইতিক অমদি চারো-মোরোনবগী মরি লৈনরম্বনা, কোরনা পনশারীবা চীংশিং অসিদা লৈরিবা চীংলম্বীশিং অসিগী মরমদসু থিরেল লায়াং তারম্মী; মথল মথেলগী লাইরিক ইনরম্মী। মখোয়গী মচুংদা তোমখিনবা অমা অনি শকংপা তারবদি, চিংখু লম্বী, চেক খোঙ, চিংশাংলোল য়াওকম পোকই।

## হিরোল

হিয়াং তান্নবসি কাংলৈপুংনা হিগী লান্দমনবা হোংনবদগী থোক-খিবনি হায়নরি। দাকম অসি পুমচুম্মক চুমত্রবসু অচুমবা থরদি ময়াওরে। খুমন অমসুং মোইরাং লৈবাক অনি অসিদি লোক্তাক শাগোয়বনিনা হিগী লান য়াম্না হৈ। লৈবাক অনি অসিনা শোক্নখিবা অয়াখা লানসু হিগী লান তাক্ল-নম্মি। লৈবাক অনি অসিগী মরক্তী অমনা কাংলৈদা লান তারকপা তারবদি হিগী লান শিংনরকই। নোংজুথাদা নত্তনা ইম্ফাল তুরেন অসি হি শিজিন্নবা য়াদে; অতৈ তুরেনসু ইরম শিকই অমসুং ইরম তৎকল্লি। অদুনা কাংলৈপুং অসি হিগী লান্দা শোংথরম্মী। ঊশিং চাওবা মতমদা নত্রগা অচাবা মতমদা তুরেন থিদংলগা খুমন নত্রগা মোইরাংনা কাংলৈপুংদা হিগী

লাল শিংনবুরকপসি মরক মরক্তা থোকই। চীংদা তাবনা খুংবাম চাওবা, ভুরেন মপান্দা তাবনা ইরোইবা হৈবা মখানা তাবানি। হিগী লান্দা কাংলৈপুং মায়োন্না মাইথুবা, লান্দারকপা মোইরাং নগ্রগী খুমন্না মাইপাকপা মখানা তাবানি।

লোংথবা অসি ক্ষুকৎনবা কাংলৈপুংগী লাম্মাশংদা হিগী লানগুং তখিখি। কাংলৈপুংমায়োননী পানা মবিন হি তান্নবা অসিমু হিগী লান্দবগী শকক অমা ওইরমই। হিগী লান্দা শয়েং পাংখোম তোইনা ভাগ্রিবা খুমন অমসুং মোইরাংগী মাদা চাংশাদনবা, কাংলৈপুং মায়োননী লান্নাদা ফিরোল কৌবা লাইরিক অসি তথংনবমই।

## লৈবাক ভাকলোল

অমুক বাখা লমদা মথক মথেল কয়াগী লাইবিক্রা চোনবা মৈ ত সাহিত্যগী পুকৈদা, লৈবাক ভাকপগী হিরমদসু মতিক চানা ময়াম মচক শুনা লাইবিক বাওবা মখানা তাবনি। রায়া ভনিত্তে মতমদা মৈতে সভ্যতানা অবাংবা থাক্তা লৈরম্বনা, অত্তৌমু মথক্তা হিবম অসিনগী লেখা অমসুং অবাবা লাকরিক লাইশু হৈবা মাশিংনগী খোংদানবা ওইরম্বনা, লৈবাক ভাকলোননী মবমদা মৈতে সাহিত্য অসি বায়া হোং চাওবা ইনাকখুনবা তশেংবনি। কেন্দ্র সরকারগী শংলেল (Department) মশিং থাবদী আপকপা প্রবন্ধ অসিদা লুনা থোকলে। মন্ত্রীমন্দলদা রাওবা মন্ত্রীশিংগী মন্থংদা অবাপুরেল, অঙোমনিংথৌ, খুরাই, বাইসুল, খ্বাই, বাংথগী লাকপমরি, খুমজাওকংবা মঙা, লোকপুরেল, উকপুরেলনা, অথোইবনি।

বারেল চৈরাককী শথাপ (Judiciary) অসিমু মরা চেংনা লৈরম্মী। খ্বাইদগী বাংবা বারেলশংনা চৈরাপ, মসিগী মথাদা কুচু

লৈনখি অমস্তুং বাং পাদনা লাইবিক মথল মপেল নাইনা লেংনখি। নিংথৌকোনগী লমচৎ অসিদগী খুঙ্গং পোনচংনা লৈবখিবা কথাস্তু লৈরি। অদুম্তু সমাজিক জীবনদা চংগা লিচৎকা ইমুং মচুংগী শাজৎকা য়ম্না পেম্নবনা, মথাম তিনবা চৈরাপ ৭চু থাকপা মতমদা চংকদবা শাজং থংদবা যাদবনি। অতন খুঙ্গং লোম্চং অসি মৈতৈ অমনা থংদবা য়াথিদে। হিৎয়ম অসোয়বদা লমডৌংবা লাইরিক কথা লৈখি। মখোই অদুগী মচুংদগী পোবপ্পা চোয়পিন অমনিদং শকৎপা শাবৰদি, খুঙ্গং লকেই, খুঙ্গংথা মাবী, খুঙ্গংশম্বুন, খুঙ্গং শিংকাপ, খুঙ্গংপুরেন্ট শিংথাদবা বাদে।

## নুংলোল থম্বাল

নুংদা চনগা নিংথৌ য়াথং পতাদা থংকনবা অসিগী মতাংদা নুংশুম থাক লাকই। নুংদা লাইরিক ইথনা থনবা খবক অসি লম্তাবা লোইনা লৈকৈনা চোবম্বনি। চহি অস্তুক কুচনদগানা চৌথিক কাওবদা য়া কনবতা থ লয়বদ, থাহনা লাইরিক ইথনা থংলবা নুং য়াম্না চৌং মাল, লোথ বমদ য়ুংজনা লৈবা উবি। নুংগী মূর্তি পূজা তৌরম্বা কাংবু ওইবন, নুংগী কয়বসি অমুকন্তু চেঙ্গ লৈরম্মাবান, পিথাই, পোজং অমস্তুং অতে থাজুনা শাব কোয়োক নওনা হিদাক শেম্বগী মতাংদা নত্রগা ইবাং চবানগীদমক নুংগী পাংথ শিজিন্নবমই। অস্তুন্না নুংগী কাম্নবদি মথল য়াম্নম্মী। অদুনা কয়বা চৌংদা, তমগী কয়বা মকমদা, কবখা মথলগী নুং কংবগে তাইবসি থিজিনবা তাথি। থিরেল লায়রাং ভাখিবসিগী মইকদি নুংলোল থংজল, নুংলোল য়াংবী, নুংলোয়ুম থ্রা, নুংলোল ল ইজম, নুংলোন বাংবী, অসিনচিংবা লাইরিকশিং অসিনি।

## মহৌশা লাইব্রেরীগী কোনুংদা

মহৌশা লাইব্রেরীগী তম্পাক্তা শাইদাংতনা লৈজবা পোন্দী চেকলাশিংগী মনিংতদা অমসুং ফজবা অসিস্ত অরিবা সাহিত্যগী লৈকোম্নুং য়ৌখি। পোন্দী রোল, পোন্দী লুবাওবনচীংবা লাইব্রিক কয়া ঐখোইগী সাহিত্য মন্দির তমখি।

গ্রাম পঞ্চায়েৎকী শংলাকপশিংনা কৈদানবা অমসুং লোংবা-য়মদা শাইদাংবা থুম্নাশিংবু কৈগী শারম চন্দ্রী কন্নবা শিন্থা পাইবা তায়রী। কৈরুপ লিংবা, কৈনা থুঙংদা চংশক্রবদা, হুইবোইনা মৈতম মোবোক পুত্তনা কৈরুপ যাওবা থুম্নাশিংদা শাবাও চেনবা, থুম্নানা কৈরাং শাকতুনা কৈ ফাবা নত্রগা অকনবা মীতা য়াওরগনা থুংলাই যাউদনা লাইংন কাবগা নিংথৌগা পম্বেং ফৌরান ফংবা আসনচিংবগী গুংশিবা বারি কয়া কৈরপ শাইবা মিংলেন অসি পনবদা পোকচবকই। কৈ চন্নবা অমুক্তা পবম, পোমং কাংবা লাইব্রিক কয়াসু থাইনগী সাহিত্য ভান্দাবদা উরি। অথোইবা অমা অনি লোখংপদা, কৈময়াং. কৈথি, কৈফারোল পনক্কম থোকই।

## য়ুম্বালশোল

কামসুত্রমুক চংখোনবা লাইব্রিক ঐখোইনা অরিবা সাহিত্যদা য়াওরমগদ্রা হাইবা বাকংনা পাওথুমদি হিংমশোমদ। থিজিনবা কাংবুনা মতিক চান পাওথুম পিরকনি। যাওংশং তোঙামা শাদবনা ফবা নৈ, চহি মতাং চারগা মসুং মতম ওইরগা যুমপানবা চুমই কাইনরম্মীবশিনা মন্নংদা অথুম্বা বা কয়া ফুমদুনা লৈরি। য়ুথানবগী লমদা মৌনা খোংদারকশিবা য়োইবু য়োহেনবা ভানখংশক্রীবা কাংবুদা

লমম্লাংবিবা লাইরিক্কী জাৎমু অরিবা সাহিত্যদা লৈকবা নত্তে। তুদেংলোন, তুদোরোল লম্ববা, তুদোবোলনচৌংবা লাটারক্লা তুবেলগী লৈচ্চোট মবিকশিংদগী হেক্লা বুপই হাইন। শিংথানবা মুত্থানলোনগী মঙং নিংথিনা তাকলি।

## শিণ্ডেল লৈরাং কয়াগীদমক

"মোদোলশৈল, মোদোললৈ
পুমনচিনশি চাওমল্লি
কথই চিনশি পিকমলি।

*　　　　*　　　　*

"মেল লৈমা কুংজম্বা
কদাম্বদা লেঙংশি"

অসিনচৌংব লৈরাং কয়াগী শিণ্ডেল থক্তম তাকপা শৈরেং কয়া শৈরাংনারা। থাইনগী অরিবা সাহিত্যগী লৈকোন্দগী শিন্দোরকপা লৈনমনি।

মকোশাগী লৈকোনগী লৈরাং চায় কয়া কবিশিংগী শৈরেং নাচোম-শিংদা চংবতা নঙন, পুমা, পুবারি ইবা পণ্ডিতশিংস্থ শৈরেংবশিংগী শৈরেংদগী অচাবা শৈথক লৌতনা মীহোরোন, মীতারেংশিংদা শিজিন্নব। উদি —

'চৌংদা থাংদা ইংচৌল
চেনদনা কেমথিবা কল্লকই।"

*　　　　*　　　　*

"লৈরাং লোঝিননবা ; হৈরাং লোঞ্জানবা ;
হৈরাং মমি তমথ্রে ; তাংজিং মহৈ য়ানথ্রে।"

*　　　*　　　*

"শেগী মুক্তাকলৈ হোয়োইত্রা হাইরগা হোয়ে ;
লিক্লাই মরু হোগত্রা হুনবনা হোত্রে।"

মসিনা তাকপনী খুংশেমগী মচুংদা কবি কলম য়োরমই হাইবনি। চীংতমদা, লোয়ারমদা হোবা লৈসু অয়াম্বগী মশক অমিং, হোয়রককম থিবশি অপাম্বা কাংবু অমনা তৌরম্মী ; থোইদোক্লসু চহিগী অচৌবা হয়াওকুইম্বদা লৈমা নিংথৌদা লাম্লনবা লৈরম তুনবা থিননবা কম-নাইবা লৈরম্মী ; তোঙ্গানবা লোনশিং লৈরম্মী ; শীঙ্গেল লৈরাং লৈশক থংবা নিংথৌ মনাই—মেতৈ লাংবা— মবাচংপা নিংথৌগী পাথোমনি। মেতৈলাংবা অমসুং মানা য়েংবা লোইশংনা চীংক্লং-মাক্লং, কাচীন কৈয়াদা নাপথুপ্না লৈরিবা মহৌশা লাইরেম্বীগী লৈকোন মশক থাই;—শীঙ্গেন চার মশিং থাই। মখোয়না ফিরম অসোমদা নোমজবা, শৈরাবশিংনা শীঙ্গেল লৈচন থাহুনা শৈশকপনা, লৈয়োল, লৈয়োলমকৌ, লৈয়োলশেক্লীংনচীংবা আইরিক থোকথি। শিঙ্গেল লৈরাংশিংগী মমিং অসিমক মশা মশাগী বারি কোংদোকচৈ। থাগী-লৈহাও, তর্কেললৈ, কবোরৈ—তুংদা থুপ্না চেল্লিবা মাথল তমজবা ঙবা কোশোই মিংলেন ঙাকনি। কয়ম তৌনা থোনখিবা মিংনো খোঙমেহৈ, পেক্রুকলৈ, কোবীহৈ, উরিহৈ ; মিংলেনশিং অসিগী মরুমদা শৈয়েং কয়া থুপ্নুনা অমলিব্রা?

## অতৈ হিরম কয়াদা

মৈতৈ সাহিত্যগী মপুংকাথিত্রবা মমি অমদী মথক্কা তাথ্রে ; মপুং ফাবা শকওংদী ঐথোইগী সাহিত্যগী ইতিহাস ইবশিংনা হিরম

অসিদা খোংদারকপদা থংনদবা মঙাইয়ে। অরিবা সাহিত্য অসিগী পাকচাওখ্রবা পুক অসিদা য়াওবা পোৎথোক অসি চুমনদা মশিং থিবা কাওবতদা মঙাল্ চাইরপ তাবা লাইরিক অমা থোক্লিঙাইনি। অবিবা লাইরিক থবণী মশিং থবদী ল্যাংকপ লাংকপ লিখ্রে। পন-হৌদবা কয়া অমা লৈরৌরি। ভিরম কষাদা থিরেল (research) লাষাৎ তারম্বনা থিরেল্ মৈবমলিবা, থিরেল্ লাইয়াৎ, থিরেল লাইজম, থিরেল চেপ্পী, থিরেল ক্রাংপোং, থিরেল্ থিরোংবী থাইনগী সাহিত্য লৈকোন য়োথি। পীক্রবা প্রবন্ধ অসিদা চহি লিশিং কয়া থোয়া লাকপা সাহিত্য অমগী শাংলবা মতাংগী পোংথোক পূমমকী মমিং কাওবা শুনা পীনবা মকম কংত্রে, কবম্বা মতমদা থাইনগী মণি-মুক্তাশিং অসিম্ভ অনম্বা ছাপা তারবা ল্যাইরিক ওইনা পুথোকচঙনা মতিক চারবা ইপা ইপুশিংগী থুদোললি চাইনা লেমজবা ওয়কান।

---

## (V)

## মহৈ হৈবদা পজেং-ফীরান পীবা।

### পণ্ডিত শংলেন

মণিপুর লিংথোৌশিংনা প্রজাগী মহৈমশিং চাওখৎনবা, লাইরিক লাইত তথা থুদোংচোনবা মতিক চাদ, মিংলেং চংথি। লিংথোগী শংলেনশিংগী মরক্তা পণ্ডিত শংলেন থাক বাংনা লৈ। শংলেন অসিগী মরুওইবা শিহাদী—লাইরিক লাইত, মহৈ মশিং তথা শন্দোকপা

অসিনি। শংলেন অসিগী কমনাইবশিংগী মকোকপু পণ্ডিত অচৌবা কৌনৈ। মীখোই মীহেনবা, মহিক মগুণ লৈবা মীনা পণ্ডিত অচৌবগী কয় অসি পাইববদী মাবু গুরু তায়বা মিংথোনস্থ পীনৈ। মণিপুর লম্পাক্তা মনিংতম্বা শলাই তরেংকী লৈবাক তরেং শয়েং পাঙ্গোম ঙাম্মতনা লৈনরিবা মতমদা, লৈবাক খুদিংদা পণ্ডিত শংলেন লৈনখি। মতম অথাইদা, খুমন গুণ, মঙাং গুণ, লুবাংগুণ-খুমন, লুবাং অমসুং মঙাং লৈবাক্তা কাওখি, ঐখোইগী সাহিত্য আদী কালগী মাইকৈ ঙাকপা অথোবা পঞ্জেনবা ওইখি। মমৈথংদা পু ওতদা মণিপুর লম্পাক পুয়মক নিংথৌজা শলাইগী মথাপোন্দুনা, মৈতৈ জাতি পোয়রব মতমদা, মথাপোনবা শলাই তক্কী লৈবাকশিংগী পণ্ডিত লোইশংশিং অসি মৈতৈ জাতি পুয়মকী অপুনবা শংলেন অমা ওইখি। অয়ুম্বা শংলেন আসদা লুবাং পণ্ডিত, অঙোম পণ্ডিত, মোইরাং পণ্ডিত নচিংবা শলাই শরেংকী লাইরিক হৈবা কাওরবা পণ্ডিতশিংনা শংলেন অসি পুখি। অতৈ শংলেনশিংগী শংলাকপগুম্না, পণ্ডিত লোইশংগী অতুপশিং অসমু পজে ফিরান কহই, দোলাই হৈনা লোংই, সনা কেগে, খামেনচংপা অমদী লমথাং খুণক্কা লৈতেংই।

পণ্ডিত শংলেন অসিগী মথাদা লোইশং কয়াস্থ লৈবি। মখোই অতুগী মগুংদা, পুয়া হৈনবা লোইশং, লাইরিক হেংবা লোইশং, মাইব লোইশং শিংথাবা বাই। পুয়া হৈনবা লোইশং অসি ॥ হঞ্জবা অসি চৈথাবনি। চৈথাবা হাইবা কমনাইবা অসি—চৈরাওবা হুমিত্তা নিংপো ॥ মাংদা খনি পণ্ডিতশিংনা কিথুম, হুমিং লোনমচিংবা থিরেল কয়াগী মতেং লোয়না, চৈথাবা ওইগদোরিবা কয়াইবা অতুগা নিংখোগা থবান মচাক তিম্ববা, হুমিংগা পক্কবা মেংলগা চৈথাবা কয়থোন অসি পিনৈ। লৈবাক নিংথৌদা চহি অতুদা ভাবগদবা

অদা অনা পুমনমক মকোক থোংনা পুক্নগনি হাইদুনা, ঙম অমস হেক থিদোকপগা চৈথাবনা নিংথৌ সনা মাংলা হৈবা অহুমশিংগী মাংদা লাওথোকই। চৈথাবনা লৈবাক নিংথৌ মাংদা লাওথোকপা বাগী মতেক অমত্তং মথাদা হাপলি :—

"ঐগী শিজবা, ইবুংঙো! লাইনিংথৌ, নিংথৌবন অথোইবা, তাইবং পোববেন, নমু পোংজনবও। নধু ভুরি ঘোই নোংদা নোংদা লাইরেন পথংবা লৈহৌদাম মুথা অনৌবনা চৈগাবকপসিদ, ফওবৌদি কললএকা পুমনমদি থংব লৈমলৈ অংবথনো বাঙেন লাএন, থুংজিন লাংজিন, মীচন মাপাও, কলক সেংনাই, লাকপি সোনাই, কোকথন ডারেন পুমনমদি নদাংইরেম ঐনা তাঙজা গুদা থোংনা পুক্নবগে। ঐগী শিজবা ইবুংঙো লাইনিংথৌ। নিংথৌবেন অথোইবদি গুমিংকুম মশোঙ চাজ, পাক্তম মচেন নাই, কুমজা কেকচোনা, থাংচা নৌচোনা পুম্নি চংবা থুই, বাংতম থোমদোনবা, কাওথোং মগুং থুই, লেম থোং মশকপাক, পোংতৈব খুলচোংনদ চোংবা, খুনডাও লৈচাওবা লেপনা তানক্ষ চেনে।"

চথাবনা চহি অতগী মপুংনি। চৈথাবোন কুম্বাবদ ইন্তান হাম্মা মানা চেরাওবা মুমিঙা, লৈবাক্তা থোদোক চনবা লাগানি। মথাক অসি পুবা লোইশংঃ মঙ্গংচনবা অতুবা অমনি। পূবা লাইশংনা চৈথাবোন কুম্বাবা, শক্তাই কমাংলোন, নিংথোরোন তানথৈবা, লমুবা, নিংথেরোন শিংককনচাংবা পুমাশিং অসিদা লাক্ক লাক্লিবা চংনদা থোকপা থোদোক পুমমক চনখৎলি।

## লাইব্রেরিকয়েংবা লোইশং

লোইশং অসি পণ্ডিত শংলেনগী মঙ্গচনবা লোইশংনি। মসনা কোনুংগী লাইব্রেরিকশং অদু লোইশং অসিনা য়েংশিল্লি। অদুগা শংলেনশিংগী ইবা, পাবনচিংবগা মরি লৈনবা থবক লাক্লবদা, লোইশং অসিগী কন্নাইবশিং, পণ্ডিত শংলেননা থাদোক পাক্লিন তৌই। কোনুংগী লোইশং কাবশিংনা ইবা লাইব্রেরি শন্দোক্লুনা কোনুংগী লাইব্রেরি শংদা লাইব্রেরি মশিং তাপচিনবা, চানুগী অরিবা লাইব্রেরি নৌনা শিন্দোকপা, অসি লোইশং অসিগী মরু ওইবা শিনবা শিংগী মওংদা অমনি। লোইশং কাদবা পণ্ডিতশিংনা অনৌবা লাইব্রেরি ইরবদি মতু লৈবাক নিংথৌ খংহন্নবা পণ্ডিত শংলেন্দা থারকই। শংলেন অসিনা অনৌবা লাইব্রেরি অদু করে হাইনা থনগংলবদি, কৌবান মমাই চুন্নকল্লিবা পণ্ডিত অদুনা নিংপোনেম্না সনা তাঙ্গা পীনে। মাগী লাইব্রেরি অদুদগী অনৌবা থুংই কয়া লৌথোক্লুনা কোনুংগী লাইব্রেরিকশংদা থমই।

মাইবা লোইশং :—মাইবশিংবু অনা লায়েং তৌদুনা মপুক থনবা কাংবু অমা ওইনা লৌনবসিনা ঐথোইগী সাহিত্যগী মখাই চনবা মতাংদা চংলকপা য়াথলনি। মাইবশিংগী অর্ঘ্যবর্ত্তদা পুরোহিতশিংনা তৌরম্বা থবক অদুগা চাম্নবা থবক কয়া ভাল্লিবৈ মতমদা তৌরম্মী। ধর্ম, দর্শন, অধ্যাত্মিক বিচারগী লমদা মাইবশিংনা নিপা থোক্লা শিংহা-খিবা মতম লৈখি। লাইনিংলম্বী, অয়ান থুবম পাহৈ তাকপা লাইব্রেরি কয়া ঐথোইগী সাহিত্য পুকৈদা লৈরিবশিং, মঙ্গলদা মাইবশিংগী থুদোন কথাস্থ য়াওরি। মতম করিদৈ মতাংদা, মাইবা লোইশংসু পণ্ডিত শংলেনগী মঙুং চনবা লোইশং অমা ওইদুনা, লৈবাকী

মহৈ মশিং তম্বা চাওখংনবগী হিরমদা, মতিক চ'না থবক তৌরম্বগী প্রমাণ কয়া কংই।

## পণ্ডিত শংলেনগী অথোইবা থৌদা থক্না

য়ুম্লাক খুদিংগীস্ত মাইবা, অককনবা পোৎলোক থরতংগী মরমদা ইবা কোয়বেক, পাল্লিবা নিংথৌ অতুগী হাক্তক্না থোকপা থৌদোক শিংগী রারি অসিনচিংবা ইবসিস্থ শংলেন অসিগী থবক্নি। নিংথৌগী কয়াইবশিংগী মতেং পাংনবা হিরম কয়াদস্থ শংলেন অসিগী কয়াইব-শিংনা লাইরিক ইথি। লালওং শীনবা, লাম্বন শাবগী পথাপ তাকপা লাইরিক, লমিংলোন, তুংশুবশিংগী লমজিংবা তুংলোন থম্বাল, উশুবশিংগী শিম্বা তাকপা উবোন, নিংথৌগী অচানবা মনাই মৈল লাংবশিংগী লৈকোন তাকপা লৈয়োন, ফিমাং ফিরেন শেনবা লোইশং লাকপশিংগী লমজিংবা ফিবোন অসিনচিংবা হিবম কয়াগী লাই রিক ইবসিস্থ পণ্ডিত শংলেনগী মক ওইবা শিম্বা ওইথি। থুমজাও-কংবা, উকংপুরেন, শাকংহনবা, ডাকংহনবা, লাকংহনবা, পাচ হক্ষবা, লৌকংপুরেমচিংবা লোইশং অময়মগী মকোক ওইবা কয়াইব শিংগী শিরকমদা শিত্তাকপা লাইরিক কয়াস্ত লৈরি' মথোর অতু থোকপদা পণ্ডিত শংলেনগী খুদোন, মতেং নিংথিনা য়াওথি। শম্বা হায়রবদা শংলেন অসি লৈবাক্কী মহৈ মশিং, লৌশিং য়োকচবা মায়োক্কনীনি। অথোইবা থৌদোক তুংদা কক্তুনা য়ুংবা নক্রগা কোম্মি কোম্পাক্তা ইতুনা থম্বা, থৌদোক অমা নিংশিংনবা লৈপুং থোমম্বা, কাম্বা কোয়বেকস্থু আগন্ন মকুদা ইতুনা কুইনা থম্বা যানবা হোংনবা তুরেন লৈতোইবু কেম্না কুম্না শিম্না কয়া শংলেন অসিনা পাংথোকথি।

# লোইশং কাবা পণ্ডিতশিং

মমিং চংবা লাইরিক মচংদা শংলগা। ইবা নত্রগা শন্নবনা ইবা কোরবেক কংই। পাম্ভোইবা খোঙ্গুল অমত্তং খোংজোমন্নবা নোঙ্গ-য়োনগী য়ায়া শম্না ইবা লাইরিক খরতা শখা কোরবেক য়ায়া কংই। খরা শম্না নত্রগা য়ায়া শম্না ইবা লাইরিকশিং অসি লোইশং কাদবা পণ্ডিতশিংগী নোমজবগী মইহনি। যুমজাও কা ফবেং নত্রগা ক মহাপ্ত—কা অমদি লাইরিক শংনি। খাকেন মাপান তরেং খন্দুনা অক্লবা লাইরিক পথা, তংনবা থমিওই লাইরিক পাদবা, শীরম-দাইতদা অচানবা পকরান্দা অককনবা লাইরিক তথীবথা, শিমরম্বা অসিনচিংবা লাইরিক অমত্তং কোরবেকত্ত মথবাইদগী ওম্না নিংজব কুংশিবা মৈতৈ পণ্ডিতকী কাওবা য়াদবা গুণ অমনি। লাইরিক খবগী মকোক্তা কাংথন মঙ্গদা পাত, তথবাচন পামদবা মীনা খংজন্ন বাদ ঊ ওতনা শিং, "কত্তবা মরমদা শিক্রবদি, শাগ চুম্ন শিম্ন' অসিনচিংবা য়াকে থরেং যাওই। লাইরিক তথা লাকপা পকবাগ মচাওয়া কুংশিনা মযুমদা থম্মীতনা মাতক চাবা মতৈ ত্তরীব . শম শাংনা খাক্তুনা ফীডোইত শেক্তুনা মখুম মতৈক পান্দনা লাইরিক অমত্তং কোবাবেক মরক্তা যাওন্দুনা পুনশি লেনখিবা মৈতৈ পণ্ডিত কবাগী কুংশিরবা বারি কয়া লিখোক্তনা লৈরি। পুবাদা মখিং চল্লব লোইশং কাবথা পণ্ডিত অহোবশিং অমত্তং গুরুশিং নত্তুনা, লোইশং কাখিদবা লৈমানংথোকোন য়োখিদবা মহৈ লাইরেখীবু ইরাংথদা মপুক্তি লেনখিবা পণ্ডিত কয়া, চফিড কয় খোয়া চেহবরীবা ঐখোইগী সাহিত্যগী পাক্লবা ইচেন্দা খোংথান চেনখবা য়াওখি। কয়া মতমদা ঐখোইগী সাহিত্যগী মখেক চুবা ইতিহাস ইত্তনা মখোয় অসিগী অবা-কুংভাইগী বাহৈ অমনিত ওইরবত্তু পন্দুনা, মখোইদা তৌবিয়ন উংগ ওমলকনি ?

## পেনা লোইশং

মৈতৈগী বারেংদা ইবা কোর্কৈ অয়াম্বা কবিতাগী মগুণ অমা য়াওবা মরম্বা ইশৈ ওইনা শকপা, শৈরেং ওইনা থিবা য়াই। পূয়া, পুয়ারি, নিংথৌরোন অমাংমসু শৈশক শৈহেক চুম্না শৈরাংবা য়াই। অতুনা নিংথৌরোন শক্লগা তাবা, অথোবা মীতোংবোক-শিংগী পুনসি য়াবি যাওনা লাইরিক শেশক কয়া মুত্থাইনবা অসি লবাই থয়াইগাতা নত্তনা লৈরমা নিংথৌকোন্দস্থ থোকই। পেনা শকপাশিংনা শৈরাংলিবা য়াবিশিং অসি অরিবা কোবেক অমসুং লাইরিকশিংদগী য়াবনি। লাইরিক কৈতবা মীনা পেনা শকপা নত্তে। পেনা লোইশং গাহন্না কোন্নাদা হুপ নোংমাই থোক-থংনবা মথোং শেমগংনবা লোইশং অমা লে। পেনা শকপাশিং অসিনা তেংইনা শংবা থম্লাহবীগা য়ারি অসি অবা বা থাক্কী সাহিত্যদা চনবা লাইরিক্তা ইত্থনা লৈ। ণিত অশঃ তোক্তশননা মাগী মৈতৈ কোবা লাহায়ক্তা হাপালবা থম্বা পোকবা॥ য়ারী অতু অরিবা কোর্কৈ অমদগী শংোকগনি হাউ। অংগ্রা, কোন্নুক নচিংবা লোই থুনশিংদা, শিবা, পুহোংবা অমসুং অচাং পোকপনচংবা থৌদা, শবৈবা খোংজোম থুবগী য়ারি অতসু খোংজোমগুবা নোঙ্গাবোন অত মচিন্দা পুত্থনা পেনাগা লোইননা শকপনি। শয়া হাইরবদ পেনা শকপা ওম্বাশিং অসি লাইরিক নিথিনা লৈ, তমপ্লকপা লাইরিক্কী য়ারি অত পেনাগী থোঙ্খোক্তা চায়বা ওয়গা। তিয়ন কুংশিবা ইশগী শৈহেক্তা শৈরাংবানি। পেত্তাগী য়ারি, কুংথিন চাইবাগী থাজবা পুমনমক নিংথৌরোন তমপ্লকপা। পেনা শকপশিংনা শকনখিবা মতম লৈখি। পাখোইবী, খোওইবী, শাবোন তংরেংবী বাবৈসু—মতিক চানা লাইরিক কোবেক চপ

কয়া চুপ্পা নৈনরবা মীনা পেনাগা চায়বা খোঙ্হাংদা শকখি। লৈয়মা নিংখৌ য়াংদা ইশৈ শকপা তাংবনা পেনা শকপশিংনা লাইরিক কৈতবা ইয়া য়াদে। পেনা লোইশংদা চহি মঙা তরা তময়চনা মশা ইৎপা ভুমনা খোরকলবা মীবু লৈয়মা নিংখৌ কোন্দা খংবী; লৈবাক্কী শিংথাংনি; ওজা হাইনা পণ্ডিতশিংদা পীনবা মিঙৌ অসিনা কোলোইনৈ।

## ৱারিলিবা

ৱারি লিবা ওজাশিং অসি মতিক চানা লাইরিক হৈবা অময়ুং কোবেক ওইবা পণ্ডিতনি। পেনা শকপনা শৈরেং শৈবাংবা, ৱারি লিবনা বাংগেং লিবগী চহি চাকয়া কোনখিবা যুগ অমা লৈখি। গবীব-নিৱাজ চাক্লগা পেনা অময়ুং মৈতৈ ৱারি তাবা মীনা হুংথিলু শিরগা ৱাক ওইনা, অহিং শিবগা মকু ওইনা পোকই হাইজিনবা খাজনবকলবা মতমদা, পেনা শকপা ওজাশিংগী মখুক কৎপীবা মমাই কীংক থুমখিবা মশা অমা লাকখি। হোংলকলিবা ইথক্কা চায়নবা ৱারি লিবা ওজাশিংনা থুনাম চেংনা খোংথাংখি, মহৌশা লিনয়বা ৱারি খাদোক্লগা, রামায়ন, মহাভারত, ভাগবত পুরাণ শাগোয়বা ওমখি। সংস্কৃত সাহিত্যগী মচাক্কী মপান তাংগ্রিংঙদা, মৈতৈ ৱারি লিবশিং অসি মৈতৈ সাহিত্য মশক খংবা, লাইরিক লাইগী নৈনবদা থরাই কৎপা কাংবুনি। অতাবশিংগী মিত্তা পি ইরা চেলহনবা, মরক মরক্তা নোকপদা চরি তৎহনবা ওহা পাজল লৈরব ওজাশ নি। অসিগুম্বা গুণ অসি তায়নবা হোৎনবদা, অথয়বা ওজা অমগী নাক্তা কুন্দুনা চহি মঙা তরা চংনা ওনখোইনা লৈকবগা, লৈবাক নিংখোনা ৱারি লিবা হাইনা মশক খণ্ডবিরকপনি। ঐখোইগী থাইনগী সাহিত্য" পুক মমাই চোলহল্লবা হোংনবদা,

রারিলিবা ওজাশিংগীসু মতিক চাবা কাওথোকপা চুমদবা শিন্না য়াওখি। রামায়ন, মহাভারত, অতৈ পুরাণ মৈতৈরোন্দা হন্দোক্লুনা সংস্কৃত সাহিত্যবু মৈতৈ সাহিত্যদা নকশিন্নবা হোংনবদা ঐখোইগী সাহিত্যগী ময়াই চনবা যুগকী লোইরমদাইদা নিপা থোক্না নোমথিবসু ওজাশিং অসিনি। সংস্কৃত পুরাণগী মচাক্তা শুবা তারবা কাওবদা, মৈতৈ পুয়া, পুরারি অমসুং কোর্বেকপু লাইনা থক তৌদে ; মখোইগী লাইরিক শংদা থাকন মথোন ভরেং থন্দুনা মৈতৈ লাইরিক থম্বা পুমনমকনা উবা ফংই।

---

# মৈতৈ সাহিত্যগীময়াই চনবা যুগ

সাহিত্যবস্তু চাউবা সিংহনা মৈতৈ সাহিত্যগী ইতিহাস ইবসি পোক্‌নবা অঙাংগী কোক্টা ইথোকপা তাগত্রা হাইনা চীংনথি। চীংননিংঙাই ময়ম পোইদোকপা উবা ঙমদে, ঐখোইগী মতমগী সাহিত্য ইতিহাস ইবা তারবদী অঙাং পোক্‌লিবদা হায়না কোক্টা ইবা হাইবা য়াওরকপা য়াই। মৈতৈ সাহিত্যগী আধুনিক কালদা লৈরিবা পোৎথোকশিং অসি খুৎ থেক্‌না পাবদী থরা রারপ থোকলে, অচুবু অপুনবা মশিংদি ১০১০ য়েৌদ্রি। থাইনগী সাহিত্যগীদি সনা কুদোংবা যুগ কৌবা থেংনথি; লুপানা ময়ুং কাবা সনানা মকেন চনবা থাংচেংনা লৈতেংলকপা থাইনগী সাহিত্য লাইবেখানি, চাওখৎলবা সাহিত্য লৈজবা লৈবাক কৌবাগী মাংদা পুংথাকচবদা য়াই পাকনিংঙাইনি।

কবি চাউবনা মৈতৈ সাহিত্যবু মতাং অহুম থোক্না থাইনিংলম্মী, থাইনগী মতাং, ময়াই থোকপা মতাং, অনৌবা যুগ হাইনা। ঐখোইগী কবিনা য়াংলম্বা কীয়াং অসি অচুম্বা মশানা তাক্‌বা ফিরেপনি। থাইনগী মতাংনা করম্বা মতমদা কৌখি হাইবা বাকয় অসিদি লেপ্পা ঙমদ্রী। অদুগা ময়াইগী যুগনা হৌবগী মতমদী লেপ্পা ঙম্বা য়াই। ময়াইগী যুগ অাস ঐখোইগী সাহিত্যনা নোংচুপ হায়ম মাইয়োনবা মতমনি। আর্য্যাবর্ত্তগী সংস্কৃত সাহিত্যগী অচৌবা ইথক ইপোম কয়া মতম অসিদা ঐখোইগী সাহিত্যদা চেনশিনবা কৌখি।

সংস্কৃত সাহিত্যগী ইথক ঐখোইগী সাহিত্য লৈকোন্দা তিল্লবসি থাগী অমম্বুং ভারতকী শংল্লোনবা কাংলুপনা মণিপুর কাওহুনা

মণিপুর ক্নাওজুনা চংখিবনি। মতম অতোয়াইদা খাগী সম্রাজ্যগী খা ইথং থংবা প্রদেশ য়ুনানগী নিংথৌ কোনোকেংনা খাংদক্লী মণিপুর তাবা লম্বী অদু অমুক হন্না শেমলে। বাফম অসি ডাক্তর দিঃ জিঃ হোলনা মাগী খা নোংপোক এশিয়াগী ইতিহাসকী চেনা থরোদা শন্দোক্লা তাকলি। ঐংখোইগী লাইরা, মম, লাইচং লোলনচিংবা অসি তন্ত্র ধর্ম্মগা লৈনবকপা মবিদগী থোরকপনা অয়াখান। লাইচংলোল, লাইবা মদুগী পুকৈদগী লাইরিক থরা শিংপাবা তাবরদা কিতুম মকো, অনম অথোরোল, চিবিং লংস্তং মকো, কিথুম লাইক, তাকোক মকো পনক্ম ঃথোকই।

মকোশাগী অর্থবা শিব লাংপগী ধর্ম্ম মরাই চাইথরকপা অমসুং ১৮নবং নিংবা ধর্ম্মনা মরাই হাইগংলকপ অ'স নিংথৌবেন খোংতেকচাগী কোরি কোম্পাক্লা ডাংলো মতাবাজ খা তেকচাগী কোরি কোম্পাক অসি শর্করি হাইনা কৌই। অতগা মথাদা বাবম অসিগী তাই—“নিংথৌ অতুলা পেরবা ইবাংচৈ হাইরকপ (শবরু) কুমশিং লিশিং অমা নহা ওইন পানমনকতনে ১৩ং নিংপে অতুক জ্রু গুরু) অতুকা লোইনতুনা নোংকাথিতনে, শিপকী (শিবগী) তেপাংগী (দেবীগী) থুষা যৌরকপা অতুতাগী হবিকী মনাই ওটথিকতনে, মীগী মপোক্লা পোক্লরোই তপনে।” শিবত্ন থুযাখা যৌবনা অবান থুতমগী অংবাইবা পক্ষ্ং-কম নন্দ, অবোকবা পক্ষুংদি কারণী থুষা কংবদনি হাইবাস কোরি কোম্পাক অসিনা তশেংনা তাগ্রী।

মথক্লা নৈনথিরবসিদগী তশেংনা তারকপা কীতমদি খৃঃ ৮০০ অয়াইদা মণিপুরগী তম্পাক অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম লেপলে, ব্রাহ্মণ মশিং য়ান্না খুন্দাংব অমসুং সংস্কৃতকী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী অকনবা প্রভাব মৈতৈ সাহিত্য অমসুং বাথলগী ইচেন্দা তারে হায়বা অসিনি মতম

কষা থেংনগনি। ঐখোইগী লাইশিংবু গুক হাইনা মিঙ্গোৎলকপসি চহি চা কষাগী মমাংদগীনি। পুষা, পুরারিবু, পুরাণ কৌনরকপগ্না কুইরে। কয়া কুইরবনো? পাওথুম পিবা লাই, খৃ মুমজা কৌদ্রিংড মমাংদা খৃঃ মাং ১০০০ রোমগী অতরাইদা মণিপুরনা আর্য্যশিংগা মরি লৈনবে; খঃ মাং ৫৫০দা ক্ষেত্রী মচা থিজবাজনা মণিপুর তম্পাক্ত পানখ্রে, খৃষ্টাব্দ ১৫০দা সংস্কৃতকী প্রভাব অসুক কনখ্রে, লোল অসিদা ইবা শেল চংনখ্রে।

## (২)
## পুরাণ হৌহনবা

মৈতৈ নিংথৌ অমবু পুরাণ থাবা কৌবসি অথ লৈ। মাগী হাংক্তক্তা পুরাণ য়াম্না হৌহনখি, শন্দোকখি হাইরিব্রা? নত্রগা পুরাণ মৈথা থিব্রা? শান্তিদাস খবা লাক্কুনা হায়গা পুরাণ হুমকনখ্রবা? পুরাণ থাবনা পানবসি খ ১২৪৭ তগীনা ১২৭৮ ফাওবনি। খৃ ১২৫০দা থাগী মথা ইথ থংবা প্রদেশ য়ুনানগা নিংথৌনা থাগী 'ন থৌরেনগী অচৌবা লাম্বী পুত্রনা মণিপুর তম্পাক লাল তাবকপদা পুরাণ থাবনা হুমগনা থাগী লাম্বী পুম্নমক ফাত্রনা কমে, শুশকমে নচী বা লাইপুল কয়াদা লৈহনাখ।

থাগী নিংথৌরেননা মণিপুরবু চা হুন। লৈরিংড়দা, তাতাবশি না মাবু মাইথিব পীখ্রে, থাগীদা তাতারশিংনা পানবা কৌখ্রে। তাতার 'ন থৌরেনগী মনাওঙ্গা কুম্রাই থাম্না অদা, কবো লৈবাক অনি জয় তৌরগা মণিপুর তমশিন্নকপদা, মহারাজ পুরাম্ভাবনা নিংথৌ তুরেনগী নাংচুপ থংব তোর্বান্দা তাতার লাম্বী ওাইহুনা লৈখি। মণিপুর নিংথৌনগা পাক হাজিনবা য়ারোইদবা মকমদা লাম্বন শাথিবগা, অহুগী মথক্তা থাগী লৈবাক্তা মরাং হৌরকপগা, কুম্রাই লাম্বী পুত্রনা

হনখি। পোং, থাগী, কবো, অমা লৈবাক পুন্নমক্কা তাতারগী অচেৎপা খোংকম লেপখিবনা, মতম খরদা মণিপুর অসি হাইরিবা লৈবাকশিংগা ভোৎন তিন্নবা য়াংখি; নোংচুপ হাবমলোমদনা নমনা মাই ওনখি। মরম অসিনা মণিপুর সাহিত্যসু সংস্কৃত সাহিত্যদা য়াম্না হেন্না নকশিন্নবা মরী অমা লাকখি। অহনা মহারাজ পুরাণ্থাবা অসি পুরাণ মৈথাবা মুপা অমদি নত্রে: পুরাণ মরাচেৎনা হৌহনবা, পুরাণ শন্দোকপা নি থোৌরেননি।

কিয়াম্বা মহারাজগা পোং নিংথৌ কিথোম্বগা মরুপ ওইনবা, কবো তম্পাক পুন্নমক পোং নিংথৌনা মণিপুর নিংথৌদা পীথোকপা অসিনসু মণিপুরনা সংস্কৃতকা লৈনবকপা দুইববা মরি অমা লাপথোকহনবা য়াকয় লাক্লে। পোং নিংথৌনা অষ্ট ধাতুগা হুমানাদ ॥ বিষ্ণু মূর্তি লৈবগা বিষ্ণু লাংবন মণিপুর নিংথৌদা থাদোকখৌরকই। মতম অসি খৃ. ৮৭৫দনি। পবিন ব্রাহ্মণশিংনা বিষ্ণু পূজা তৌখি মণিপুরদা ব্রাহ্মণ চান্দাবকপাসি খৃ ক্রমশ হোৌদ্রক্লেনি। দিবুল থোলিবজনা লেবা থাগী লেবাকী ইতিহাসত — খৃ ১৫০০দা মণিপুর তম্পাকা বেদ শাস্ত্র য়াম্না ৮ খোন্না হৈরবা ব্রাহ্মণ য়াম্না লৈবগা য়াকয় শুগাইনা লৈনৈ।

## শ্রীমুভুম খুলোননা হাই:—

মণিপুর নিংথৌরেনাশিংনা পণ্ডিত লোইশং অমা থমই, লোইশং অসিগী শলাকপদা পণ্ডিত অচৌবনি। থাইনদা পণ্ডিত লোইশং অসি লৌকিক কাণ্ডবা কাইদনা লৈরম্বা। পণ্ডিত অচৌবশিংগী মরক্তা অধ্যক্ষনা লাইরিক ইরম্মী। নোংদা লাইরেন পাথবগা মতমদা বংশ পন্দোন লাকপনা পণ্ডিত অচেৎবা ওই। অপোক লোল পুরাণ, পাপুরা, কাংলৈরোন, যুমশারোন, অমসুং কথারোল অসি মাসা হৌরখি। মহারাজ পুবোখা মা হাক্কনা লাই খুন্নাম চালিহা নাইরকপা

লৈকংলা ওইখ্রে। মৈতৈ লাথ অভমনা অরানা কাহনা মীনাই ওইনা য়োনখ্রে, মথবাই থাগ্রীবা মৈতৈনা কাছারদা লাল মাই ওল্লবা মনিংথোগী মতুং ইনখ্রে। চহি তরেং খুনতাকখ্রে, মৈতৈ তম্পাক্কা মী অমতা কাওবা লৈখিদ্রে। অসিগুম্বা ফীভমদা কবি কনানা মৈতৈ লৈবাক্কা কাব্য কুপ্প শেমগনি " খৃ ১৮২৪দা মহারাজ গম্ভীরনা অরা ভুমজন' নিংথৌ ওইবদগী হৌড়না খৃ ১৮৯১দা ইংরেজনা মণিপুরগী নিংতম ফীবান থোংনেংনবা ফাওবসি—কবিতা কুপ্প শেম্বা যাবা মকম ওইরে—মৈতৈ তম্পাক, অগ্রস্থ অবাবদা কাব্য কুপ্প খুদৌংমক্কা মৈতৈ কবিতা অমতা শৈশকখিদে। ইবেবাক্কা ইশাগী সাহিত্যনা ফীরুক পুমখ্রে, ইশাগী মমেক কাপ্তনরে। সংস্কৃত সাহিত্যগী লেমজনিঙাই ওইবা ' শ্রীকৃষ্ণ রাস সঙ্গীত" হৌবা শাহাবক খোঙ্কুনা মৈতৈ রাজবু সংস্কৃত খংবা সংসাবদা ভান কনখে, মৈতৈ সাহিত্যগী চহি চনি-বান হেন্না মাংকনবগী থংহনা লৈবা পুকেদা শিংথাবদা লেমজবা লাইবিক চামতং য়োনা তাপচনব ভুমখিদে। অপেংনা কাইরবদা ঐথোইগী সাহিত্যগী মথাই চনবা খুদকা অরোইবা মতাং হাইগদা মহারাজ গম্ভীরসিংহনা পানবদগীনা ইংরেজনা মৈতৈগী য়োংহি চনবা ফাওবগী মতম অসি—ঐথোইগী পুরাণ মৈথাবা মতমনি শান্তিদাস গোসাইনা অয় ওইবা গুরু গোবিন্দ থোংনাংথাবনা মাহ ফীকক খুম্বা মতমনি। ইংরেজগী য়োংহি থাদোক্লবা, মানং অম্বা ভারতকী মচেং ওইরবা মণিপুরনিদা থাইবরকই। অতুবু শান্তিদাসনা চুবম্বা মৈ অহু থুগংনবদ তাংনদ্রে। ঐথোইগী অরিবা সাহিত্যগী মণিমুক্তা পুনশনমক লৈকাং চাহন্দুনা, পত্থুনা পুমহন্দুনা মা হল্লিবা অসিন - শান্তিদাসনা মৈথাওনা মা হনবদা হেন্না শাথিনা মা বা হেল্লিবনি।

মণিপুরগী থাইন॥ মণি মুক্তাশং অসিবু ভাংদক নাইদনা চান্নীবা মৈরি অসিদংদা কদোইগুম কন্নগব ?

ঐথোইগী সাহিত্যগী মরাই চনবা যুগকী লোইরমদাই মতাং শু ১৭০০দগী খৃঃ ১৮০০, গরীবনিবাজনা পাংথৌবা নাতৈ থংরেল্লবা মণিপুর (লৈবাক কাংবা) অসি ব্রজবালা অমসুং সংস্কৃত সাহিত্যগী অকনবা ইথক অমা চংলক্লুনা মৈতৈ সাহিত্যগী কাব্য কুঞ্জ, শকতম হোংলকপা মংমনি ওইরব মথক্তা পঙথরে। নিথোনা মখোং শোমংলুনা চংশিন্নবা মপান॥ সাহিত্যশং অসিনা ঐথোইগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিদা কবি অকোইবা, অভোরা, অফবা পোকহনবগে হাইবা রেংশনবা পুংচাইগনি।

## সংস্কৃত সাহিত্য

"অরন্যশোভনং দৃষ্ট বিবধ কুসুম মণ্ডিতং
শঙ্কর কল্পিত স্বর্গাদবন্য নগরং ততং
পার্বতী মেখলা তত্র বিশ্বভক্তি সমন্বিত
তস্মাত্তদ্দেশতঃ সংজ্ঞা মেখলী পারকীর্তিতা
ততোক্রীডাং সমালোক্যসর্ব দেবাধিযুক্ষুতা
কএাবন্যে মহাবাদ্যে পুষ্পবৃষ্টী মুহু মুহুঃ
অনন্তবদনস্তত্রসমাগত্য ভূদ গ্রত
প্রকটয়ন ফনীস্তত্র মনস্ত স যথাসুখং
মণিমালা অনা যুক্তাং মনি নাগ পরিব্রাজনাং
মণিপুরং ততঃ খ্যাতং ততোনান্যাদ্বি ভারত॥

শ্রবণী সংহিতা।

সংস্কৃত সাহিত্যগা মৈতৈ সাহিত্যনা লৈনবা মরিদী খৃঃ মাং চহি ২০০০বোমগী মমাংদগীনি। অহানবা লৈনবা মরিদী কয়া চেংথিদে। ঐখোইগী সাহিত্যগী মথাই চনবা যুগকী মতম লেপ্পা মতাংদা হিরম অসি থবা ঙমগাইনা লৈনপ্রে। যুগ অসিগী লোইবম দাইদা মরি অসি নিংথিনা চেংশিনখ্রে, মৈতৈ পণ্ডিত বাম্নশিংনা সংস্কৃত সাহিত্যগী লাইরিক হবা, মখোইগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপদা নকনা, সংস্কৃত লাইরিক হৈবে। মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা হৈবা সংস্কৃত লাইরিকশিংগী মমিংদা, থবনী সংহিত, শিবঞ্জা মমিং পনবা তাই। মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা সংস্কৃত লাইরিকশিংগী মথংদা বাল্মীকীগী রামায়ন অমসুং ব্যাসকী মহাভারত, ভাগবত পুরাণ, বিষ্ণু পুরাণনচীবা মমিং পনবা মতিক চাই। শ্রীযুক্ত যমুনা সিংহনা মাগী Report on The Archeological Studies in Manipur কৌবা লাইরিকতা চেনা ৯৩দা হিরম অসিগী মবমদা শমলপ্পা পাই। সুরিগী গ্রন্থ কয়ামু মৈতৈ-লোন্দা হন্দোকই। আসামগী কবি শংকরদেবগী পদাবলিবাঙদা হিতা অমা কংলকপগী রাজকুমার ভুয়ান মাগী Studies in Assamese Literature কৌবা লাইরিকতা চেনা মপদা শিথারি। ঙংবংকী নাগা শাস্ত্রগী মতুংদা জগোইগী মবমদা হৈব লাইরিক সংস্কৃত সাহিত্যদা খোকথিদ্রবদা খৃঃ ১৭৭২দা ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা মহাকুক্তা শ্রীকৃষ্ণরাস সঙ্গীত কৌবা লাইরিক হৈত্রনা জগোইগী লাইরিক তাকলুবা সংস্কৃত সাহিত্যদা জগোইগী খাওরবা লাইরিক অমা হাপচিনখি। ভাগবত পুরাণ অমসুং গীতগোবিন্দ মৈতৈ যুমপোং পদোং মৌনখ্রে। চহি চা কয়াগী মমাংদগী মৈতৈ সাহিত্যনা সংস্কৃতকা লৈনরকপা মরি অদু ঙহোক্কা চেংশিনরবা মতম মৌরে

## ব্রজবʼল সাহিত্য

ভক্তিরসকী অমোব ইথক .কারিবা মণিপুরগী তম্পাক্তা ভাগবত পুরাণ, গীতগোবিন্দনা পঞ্চেনবা ওইথখনা, শʼইবিক অনি অসিগী শাস্ত্রদা চাওখৎলকপা ব্রজবলি সাহিত্যসু মণিপুর তম্পক পাংলক-পদা লাইনা থোকখি। প্রার্থনা সঙ্গীত কয়া, কোলিগী ইশৈ মথক মথেল, পঞ্চেনবা, বাশকগী ইশৈ কয়া ব্রজবলি সাহিত্যগী অরিবা কবিতানা ওইখি।

ভজন সঙ্গীত—নমঃ নম তুলসী মহারাণী বন্দে
আকোয়দরগি অথুনাকে ফুলনকিবে ।
পঞ্চেনবগী ইশৈকা মাও মাও বলিবে, চাঁদ মুখন তুলিরে

অসিনচীবা ব্রজবলি সঙ্গীত মৈতৈ ইশৈ সংসার য়োরকখি।

“মৈতৈ মনে তম্ব হেতু'ই মরিম শিংশাং” কহেয়রবগা লোই-ননা হাইনখি। মৈতৈ মকোক্তা তমঙনা, মখাতা থাতুনা, মীপান ভাংজুনস্তা পুইনা মৈতৈ সাহিত্যকারশিংনা লৈখিদে। ব্রজবলি নিংথনা তৈহুনা ব্রজবলি লোন্দ অচৌবা ইশৈ শেমজনা মাʼইপাক্লা শকপা ঙমখি। মকোশাদগী তৌজিক কাংবদা ব্রজবলিদা শরুরিবা ইশৈশিংগী মরুংদা মৈতৈ ওঙ্গাংশিংনা .ল বা ইশৈগী শকক মতিক চানা যাউই।

## বাঙ্গলা সাহিত্য

ব্রজবলি সাহিত্যগী অকনবা ভক্তিরসকী ইথক অতৌ ইগোয় কয়া বাঙ্গলা সাহিত্যদসু য়োখি। বাঙলা সাহিত্যগী পদাবলি অমাখদি ব্রজবলি কবিতাগা শেপবা উদে। অশে লা কায়রবা তারবদী,

# মৈত্রবাক্কী লৈবাক ঙাকলোন

## ১। অপুনবা শক্তমগী পৌরপ্পা বারোল

মৈত্রবাক্কী সভ্যতাগী য়াম্না ভুম্নিংউবগীনা ইংরেজগী মখা পোক্লিংই ভাওবগী শা লবা চহি চা কয়া না থানবা মতম অসিগী মমাংদা ঐখোয়গী লৈবাক ঙাকলোনগী কাংলোন পথাপশিং অসি শকলোন কয়া ওইনখ্রে, নিংথৌরোল কয়াগী চাক্তক্তা অনৌবা চাপচিনবা, কাংলনব লোথোকপা, চায়ৈনবা শারেপ অঙক্ত মতম মমম অমগী চাম্নবা শিনবনচিংবা শোংনবা শেমজিন লৌশিনবা মতাং কয়া লৈখ্রে। লৈবাক ঙাকলোন পথাপ্পা ভোংদোক ভোংজিন তৌখিবা মতাংশি অসিনা শকঙ ঙাকপা ঙরাইবা শঙ্কা নত্তে, পবন্দ অসিনস্ত শিঙ্গা অসি নিংবা মনা পাখৎকপা ঙমদ্রে। অতৌব ঐখোয়গী লৈবাক ঙাকলোনগী কাংলোনশিং অসিগী শকক থবগী শকঙ ঙাকননবা, প্রবন্ধ অসিনা ভোংনর। লেখ অসিগী অহানবা ভাগ অসিদা লৈবাক ঙাকলোন পথাপকী অপুনবা শক্তমগী পৌরপ্পা বারোল থবত হায়রি।

### নিংথৌরোল

"লৈবাক অমা নিংথৌ অমা" হায়বা ৱাহৈ অসিদগী য়েংলবদি মৈত্রবাক অসি লৈবাক কয়ানা পুল্লগা শাবনি হায়বা কনেই। অঙোম নিংথৌ, খুমন নিংথৌ, মোইরাং নিংথৌ, লুৱাং নিংথৌ, ভোঙ্গান ভোঙ্গানবা লৈবাক্কী নিংথৌনি। নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অসিনা ভিনগা মৈত্রবাক ওই; মথোয়গী নিংথৌশিং অসিনা মৈত্রবাক্কী নিংথৌরেলগী মখাথাব। নিংথৌ ঙাকনি। শেকপীন মথোল মাপল, থাকন মথোল

মাপলনা মৈত্রবাকী নিংথৌরেলগী সম্পাদ তৌবগী অকোইবদা লৈরে হৈ. থাকল অমনা চাওঁগী লমদমগী মপুনি (১), অমনা চকপশিংগী লৈবাকী মখুত্তোনি, অতোপ্পা ফাওবদৌ অমনা পলাই ত্তরেংকী লৈবাক ত্তরেংকা লৈপু-রেলনি হায়বা ত্তাকপনি। থেম্ম খেম্মবা লৈবাকশিংগী মপুনি থংনবা থাকল অমসুং শেকপীনগী মথৌ কযা লোংলিবা, মাগী থৌরাংদা য়েক ৯গী মচু মাপন্না তিংলিবা, মপান লোংবদা লৈবাকশিং অসিগী নিংথৌনা মাগী সেবা চংলিবা, মথৌবনা মওংদা লোইপোং কাংবা, অমসুং মাগী লোইশংশিংদা অত্তুবা ওইবা অংসনচিংব থীবম বয়া অসিন—মৈত্রবাকী মখুত্তো অসি নিংথৌরেলনি, মথাথাদা নিংথৌশিং লেপ্লান হায়বা তাকচৈ। নিংথৌ-রেলনু মৈথু, কেই। কম্বান তৌ লবা মত্তুংদা অনোবা মিং অমসু কৌনৈ ; মচুবু কম্বান মি লেল কোই।

নিংথৌরেলন কেন্দ্রীয় সরকারগা মকোকনি। অত্তু লৈবাক চাকপী চুপলিংদি মৈথৈদ্ধ মাপুংমরা থাকপে নন পাইখিদে (২)। কন্নাইব-শিংনা কেন্দ্র সরকারগী থবক চম্মক পুখি, চৌ পুবোই ত্তমপুরোট শুনা তিন্নবদা, লৈবাক বাংথাক অচোবগী বারেপ তাম্নদা তিন্নবা মীতিন্দা, লৈবাক ওাকলোল, বায়েল চৈরাক কাংলোল, চংনবেংল শেম্বা, কোংবা কাপচিনবনচিংবা থম্নবদা নিংথৌরেল মাওই। কেন্দ্র সরকার, প্রান্তীয়

(১) চৌ গী লমদমদা লৈবাক কম্না লৈরি, লৈবাকশিং অসি থুক্কং থম্মনা পুলগা শাই, মথৌম্নগী নিংথৌম্ম হাপ্পি। অত্তু পুম্মক অসি পুম্না চাওংগী লৈবাক হায়না থংনৈ।

(২) The Centre of the State was the Raja (Emperor) he himself took no direct part in the administration of the State except on formal occassions when he presided over the Darbar.

Hudson – Meitheis—Page 60.

সরকার অমসুং গ্রাম পঞ্চায়েৎ সরকারশিংগী লোইশং পুখমক্তা নিংথৌরেলগী তাংবল অমসুং শ্রীবিষ্ণুগী খুদা থাই।

নিংথৌরেল অসি শ্রীবিষ্ণুগী শায়োননি হায়না চৎনা থাজনৈ। মৈদিঙ্গুনা কোমুৎ বাংমা লান্না মাথোং লেংবা তারবদি, শ্রীবিষ্ণু শাগোম্নদবা য়াদে।

## ফম্নাইবা

ফম্নাইবশিং অসি শেল ওইনা তলব কংদে। কম ওইবগীদমক মথাদা উংলিবা খুদোংচাবশিং অসি মপোম্নদা সরকারনা পী:—

(ক) পজেং:—ফম্নাইবশিংদা সরকারনা পজেং থেংপি। পজেংশিং অসিগী মওং, মশিংসু কমগী নেম্বা বাংবা মতুংইন্না থৈম্নে।

(খ) দোলাই:—ফম্নাইবশিংদা দোলাই পীনৈ; দোলাই পুননবা মী মরিম্সু সরকারদগী কংই। অচৌবা ফমনাইবশিংদি দোলাই কৈনা তোংবা য়াবগী খুদোংচাবা কংই।

(গ) পে:—চথোক চংশিন্দা পে থানবা য়াবগী খুদোংচাবসি অচৌবা ফম্নাইবশিংতনা কংই।

(ঘ) থামেন চংপা, লমথাংপুলক, রেশমকুরিৎ, মাকোঙে, মাখুজী:—মশক নাইবা কম্নাইবশিংদা হায়রিবা খুদোলশিং অসিগী মচুংদগী থম্না নত্রগা পুম্নমক পীনৈ।

(ঙ) থুমথোং, পাং:—অপাম্নবা কম্নাইবশিংদা খুদোলশিং অসি পী।

(চ) লোচা:—ফম্নাইবা পুম্নমক লোচা কংই। কমথেম্নবা মতুংইন্না লোচা অমদা চনবা লোপম্নিগী মশিংসু থৈম্নে। লোচাগী কোথোক পুম্নমক লোচাগী মপুনা কংই; মচুগী শরুক থম্না সরকারনা কান্দং (থাজনা) ওইনা লৌদে।

(ছ) খোংলোই :—কয়াইবশিংগী মশা ঙাকশেনবা চখোক-চংশিন্দা শগোয়নবা সরকারদগী খোংলোই কংই। খোংলোই অসি মথল কয়ামুক খোক্কা থাইদোকই। মথলশুনা হায়নবদি ঙময়ি; অদুবু লোইল, খমিন, হাইজ, অমসুং চংচ কৌবা মথল মখিগী মমিং লেখক অমনা পীরমই (৩)। মঙাগুবা মথল অমসু লৈরি; মদু নাইল হায়না খঙই।

(জ) ফক্কোপ :—অচৌবা কয়াইবদি ভোঙানবা কমকমদা কমই; মসি ফক্কোপ কৌই। অতৈ কমনাইবশিংদি কোয়ফালদা কমই।

(ঝ) ফরাংজী কীদা :—কয়াইবা অচৌবা খরদি মশাগী ফক্কোপকী মথক্তা ফরাংজী কীদা অসি থাই। কীদা অসি পুননবা ভোঙানবা খোংমী অমা সরকারদগী কংই। মাবু থাবুবা ৭ক্রশ। য়ায়া নোপপুকপা হাইদনা খাবুনাই কৌই।

(ঞ) লান্নী :—কয়াইবশিংগী মশা কয়নবা, চখোক-চংশিন্দা শেয়বগী থবক তৌননবা সরকারনা মথোয়দা লান্নীসু পীরৈ। অচৌবা কয়াইব-শিংদি শেয়নবা লান্নীশিং অসি মযুমদা শাগোয়না থম্বা, চখোক-চংশিনগী মতমদা লোলাইগী মাং থাত্নুনা পুবা ঙমগী শাঙলসু লৈ।

শেপ ওইনা ভলব পীদবা মথক্তা পনখ্রিবা খুদোংচাবশিং অসিতা কংবা লৈরবাকী কয়াইবশিংনা লৈবাক নিংথৌদা মশা য়োংহোকই অমসুং সরকারনা শিন্নবা শিন্থা পাংথোকপদা মপবাই ফাওবা কংলি। সরকারনা পীনবা খুদোংচাবশিং অসিদগী অহেনবা কখিনু পামদে।

(৩) Some officers are entitled to Loils, that is a follower. The technical terms of the followers of a great man are—Loil, Khemin, Haija and Chatcha.

Hudson—Meitheis—Page 152.

লৈবাক নিংথৌন পীব ডম্বা খুদোলশিং অসিদা পুমপেল পেনজরমই, পীনবা খুদোংচাবশি অদু শনা কংদবা যমনাইবনা মংবা য়াবা খুদোলশি অদ্র শুনা ননব অমসুং কুম থাল কানবনব মপৌনা, লৌশি অমসু মপাঙ্গলনা লেঙ্কবা (চেথং থাদেন শিংথই h)। লৈবাক নিংথৌনা পীনবা শিম্থা মাইপাক শিংলোইরণা কম থাদোকবা অদুবনা শিবদা সরকারনা কৈবিমল থংবা উপা অমসুং মাগী অরাবা থবক-শিংদা পেনবা কোংদোকপা ওইনা অশিব মশা অদু পোংলোইনবা কাইরেল কাইথাও পাইনে অমসু হিংলি ডু মকমনস্ত মাগী মথানা অমসুং অপানবা থবকশি অদু নিংথৌরেল পুষা, নাইরনচিংবদা চনথংলি।

যুবরাজ কোইরাল, শাংগাল ওঙ্গব, থানু ওঙ্গবা দোলাইচেরাই কঙ্গবা মচিংবা চাওবা যমাশং অসি নিংথৌরলনা মজা ইবু ডাশিংবুতা ওইহল্লি কাথবা মত অমা লেথক অমনা পীরি। মজাই থেডো য়ায়া লৈবা নিংথৌ বলনা হাকুক্তা মজাইবুংডোশি মরলে নিতিক চাবা য়াওরকপা থোকবদি মথোয়দ হমশি অসি মওংদ থর হনা যাউই। যুবরাজ কৈব দম অসিদি মজা ইবু ডা অহলনা ওই। মসি নত্বা

(৪) One part of the Manipuri system ever struck me as very admirable (and I tried always to encourage it) was the system of rewarding services by honorary distinctions. The permission to wear a peculiar kind of turban coat, or feather or to assume a certain title was more valued than any money reward and men would exert themselves for years for the coveted distinctions. It is charming to see such simple taste and aspire no higher than to do one's duty and earn approval of their fellow creatures

—Sir James Johnstone, K. C. S. I.

My Experiences in Manipur and Naga Hills—Page 142.

সেনাপতি, কোতয়াল, শামু হঞ্জবা, দোলাইরোই হঞ্জবা, শগোলহঞ্জবশিং অসিদি নিংথৌরেলগী ঈ নত্তবা, নিংথৌমচাসু নত্তবা, মতিক চাবা অয়াম মচাশিংনা ওইথিবগী লেংবা য়াত্রবা প্রমাণ কয়া ঐথোয়গী ইতিহাসকী ললিতৈ মতম অমসুংময়াইচনবা যুগকী শক্তম তাকপা পুয়া কয়াগী চেনাদা তোইনা থেংনৈ। যুবরাজ নত্তবা মথক্তা পনখ্রিবা ফমশিং অসি নিংথৌরেলগী ঈ অমসুং নিংথৌ মচাতদা হাপকনি হায়বা পথাপ অমা মৈত্রবাক্কী লৈবাক ঙাকলোন্দা য়াওদে (৫)।

## মন্ত্রী সভা

মন্ত্রী হায়বা বাটৈ অসি মৈত্রবাক্তা য়াম্না ললিতৈ মতমদগী থংনরকই। কেন্দ্র সরকার, প্রাদেশিক সরকার, গ্রাম পঞ্চায়েৎ সরকারগী লোইশংশি পুবা ফম্নাইবশিংগী কম থরস্ত মন্ত্রী কৌই। বাকম অসি প্রবন্ধ অসিগী মন্নুংদা অচাবা মতাংদা পনখ্রে। মন্ত্রীপুখ্রি, মন্ত্রী থোংনাং, মন্ত্রীময়ুম, ইপুমন্ত্রা বাচুমশুবা অসিমচিংবা বাহৈশিং অসি মন্ত্রী আনন্তশাইগী মতমতদা শক্ত শোয়রকপা বাহৈ নত্তে। মাগী মমাং চহি চা কয়াগী মাংদা পুয়াদা চনথংখ্রবা অমসুং মাগী মনাংদা মন্ত্রী ওইথিবশিংগী কোলোই, মথৌনা শিংথাবদা পনখ্রবনি। থোংলেল

(৫) His [Emperor's] sons held important offices, the eldest bearing the title of Jubraj, the next that of Senapati, then came the Kotwal or head of the Police, then such offices as the Sagol Hanjaba [master of the horses), Samu Hanjaba [master of the elephants] the Doleiroi Hanjaba [master of Dolei's]. All these officershad seats on the Chairap, the highest judicial body in the State. But it was not necessary that they should be members of the royal family."

Hudson—Meitheis—Page 60.

চাওবা নোংখোম্বু মন্ত্রী কৌই ; মখোয় অসি নত্তবা মন্ত্রী কয়াগী মফিং পন্দুনা মখোয়গী মতিক মগুণ শকপনা নৈনরিবা থাকমগা মতাং চানদবনা, থা থাপা ওইনা লায়রিবা থয়া অসিদগী মথা তাদ্রে।

প্রবন্ধ অসি কেন্দ্র সরকারগী শক্তম তাকপা মতাংদা, নিংথৌবু ঙম্বা অঙম্বা, দোলাই কৈনা কো বা কয়াইবশিংগী ফমগী মফিং পীরি। মখোয়বুতা অঙম্বা কৌবা অতৈ ময়াইবশিংবু অঙম্বা কৌদবা, অমসুং অথৌবতা লায়রিবসি থাম্না অর্থ লৈবা চংথোম্না পংথৌ থাইবা মিংঙৌনি। মন্ত্রী লায়বা থাকগী অর্থ অসি "অঙম্বা" লাবনা থঙনবা থাকৈ অসিনা কোংদোকই। মৈত্রবাক্কী নিংথৌরেলগী মন্ত্রী সভাস্ত দোলাই কৈনা তাংবা অঙবা কুম্হু তমদোই অসিনা পুল্লগা শাই।

## আইন সভা

থাইনগী সাহিত্য কৌবা প্রবন্ধগী মচুংদা, লৈবাক থাকলোলগী মরমদা ইবা থাইনগী কোন্বেকশিংগা শক্তম তাকপা মতাংদা, মৈত্রবাক্কা আইন সভাগা থারম পনথ্রে। ফমদো লাযবা থাক অসিনা ঐথোযগী যুগতা Legislator নত্রগা Member of Parliament লাযবা থাক অনি অসিনা থংনরিবা অর্থ অসি কোংদোকই। ফমদো ৬৪ লৈরম্মী, মখোয় অসিনা পুল্লগা আইন সভা শাই সভা অসিগা তিন্নযম শং লৈরম্মী ; মচুবু ফমদোশিংলেন কৌই।

নোংদা লাইরেল পাগংবগী মাহাক্তত্তা, খৃঃ ৩৩দা ফমদো ৬৪না মকোশাগী চংনরোল, লৈবাক ঙংবলোল, লাল্লুপকী পথাপ, থাথোক্কী থারেল কাত্তি থাননবগী কাংলোল মতম অতুগী অচাবা মচুংদা শেমদোক শেমজিন তৌথি অমসুং ইত্তুনা থনমই, মচু মশিল কৌই। নিংথৌরেলশিংগী হাকক্কা ফমদোশিং লেপ্পবা শেমখিবা লৈবাক থারেল থৌনিরোলশিং অসি অযুক পুমপন চুনশিন্দনা, খৃঃ ১১৭১দা লোযঙ্গা নিংথৌরেলগী

মতমদা, চায়নবা লোথোক অমসুং চংগদবা লাপচীন তৌতুনা মও চানা লেপথোকখি, মসিবু লেংহুনা শিল্লেম কৌই। তৌজিকী মতমগী আইন সভানা তৌরিবা শিল্লা অমাবা মহৌশাগী কমদৌ শংলেলন তৌরমী। ঐখোয়গী খুংকী আইন সভান প্রজাগী মীহুৎশাকী মীতিনশং ওইবা, কমদৌশ লেনা কমদোশিং। মরুংদা এজানা খনবা মীহং যাওবা—কীভর অনি অসিনা থেম্নবা লৈরবস্থ কমদৌশংলেন অসি আইন সভানি।

মীথল লেপ্পবা, মীহুৎ খনবা ( election ) অসি থাইনহৈদা লৈরবাক্তা অ নৌবা নতে। গোরশ্যামবু নিংথৌরেলনি কবনুনা লৈবাক অনিশি নিংথে ১ না খনখিবগী (৬[ক]) মমা কাইনথংনগী মীথল লেপ্পবা, মীহুৎ খনবী পথাপ অসি লৈরম্বী অমসুং চংনরকই। কুপশিন্না ময়বা মিংয়েংদ লৈবাক অসিদা চংনরকপা মীথল লেপ্প অমসু মীহুৎ খনবগী মওং অসি direct electionগী মওংমক থাদ্রবস্থ থাংজশেংবা indirect electionনকনি।

## লৈবাক ঙাকপা কাংবু অমসুং রায়েল কাতি থাবা কাংলুপকী মরক্তা লৈনবা মরি

লৈবাক ঙাকপা কাংব (Executive) অমসুং রায়েল কাতি থাবা কাংলুপ (Judiciary) অসিগী মরক্ত লৈনবা মরি শিংথাবদা, T C. Hudsonনা Meitheis কৌবা মানা ইবা লাইরিকী চেনা ৯১দা মথাগী বাহৈপরে অসি ইরি:—

"The line which in the State organisation divided the judicial from the executive functioneries, was so vague and

(৬[ক]) Abdul Ali—Note on the Early History of Manipur — P 4

গী য়োদনচিংবা মমি শিং অসি লৈয়মক্ষম পোক্তে, লৈবাক ভাকপগী চুপজি পাইবা কাংবুগী লোইশংশিগী মরক্তা তাওংথোক্তনা মা লমগদবনি।

[ঘ] কেন্দ্র সরকারগী মন্ত্রী মণ্ডলগী অহুম্বা থরনা চৈরাপ্তা কময়ইবনা চৈয়াপকী মনিং হুম্বা, তৌনি বত তৌবা শানিংবা য়ারেপ তাবদা কন্থ অপনবা লৈতে। চৈরাপ্তা কেন্দ্র সরকারগী মন্ত্রী য়াওরবস্ত, বাযেল কান্তি-শংলেন, কুচু পাঞ্জ, পণ্ডিত লোইশং, এক্ষ সংগানচিংবা চৈয়াকশংশিংনা লৈবাক ভাকপা কাংবু [executive] কী মীহুৎ য়াওদে।

## লাল্লুপ

মৈত্রবাকী সরকারনা লৈবাক মচাশিংদগী শেল, পোংথোকী শকক থনা অমস্তং লাল্লুপ ওইনা কাঙ্গৎ [থাজনা] লৌই।

শেল ওইনা লৌবা থাজনা।—পাও ৫। থংহনবগী দমক পাংশেল, উমং অমস্তং চৌ দগী উয়ংন শিজন তোংনবগী মতু, থুমহৌ দগী থুমগি পীবগী-দমক থুমোলনচিব থাজনাদি শেল ওইনা লৌই।

লাল্লুপ ওইনা লৌবা থাজনা — শিল অমদা শিল্পাকবগী অবামলনা থাজনা ওইনা সরকারদ পীবগী পথাপ অসিবু লাল্লুপ কৌই। মসি মরুওইবা থাজনানি, চহি করাকয়েং অমম্ত উমফুগী পনথৈ মম্লুংদা চনবা মুপা পুমনমক্তা লাল্লুপ কাই।

লাল্লুপ ওইনা লৌবা থাজনা অসিনা শরাইদগী মরুওইবা থাজনা ওইবনা, অতৌপু মথক্ত লাল্লুপকী পথাপ অসিনা ব্রিংথোয়গী লৈবাক ভাক-লোনগী য়া লেল শক ওইবগী, মসিগী মরমদা বাইক অনিতং হেয়া পনবসি মতাং চাদবা থোক্লাই।

লাল্লুপ কাপদবা মতম :—চহি অমদা মুপা অমনা মুমিং ৮০নি লাল্লুপ কাই। চহি অসি কহি ৪০নী মুক ৮ তোকা থাই, মুমিং ৪০ নিগী

মতুপ অসিগী মতুংদা নুপা অমনা থুমিং তরানি লাল্লুপ কাই, তরানিগী লাল্লুপ পালি লোটরগা যুমদা কুমলক্তুনা থা অমা লেননবগী খুদোংচাবা লৈ। অম্মুয়া থা অমা যুমদা লৈরবা মতুংদ মথংগী মতুপকী থুমিং তরানিগী লাল্লুপ কাই। “লৈবাক নিংথৌগী তরানি, যুমগী থা অমা” না শাবা মতুপ নিপাল অসিবু নুপা অমন ঙাকই, “লাল্লুপসু কাবা রাশাসু চাবা” হায়বসি থোক্কনবা হোংলৈ।

লাল্লুপ মতুংদ তৌগদবা থবক:—কেন্দ্র সরকার, প্রান্তীয় সরকার অমসুং গ্রাম সরকারগী লোইশং অপুক রামলিবসি লাল্লুপকা পথাপ কাংলোন কাইদনবা য়েংজনা ঙৌবনি। লম অতোপ মকওইনা পাইনবা শিল পুমনমকী চান্নবা সরকার লোইশং লে। শিলমীশিংনা মাগী শিলগী মরি থোকপা লোইশংদা লাল্লুপ কাই, পণ্ডিগী থুমং তরানি অত্তু লোইশংদা লৈজন, মাগী খুংলোইজব শিল অতদা শিন্থাই। মশানা খুৎলোইজব শিলদা শিন্থবগী অবাঙল অসি নুপা খুদিনা লৈবাক নিংথৌদা খাজনা ওইনা কথোকই। নুপা পুমনমক লাল্লুপ বাই, লোই ওইরগনা লোইশংগী মরি থোকপ লোইশংদ, লৈ থইরগনা লৈশংগী থবকশুবা লোইশংদা লাল্লুপ পালি পুই। বামোন (বাহ্মণ), পাঙল, যাইথিবী অমসুং কাংলুপ খুদিংগী মেৎত পুমনমক লাল্লুপগী পথাপ কা লোন কাইবা ঙমদে, কাইনসু চংনদে। চাংহাওশংসু তেথম থোকপা লাল্লুপকী শিন্থা পাংথোকই।

খুন্দিন:—“তরেৎনিগী খুন্দিংদ লাকপনি, মাপলনিগী খুন্দিন্না মীগীনি।” অরিবা অচৌ য়াথংনি। লাল্লুপ পুরকপা লনি শুরকপা হুমিজা, পালি পুরবা মীশিংন নাম হুঙা শিন্থা লেপ্তরবা মতুংদা, লাল্লুপ চিংবগী লোইননা লোইশংদা থিনৈ। তিন্নবা অসিবু খুন্দিন কৌই। লাল্লুপ লোৎহোগদবা মীশিংগী মতুংদা কনা গুণনা হেনকদব। মরম থরদগী, পালি

ফুকৎপগী অবামল অড় "পানেমলা পঙ্গোলাং কাইবা" কৌবা পথাপ অসিগী মতুংইমা, অহানবা লাল্লুপ কুপথংপগী অরামলগী ভংথাই অমা হেম্না কংই ( ৬ [খ] )।

অকা অকুম থিংবা :—প্রাক্তীয সরকার নত্রগা গ্রাম সরকারগী লোই-শংদা লাল্লুপ কারবা কাংবু অমন, মথোয়দা শিন্নবা থবক লোইবা ভমদ্রবদি সরকার অড়না, নত্রবা সরকারগী চান্নবা লোইশংদা লাল্লুপ কাবা শিলমী বাইড়না, থবক অড় লোইশিন্ননবা লোইহ। খুংগং পা লরিবা সরকার অড়দং, খুংগ নোংনবা সরকার অড়না অচাব মতমদা খুংগ-লমল অমুক শিজিনি। খুংগং লোয়েংক লোপন তানবগী পোয়ম অসিবু "অকা অকুম থিবা" হায়না কৌই।

Sir James Johnstone ন মাগী "My Experiences in Manipur and Naga Hills" কৌবা লাইরিকী চেনা ১১৪ দা ইরি :—

"This system known by the name "Lallup" is often miscalled forced labour. It executed great public works for the benefit of the State. The system was a good one and when not carried to excess, pressed heavily on no body. It exceptionally adapted to a poor state sparsely populated. In such a state under ordinary circumstances where the amount of revenue is small and the rate of wages often comparatively high, it is next to impossible to carry on many much needed public works by payments. On the other hand, every man in India who lives by cultivation, has much spare time on his hands and the Lallup system very profitably utilises this and for the benefit of the com-

(৬ [খ]) পানেমলা হায়বগী মহুতা Hudson ন লোয়মদা হায়না লায়া ইরমই।

অমমমদা (প্রদেশতা) থমই। তুলিনী লুপ (Company) থরদা প্রান্তীয় সরকারগী কয়াইব য়াওই। মখোয়না লাম্নাগী তুলি অমসু লুপকী অচা অথক হুনবা, লৈননবা যুম-কৈ শাবনচিংবা থবক পুই (১)।

(গ) কৈ, লোই, থাইথিবী হাও, পোংশংবা, হিদাককানবা, অয়োকপনচিংবা কাংলুপনা তাবা প্রাদেশশিংগী সরকারগী থবক য়েংননবা কেন্দ্র সরকারগী লোইশং মশিং শুনা লৈ।

প্রাদেশিক সরকারশিং না মখোয়গী শিংগী পনককফম মতুংদা মনিং তৌনা থবক তৌজবা, মপুং ফানা Provincial Autonomy ফংবন চিংবা মও অসিনা ইংনবাকী সববাগী অসিং শকুম অসি Federal Form নি হায়বা ঙাকই। কেন্দ্র সরকারনা প্রাদেশিক সরকারদা মপুং ফাবা autonomy পীবনা, কেন্দ্র সরকার অসি শোইদা অমসু মপাদা শিংথাবিবা খুদোংথিবশিং অসি তাইনা লোকই —

(ক) অঙোম, লুবাং, শাং ইন্যাংমাই, চন্দনচিংব প্রাদেশিক সরকারগী লুচিংবা (নিংথৌ) শিং না কেন্দ্র সরকার মথক্ত নি পোৎয়েনবী য়ায়োক্ত তৌইনা লান হৌই।

(খ) লোয়ায়মদা লৈবা প্রাদেশিক সরকারশিং না মরওইন খুমন অমসুং মোইরাং প্রাদেশকী সরকারশিং, অব, থাগী অমসু তংথেলনচিংবা লৈবাক্তা লান্নারকপা মকমদা মশা॥ কেন্দ্র সরকারগী মখোয়না লংশেকপা অমসুং লান্নারকপ য়েরবশিং মতেং পাবা তৌইনা থোকই।

(গ) মশাগী খুদ খুদিংমক্তা লৈবা কৈবপ অমসুং শিংলুপশিং কনখংহন্দুনা কেন্দ্র সরকারগী তেজোলগী লুপ [Company] মুক লিংবা লাম্নাগী কাংলুপ শেমগৎপা হুবন প্রাদেশিক সরকারশিং না মরমদ পত্রা কেন্দ্র সরকারগী তেজোলগী তুলি [Regiment] ব মাইথিবা পীনা কাংলোকপ হুমই।

---

(১) Hudson—Meithers—Page 62.

অসিগুম্বা ফিভম অসি থুমন লুনা, অপোম, মোইরাংনচিংবা প্রদেশতা, থোইদোক্লস্ত মোইরাংদা লোইন তাই (১০)।

---

## ২। কেন্দ্র সরকার*

নিংথৌরেলনা কেন্দ্র সরকারগী মকোকনি। বায়েল থৌদাগী থবক্তা মৈদিঙগী মতং পানবা অঙ্কা ৩৯ লে। অদুগুম্বিং অসি নিংথৌরু ঙম্বা অঙম্বা কৌনি, দোলাই কৈনা তোংবা চাবনি। কেন্দ্র সরকারগী য়ামথৱা শিপা পুরিবা, প্রাদেশিক সংকার্যশ গা লুমথবা থৌদাংগী শরুক য়াবিরবসি মখোয়নি। মখোয়না চৈথক ভুইথবনা "নিংথৌ নাকোং ফরাং পেংনা" হায়রবনি। মখোয়সু নিংথৌ পাঙমবা কৌবসি মতিক চাই। মৈত্রবাক্কী ইতিহাসকী নিংথৌশিনবা নতৌ নিংথৌশেম্বী মতম ইবা চেনা কয়াদা মথোয় কেনখোপনা পোমখোং চবা কাই।

---

(১০) "The Moirang tribe preserved a fair amount of independence upto the advent of the British authority and from the chronicle it is clear that their subjugation in the great battle of 1413 A. D. failed to suppress completely a sense of separateness which their remote habitation and comparative homogeneity enhanced as time progressed and as the difficulties of their rulers in creased—"

Hudson—Meitheis—Page 59.

* মতাং অসি পনিবা লোইশং অমসুং নম্নাইবশিং অসিগী মপুংদগী থরদি Hudson গী লাইরিক্তা য়াওই, অহেন মশিল লাইরুপ, শিলেমনচিংবা পুথংনী লৌবনি।

অনমশংগী তম্পাকয়ুম হল্লবা, নাইজ লোইশংগী তখেলহনবা, ময়াংহনবা, কবোহনবা, তেথাওহনবা, অঙোমহনবা, কৈফা লোইশংগী নাইজহনবা, লৈমা শেনবা লোইশংগী মেৎলংবা, পনম নিংথৌশেনবা লোইশংগী শেনাকখনবা, তখেনপুং মৈবা, চিশংগী চিক্লহনবা, হিনাওবা, লাম্মী লোইশংগী সেনাপতি পনবদা মতিক চাই। মৈদৈ লাংবনা লৈগু থি। তখেলপুং মৈবনা মৈদিঙুনা শগোলকাংজৈ শান্নবদা তোংগদবা শগোল পুথোক পুশিন তৌই অমসুং শান্নবদা চনবা পাঞ্জন মশিং তাকপা ওইনা কংশি থিংই।

মণক্তা হায়খ্রিবা লোইশংশং অসিগী থৌদাং অমসুং শিস্তা মপুংফানা তাকপসি অতেনবা প্রবন্ধ মচা অসিদা নিংথিনা য়াদবনা, মরুওইবা থবগী মশিন, থৌনিরোল শমলপ শমলপ তাক্লবা হোংনরি।

লৈম-শেনবা লোইশং:— মসিনা লৈ-থিবা, লৈমাশিজশিংগী অকে অমৌগী ফিজেৎ লাংই।

বাংমনাই লোইশং—শগোলশংদগী অনাবা শগোল পুম্মক বাংমনাই লোইশংদা পীথরকই; মসিনা অনাবা শগোল অচ ফননবা মেৎলগা শগোলশংদা অমুক পীথি। লোইশং অসিদা মরু ওইনা লাল্লুপ কাবা শাগৈদি থুমহেম অমসুং শগোলশেমনি।

অনমশং—লোইশং অসিনা দোলাইপাবা [পাওচংপা] অমসুং কেয়ানীগী থবক তৌই।

অয়াংবা লোইশং—মসিনা ঘী, থাও, থোং থাক্লনবা কোল্লিক পামৈ।

অমেৎপা লোইশং—শা-লালগী পাও তাকপা ওইনা লালপুং থিল্লি; পুংজাও, শরিক, শেল পামৈ। মতম খংননবা পুংজা খুদিংগী পুং মৈবা ময়ম্মা লোইশং অসিবু তানমৈবা শংমু কৌই।

নাইজ লোইশং—মৈদিঙুনা য়াকোয়ুংগী মপান্দা য়াখোং লেংবদা লোইশং অসিনা নিংথৌরেল শাগোমৈ।

য়ুমজিলোই— মসিনা নিংথৌগী মা শঙ্গাই অমসুং মা কোন্নুংগী লাইশংশিং শাই।

মৈফেংবা লোইশং—লোইশং, অসিনা নিংথৌ শঙ্গাই অমসুং মা কান্নুংগী লোইশংশিং মরামন্ত তৌই।

শঙ্গাই শেনবা লোইশং —মসিনা য়ুম-কৈ শাবদা চবা লি রা, পৈস্না, থৌরি পুম্নমক লাই।

মনাং উশং—উম পান্ন।

শিংজাবোই—লোইশং অসিন য়ুমশাবগী থবক পাই, শাবা চংবা মচাক লাই।

থৌবান্দোং—মসিনা চন্দু শাবা লাই থুপশং (মক ওইনা চাই-রল অমসুং শুংগা) মরি লৈবন। মথোয়দা চন্দু কথাম, থকং নম্বীনচিংবা লোপঙ্গুনা লেইশংদা থমই

শিলি ওংচশ — লেইনা লাল্লুপ কাবা লোইশং নি। লোইশংং অকৈনা, লোই থুঙ্গা শির্মীগী থবক চংগদবা লৈরবদি, থুংনাইবা অমসুং শিঙ্গাশিং অ, লাইশং অসিনা অন্ত লেইশংদা থাই।

শ্রীগোবিন্দা সেব চবা লোইশং শিংগী বা মথক্তা কাবথ্রে। হাকথেংননা গোবিন্দজী সেবা থবক তৌরবসু, মথাদা পীরিবা লোইশং শিং অসিনা গোবিন্দ সেবাদা মতেং পাই:—

১। পঞ্চসভা:—ধর্মগী মরি লৈনবা অথোইবা তুমিং খুদিংদা, পাঠ, পূজা তৌননবা সভানা রত্নশিং থাই।

২। "কৈ" শিংগী (হায়বদি মথোয়না লাল্লুপ কাবা শঙ্গাইশংলেন— চংশাংপাং, বাংবন, নিংথৌথাং, খিচৈঙ্গেনচিবা কৈ পুল্লদগী লাল্লুপ কারকপা থুগাশিংনু লোইশং অসিনা, শ্রীগোবিন্দগী সেবাগীদমক তৌকম থোকপা শিং থাইবা, কোল্লিক কেংবা, ফৌত্তবনচিংবা শিঙ্গা পাইননবা থাই।

৩। পালা লোইশং :—মসিনা গোবিন্দজীদা ইশৈ থগ্নবা, পালা অহল, পালা নহা, পালা মাইমা, মা পালা, সেবক পালানচিংবা পালাশিংমু থাই। লোইশং অসিনা রামজীপ্রভু পালা, মহাবলী ঠাকুর পালা, কালিকা দেবী পালা, অদ্বৈতপ্রভু পালা, কামাখ্যাদেবী পালাশিং অসি লাইশিং অসিগী সেবাগীদমক থাই।

---

# ৩। প্রান্তীয় সরকার

ঐ ংবক্তা লৈবক্ষা প্রান্তীয় সরকারশিং অসি লমদম অমন্ত মতুংদা লাব মা, কা মুপ শিনকম মতু ইরা মওং, মপাঙ্গল থগা থগবা উগান। লৈবাক রাবেন খুদা চাগবা মৈংবাক অসি মথাদা পীরবা লমদমশিং অসি লোননা থাইদোকই :—

(১) পানা থোকলবা লমদম, (২) লোই চায়না থংনবা কা মুনা তাবা লমদম, (৩) "কৈ" কৌবা কা লুপনা তাবা লমদম, (৪) তেঙ্গুন কৌবা কাংবুনা লৈবা লমদম, (৫) পাংগলশিংনা তাবা লম, (৬) কুঙ্গা নাই চায়না থংনবা কা লুপনা কোনবা লমদম, (৭) মাইপর্বীশি না খুলিংবা লম, (৮) লমময়োন, (৯) লোমাবম, (১০) চাঁ মীনা তাবা লমদম। লমদমশিং অদুদা প্রদেশিক সরকার লৈ, অপকপা লমদনা প্রান্তীয় সরকার অমত্তা. অচৌবা লমদনা অমদগী লৈনবা প্রান্তীয় সরকার লিংই।

পানা থোক্লবা লমদম :—লম অসিদা পানা মরি লৈ, মথোয়গী মমিংদি অহলুপ, নহাকুপ, থাবম অমসুং লাইকম অসিনি। পানা খুদিংদা প্রান্তীয় সরকার অমমম লৈ। পানা থোক্লবা লমদমদা লৈবা মীমু অখোংবা মৈতৈ চানবী কায়না লৌনৈ; সমাজদা মথোয় অসি ময়াই চাইগংনি; অরাংবা থাক্তা থমনৈ।

ফুঙ্গানাই কৌবা কাংবুনা খুন্দাবা লম :—লমদম অসিমু অনিথোক্লা খাইদোকই, মখোয়গী মমিংদি চিঙদাক ফানবা অমসুং পোৎ শংবা কৌই। লমদম অসিগী খুঙ্গাংশিং অসি মৈদিঙ্গুগী মনাইনি। পানা থোকলবা লমদমগী মীশিংগী মথ দা, ফুঙ্গানাইশিং অসি, সমাজদা পীথম থোকপা ফীভম অদু পীনৈ।

কৈ কৌব কাংবুনা ভাবা লমদম :—লমদম অসিগী খুঙ্গাংশ বু কৈ কৌই। কৈশিংগী অবে ইবা খুলশিংগী মখা দা—নি গথোং, খাঙবোক নাচৌনংচংবা মমং পনবা যাই। লমলোইগী অচ নবাইকনচি বসি কৈশিং না ভাবন্দা লমদমনি। ফুঙ্গানাইশিংনা সমাজদা ফবা ফীভম অদু কৈশিংগী অদম ওই।

লোই কৌবা কাংলুপনা ভাবা লম :—লমদম অসিগী খুঙ্গাংশিং বু লোই কৌই। মখোয় অসি সমাজদা অনেগাংক্লা থমই। যেংথোংবা, খাইকখিয়ব, লোনবা য়াদবা লোব অমসু অচৌবা মবানগী চৈয়াব ফংবা মে ভবু লোই থাবা ভায়দুনা লোইশিংদা চনশিংগী অমসু চাও চোংশন কৌবা খুলদা নত্রগা অতু লোই খুন্দা লোই থাই। অথোইবা লোই খুলশিংগী মমু দা মথাদা পারিবশিং অসি মমিং পনবা মতিক চাই :-

(১) থাংগা, (২) ইথিং, (৩) কয়াং, (৪) ককচি খুলেন, য়াইরি অমসুং খুনৌ, (৫) চাইরেন, (৬) হৈরোক, (৭) ভাংজেং, (৮) শুগনু, (৯) লাংগথেন, (১০) অন্দ্রো, (১১) কমেং, (১২) শুম্পা কমেং, (১৩) শেকমাই, (১৪) কমে ককচিং, (১৫) চকপা নৈত্রাম। লমদম অসিদা প্রান্তীয় সরকার কয়া নৈবা হায়বা ভাংদাংবা লেপ্লা ওমনদ্রি।

য়াইথিবী কৌবা কাংবুনা খুন্দাবা লম :—লমদম অসিদা ভাবা খুঙ্গাংশিংবু য়াইথিবী কৌনৈ। মখোয়বু লোইশিংদগী হেয়া ভোয়না য়েংনৈ। লমদম অসিদা নৈবা প্রান্তীয় সরকার মশিং চপ চানা থংনদ্রি।

লম ময়োন :—ইম্ফালবু লমময়োন নত্রগা ময়াই কোইবী কৌনৈ। মসিদা কেন্দ্র সরকারস্থু লৈ। ইম্ফালদা প্রান্তীয় সরকারস্থু লৈ। লম অসি খ্বাই, য়াইস্কুল, খুরাই অমসুং বাংথৈ কায়না শরুক মরি খোক্লা থারদোকই। লমদম অসিগী মীওয় ইম্ফালমচা নত্রগা লৈবাক মচা কায়না, সমাজদ মবাই য়ায়া কাইগংলি। পানা খোরুব লমদমগী গুন্ডাশিংনা ফংবা সনমান অদুক, ইমা নিংথৌকোন্দা, লৈবাক বাখেল খৌনিংগ্রান্দা ফংবতা নত্তনা, মৈনবাক পুন্নমক্লা ইম্ফাল মচাদুগে ইংদোক্লা ইকাইখুম্ন।

লোয়াবম :—লমদম অসিদা মাহবা অমসুং মদবাকী চাংগী ভাইনবা লমংগমক চনি। মাইরা অসি ইম্ফাল মচানা যেথবা অমসুং বাকাপাদগী লোই কাংন লায়া কৌখাৎ। লান লে শনবা লম খইবা দমক লোচ কায়বা বাইচ শংজন্নবাদ য়াই। অদু লোই পুখ্রীশংগী সমাজদা থক থাক অদ মাইবা গুদোইত্তনা থনাংদ। মোইরাংনা মরা চংথবা প্রান্তীয় সরকারব অমা লৈ। মোইরাং নত্তনা লোয়াবমদা লৈবগী প্রান্তীয় সরকারগী মখা চপচানা কায়বা তুমদি।

কেন্দুল কাংনা পানবা কাংলা অবা লমদম :—লমদম অসি খুম্বাগিং অসি অযোকপা কৌই। লাগ ভৈব খুমন, থবা, অংগোম, মোইরাংনচংবা লৈবগী নিংথৌ য়াইথিবগী পীরগা খাংনা পুরকপ মখোয়গী শেলনাইশি অত্ত মৈদিঙুনা অকরবা লমন্দমদা খুন্দাংচায়, মখোয়বু “অযোকপা” কৌই। মখোয় অসি কুম্নানাইগুম্না, মৈদিঙুগী মনাইনি। অয়োকপশিংনা তাবা লমদমদস্থ প্রান্তীয় সরকার লৈ।

পাঙলশিংনা তাবা লম :—পাঙলশিং অসি ধর্ম তিরদবনা মৈতৈনা লোক পয়দে। অদুবু মখোয়গী মহুংদগী মতিক চাবা মীনা মৈদিঙুনা অবাংবা কম পী অমসুং থবক্তা মতিক মগুন উংপা ওমজারগা, কেমা বাংবা

লমনী: প্রান্তীয় সরকারশিংগী লোইশংগী অড্ডয়দা চৈরাপ পাম্বোম ওইরবগী থুদোংচাবা পীদে।

মোইরাংগী প্রান্তীয় সরকার :—মসিগী লোইশংগী ফমশিংগী মমিংদি মখাগী কায়খ্রিবা লোইশং অমদা লৈবা ফমশিংগা মায়নবনা, মথাদা মপুং ফানা পীরি :—

(১) নিংথৌ, (২) খাগ্রাকপা, (৩) মন্ত্রী, (৪) পুখ্রম্বা, (৫) নোংথোম্বা, (৬) ঙাংখরাকপা, (৭) ওকচাংলাকপা, (৮) খুমোল্লাকপা, (৯) খাখীরাকপা, (১০) ঙাচৌরাকপা, (১১) চাংশারাকপা, (১২) ‘চঙাবাকপা, (১৩) য়াইশ-রাকপা, (১৪) থাঙ্গারাকপা, (১৫) চুংরাকপা, (১৬) খুন্দোল্লাকপা, (১৭) লাইরেল্লাকপা, (১৮) ঙাকংহনবা, (১৯) শাক্ক হনবা, (২০) লাকংহনবা, (২১দগী ২৪) কৈরুবা মরি।

মোইরাংগী শংলেন অমসুং শঙ্গুবদা লৈগদবা ফম মশিংদি, অতৈ প্রান্তীয় সরকারগী শংলেন অমসুং শঙ্গুবদা লৈবা ফমশিং অদুগা মায়ৈ।

চীংগী লমদমদা লৈরম্বা প্রান্তীয় সরকার :—মাইরাংনা লোইশংগী ফম হাপ্পদা মনিং তৌবগুম্না, চাংগী লমদা কেন্দ্র সরকারনা অয়েংপা তৌদনা, প্রাদেশিক সরকার মশা মশানা পান্না মওংদা হাপচৈ। চীংদা লৈবা প্রান্তীয় সরকারগী শংলেন অমসু শঙ্গুবগী মওং নিংথিনা লেপ্পা ঙমদ্রি। ভমদা লৈবা প্রাদেশিক শাসন অদুদগী যান্না থেরবা মওংদা, চীংদা লৈবাক ঙাকপগী যায়েল থৌনিরোল চংলি।

মৈত্রবাকী চীংমীশিং অসি (১) তম্পাক্তা লৈবা, লাম্লুপ কাবা কাংবু, (২) থাগুবা চীংগী লমদা লৈবা, চাং লাইনা কাঙ্গং থাজনা পীবা অমসুং লাম্লুপ কাইদনা কাবা কাংলুপ অমসুং (৩) অরাপ্পা চীং লমদবদা

লৈবা, ময়ক ময়ক্কা ( চাং নাইদনা ) লাল্লুপ কাবা অমস্তুং কাঙৎ অমস্তুং থাজনা থীবা যুক্রুপ" পোল্লা থাইদোকই।

অহানবা কাংবু অসিনা নিংথৌগী কঃইবা লম্বুনচিংবা ওইত্তনা, চীংদা লৈত্তনা লৈবাক বাযেন চুপলি পায়রিবা কাংবুগা, কেন্দ্র সরকারগা মরি থমনৈ।

অনিশুবা কাংলুপ অসিনা — পোংথাং পুই।

অহুমশুবা লুপ অসিদা চনবা খুলশিং চঙিগা ওইনা থাজনা অমুক্তং থীবা, মথোয়গী লমদম ময়াদা ওলগা খুলদা লৈবা লাম্মীগী লাবল (Military Outpost) গী শং শাই অমস্তু অয়াবা মতেং পী।

---

# ৪। খুঙ্গংদা লৈরম্বা লৈবাক রায়েলগী থৌরাং

প্রাদেশিক সরকার অমন ভাগপা লমদম অসি খুল কয়া পোক্লা থাইরি। খুলশিং অসি চাওবা পাকপ অমসুং তারিবা মাচিপ মগী মতুংইন্না খুল্লাও, খুনো খুলেন, অবা খুনে, পাথু নানচিং বা শহর শহরব মসিং থোক্লি। খুল অমদা রায়েল থৌদাং চুপ্পল পায়রিবা মীহৈরশিং অসিগী ক্লমগী মমিংদি মথাদা পীরিবশিং অসিনি —

(১) খুল্লাকপা, (২) লুপ্লাকপা, (৩) হঞ্জবা, (৪) ছিদং, (৫) পাখংলাকপা, (৬) নহারাকপ (৭) নিঙ্গোম্বাকপ, (৮) খুম্বাহনবা, (৯) তোলোইহঞ্জব, (১০) তোল্লাই ছিদং, (১১) হিকবা, (১২) হিনাওবা অমসুং (১৩) শেলুংবা।

কৈ কৌবা কাংবু অমসুং লোই হায়না খংনবা কাংলুপনা তাবা খুল খয়দা মথক্তা কায়খ্রিবা কমশিং অসিদগী অকেনবা কমসু হাপলৈ :—

কৈশিংনা তাবা থাংবোক অমসুং নিংথৌখো° খুন্দা কাপ্পা অকেনবা কমশিংগী মিং :— (১) নিংথৌ, (২) সেনাপতি, (৩) পাংচহনবা, (৪) অচেৎবা, (৫) অচেৎখ্রী, (৬) কৈকুংবা, (৭) দোলাইরোইকপবা, (৮) দোলাইরোই কিদং, (৯) অথনবা হঞ্জব', (১০) অথনবা হিদং, (১১) বোর গয়াত অমসু° (১২) ছোত গয়াত।

লোইশিংনা তাবা খুলশিংদা কাপ্পা অকেনবা কমশিংগী মতুংদা, চাইরেল অমসুং হৈরোক খল অনিগী নিংথৌ অমসু° সেনাপতি ; করচিং খুলেনগী বুদ্ধিরাজ অমসু° সেনাপতি অমসু° যুতুংবা লোই খুলশিংগী মুপাল্লাকপা পনবদ' মক্ক চাই। মৈরবাক্তী থুমখোং পুমনমক্তা লোইশিং খমই ; মরম অসিনা, লৈবাক বায়েল পৌদাগী মিংয়েংদা, লোই খুল ওইনা লৌই। থুমখো' খুলশি° অসিগী খুল্লাকপবু খুল্লাকপা কৌদে ; হঞ্জবা হায়না খংলৈ।

## কৈরুপ শিংলুপ

খুল অমগী বায়েল পৌদাগী পৌদা° পুনবা কাপ্পা কয়াইবশিংনা খুন্দং অড়দা কৈরুপ, শিংলুপকী থবক য়েংশিল্লি। ভ্রথোয়গী লৈবাক অসিগী খুন্দং খুদিংদা, য়াম্না ভুল্লিটৈবদগী, Village self governmentকী চপচাবী মণ্ড° লিংলুনা, নিংথিনা থবক চংথরুপ্পী প্রমাণদি :—কৈরুপ, অমসু° শিংলুপ কৌবা সংস্থাশিং অসিনা ওইরি। সংস্থাশিং অসিগী অসিগী পৌংপ্পা শরুম মথাদা তাকলি :—

কৈরুপ :— মসিগী অথোইবা শিস্তাদি শা লালগীদমক শেম শাবা, লাল চৌরকপা অমদি লান্দারকপবু মাইপাক্লা থিংনবা হোৎনবনি। য়াকোল্লুংদা য়েবকপা লালংগী :খোল পাবা কৈরুপশিংনা হুইরোই

'থাজনা নকুবা খুলগী কৈকপ্পা পাও অত্ত পী। অতুনা থুখুবা মতমগী মপুঙ্গী লাম্মীশিংনা মাকোক্সুং অমসুং তেঙ্গোল থবা মফমদা থুংবা ওই। শক্ত লান লৈতবা মতমদা খুঙংদা চংলকপা কৈ কাবা, হুরান চীঙি চাকপনচিংবা শিঙ্গা কয়ামুক অসি কৈকপনা পাংথোকই। লোয়ারকপা লৈবা কৈকপশিং অসি কেন্দ্র সরকারগী অহবা অথাপুরেল মেরক্কনা মিংথেং চংই, মানা কৈরোইথো তাবগা থংনবা কয়াইবশিং থাজনা লমদম অসিদা লৈবা কৈনপশিংবু মিংথেং চংহল্লি।

শিংলুপ :— কৈকপনা শা লানগা নকুবা শিঙ্গাদা, শিংলুপনা খুঙং শেমগং থাগংবগী লমদা মিংথং চংই। লম্বী পোং শেঙ্গা, পুখ্রী তৌবা, পাং শেংদোকপা, উয়ং সোকপনচিংবা শিঙ্গাশিং অসি পাং-থোকপগী নত্তনা, খুলগী থুঙ্গা অমা যুমদ অশি অনা যাওবদা, শিংলুপ্পা মী থাজনা অৱাবা তাঙ্গির খুম অংগী অবাবন্দ শকক অযাঙ্গা নিংথিনা য়াই।

---

## ৫। মৈত্রবাক্কী লাম্মী তেঙ্গোল

মৈত্রবাক্কী লাম্মী তেঙ্গোল অসি কেন্দ্র সরকারনা য়েংশিল্লি অমসুং সরকার অসিগীনি। মসিগী থবক য়েংবা থম্লাইবশিং অসি সরকার অসিনা কাপই অমসুং পোথোকই। চাং অমসুং তমদা লৈবা প্রান্তীয় সরকারশিংগী লমদা মৈতৈ লাম্মীশিং অসি থম্মই। লৈবাক অমগী লাম্মীশিং অসি মথোয়না শিজিন্নবা খুংলাই অমসুং তৌবা শিঙ্গাগী মতুংইন্না মথাগী কাংলুপশিং অসি থোকা থাইদোকপা য়াই :—

( ) শংগোঙ্গাংকর লান্নী, ( ) [illegible] (৩) থোংবী।

## খোংমী

হকলোনগী ফীরেপ্তগী য়েংবা তারবদি, ঐখোয়গী লান্মীগী য়েংকী পাম্বোমনা শগোল তোংবা লান্মী কাল্লুপনি, ওইগা পাম্বোমনা হিগী লান্মীনি, অকচাং মপুংনা খোংমীশিংনি। থাং, চুং, তা, লম্বু, লাংশোই নচিংবসি ওল্লিইতে মতমদা শিজিন্নরম্মী, খৃঃ শতাব্দী ১৬ কৌবা মতমদা নোংমৈ, তোপ অমদি বমদীয়ার শিজিন্নখ্রে। ফীমু শেংপা লান্মীশিং অসিগী মথৌনা, লান্দা মাই ওন্দবগী নিংথিজবা ইতিহাস থিদোক্লনা লৈরি।

## মৈতৈ লান্মী তেঙ্গোলগী শরুকশিং

মৈতৈ খুদিমক লান্মী ওইবা য়াই, লাই, থৈক, ফুঙ্গানাই, তেঙ্গুল, য়াইথিবী, পোংশংবা, চিদাক মানব, লান্দাগনচবা মৈতৈ কাংলুপশিংগী অসিদা চনবা মা অমনা লান্মী ওইতবা য়ুমই। চীংগী মী অমসুং পাঙলশিং সু লান্মী ওইবদা অথিংবা কদ্রিসু লৈতে। মৈতৈ তেঙ্গোল (Army) অসি তুলি (Regiment) ১৩ থোক্না থাইদোকই।

## তুলি

তুলি অমগী মবোকপু লাল্লুপচাবা কৌই। তুলি ১৩গী মমিং মখাদা পীরি :—

(১) তুলিহল, (২) তুলি য়াইমা, (৩) তুলি নচা, (৪) ভীত্না তুলি, (৫) বিষ্ণু সৈনা অহল তুলি, (৬) বিষ্ণু নচা তুলি (৭) তোপ তুলি, (৮) লোয়াতুলি, (৯) কা তুলি, (১০) কানাও তুলি (১১) ওইনামলোং তুলি (১২) নবাতুলি অমসুং (১৩) বমদীয়ার তুলি।

অহানবা তুলি নিপাল অসিদি লাল্লুপচাংবশিংনা হাকথেংনা পুই; [illegible] নংদা কৈবা প্রদেশশিংদা

থমই। লেমহৌরিবা তুলি মগা অসিনা সেনাপতিনা য়েংই অমসুং চীং লমদম অমসুং লোথাবমদা থাই।

তুলি (Regiment) অমদ, লুপ (Company) কযামুক থোক্না থাই। তুলি অমদা য়াম্লবদা লুপ ১১, থামদনদা ৭ লৈ। লুপ ১২না শাবা তুলি অমদা লাল্লুপচাংবশা থানা কল্লাইবা ৬৫ লৈ। T. C Hudsonনদি কল্লাইবা মশিং য়াম্না তাম্না থন্নি। খৃঃ ১৮৯২ নলণা মসিগী মমাংদা মাগী মওং অসি পীবয়বদি যরম্নি অদু মাগী পাওজাক অসি খৃঃ ১৯০৯ দা পীরবনা, 'য ওগ মতুদ আবের গুপবা' কাথে। কল্লাইবা ৬৫ অসিগী মনুংদা পোইলা, শাডোর, আমোন্দায়, বৃকনচিবন অপোইবনি। তুলি থরদা মথোয়ন ডারিব পান্তব সবকারশি অতন কল্লাইবা থগসু য়াওই। কয় টবশি অসিনা তুলি অতগী লাম্নাশিংগী অচা-অথক হুনবগী থবক অমসুং লৈনবগী যুম-কে শাবগী থোদাং পা থোকই।

## লুপ

লুপ কয়ানং তুলি শাবানা হায়বা বারোল অসি মথক্তা শুগাইনা হায়রে। লুপ অমগী মকোকত্ত লাকপা কৌই। মাগী মথাদা লৈবা মশিং পনবদা মতিক চাবা কমন ইবাশংগী কমগী মনুংদা তিদ তগ্গবা, থাংসু হুনবা, থাংসুনকা তেনসুকনবা, তেনসুনত, মেরাবনচিংবা অসি শিংথাবা য়াই। মথক্তা পনখ্রবা তুলি শয়া মদোহ অমদা য়াওবা লুপশিংগী মশিং মথাদা পীরি :—

(ক) তুলিকল—১২, (খ) তুলিযাইম—১১, (গ) তুলিনহ—১২, (ঘ) ভীম্নাতুশি—৮, (ঙ) বিষ্ণুসনাতন তুল—৯ (চ) বিষ্ণুনহা তুলি—৯, (ছ) কোপ তুলি—১২, (জ) লোয়া তুল—১০, (ঝ) কা তুলি—১২, (ঞ) কাংনাওতুলি—৭, (ট) ওষ্টনামলো তুলি—১, (ঠ) নয়া তুলি—১২, (ড) বমদীয়ার তুলি—১১।

চৌংগী মতাচাবা মকম অমস্তং চৌ লম্নীশিংগী খুদো চাবা মতাংদা থানা (Military Outpost) ৬০ থাংজনি সেনাপতিনা পুবা তুলিগী লুপশিংগী লাম্নীমা ডাকই। মনক্ত পনগ্রিবা তুল ১৩ অসিদা চন্দবা লাম্মী কয়াস্থু লৈরি। মখোয় অসিদি লোসাররদা লৈবা খুলশিদা তাত্রনা লৈ। মাখামগী লুপ অতগী মমি দি মখোয়না লৈংরিবা খুঙং অতগী মামং লৌত্রনা থোল্লি অমগিংদ নিংথৌরেলগী স্নাতাক্তকগী ভুলি অমস্তং লুপকী কয়াইবশিংগী মমিংদা ইংরেজ সিকাইশি গী কয়াইবশি ॥ কম মমিং থরা লৌশিনখি।

---

# ৬। ৱাকৎপা, ৱারেপ্পবা, চৈরাকপীবা

“কুচু কানৱে, ৱাযেল কাতিথাগ্রে, চৈরাপকী চৈরাক পীগ্রে।” পাওরৌশিদা চল্লবা ৱাহৈ পৱেংনি।

মসিনা লৈবাক অসিদা থাইনভৈদা লৈরম্বা ৱাযেল চৈরাক পীননবগী তৌরম্বা থৌরাং অক্ত তশংনা লাকনি। মরাল লপ্পবা, মরালগী মতিক চাবা চৈরাক পীননবা মতিক চাবা কাংলোল পথাপ লৈ, প্রবন্ধ অসিনা পুন্না ওম্বা মচাকী মগুংদা মৈতৈগী চৈরাকল্লোলগী শক্তম তাক্লবগী তাক্লা কংগ্রে। মতাং অদি ৱযেল চৈরাকশঙ (Court) শিংগী মমিং অমস্থং মখোয়গী পৌরক্লা শক্তম পীনবা হোংনারি।

মৈরবাকী ৱাযেল চৈরাকশংশিং অসি মপোযদা পীনব মপাঙল অমস্থং শিম্বা মতুংইন্না, মথাদা উলিব কাংলুপশিং অসি থাক্লা থাইদোকপা য়াই:—

(১) ধর্মগা মরি লোকনব চৈরাকশংশিং,

(২) ধর্মগা মরি লোকপা চৈরাকশংশিং

(৩) লুপাগী ৱাথোক মরালগী ৱাযেল তৌবা চৈরাকশং;

ব্যবস্থাকারী, অচার্য্য, গুরু, রাজপুরোহিতশিংনচিংবা রত্ন মাপলনা অথোইবনি; মথোয়বু নবরত্ন কায়না শিংথানৈ। শলাইতরেং, য়েক মাপলগী মওংদগী য়েংহুনা রত্ন মাপল গুহনবনিস্থ হায়, বিক্রমাদিত্যগী রত্ন মাপলগী মওং য়েংহুনা মশিং অসি তাহনবনি হায়নস্থ থাজনৈ। নব-রত্ন অসিগী মথাদা, গুণ অমস্থং মহৈদদি মথা তাদবা অত্রবু ফমগী থাজদি নেথা রত্ন কয়াস্থ লৈ। ইম্ফালদা সভা অসিগী লোইশং লৈ।

## ক্লুপীগী রাথোক্কী রায়েলশং

পাঞ্জ:—মথল অসিদা চৈরাকশং অমতা য়াওই; মত্রবু পাঞ্জ কৌই। মকোক্রগা যাইচং তৈবা, লৈপাক মমাংদা থোঙ্গোইনবনচিংবা, চৈরাকশং অসিনা, মবা মপুরোইবগী কাদা লানথিবী ক্লুপীশিংদা পীথিবা চৈরাকশিং অসি, হৌজিক ফাওবা নিংশিংনরি। চৈরাকশং অসিগী মকোক থোংবা ফম্মাইববু পাঞ্জহনবা কৌই। প্রান্তীয় সরকার লৈবা মফমদা চৈরাকশং অসি লি ই।

## লাম্মীশিংগী রাথোক্কী চৈরাকশং

তোপ গারোদ:—মথল অসিদা তোপ গারোদ কৌবা চৈরাকশং অসি চলি। মসি থাংজশেংবা Military Court নি। চৈরাকশং অসিগী মকোক থোংবা ফম্মাইবসি সেনাপতিনা ওই। মৈতৈ তেঙ্গোলগী তুলি ( Regiment ) নিপালগী লাল্লুপাচংবা নিপালস্ত চৈরাকশং অসিদা ফম্মাইবা ওই। ইম্ফালদা চৈরাকশং অসিগী লোইশং লৈ। চৈরাকশং অসিগী বারেপকী মথক্তা চৈরাপ্তা বাকংপা য়াই। লাল মতুংদদি, তোপ-গারোদকী মিতিঙ্কা সেনাপতি অমস্তং অয়াপুরেল অনিতা য়াওয়বস্থ বারেপ তাই। অত্রনা গ্রামউড ( আসাম চীফ ক মশনার ) অমস্থং মাগী লোইনবা বৃটিশ ওফিসারশিংবু, চৈরাকশং অসিগী ফম্মাইবা অনিনা, অঙাং ওলহমবা হাথিবা বারেপ অত্র, চৈরাপ্নঃ অত্রমক অচুম্বনি হায়না লৌথি।

---

# খাইনগী চাংলম্বী

মণিপুরবু "চাংনা কোইনা পনশাবা, কাঙনা কোইনা পনঙাকপা" কায়না শিংথানৈ। অদুবু চা লোন মাপন্না পনোল শাখিত্না মণিপুর অম্পাক্কী লমদম অসি মপানগী সংসারগা মরি লৈনরমদবদি নত্তে, অমক লম্মনশিংনা মীরৈবাক্কা চংপা, মী ববাক মচানা মৈরবাক্কী অম্পাক লমদমদা লাকখিদবা নত্তে। মণিপুরবু পনোনশানা কোইহৈরিবা চাংশিং অসি চথোক চংশিন্দা থদোং চাপ্রবা চাং লম্বীনা লৈতে লম্বা।

মণিপুরগী চা লম্বীশিং অসি মাংথ নুংবে, ইতিহাসনা শিংথাবা খুৎকয়াগী মমা দগী মভ্য জগৎন থংনরকই (১)। মেত্রবাক্কী চা লম্বীশিং অসি থাত্তনা মণিপুরগী অম্পাক্কী লমদম লোংগোক্তনা ইরৈবাক অমসুং মীরৈবাক মচা কয়ানা লোঁ হৈনা কোইহৈনবা লেবাক্তা চথোক চংশিন তৌনখি। লম্বীশিং অসিদ মপ্ত ওইনা চংলম্ব মীশিংদি থাগা, ভারতবর্ষ অমসুং আরোংনিংহৈন নৈবাক্তগী অমঙ্কন (২)। পৃথিবীগী খুঙইদগী লিরবা অমসু অকাওব চা লম্বীশিংগী মথংদা মৈৎবাক্কী চাং লম্বীশিং আসরা য়াওই (৩)। এশিয়াগী চা লম্বীশিং অসি থাগা অমসু ভারতবর্ষ অনিগী নাক্কা থাপা ওপা পরেংন, লৈবাক অনি অসিগী সভ্যতা অনিবু চাশাং নাপোম কয়ান থ ডুনা থমথবদগী—অংগুনওনব, পোংনইনবা, পাণ্ডখোংলাহানি (৪)।

(১) Dr. Hu Shih—China and Western World—Page 153.

(২) Sir Arthur Phayre—History of Burma—Page 15.

(৩) Mc Cosh—On the Overland Communication between India and China (Proceedings of the Royal Geographical Society Vol V, 1860—61) Page 17—57.

(৪) Arthur Pelliot—Bulletin de L' Ecole Francaise d' Extreme Orient, (1904), Page [illegible]—27.

মথাদা পীরিবা থাইনগী চীংলম্বীশিং অসি পনবদা মতিক চাই :-

| চীংলম্বীশিংগী মথল | অসিদা য়াওবা লম্বীশিং | চীংলম্বীশিং অসিদা চৎপা য়াবা লৈবাকশিং |
| --- | --- | --- |
| অহানবা | হৈরোক চীংলম্বী | কবো, অৱা, থাগী অমস্থুং থা নোংপোক এশিয়াগী লৈবাকশিং |
| ,, | আইমোল ,, | ,, ,, |
| ,, | গুারাচি জেন লম্বী | ,, ,, |
| ,, | মরিং চী লম্বী | ,, ,, |
| অনিশুবা | তোংজৈমরিল লম্বী | মথাং লৈপাক (কাছার). |
| ,, | গুাক্রম চিংজেল লম্বী | তখেল ত্রিপুরা অমস্থুং নোংচুপকী লৈপাকশিং। |
| ,, | খোংজাই লম্বী | ,, ,, |
| ,, | অকুই লম্বী | ,, ,, |
| অহুমশুবা | চিংথৈ হারম লম্বী | তেখাও (আসাম) অমস্থুং নোংচুপ্পা লৈবা লৈবাকশিং। |

অহানবা মথলদা পনখ্রিবা লম্বীশিংগী মচুংদগী অমদা লাকতুনা মণিপুর চংলরগা মৈত্রবাকী তম্পাকী লমদম কাওদোরগা অনিশুবা মথলদা পীরিবা চীংলম্বীশিংগী মরক্তী অমদা চৎতুনা কবো, অৱা, থাগী অমস্থুং থানোংপোক এশিয়াগী মীনা ভারতবর্ষ অমস্থুং নোংচুপ হারমগী লৈবাকশিং য়োনৈ। ময়াং লৈবাক (কাছার), তখেল (ত্রিপুরা) অমস্থুং নোংচুপ হারমগী মীনা অনিশুবা মথলদা উৎখ্রিবা লম্বীশিংগী মচুং-দগী অমদা লাকতুনা মণিপুর তারগা কাংলৈপুং ময়োনগী তম্পাক লমদম

লাম্লেল্লগী অহানবা মথলদা তাম্নবিবা লম্বীশিংগী মরক্তী অমদা চংতুনা কবো, অবা, খাগী অমসুং খানোংপোক এশিয়াগী লৈবাক্শিং তাই (৫) [ক]। অসুম্না চীংলম্বীশিং অসি ত্রেথোবগী অকল লম্মম্না চংনবত নন্তনা নোংচুপ অমসুং নোংপোক্কী লৈবাক মচাশিংনা কুমচুপ পাচুপ্না চংখাক চংশিন তৌনখি। মর ওইনা রাকম অমনা মী রবাকী লাক চংলশিং অসিনা হন্দং হন্দাগী খো চং অনিদা মণিপুর ভম্পাক্তা লমদম কাওহনা চংতবা থাদবা অসিনি [খ]।

অহমগুবা মথলদা উংখিবা চীংলম্বীশিং অসিগী মমিং অসি কাংনরক্লে। মণিপুর ভম্পাক লমদমদগী ৫খাও চংননবা লম্বী অহুম লৈরম্মী (৬)। মহারাজ ভগ্যচন্দ্র রাজাক্তগী চংনখিদবনা লম্বীশিং অসি খোওইনখিদ্রে (৭)। অনিগুবা মথলদা পীরিবা লম্বীশিং অসিগী মরক্তী অমদা চংলগা তথেল (ত্রিপুরা) লাই। লম্বী অসিসু কুইনা চংনখিদবদগী উম না কুপশিনব্রে। মা খিগদোংববা লম্বী অসি খিননবা মতম অহুগী ভারত সরকারনা বৃটিশ অফিসার কাংবু অমা ই' ১৮২৫গী মে থাদা থাখি। মথোলগী Report অহু Foreign Departmentতা চহি অসিং অমাংবা পিখি (৮)।

---

(৫) [ক] R. B Pemberton and K C Jenkins—Report on the Hill Routes on the N E Frontiers of British India (1824).

[খ] R B Pemberton Report on the N. E. Frontiers of the British India—Page 54.

(৬) Letter from Captain F. G. Grant to George Swinton dated Manipur, the 20th April, 1831.

(৭) Dr. Wade - Account of Assam (1801)—Page 84.

(৮) Alexander Mackenzie—History of N. E. Frontier of Bengal, Pages 273—78.

খৃঃ মাং ৪৫০দা, মণিপুরগী খা মাইকৈগী চাৌংলখীদগী দ্বিজরাজ কোবা শাক্য শাগৈগী নিংথৌমচা অমনা মৈত্রবাকী তম্পাক লমদম চংলকই। মহাক্না মণিপুর জয় তৌখি; অসিদা পানখি (১২)। দ্বিজরাজনা মণিপুরদা পাল্লিংউদা হায়রবদি খৃঃ মাং ৫৪৩দা কলিঙ্গ দেশকী তালেং হায়না খঙনবা কাংবুগী মী ফুরুপ অমস্থ মৈত্রবাকী চাৌংলখী কাওহনা অথৌলৈবাক্তা চংখি (১৩)। খাগী লৈবাকী খ্বাইদগী মখাথ'বা প্রদেশ য়ুনানদগী মণিপুরগী চা লখী তাবা অশা'বা লোয়োক অসি খাগী নিংথৌয়েন উ'হন খৃঃ মাং ১০৮দা য়াম্না বজনা শেমখি (১৪) [ক]। চহি চনিমুক্তা মতুংদা হায়বদি খৃঃ শতাব্দী অনিশুবগী হোৌগৎলক-পদা বোম্বে প্রসিদেনশীগী লমদম খাইদা লৈরম্বা অদজিশক কোবা মুপা অমস্থ মণিপুর লখী অমস্থ তম্পাক লমদম কাওহনা জাভা থুংখি [খ]।

মণিপুর চা লখীদা চংখিবা মশক পানবা মী মশিং শুনা থাবা অতেনবা প্রবন্ধ অসিদা ঙম.লাই। অরিবা মতমগী বা অখ্বাইদা তেনশিল্লগা খরা ঙনবা মহমগা বায়োল নৈনরসি। পোং নিংথৌ

(১২) Gerini—Researches on Ptolomy's Geography, Page 421—26.

নোংদালাইরেন্না পানবা হোবা কুমজা খৃঃ ৩৩গী মমাংদা পান-
খিবা নিংথৌ ৬০ মুক্তী বা ঐথোয়গী থাইনগী পুরাণশিংদা কংই।
দ্বিজবাজ অসি হায়রিবা নিংথৌশিং অসিগী মচুংদগী অমনি।
মসিগী মরমদা অকুপ্পা বায়োল য়াওবা পুয়াদি—কাংবলোয়ি।

(১৩) R. M. Nath—Background of Assamese Culture Page—85.

(১৪) [ক] SK. Latureate—Chineese their History and Culture, Page 111.

[খ] R M Nath—Background of Assamese Culture Page 85.

শুকানকানা মণিপুর তম্পাক্কী লমদমদা কাইখিল্লকতুনা ইম্ফালদা মতম থম্না লৈরম্লগা চংখিড়না মম্না· লৈবাক (কাছার), তখেল (ত্রিপুরা) অম্ব তৌখি। লৈবাকশিং অসি চম্লগা মযুম হনকপন্থ তো লৈ মম্নিল লম্বী, মণিপুর তম্পাক, আইমোল লম্বী কাওদাকতুনা ইং ৭৭৭তা মযুম লৈবাক্তা থখি (১৫)। শুকানকানা শিববা মতুংদা, খৃ ৭৯৪ দা যুনানগী নিংথৌ কোলোকেনা ঐথোযগী থাইনগী চীং লম্বীদা হাইখিল্লকতুনা মণিপুর নিংথৌ কৈবেনচানু মাইথিবা পীখি। মতাঙ্গা যুনান্গী মণিপুর ভাবা অশাবা খোয়েক অসি অমুক কজনা শেমখি (১৬) [ক]। চবানশা নস্ত মণিপুরগী চী লম্বীশিং অসি থই (১৬) [খ]। মতম অদু খৃ ৬০৮নি। খৃ ১১২০দা শান নিংথৌ শমলো কানা কবো তম্পাক ক ওজিলনতুনা মণিপুর তম্পাক লমদা লান্দার (১৬) [গ]।

## ৩। মৈত্রবাক্কী চীংলম্বী কাওতুনা লল্লোন ইতিক চৎনবা

ঐথোয়গী লৈবাক অমস্তং চী লম্বী ক ওডনা চংশিবা শথাবা ম্নাবা মী থম্না ব মথঙা পনখ্রে। মখোয়না চ লবিবশিং শ লালগী থবকীদমকনা অযাম্বনি। মাকং অমা চংবা যাই লৈংবগী চীং

(১৫) R. B Pemborton Report on the N. L Frontier of British India, Page (0), Para 4.

(১৬) [ক] Dr. D G E Hall—History of South East Asia. Page 121.

[খ] Thomas Watter—On Yuan Chuang's Travels in India, Vol. II.

[গ] Ney Elias—History of Shans, Page 56 (Hudson Meithois, Page 97.)

লম্বীশিং অসিদা লল্লোন ইথিল তৌবা মীদি থক চত্ত্রা ? বাহং অসিগী পাওগুম পীবা য়াম্না ল্লাই। মণিপুরগীতা ওইত্রবা International Route ওইরবা চাং লম্বীশিং অসিদা শত্রুগীদমক চথোক চংশিন তৌবদি তৌইদ, কুমচুপ থাচুপ্পা চংনখিবদি লল্লোন ইথিল্লোদমকনি ' মৈত্রবাকী চাং লম্বীশি অসি Caravan Routes কৌনি উট তৌথোন চংপা বা পুন লম্বীশি অসিদা তওনা চংলি। মথংমনা নিংথৌ তুরেল খোংবান্দ, মণিপুর তম্পাক লমদম অমস্তুং চা লম্বী লানুনা অফগানিস্তান গন্ধবা, বোবদা থা ৬ চংই (১ )।

মী ববাক্কী লগোনবশিনা মণিপুবগী চাং লম্বীশিংদা চংপা থোকিবগী মতম অসি খৃঃ ১০২ শী মমাং দা ওইনা Dr Harveyনা লেপই। অভিবাজনা মণিপুর থাওতনা অব চংখিবসি খৃঃ মাং ৯০০ শী মমাংদনি হায়বা fact অসি থ দবদগী Harvey না অয়ানবা মথ লিবনি। লগোনবাশংনা খৃঃ মা ৯০০ শী মমাং দা তত্তনা চংনরকপদা ভারতবর্ষ শয়া শম্না মণিপুর অমস্তুং মতম চাং লম্বী-শিং থ নবনব তু কাইনথ দা, ভারতকী অহানবা পোক চীদাইদা লৈবা নেপাল লৈবাকী শাক্যরাজবংশ মচা অভিবাজনা মণিপুরদা লাকপনি, মৈত্রবাকী চাং লম্বী কাওতনা অবা লৈবাক্তা চংখিবনি।

## চাং লম্বীশিং অসিদা পুথোক পুশিন তৌবা লল্লোন পোৎ :—

## মণিপুরগী মুগা

লম্বীশি অসিদা থাইদগী হেম্না ইংগবাব অমস্তু মীরৈবাককী লগোনবশিন পুথোক পুশিন তৌখিবা পোংশি গী মরক্তা থাগীগী মুগা ফীনা অথোকবনি। থাগীগী লৈরকপা মুগা ফী অদু অফগানিস্তানদা লৈকথা হোনবা ইউরোপকী মনাগা শিংগী (১৮)। মৈত্রবাক

(১ ) Dr Harvey—History of Burma—Page 9.
(১৮) do do do

কাণ্ডদা পুথিবা মুগা কী অসি ভারত পুম্নমক্তা মনিং চৎলমী। কালিদাসনা মাগী কবিতা অমদি বারেং কয়াদা মুগা কী অসি নি থিজনা শিংথাই; থাগী মুগানা লৈতেংবা সত্রবী মজবা কাওনা লৈথি লৈথোকখি। মাগী অভিজ্ঞান শকুন্তলাগী অহানবা অঙ্ক, ৩৬ শুবা শ্লোক্তা থাগী মুগা কীগী মরমদা—

"গচ্ছতি শরিরং ধাবন্তি পশ্চাদ সংস্থিতং চেতং।
চীনাং শুকমিব কেতোঃ প্রতিবাতং নীয় মানস্যঃ॥

হায়না শিংথাই।

কালিদাসন পনিবা থাগী মুগাগী কী (চীনা শুক) অসিকা নাক্তং মণিপুর চী লৈই মণ্ডল পুথিবনি, মৈথৈবাঁদা হুম্বাক লমদমদা শাবা মুগা কীগী সায় মীংবলান্না অমসুং ইংরাকী লৈনোনবশিংনা আফগানিস্থান তায় পুথি। থাগীনা মুগা শাব লৈরদা দা মৈথৈনা মুগা কী তাম্না শাখি, মৈথৈদগী কমজুনা কাইনথদা থাগনা মুগা শাখি। মণিপুর অসি মুগাগী কোষমনি, মসিদগী থাগীদা, মথং মথং অতৈ লৈবাক্তা শন্দোকখিবনি (১৯)। মণিপুরদা Political Agent

(১৯) Games Watt, K. C. I. E. Silk Industries in Manipur, (Journal of the Society of Arts No 2733 Vol. iii Pages 62--71.)

রামায়ণ কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ডদা মগধ, অঙ্গ অমসুং পুণ্ড্র লৈপাক পল্লগা মুগা শাবা লৈবাক — (তাশম শৌভর্ণ কুদ্যাক শ্রেষ্ঠ:) পনি। মসি মণিপুরনি। অর্থশাস্ত্রদা শুভর্ণকুদ কৌবা লমদা পোকপা মুগানা খ্বাইদগী হেন্না কৈ হায়না কৌতিল্যনা হায়। লম অসিনা অরাং নোংপোক ভারত ওইবনা মণিপুর ওইগনি। (তাশাম শুভর্ণকুদ শ্রেষ্ঠ Vide Artha Sashtra—Page 70 as translated by Shamasastry)

ঙুইরক্বা Sir James Johnstone, K. C. S. I. না Nineteenth Century কৌবা পত্রিকাদা—খাগীদগী মৈতৈনা মুগা শাবা তমখিবনি হায়না ইরুবদগী Sir James Watt না Johnstoneগী অরানবা মত অচু ককচুনা মাগী Silk Industries in Manipur কৌবা প্রবন্ধ অসি ইখিবনি। Johnstone চুমিন্না লৈঙ্খ্রে, মাগী অরানবা মত অচুগী অরানবা মতাং তাকপিখ্রে।

মৈতৈ মুগা খুংনাইবশিংগী মরমদা Sir Jamesনা খোইদোক্না খিজিনখিবনা মখোয়না খিজিনবদগী ক বা মচাকী মওং পোৎলম্না উৎপদা মতাং চাদবা খোকোই। Sir James Watt অসি Industriesগী Exportনি। মহাক মণিপুরদা লাকপনা সেকমাই, খুরখুল, কমেং-নচিংবা মুগা খুংনাইকম লৈব মকম অয়াম্বা যেখি, মখোয়া কুপ্না মৈতৈগী মুগা তৌল থোকপা অমসু শাবা মওং লৈনখি। মতম অচুগী ব্রিটিশ সরকারনা হায়বদা মতু ইন্না, Economic Products of India কৌবা কাপ্পবা লাইরিক অচু ইরগ খৃঃ ১৮৯৩দা কোংখি। লাইরিক অসিগী Vol VI, Part III গী ১৮না ৫০মুক্তি Sir Jamesনা মণিপুরদা উখিব মুগা থোকপা অমসুং শাবা অমসু কী অসিগী মপা লৈঙনা ফজবা, কনবা পুমনমক মচা খাবনা থাওই।

## মণিপুরগী রানা শাবা পোৎ

খাগী নিংথৌবেল উতিনা ইউচি লৈবাকী কোক্লদা থাবা রাজত্ত চাংকৈনা, খৃ মা ১৫২ দা রানা শাবা পোৎ ময়াম বকত্রিয়াগী কৈথেন্দা যোল্লম্বা উখি, পোৎশিং অসি মণিপুরগী চীং লম্বী লাম্না মুগা হাযবা বাক অসি সংস্কৃত নত্তে; আসামীসু নত্তে ( Vide Dr. B K. Barua—Cultural History of Assam—Page 94) ; মসি মৈতৈ বাকনি।

পুরকপনি কায়বন্থ মহাকনা খংলকই (২০)। মুগাগী কী মথল মথল শানত্রনা তাম্নবদা থাগীবু মাইপাবা পীবা ভুমলবা মৈতৈ শিনমীশিংনা মৈতৈকেপ, তাবুনচি বা থাগী পোৎপোকশি অসি মৈবাক্তা থাত্না য়োল্লম্মোইদ্রা ? থুং চংবা মুগা শাবদা থাগীবু নম্বা ভুমলবদি, থুং চংবা বাংপা থাগী পোং শাবদা মৈতৈবু থাগীনা পংলাক লাকচরম্মোই। ঐথোয়গী লৈবাক অমন্থং লম্বী ফাওনা পুরিবা থাগী পোৎপোকশিং অসিদা ঐথোযগী অহল্মম্না শাবা থাগী পোং মথল মথেল ভুনা যাওবা মপানা তাবনি।

## মণিপুরগী শগোল

অবা ( বর্ম্মা), কবো, ময়াং লৈবাক ( কছাব ), তখেল (ত্রিপুরা), তেথাও (আসাম) অমস্ত থাগী, পো নচাংব লৈবাক্তা শগোলদগী মৈতৈ শগোলন পোং অবম্বা পুবদা, নাপী মনা অমংবা খয়া চাংগা অশা বা লম্বী চংপঙ্গা অমস্ত কুইনা পোংথাদনা অথাপ্পা লম চংপদ—কেনবা গুণ কযা লৈখ্রে (২১)। কাবরিবা লৈবাকশিং অসিনা মণিপুরগী শগোলবু থাইদগী কেম্না য়াম্না লৈ। খৃ মাং ৯০০গী মমাংদা উত্তরপূর্ব্ব ভারতা ঐথোযগী লৈবাক অমস্থং লম্বী কাওত্রনা পুখ্রিবা শগোলশিং অসি মৈতৈ শগোল ওাক্লনি। মহাভারতকী সভাপর্ব্বদা যুধিষ্ঠীরদা উত্তরপূর্ব্ব ভারতগী শগোল লিশিং তরা কংখিবগী বা য়াওই। শ্রীকৃষ্ণনস্থ শগোল লাপ ২১ অমাং নোংপোক ভারতগী

(২০) S K. Liturerte—Chineese-their History and Culture, Page 111.

(২১) [ক] Dr. George Watt Commercial Products of India Page 751.

[খ]—R.B. Pemberton—Report on the N.E. Frontier of British India, Pages 130-3J.

কংখিবগী বা বিষ্ণুপুবান্দা পদ্নি (২২)। তেথাও নি থৈ ভাৰৰতৰ্ষৱা নেপাল নি থৌদা শগোল লিশিং কুষ্ট্ৰ। কংখিবসি—নিংশিংবা মাই (২৩)। মণিপুৰগী শগোল থৰস্ত যা ওৱমগনি—তেথাওনা অস্থুক মাঙা শগোল কংবা তুমলাই। মৰমদি মতম অসিদা তেথাও মচানা মণিপুৰদা চংথোক চংশিন তৌই (২৪)। অৱাং নোংপোক ভাৰতকী লমদমদগী শ্ৰীকৃষ্ণ অমস্ত মনাই যুধিষ্ঠিৰদ কংখিবা শগোলশিং অদি —অৱা, কবো, থা , তখেল, তেথাও অমস্তু মযাং লৈবাক (কাছাৰ) লমশিং অসিগী শগোলদা অহুকপা ফনা যা বা হেনগ্ৰবা মৈতৈ শগোলনি, ভাৰবৰ্ষৱা কংখিবা শগোলস্ত মৈতৈ শগোল লোইনা ওইদ্ৰবস্তু— অযাম্বা মৈতৈ শগোলনি

মকওইনস্ত তেথাওশি দি শগোলবু কৌ—'Assamese are gre atly frightened by horses. If a single trooper charges a hundred well armed Assamese, they all throw their hands up to be chained as prisoners" Journal of Bihar and Orissa Reseaerch Society Vol. 1 Page 191." মৈতৈ শগোল লৈজনা অৱা নিংথৌনা শগোল তোৱ, পাম্বীগী তেঙ্গোল শেমবা অমস্তু, অকাবা মৈতৈ শগোল পাম্বীগী তেঙ্গোল অহু শেমগৎকনবগিনা

---

(২২) Dr. B. K Barua—Cultural History of Assam, Page – 86.

(২৩) Asiatic Journal and Monthly Register for British and Foreign India, China and Australia, (1830) Pages 220—221

(২৪) Thomas Watter – On Yuan Chwang's Travels in India—Page 186.

মৈতৈ শগোল ভোংবশিংগী মিংচং উংলি (২৫) [ক]। তিব্বতকী নিং-থৌরেন পাংশম জোন জাংদা তেখাও অমসু অরা লৈবাক্কী নরক্কা কথোক্ক কৌবা লম অমা লৈবগী বাপলি। শগোল অকবা মহৈ মসিদগী কংখি। তিব্বতনা মণিপুরবু কথোক্ক কৌবগ' মাবগী অকনবা মওং অমা মসিনা উংলি (২৫) [খ]।

## মৈতৈ লৈপাক্কগী পুখিবা অতৈ পোৎ

**তেজপতা**। –মাগ্না কুইনগী মনাংদ ভাবতা। তেজ পাং অসি শাল্লান পোং ওইনা মপান্দা থাদোকখি। মসি উত্তর পূর্ব ভারত্তা হোই (২৬)। তেজপাত অসিসু পৰ্বপ্লাশনা পনিবা মওং অসিদগী যে লবদি, মণিপুরদগী পশিবগী মও কশেংই (২৭)।

**জাচন্দন**— Rexbourough না হায়বদি মণিপুব, চিতাগোং, আবাকান অমসু' সুমাবাদা জাচন্দন মবা' কাইনা হৌই হায; মকম'শং অসিদগী থাং লৈপাক বোথি অমও' থাগীদগ কোচিন চীনাদা পুরক্কনা ইউবোপ য়ৌখি (২৮)। ৪বুনা তেখাওনা শাকপদা অমুবা জাচন্দন (কালাগুরদমা) উখিবগী বা কালিদাসকী রঘুবংশ। ৪ভবা অঙ্ক অহানবা শ্লোক্কা য়াওবি। ভীমনা মাইথিব পীরবা তেখাও নিংথৌনা শামগু পেক্তম্বা জাচন্দন কংলি (২৯) মণিপুরগী পোৎ

(২৫) [ক] Dr D. G. E. Hall—Burma- Page 12.

[খ] Dr. B. K. Barua Cultural History of Assam Page—64.

(২৬) Dr. James Watt—Commercial Products—Page 310.

(২৭) Eutheris of Periplus translated by Scholl, Page 8—49.

(২৮) Dr.B.K Barua—Cultural History of Assam Page 89.

(২৯) Mahabharata Sabha -Page 3, —30

মায়া মীচৈবাকী লল্লোনবশি না পুখি, অসিগুম্বা লল্লোন পোৎশিং অসিগী মরমদা শুনা পনবা অপিকপা প্রবন্ধ অসিদা ওমদবনা, থরা হায়খিবা অসিদা তেনশিনবা তারে।

## মৈতৈনা য়োরম্বা লৈবাকশিং

ইতিহাসকী আদীকাল অমসুং মধ্যম যুগতা থাগী অবা, করো অমসুং খা নোংপোক থংবা এশিয়াগী লৈবাকশিংদা মৈতৈ লল্লোনবশি না তওনা লল্লোনবা চংলম্মী (৩০) R. B Pemberton না হায়, "মৈতৈ লল্লোনবশি না নিংথি অমসুং ইরবতী তুরেল অনিগী মরক্তা লৈবা লমদমদা, চীন ক দনা লল্লোনবা চংলি ..মথোয়না মনানগা লোয়নারমদনা লৈবা শায়া তাবা লমদমদ, খুমতি অমসুং শিংফোশিংগা মরক্তা, কথাগী খংনেংপাক্তা, নিংথি অমসুং ভামোগী মরক্তা কাবিবা শানশিংগা লমদা য়াম্না তোইনা চংলি। হাইরিবা লমশি অসিদা মথোইনা December দগী April ফাওবগী মনুংদনা অমুক হেন্না তোইনা লল্লোনবা চংলি (৩০) [ক]"।

লল্লোনবতা নংথনা পুন্দাবস্থ চংলমই। খু ৬৩ দা মৈতৈগী শংগোম্ম তো বা তেঙ্গোলনা কলে লৈবাক অয় তোখি (৩১) [খ]।

---

(৩০) Amit Kumar Nag—Cultural Heritage of Manipur (March of India, 1958 Page 25)

(৩১) [ক] R. B. Pemberton Report on the North Eastern Frontier of British India, Pages 130—35.

(খ) Rajgiya—(Chronicle of Kale Kings) Yumjao Singh History of Manipur - Page—11.

## ৪। মণিপুরগী চীংলম্বাশিংদগী থাগী চৎখিবা বৌদ্ধ ভিক্ষুশিং

মৈত্রবাক্কী চীংলম্বীশিংদা শা লানগীদমক অমসুং লল্লোন ইতিক-কীদমক চৎখিবা মীশিংগী মরমদা থরা হায়খ্রে। মতাং অসিদা লম্বীশিং অসিদা ধর্ম্ম শন্দোরবগীদক চৎখিবা মীশিংগী মরমদা বা অমনিত হায়রি। বৌদ্ধ ধর্ম্ম অসি ভারতবর্ষদগী থাগী মৌথি। ধর্ম্ম অসি শন্দোক্লবা থাগী লৈবাক্তা চৎখিবা মীশিংনা মৈত্রবাক্কী চীং লম্বী অমসুং তম্পাক্তা লমদম ফাওহনা থাগী বৌখিবনি (৩২)। মখোয়না অহানবদ মৈতৈব বৌদ্ধ ধর্ম্ম লেমবা হোৎনরমই, কোনবা মতৈ য়াম্রবদা থাগী পাংখিবনি। খৃঃ মাং ৩০০ মুক্তী মতমদা বৌদ্ধ ভিক্ষুশিংগী প্রচারদা গেন্দুনা, মৈতৈ নিংথৌরেন থাবা তোরেন থানা ধর্ম্ম অসি লৌগে তৌবমই অতবু প্রজাশিংনা যাদবদগী ভিক্ষুশিংগী হোৎনবতা মখৈ য়ানখিদে (৩৩)। পুখ্রম তৌরবসু, কুংপু তাল্লবসু বুদ্ধগী মূর্ত্তি ক লিবা, মাগী মূর্ত্তিব মহাদেব ওইনা লাৎনরিবা, মৈতৈ লাইগী মংকোক্তা বুদ্ধগী জতা তাবা মকোকয়া তোংকনবা, অসিনচিংবা প্রমাণশিং অসিনা বৌদ্ধ ভিক্ষুশিংন মণিপুর তম্পাক্ত কুইনা লৈতনা ধর্ম্ম প্রচার কয়া তৌরম্বগী অংশ বা মওং উংলি। মথাংগী য়াহৈনি হায়না "শ্রী" অসি স্বামহি ধর্ম্ম চৎপশিংনা লোথোকখ্রে। মসিগী মতম্তা ওঁ হায়বা য়াহৈ অসিনা শিজিন্নরে। মখোইনা হুঁ অসি মৈতৈ বাহৈনি তায়। মসি ওঁ "মণিপদ্মে হুঁ" হায়বা বৌদ্ধ মন্ত্র অসিগী অরোইবা বাহৈ হুঁ অসিনি।

(৩২) [ক] Dr. Hu Shih— hina and Western World Page 16.

[খ] Sardar K M. Pannikar—India and China Page 17.

(৩৩) Dhabala Singh—An Outline History of Manipur Page 24.

মৈত্রবাকা লোমজবা মতৈ য়ানত্রবদা খৃ: মাং ২৭ কী খাইদা ভিকুশিং অসি যুনান, স্কাচুৱানচৌ বা থাগীগী মথাখংবা শকক্তা হাই-ভিমগ্রে (৩৪) ঐখোয়গী লৈবাক্কগী চখিত্নবা য়ুনান্দা ধর্ম্ম প্রচার তৌবা ভিকুশিংনা লুচিংবা মপা অচু অবলোকটেশ্বর কৌই। ভিকুশিং অসিনা মণিপুরগী মথাখংবা চৌংগী লমদমদা (কৌজিক্কা Chin Hill কৌনরিবা) চংখিত্নবা খৃ শতাব্দী অমিগুবগী অহানবা শকক্তা ধর্ম্ম প্রচার তৌই (৩৫)। তন্ত্র ধর্ম্ম চংপা কাংবুশিংসু খৃ: ৩০০গী চুমাইদা মণিপুর কাউত্নবা লোংপোক এশিংবাৰ লমদমশিংদা চংখি (৩৬)। ঐখোয়গী লাইরা লাইকংলোনশিংদা সংস্কৃত য়াংহ যায়া য়াওরিবসিগী শকক থরদি Tantricism গী লেপ্তাবনি।

## য়ুনান্দগী মণিপুর তাবা লম্বীগী মওং

নিপালগুবা খৃঃ শতাব্দী লোইরমদাইদা লংকৈ চংপা মপা অমনা য়ুনান্দগী মণিপুর থোবা লম্বী অসিগী মওং অমসুং মসিদা চংপদা থেংনখিবা সহরশিং মমি —মথাগী অসুম্না শিংথাই :—

"অহানবদা, তোকিন (য়ুনানগী অংথাইবা সহর) দগী থোংশাদুনা য়ুনানশেন খুল তাই। মথ দা লোংচুপ্পা না অমুম লাকপনা শিভেলি অমসুং শেলবুইন তুবেল অনিগী মরক্তা লৈবা চাওকোলেং সহর য়ৌই।

"চাওকোলে সহরদগী লম্বী অসি লমংলাং অনি কাংগ্রে। অহানবা লমথাইনা শেবুইন তুরেল মবাগী লৈতেম মাঙবা লমদম লাহোকত্নবা

---

(৩৪) Dr. P. C Bagchi India and China — Page 8.

(৩৫) Magarjuni Kunda Inscript on of Second Century A D.

(৩৬) R. M. Nath—Background of Assamese Culture Page 96.

খা নোংপোক পাংনা হাইথবরুগা ইরাবতী তুরেল য়ৌখি। মতাং অসিদগী "লো" কৌবা খুন মনাক্তা অরা লৈবাক্কী লোযারম (Frontier) থেংই। মথং মথং চীংজাওশিংগী লমদম ল্যাম্হোক্লগা তাক অমমুং মন্দালয়গী মরক্তা লৈবা শিলি সহর ফংই। মতুংদা তাওমিন (পাগান) সহরগী ময়াদা চল্লকপনা অরা কোম্বং— প্রোম (শ্রীক্ষেত্র) য়ৌই। প্রোমদগী খোংশাল্লকতুনা নিংথি তুরেল লাল্লগা করে; তম্পাক ফংই। মসিদগী মণিপুর তাই।

"চাওকোলেং সহরদগী খাইদোয়রকপা অনিশুবা লমলোং অতুনা নোংচুপ্পা'না হাইথরকতুনা তে চে'ং (য়োমিন) সহর তাই। "মী" চীংজাও লাম্হোকতুনা ইরাবতী তুরেল্ল' কোনবা তাথো লমদম য়ৌখি। মথংদা লোংশুবান তুরেল লাল্লগা, নি থি তুরেল্ল মপান্দা তাই। মসিদগী করে' তম্পাক ফাওরগা মণিপুর ফ'ই' (৩৭)।

### খৃঃ ৮০০ দা মণিপুরগী চীং লম্বীগী ফীভম।

মতম খাইদা পোকপা চন্দ্রগুপ্ত কৌবা বৌদ্ধ ভিক্ষু অম' মণিপুর ফাওহুনা য়ুনান্দা থুংখি (৩৮)। খৃঃ ১৬ শুবা শতাব্দীদা মৈত্রবাক ফাওদোকতুনা ভিক্ষু বুদ্ধগুপ্তন' য়ুনান চংখি। মাগী পুস্তিগী বারিদা য়ুনান্দগী মৈত্রবাক তাবা লম্বী অসিগী মওং মতৌ ইরমই (৩৯)।

---

(৩৭) Dr. P. C. Bagchi—India and China, Page 18.
(৩৮) Dr. S. K. Bhuyan—Anglo-Assamese Relations. Pages 14-15.
(৩৯) G Tucci-Sea and Land Travels of a Buddhist-Sadhu in the 16th Century. A. D. (Indian Historical) Quarterly, Voll. vii, Pages 683-701.)

## মৈতৈ কলাকারশিংনা য়োরখা মীরৈবাক্কী লমদম

ঐখোয়গী পুং, ইশৈ, জগোইগী অজাশিংনা ইতিহাসকী আদৌ কালদা কবো, অবা, খাগী অমসুং খা নোংপোক এশিয়াগী লৈবাকশিংদা ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী ফজবা মওং উংখি (৪০)। মধ্যম যুগতসু ঐখোয়গী কলাকারশিংনা লৈবাকশিং অসি য়োখি। মণিপুরগী নিংথৌরেন কৈরেনচানা খাগী নিংথৌগী কোংংদা মৈতৈ পুং অমসুং জগোইগী অকাওবা অজা কাংবু অমা থাখি। মৈতৈ অজাশিং অসিগী হৈশিংবা মশানা খুংথাবা কলাদা খুংলাইবা উবদা খাগা নিংথৌরেন যাম্না পেনখি। মতম অদু খৃঃ ৭৮৫ নি (৪১)। আদৌ কাল অমসুং মধ্যম যুগতা মৈতৈ পুং ইশৈগী অজাশিংনা ভারতবর্ষগী মরোন ওইবা মফম অয়াম্বা য়োখি (৪২)। মৈতৈ খুল্লক ইশৈগী অকনবা প্রভাব, গুজরাতকী দোহা কৌবা শৈশক্তা তাবা উই। খৃ ১৪০০দা নেপাল অমসুং তিব্বত্তা শরুবা ইশৈদা মৈতৈ খুল্লক ইশৈগী তশেংবা প্রভাব তাই (৪৩)।

## য়ারোই

মণিপুরগী চীংলম্বী মশিং য়ামখ্রে। লম্বীশিং অসিদা ইরৈবাক অমসুং মীরৈবাক মচাশিংনা নোংচুপ অমসুং নোংপোকী তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংদা চংথোক চংশিন তৌখি। খৃঃ মাং ৯০০ গী

(৪০) Amit Kumar Nag—Cultural Heritage of Manipur. (March of India—March, 1958, Page 25.)

(৪১) R M Nath—Background of Assamese Culture Page 89

(৪২) Amit Kumar Nag—Cultural Heritage of Manipur (March of India, March, 1958 Page 25.)

(৪৩) do do

মমাংদা ঐখোযগী লম্বীশিংদা মশক নাইবা মী চৎনবক্রে। ঐখোয়গী লম্বীশিং অসি ফমনবসিনা মখোযবু অমুক শেমগৎনবগী য়া অসি Governor General গী Council গী মবাচৎপা Member অমনা Treaty of Yandabo থম্নবা মতাংদা হৌদোকখি। মানা "We may expect to open new roads for commerce with Yunan and other south western provinces of the Celestial (Chineese) Empire through Manipur" হায়খি (৪৪)।

প্রবন্ধ অসিগী অরোইবা বাক্ত পরেং ইরকপা মতাং অসিদা থাগীগী অফাওবা কবি চুযিগী বাহৈ—"The act is past; the ancestor is no more but life and gratitude remain" অসি নিংশিংলকই। ঐখোযগী সংস্কৃতি অমস্থং সভ্যতাগী মতাংদা চী লোল মাপন লাম্না চৎখ্রিবা লম্বীশিং ফাওত্না মীরৈবাক্কী চহি—৪০০০ গী মমাংদা শন্দোক্লমবা মৈতৈ অহল্লম্মনশিংদি লৈখিদে, মখোয়না তাক্লগা য়া-লম্বীশিংদি লৈহৌরি। লম্বী অমনবা ওইত্নস্থ হেম্না ফবা লম্বীদি শেম্বা ওইপোকত্রে।

---

(৪৪) Secret Correspondence (Minutes on the Treaty of Yandabo) May, 12, 1826.

# মৈত্রবাক্তা আর্য্যশিংনা খুন্দাবা

মৈত্রবাক্তা আর্য্যশিংনা খুন্দাখিবসি মথোয়না অরাথংবা তারজর্থনা ময়াচেংনা পাল্লবা মতুংদা অনৌবা লৈবাক লোননবা থবক পাইথক্ত-অকপা মতাংদনি (১)। মতম অত্ত ইতিহাসনা থংবা যুগ কয়াগী মমাং-দনি (২)।

লৈবাক অসিদা পুংহোয়ক্কিবা আর্য্যশি শি মথাদা আর্য্যগী অশেংবা ইচেলনিবা কাংবুনি, অইত জাতিগা চায়ো-মৌয়োনজমা পোকপা মুকশাজ কাংলুপ নত্তে (২ খ)। মীয়োম কয়ামুক্তি নৌবা খুন্দায়কপা কাংবুশিগা হান্না লৈরম্বা মীগা য়েংথিনম্মী; এজহোটৈঙদগী লৈরকপা মীশিংগা নৌনা খুন্দায়বা আর্য্যশিংগা চেং-চায়না লৈমিন্নবা হৌথবা মতম অসি খৃঃ মাং ১০০০ দনি (৩)। মতম অসিদা হান্না লৈরম্বা নিশাদ ( Austric ) দ্রাবির অমসুং গন্ধর্বশিংগা আর্য্যশিংগা তিন্নহনা

(১) Sir James Johnstone, K. C. S. I.—My Experiences in Manipur and Naga Hills. Page 130.

(২) (ক) Diksitar—Aryanisation of East India ( Indian Historical Quarterly Vol. xxi, Page 2.—33.)

(খ) Dr. Brown—Statistical Account of Manipur (1872) Page 21.

(৩) "This Synthesis take a definite shape and its character and line of movement was fixed forever as F. W. Thomas has noted it, the Indian Man as result of the Fusion of the Aryan and Dravidian, Mongoloid and Austric came into being at the end of the Vedic period i. e. by 1000 B. C."

Dr. S K Chatterjee—Place of Assam in the History and Culture of India, Page 10

অসৌবা জাতি অমা থোকখি, অমি অনৌ চাৱো মোয়োমত্ননা ভিন্ন-খিবগী থোয়কলিবা জাতি অসি মৈতৈনি। জাতি অসি ভাৱত্তা হায়া নৈময়বা কাংবুগা মৌনা লাকপা আর্য্যশিংগা পুনশিন্দুনা ওইখিবা হিন্দু জাতিগী মচুং চন্নি, মথোয় অসি হিন্দুনি, মথোয়গী ধর্মসু হিন্দু ধর্মনি; মথোয়গী লৈবাক মৈত্রবাক অসি হিন্দু রাজ্যনি (৪)।

আর্য্যশিংনা থুন্দারকত্রিংগৈ মমাংদা মৈত্রবাক্তা লৈরম্বা সভ্যতা অসি য়াম্না থাংবা থাককীনি, আর্য্যশিংনা পুরকপা সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগী কজবা মচাক পুম্নমক লৌশিনবা ঙমখি (৫)। অনৌবা মচাক লৌশিনবসিনা অরিবা মৈতৈ সভ্যতা য়ৈ গুক্ষম থুগাইখিবা নত্তে, অনৌবা মপাঙ্গল হাপ্পতনি, হেয়া কনখংকলনগা ভাৱতকী হিন্দু সভ্যতা

(৪)Racially the Meitheis are a deeply mixed ethnic group. West has mixed with the East and North with South. The Chineese have blended with Aryans, Mongolians with the Dravidians. This mixture creates the "pure" Manipuri called Meithei who live in the Valley... This mixture of bloods have made the Manipuris both beautiful and healthy. As a nation, there is no monotony of homogeniety. Some are fair, some are dark; some more predominently Indian, others more Burmese"

Faubion Bowers, The Dance in India, Page 108.

(৫) "The History of Manipur bears ample evidence of vitality and capacity of recoupment."

Dr. S. K. Bhuyan—Studies in the Assamese Literature, Page 92-93.

মঙ্গদা য়াওডনা ভারতীয় হিন্দু সংস্কৃতিগী অচেৎপা যুম্মী ওইবতনি (৬)। মৈতৈ সভ্যতাগী থোইদোকপা শকুম অমদি—মশাগী শকওং কাইদনা থম্বগা লোইননা অতৈ সভ্যতদগী অযাবা শকক লৌশিনবা ঙমবা অসিনি। ঙুণ অসি চেনবনা, ভারতীয় হিন্দু সভ্যতাগী য়াংলেন শরু ওইরবস্মু, বাঙ্গালী, তামিল, গুজরাতিনচিংবা সংস্কৃতিদা লৈতবা কঙ্গ-থ্রবা শকলোন কয়া মৈতৈ সভ্যতাদা উবা ফংলিবসিনি। মশেক মশা কয়ানা তিন্নবা মৈতৈ সভ্যত অসি মৈনবাক্কী তম্পাক লমদমদা হৌথিবনি অমসু শারেপ ফাখিবনি। মৈতৈগী তম্পাক লমদম অসি মরুদ্যাননি; য়াংথ্রবা সভ্যতা অমনু নিংশিঙবা মতৈ য়াংলুহনবা ঙম্বা মরুদ্যাননি, সভ্যতাগী মঙাল য় দ্রবা চ, মাশিন কাইদোবা চাংশিংগী মরুভূমিনা কোইশিনবা মরুদ্যাননি (৭)

(৬) "The Manipuris have a common heritage with the other Hindus in their allegiance to the Sanskritic Hinduism as represented by the Vedas the Upanishads, the two epics-Mahabharata and Ramayanas and Puranas, particularly the Bhagavata Purana'

Dr. S. K Chatherjee— A Manipuri Purana (Manipur Public Library, Annual Number, 1954—Page 6 )

(৭) [ক] "Manipur valley is a singular oasis of comparative civilisation and organised society, set in the midst of a congeries of barbarous peoples" C I. Lyall

Introduction to the Meitheis by T. C. Hudson.

[খ] "Amid headhunters, aborigines and predatory and warring neighbours Manipur Valley is an oasis of Civilisation"—Faubion Bowers—The Dance in India. Page 110.

থাগী অমসুং থা নোংপোক এশিয়াগী লৈবাক পুমনমক থুমহৎপা ডথা বৌদ্ধ ধর্মবু মাইপাক্না থিংলগা হিন্দু ধর্মবু ময়াচেৎনা থথা অমসুং হিন্দু রাজ্য অমা ওইনা লেপ্পা ডমখিবা অসিমক মৈত্রবাক্না ভারতীয় হিন্দু সভ্যতাদা পীবা অথোইবা খুদোল অমনি (৮)।

## ২। পৌরাণিক যুগতা মৈত্রবাক্কী শকক্ম

মৈত্রবাক্না হায়না লৈরবা দ্রাবিড়, নিশাদ, গন্ধর্ব অমসুং নোনা খুন্দারকপা আর্য্যশিংগা পুনশিন্দুনা মৈতৈ কোবা হিন্দু জাতি অমা থোকখিবনি খৃঃ মাং ১০০০ (হায়বদি পৌবাণিক যুগ হৌরকপদনি) হায়বা মথক্তা পনম্রে। যুগ অসিদা ইখিবা মকওইবা পুরাণশিংদা শিংথারবা মৈত্রবাক্কী শকক্ম অদু মতাং অসিদা উৎননবা তোৎনরি। পুরাণশিং অসিনা তাকপা ডথা ভূগোলদা ভারতবর্ষ পুমনমক চল্লি, ভূগোল অসিগী মনুংদা মৈত্রবাকসু য়াউই (৯)। মবম অসিনা মৈত্রবাকপু পুরাণশিং অসিদা মেখলী নব্রগ মণিপুর কৌনখি, ভারতবর্ষগী মনুং চনবা অথোইবা হিন্দু রাজ্যনি হায়না তশেংনা তাকই।

---

(৮) 'While Burma had accepted the mild and gentle religion of Buddha, Manipur had been taken into the pale of Hinduism and had imposed upon itself burdensome restrictions of caste and ritual from which its greater neighbour is happily free"

– C. I. Lyall –Introduction to Meitheis by T. C. Hudson.

(৯)"The whole of India was brought within the pale of Puranic geography including that of the Mahabharata."

—Dr. S K. Chatterjee–Place of Assam in the History and Culture of India. Page, 12.

## মৈত্রবাকপু মেখলী কোবা

পুরণিশিংগী মরক্তা অথোইবা ওটবদগী মহাপুরাণ কোবা মহাভারতা মৈত্রবাকপু মেখলী কৌই। মহাপুরাণ অসিগী ভীষ্মপর্ব্ব, অধ্যায় ৮৭, শ্লোক ৮-৯ দা লৈবাক অসিবু মেখলী কৌগনা তশেংনা তাকলি (১০)। মহাভারতকী মতু দা ইবা স্কন্দ পুরান্দসু, মৈত্রবাকপু মেখলী হায়বা মমিং অসিন কৌগনা লৈবাক অসিগী মরম শিংথারি (১১)। উদয়গিরি কোবা চীং অসি মৈত্রবাক্কী (মেখলী) গী অথোইবা চীং অমনি হায়না পুরাণ অসিনা লৈশি লৈথোক্লি। চীং অসি মৈত্রবাক্তা লৈ হায়বসি রামায়ণ কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ড সর্গ ৩৮, শ্লোক ৫৫ দসু তশেংনা উংলি (১২)। পৌরাণিক যুগ লোবদনা খৃঃ ১৮০০ হোবা কাওবগী শাংলবা মতম অসিদা মৈত্রবাকপু মেখলী হায়না খঙলকই। খৃঃ ১৭১৭তা ইবা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানীগী চেদা মৈত্রবাকসু মেখলী হায়না পল্লি। লৈবাক অসিগী নিংথৌ রেন গৌরশ্যামনা কম্পানীদা খৃঃ ১৭৬৩ দা পীবা ঘোষণ পত্রদা মহারাজন মৈত্রবাকসু মেখলী দেশ হায় (১৩)।

(১০) দ্রোনাস্তর, জোতে, ভগদত্ত প্রতাপবান।
মগধাশ্চ কলিঙ্গশ্চ পিশাশ্চ বিশ্বমপতে॥
প্রাগজ্যোতিষদাস্ত নৃপাঃ কৌশল্য বৃহদবলা।
মেখলী কুরুবিন্দশ্চ ত্রিপুরশ্চ শমবেতা॥

(১১) অথ পুর্ব্বস্থাং মঞ্জন বৃষভ ধ্বজপদ্ম দিগম্বর।
উদয়গিরি ভদ্র গৌড়ক পৌণ্ড্রোৎকল কাশি মেখলী স্বাষ্টাঃ॥

(১২) পূর্ব্বস্থাং দিশি নিমানং কৃত, তৎ ত্রিদশেশ্বরৈঃ॥
ততঃ পরং হেমময়ঃ শ্রীমানুদয় পর্ব্বতঃ॥

(১৩) Gourasyam's Declaration (1763) ratifing the Anglo-Manipuri Treaty of 1762.

মেখলী হাববা বাটৈ অসি ম্যুংখাল' হায়ব। খাগীগী বাটৈ অসিদগী থোকপনি (১৪)। খাগী লৈবাকী মথাখ'বা লমদমদা লৈবা মীশিংনা মৈতৈবু ম্যুং (মী)+খা (অথোইবা'-দা (পাং) নত্রগা অচৌব। পাংকী মপান্দা ভাবা মী হাবনা কৌই। ম্যুংখালা হায়বা বাটৈ অসি কগী থৈথখিত্রনা পুরাণশিংদ মেখলী কাথনা ইখিবনি অমসুং তেখাও (আসাম) অমসুং মন্নাংলৈবাক (কাছার) কী মীনা মুগলু নত্রগা মোগলাই কায়খিবনি।

## মৈত্রবাকপু মণিপুর কৌবা

ঐথোবগী লৈবাকপু মতাংদা মণিপুরসু কৌই। অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল ইয়ত্রনা মৈত্রবাক চংলকপা অর্জুননু মচানুপা বব্রুবাহন (বক্রবাহন) নিংথৌবেন্না মাইথিব পীত্রনা শগোল মুনথিবগী বায়ম অহু পনবদা থম্বিবা বাকম অসিদা মত চাদবা থোক্লোই। শগোল মতুং ইন্দুনা মথং মথং লাকপদা অর্জুন তেখাও (প্রাগজ্যোতিষপুর) নিংথৌ মাইথিবা পীখি (১৫)। মথ'দা সিন্ধু লমদমদা চংখি (১৬)।

---

(১৪) R. M. Nath—Background of Assamese Culture, Page 89.

(১৫) প্রাগজ্যোতিষমথাভ্যেত্য ব্যাচরৎস্থহয়োত্তমঃ।
ভগদত্তাত্মজ স্তত্র নির্যযৌরন কর্কশঃ।

ভারত – অশ্বমেধ ৭৫।১

(১৬) সৈন্ধবৈরভবদং যুদ্ধং ততস্তস্য কীরিটিনঃ।
হতশেষৈ মহারাজ হতানাঞ্চ সুতৈরপি।

ভাং অশ্ব ৭৭।১

সিন্ধু অসি তেথাও লৈবাক (প্রাগজ্যোতিষপুর) গী মচেৎ তরেৎকী মসুৎদা মচেৎ অমনি ; মৈত্রবাক্তা হেক তাইনবা মচেৎনি (১৭)। সিন্ধু নত্তবা তেথাও (প্রাগজ্যোতিষপুর) লৈবাকী মচেৎ তরুক অদুগী মমিংদি বিন্দু, জম্ম, কচ্ছ চন্দ্র, সিদ্ধ. অমসুং সমুথনি। সিন্ধু নিংথৌ ওন্নবা মতুংদা অর্জুন্না মৈত্রবাক (মণিপুর) চংথি (১৮)। মৈত্রবাকী নিংথৌ পরাঙাংবগী মথুতগী মাইথিবা ফংলবা আর্জুন্না মযুম লৈবাক হস্তিনাপুর হনবদা লৈবাক অসিগী চৌংলম্বী কাওদোক্লগা সিন্ধু তাথি ; মথংদা তেথাও লৈবাক (প্রাগজ্যোতিষপুর) বৌথি, মথং মথং চংলক্‌না পাটনা (রাজগৃহ) দা থুংথি (১৯)।

শিবরাম আপ্তেনা মহাভারত্তা পল্লিবা মণিপুর অসি মাদুরাগী মনাক্তা থমই ; স্বামী দয়ানন্দ সরস্বতীনা মসিবু আমেরিকাদা থিল্লি ; Dr. Cunninghamনা মসিবু রত্নপুরগী অরাংদা লংথিল্লি ; নগেন্দ্রনাথনা মণিপুর অসি গঞ্জাম ওইহল্লি ; রাজ মোহন নাথনা মসিবু হরিদ্বার মনাক্তা থমই ; পণ্ডিত অমনদি মহাভারত্তা পল্লিবা সিন্ধু অসিবু পাকিস্থানগী প্রদেশ সিন্ধ ওইনা লৌদুনা মণিপুরবু কারাচি মনাক্তা থাদে।

(১৭) সপ্ত খণ্ডকতন্মধ্যে তত্রৈব সপ্ত পর্ব্বতাঃ।
বিন্দুসিন্ধুর্জ্জম্মশ্চন্দ্র কচ্ছ সিদ্ধ সমুথাঃ॥
কামাখ্যা তন্ত্র।

(১৮) ক্রমেন সচরংস্তৈবং বিচরন পুরুষর্ষভ।
মণিপুরপতেদে'শ মুপাগুয়াৎ সহ পাণ্ডবঃ॥
মহাভারত, অশ্ব: ৭৮ | ৪৯

(১৯) অনুগচ্ছাশ্চতুরগং নিবৃত্তোহথ কিরীটভৃৎ।
যদৃচ্ছয়াসমাপেদে পুরং রাজগহংস্তদা॥
মহাভারত অশ্বঃ ৮০ | ৫২

অসিগুম্বা ওইবা যাদবা মত কয়া পীনরি। ব্যাসনা পল্লিবা সিন্ধু অসি মৈত্রবাক্তা তাইনবা তেথাও লৈবাক্কী মচেং অমনি হায়বা fact (অচুম্বা) অসিমতং থংলমলবদি, মথোয়না মখল মথেল কয়াগী চোইয়োল লোল্লিবসি তৌরমলোইদবনি। মৈত্রবাক্কগী হস্তিনা (দিল্লী) চৎখিবদা সিন্ধু (তেথাও লৈবাক্কী মচং) অমসুং প্রাগজ্যোতিষপুর (তেথাও) কাও-রগা রাজগৃহ (পাটনা)। থিবসি মথক্তা হাযখ্রিবা পণ্ডিতশিং অসিনা থিল্লিব মফম অসিদা ব্যাসনা পনিদা মণিপুর অদু লংশিনবা তাররবদি, ওইথোক্কে, ধর্ম্মরাজগী অশ্বমেধ যজ্ঞসু মপু দাবা ওইথোক্কে। মরমদি পণ্ডিতশিংনা চংজন্নাংবা লমী লমলোংশি অতোপ্পা মতুং ইন্না চৎখিবদগী অর্জ্জুন মযুম লৈবাক হস্তিনাপুর য়োবা শুকতম ভমলোই।

মথক্তা পীখ্রিবা মতিক চাবা প্রমাণ কবানা মহাভারতা পল্লিবা মণিপুর আস মৈত্রবাকনি হায়বা অচুম্বা (fact) অসি তশেংনা উৎপ্রে। মহাভারতকী মতুংদা ইথিবা পুরাণশিংনা মণিপুর হায়না পল্লিবা পুমনমক মৈত্রবাকপুনি। ব্যাসনা ইবা অনিশুবা মহাপুরাণ-ভাগবতা মৈত্রবাকপু মণিপুর কৌই (২০)। মহাভারতা ইবিবা রাবিশিং অসি অনৌবা মওংদা লিত্রনা জৈমিনিন লাইরিক অমম্ম ইখি, মহুগী মমিংসু মহাভারত কৌই। মসিদসু, জৈমিনিনা মৈত্রবাকপু মণিপুর হায়না পল্লি। মৈত্রবাক্কী নিংথৌ চিত্রবাহনবু ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌনি হায়না জৈমিনিনা শিংথাখী (২১)। চিত্রবাহনগী মতুংদা পানবা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ পরাক্রা বা (বভ্রবাহন) অমসুং মানা রায়েনবা লৈবাক অসিনী মবমদা জৈমিনিনা হায়ঃ-

(২০) ইরাবন্ত খুলু প্যাংবৈ সুতায়াং বভ্রবাহনম।
মণিপুর পতি সোহপিতং সুত. পুত্রিকাসুতঃ॥
ভাগবত, ৯ম স্কন্ধ, শ্লোক ৩২।

(২১) মণিপুরেশ্বরং রাজন ধর্ম্মজ্ঞ্যা চিত্রবাহনম।

"বজ্রবাহনা পানবা মণিপুর অসিদা লৈবা মীশিংদি অচুবা-চাইহ অমসুং চুপীশিংনা মপুরোইবদা ভক্তি কাইদে ; নিংথৌসু যেদ টৈহে অমসুং প্রজা পুমনমক্না বাসুদেব (শ্রীকৃষ্ণ) দা মথবাই কংদি 'অমসুং অইন্ত কনাসু থন্দে। × × × লৈবাক অসিদা মী কুহনা খাই ; মখোবগী মশা নামা কৈ অমসুং লৈজবা খয়হুতদা পেঙবা শুবই অমসুং কুত্তিগী কুন্মে ফাঁয়োং ভোই' × × × × হংস জব অমসুং অইন্ত নিংথৌশিংনা মণিপুরগী নিংথৌদা চহি খুদিংগী লোইপোং কাই (২২)।"

মৈত্রবাকপু মণিপুর কৌহনা অমসুং লৈবাক অসিগী তীর্থ মস্তাদা স্নান তৌরগা অয়ান খুডম ফংগনি হায়হনা, রুদ্রজামল পুরাণনা ঐথোকপী লৈবাক্তা বারম পীবা হোই (২৩)। লৈবাক অসিগী চাং (উদয়গিরি), পাং লোকতাক) অমসুং রুদ্রজামলনা শিংথাখিবা তীর্থশিং অসিগী অকুপ্পা বা ব্রহ্মপুরান্দা যাণ্ডরি. মৈত্রবাক অসি মণিপুরনি

---

(২১) রম্যং মণিপুরং নাম বভ্রুবাহন পালিতং।
দ্বিতীয়মেব বৈকুণ্ঠ স্থাপিত বিষ্ণুনাঙ্কিতো॥
নোরা সত্যব্রতা যাত্রা নার্য্যশ্চ পতিসেবীকা।
বেদার্থ শাস্ত্র নিপুণ ভাতি যাত্রা মহাজনা।
চিত্তনাং বাসুদেবস্য নান্যাং চিন্তাং প্রক্রয়বতে॥

* * * * *

তুষ্টা পুষ্টা জোনকীরণাং নিত্যাত্ত লবাবিভুশিত্তম।

* * * * *

হংসং ধ্বজাদি ভিরদাত্তং প্রাত্যপদাত্তং প্রাত্যপদাং নৃপাঃ কারঃ।

(২৩) মণিপুরে দেবতীর্থং পঞ্চ কুণ্ডং সরোবরম্।
তত্র শীকায়না তীর্থং স্নাত্বিণা মুক্তি নিশ্চয়ি।

অমসুং মৈতৈশিংনা গন্ধর্ব্বনি হায়বসি ব্রহ্মপুরায়া তশেংনা তাকই (২৪)। মৈত্রবাকী মীয়ু গন্ধর্ব্ব কৌরিবসি অচুবনি। ব্রহ্মপুরাণগী অচুবা মত অসি কওপুরায়া শন্দোক্না তাকলি (২৫)। জৈমিনিনা মৈত্রবাকী মীশিংনা কুরুক্ষী যুদ্ধে তোই হায়বসিনসু মৈবাক অসিগী মীশিং অসি গন্ধর্ব্বনি হায়বা তশেংনা উৎপনি। মৈতৈশিং অসি বাসুদেব (শ্রীকৃষ্ণ) না থবায় কৎলি হায়বা. জৈমিনিগী বাঙাং অসিনা মখোয় অসি হিন্দুনি; মখোয়গী মৈবাক মৈত্রবাক হিন্দু রাজ্যনি হায়বসি ময়েক সেংনা লাইরি।

## পৌরাণিক যুগকী মতুংদা

পৌরাণিক যুগকী মতুংদা ইবা সংস্কৃত লাইরিকশিংনসু মৈত্রবাকপু মণিপুর কৌই। মণিপুর হায়না কৌদুনা তন্ত্রগুরু (সংস্কৃতকী লাইরিক অমা) না মৈবাক অসিগী বা ইখি (২৬)। খৃঃ ১৩১৮ দা গোপাল ভত্তনা সংস্কৃত লোন্দা ইরম্বা লাইরিক-বল্লাল চরিত্তা ঐখোয়গী মৈবাকী

---

(২৪) বিদ্যাধরং সা গন্ধর্ব্বং শ্রীতীর্থং ব্রহ্মনোদ্ভবং।
সাতীর্থং লোকপালাখ্যং মণিপুর গিরিং তাথা॥ ২৬ | ২৩

(২৫) ঐশান্যং মেরু কনষ্টরাজ্য পশুপালকীর কাশ্মীর।
অতিশরভঙ্গন কুলতৈঅরিন্ধবন রাষ্ট্রাঃ॥
ব্রহ্মপুরদার্ব্বরামর বনরজ্য কিরাতচীন কৌলিন্দাঃ।
ভল্লপলোল জটাসুর কনঠ খসঘোস কুচিকাখ্যাঃ॥
একচরন.াহ বিখ্যাঃ সুবর্ণ ভুর্ব্ব সুবর্ণ দিবষ্টশ্চ।
গৌরবচীয়নিবসন্তি নেত্রজমুদি গন্ধর্ব্বাঃ॥

(২৬) মণিপুরেসদা চিন্ত্যং মন্ত্রানাং প্রাণরূপকে।
তন্ত্রগুরু—Edited by Swami Nigamananda, Page 130.

বায়ম হায়বদা মণিপুব কায়বা রাইহনা হৌই। খৃ: ১৫৭৮ দা আনন্দ ভত্তনা ইবা লাইরিক বল্লাল চরিত পরিশিষ্টদস্থ মৈত্রবাকপু মণিপুর কৌই অমস্থং মৈতৈ নিংথে না বল্লালবু মাইথিবা পীখিবগী বা ইরি (২৭)। মৈত্রবাকপু মণিপুর হায়না বঙ্গদেশতা থংনরম্বগী প্রমাণদি মথক্তা পনখিবা লাইরিক অনি অসিনা মতিক চানা পীরি।

তেথাও নিংথো বাজেশ্বরদা মংগী মগ্গী বরবকরানা, মৈত্রবাকী নিংথৌ জয়সিংহগী পরিচয় পীবদা, মৈতৈ নিংথোবু মণিপুর নিংথৌ, বক্রবাকনগী থাব অমস্থং অশেবা ক্ষেত্রি হায়বা অসিনস্থ মৈত্রবাকপু তেথাওনা মণিপুর হায়না থনবম্বগ মরেক লাবা সাক্ষীনি (২৮)।

খৃ: ১৮০০দা তেথাও কীপ্ত বঙ্গপুরদগী পাও লৌদুনা মৈত্রবাকী ময়মদা Francis Himalton (East India Company গী Officer) না ইথিবা Report অদুদস্থ মৈবাক অসিবু মণিপুর কৌই (২৯)। খৃ: ১৭৬২দা মৈতৈ নিংথৌ ভরসি কনা East India Company গা তৌনবা সন্ধি-পত্র অদুদ মৈত্রবাকী মমিং মণিপুর হায়না পীরি। ইংরেজশিংনস্থ মৈবাক অসিবু মণিপুর হায়না থংলিবসি নকবা তেথাও মৈবাকগী হংলুরগনি।

---

(২৭) তস্তকার বিদ্রোহ মণিপুর পংতং প্রতি।
মানঈনো বভ্রুবাহত স্তাড়িতশ্চ গনৈ: সহ॥

(২৮) Dr. S K. Bhuyan—Tungakhungia Buranjee, Page 53.

(২৯) Francis Himalton An Account of Assam (1800) Page 76—83

“চীংনা কোইনা পনখাবা, হাওনা কোইনা পনস্তাকপা মণিপুর সনা লৈবাক”—মৈতৈ পুৱনমক্না নাপলগা লোইননা থাৱনখ্রেগী হায়নরকই। ঐথোয়গী লৈবাক্তা ইবা থ্বাইদগী কুইগবা সংস্কৃত লাইরিক ব্রহ্মসংহিতাদসু ইরৈবাকপু মণিপুর কৌই (৩০)। চাংখংখোম্বা মহারাজনা ইংরেজশিংগা তৌনখ' সন্ধি পত্রদা মৈত্রবাকপু মণিপুর হায়না তাকখিবসিমকসু মৈতৈনা মরৈবাকপু থাম্ননখ্রেগী মণিপুর কৌনরকপগী বাকয় অসি মমেক লাবা হেনহনবনি।

## মৈত্রবাক্তা হিন্দু ধর্ম্ম অমসুং সভ্যতা

খৃঃ ১০৭ (হায়বদি সম্বত ১৬৪) দা সংস্কৃত লোন্দা দেবনাগরি ময়েক্তা শেল হক্কুনা চংহল্লি, শেল অসিদা ইরম্বা ময়োলদিং' চৈত্রশুদী ত্রয়োদশ ২ সম্বত ১৬৪” অসিনি। নিংখোনা শেল সংস্কৃত লোন্দা হকপা অসিনা—লোল অসি লৈবাক অসিগী রাজভাষা ওইরে, মসি হৈবা মীনা নিংথৌকোন য়োননবা অথোয়বা পাদ্য ওইরে, মসি নৈনবা মীগী ফীরাল মাই চুপা মতম ওইরে হায়বা অশেংনা তাকই। সম্বত ১৬৪গী মমাং চহি চা কয়াদগী হৌনা সংস্কৃত লোনগী অচেৎপা মুন্দম মৈত্রবাক্তা লৈরে হায়বসি প্রমাণ চংত্রবা বানি। চহি অমা অনিগী মতুংদা চংলকপা মীরৈবাকী লোল অমনা লৈবাক অমগী রাজভাষা মিংনা ফুপ্পদা ওইবা শুকয়া যাদে, ওইরকয় থোক্তবা বানি। Pebul Peliot না ইয়া থাগী ইতিহাসতা খৃঃ শতাব্দী অনিশুবা কৌবা মতমদা মৈত্রবাক্তা মশুংচেনবা ব্রাহ্মণ (Great Brah-

(৩০) মণিমালা অমা যুক্তাং মনিনায় পরিব্রজনাৎ।
মণিপুরং ততঃ খ্যাতং ফণোৎপাদ্যদ্বি ভারত॥
—ব্রহ্মী সংহিতা।

min) লৈরে হায়রি (৩১)। Peliot না লেপ্লিবা মতম অসি চোঙমল্লি; মতম অসিদদি সংস্কৃত লোল অসি রাজভাষা ওইনা মৈত্রবাক্তা অতোম অরেবা খুডম কংগ্রে। মতম অসিগী চহি চা থরগী মমাংদা সংস্কৃত লোল অমসুং সাহিত্য শান্দাকনবা মতিক মগুণ চেনবা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণশিং অসি মৈত্রবাক্তা খুন্দাহুনা লৈরম্বা লোইরবনি। মখোয়না চহি চা কয়া চনা লোমজবগী মমলনা সম্বত ১৬৪ দা লৈবাক অসিদা সংস্কৃত লোলবু রাজভাষা ওইনবা ওমখিবনি। খৃঃ ৩০০ গী মথাইদা হৈবা খাগী লাইরিকশিংদা মৈত্রবাকপু ব্রাহ্মণগী অপিকপা লৈবাক হায়না শিংথাবা অসিনা লৈবাক অসিদা ব্রাহ্মণ মশিং য়াম্না লৈরে, মখোয়না য়োকখৎচবা হিন্দু ধর্ম্ম অমসুং সভ্যতা অসিগী মতুংদা মৈত্রবাক অসি পুমচৎ চংলে হায়বা উংলি। খৃঃ ৮৬০ দা ঐথোয়গী লৈবাক অসিদা ল্যাকলখা খাগী লৈপাক্কী লংথৈ চৎপা রুপা অমনা হৈবা লাইরিক্তা লৈবাক অসিগী মীশিংদি শা, শল চাদে, মখোয়গী ময়ক্তা পাল্লি অমসুং ব্রাহ্মণ য়াম্না লৈ হায় (৩২)

নিংথৌরেল খোংতেকচা য়োইরেনবনা খৃঃ ৭৯৯ দা ইহন্দুনা থনখা কোম্রি কোম্পাক্তা য়াওরিবা বারোল অসিনা মৈত্রবাক্তা হিন্দু ধর্ম অমসুং সভ্যতা অসিগী মরু কয়া চেংনা তাখিবগে হায়বা ভখে না তাকচৈ। খোইদোকমু থায়নগী শিবলিংবা ধর্মনা মরাই চাইথব অমসুং মচুগী মতুংবা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি তৌনরকপা মতাং অড় কোম্রি কোম্পাক অসিগী বারোলদগী ভখেংনা খংবনা, মচুদা হৈবা লোল্লা অড় ইকাই কাইহন্মনা মথাদা পীরি :—

---

(৩১) R. M. Nath—Background of Assamese Culture, Page 89.

(৩২) Yumjao Singh—History of Manipur, Page 11.

"শ্রীহরি কুমঃশাক মশিং ৭২১ শুপাতা লাইনিংথৌ খোংতেকচা খোইরেনপা নিংথৌ ওইপাত লাইপু নিংচতুনা লাইকি থৌচাঙকী লাইরিক পুয় ণ অমা কংচৈরে। লাইনিংথৌ খোংতেকচা ম়োইরেনপকী বানে খংল্লো। নিংথৌ ঐনা পুরাণ অসিকী রাথংতকী মতম কুটনা শিবপু দেবীপু পুজা তৌরপতা শিবকী দেবীকী থৌচাঙকী শিদা রাই নাত্ত রাই অনিমকপু কংচরে। পুরাণ অসিপু মতম লত্তনা নমু মীওইপনা কাকলপতি ই ওদনা শিও; অথাক অলাও তাতনা শিও, নহাক নির্বংশ ওইও; শাটৈ কুণ্ডা পুমনমক থাংতা চংপা ওটশনো। নিংথৌ ঐকী রাথংনে। পুরাণ অসিপু নমু মীওইপনা ক'লকপতা লৈমা নিংথৌ ফাওহনা (থংহন্দনা) ঐকী ওইকে নিংলপদি ঐনা মমাংতা হায়খ্রিবা শাপ অসি লেপনা কংও। নিংথৌ ঐকী থাথংনে। পুরাণ অসিপু কাকপতা ইরাত্তি ঙমু অহমনে, অথুম অহাওনে, সনা খোংনাঃ মনা ৭ নে, চীং হৈক্র মনা ৭ নে, হমুপা লৈ মত্তোন ৭ নে অসিনা অহিং নোংরাইতা রাত্তো (ইরাংলো)। মী অনি শুকতে।

"অসিপু ইরাংচরপতি মী অতুনা নিংবা থুংছে। অসিপু ইরাংনপা পিচাতি (গরম, নিয়ম) ঐ ঐ ঐ থাহা, থা৹া, থাহা, মরেক তরুকমা অসিনা লাত্তো। লাইরিক অসিনা কাঙলককচাপতি কুমশিং ১৭৯২ শুপতা কাওলকতনে। হে মীও' লেপনা থংও।

"শ্রীশিবপু থুরুমনা চায়কে। লাইরিক অসি কংলকপা নিংথৌতি শিব দেপী অনিমকী থোচান লৈবা নিংথৌনা কংজরকতনে। হৌজিকি বারম অমা হায়ংক। কুমশিং ১৭৯২ শুপাতা লৈপাক বাথোক অচৌবা অমা থোকলকতনে। অদুদা হরি (শ্রীকৃষ্ণ) কৌবা লাই অতুনা নোংকাখিতনে। অতুগী মতু তা কনেশ (গনেশ) কৌবা লাইনা

লাইরিক-মাংকতপগী মাংতা হায়া থংতুনা ক-নখবা লাই চহুব হুমংহুম-থোই মরক্তা লোইননা নমু মী ওইনা পোকতুনা অবতার তৌরকতনে। মানা সনা লুপাগী হুনোকনা চোকতুনা পিরকতনে। ইতং হায়কে। নিংথৌ ৮৯ মতাকী ঙেগীনা মীকী মপোকতা পোকতুনা নিংথৌ অমকী মথং মৈয়েন ওইরকতুনা মরুপী মপুকতা পোরাবেমা চংতুনা মী ওইনা পোকলকতুনা নিথৌ ওইরকতনে। নিংথৌ অতুবা ক্রু (শুক) অতুবা লাই চহুব হুমগী হুমথোইনা পোকখপা লাইকপ (লাইপাংবু) অতুবা জিলতুনা মৈপাক অতু ঙাকসানরকতনে। মাইকী কমলুপ (কমনাইবগী কাংলুপ) হাপলকতনে থ ও।

"লাইনিংথৌ ৯মা (মক) কমলুপ চাপলকনে। শেকপিন মথোন ৯ থললকনে। সনা থাং লুপা থাং শালকনে। পুষ্পামহামণিক কৌপা ভোলাই অতু শারপকা, শামু অংজৌপগু লাকতনে। নিংথৌ পানপা ৮৯ না লোই চারাকতনে—লেপ্পা থংও। ক্রু (শুক) অতুনা নিথে ক্রুপি মতিক থংপা অমনা মচা নৈমা পিরকনে। নিংথৌ ৮৯ মনা (মক্রা) মাপু ইরাংলকনে। হে মীও! লেপনা থ ও! ঐনা থংপা নত্তে, শিবকী য়াথংনে। তৌকতাপা রানি অমগুং নিংথৌ অতুনা শিব, দুর্গা, গনেশ কৌবা লাই অসিপু মানা অতংপা লৈতনা নিংলকনি। অতুগী মতৈনা রসাবন কৌবা ধম্মপুগুং কংচরকনি। শিব, দুর্গা, গনেশ কৌপা লাইপু নি চরপা হে মীওইপশিং ও। চারথিরিপা মরম অসি খিপিক মা (মহাক্রা) ঙমনা (পুন্নেনমক) কংচরকনে। অমগুং হায়কে। লাইরিক অসি ফুকলকতপতি বিশ্বকর্মা কৌপা লাইনা মীকী মপোকতা পোকলতুনা য়ানা ফুকলকতনে।

"হে মীও! নিংথৌ ঐনা চারপা নত্তে, শিবকী য়াথংনে, লেপনা থংও। অমগু হায়কে শিবপু কংনপা লাইনিং—ওঁ হ্রিং খোগ অর্শিমা হ্রিং খাহ—লাইনিং অসিপু থা ১২ শোনকনি।

পোংবাগুতি হৈগাগোক মনা ১২ নে, শকোক হিদাক মপান ১২ নে, শক অঙাংপী, অমুপী, অঙৌপীকা মখোমনে, চেংনে, খোইতিংনে, মেনক্রুকনে, থাওমনে অসি খিপিক লাইননা পূজা তৌকনিএ। মা আসতি দেবীপু ফংচবা মানে। মা আসপু লোনচরবা নিংচরগাতি পাং, তা, মৈ, ঈশং, সুংশিং, অসি খিংপকতা শিংরাইএ, নিংপা থুংএ।

“১তুবা হায়রে। শিবপু নিংকে, দেবীপু নিংকে, গণেশপু নিংকে, হায়পগু মরেক অসিপু লোইতনা লোলও! লেপ্পা ফংকনে থংও। ক্রু (শুক্র) অসিপু হায় ফংচবা নিংথৌ অতুতি লাইপক ফগং নিংগোনে। ক্রু অতুকী নিংথৌ অতুনা লেনপা ইরাংচরে হায়রককা কুমশিং লিশিং অমা নহা ওইনা পনমিনকনে অমসুং নিংথৌ অতুকা ক্রু (শুক্র) অতুকা লোইনতুনা নোংকাখিতনে। শিবকী দেবীকী থুম্না ফংকতনে। শিব দেবী ২মকী থুম্না মোরকা অতুতকী হারকা (শ্রীকৃষ্ণগী) মনাক ওহাংগইপনে; মাকী মপোক্কা পোকনরাইতপনে। ঙে মাওফপাশিং ও! নিংথৌ ঐকা য়াথংনে। লাইহৈক নংতি ঐ মকতনা শিবগা মনাই মকতা ওইরপাতি মাংকনো! পুরাণ অসিকী মা অসিপু নিংথৌ অতুনা থাচনা ইরাতলপতি -লা-ক্রো, প্রেম—হিতাক ৩ (অষ্টম) পু দেবীনা পিকতনে। নিংথৌ ঐকী য়াথংনে থংও!”

মথক্তা পণ্ডিত কোয়ী কোম্পাকী বারোল অসি শ্রীযুমজাও সিংনা মাগী Report on the Archeological Studies in Manipur (1935) গী চেনা ৩৬।৪৪ দা ফাংগে। কোয়ী কোম্পাক আসি মথাক্তা কয়েং খুদগী লেবমি।

মৈত্রবাকী ব্রাহ্মণশিংনা সংস্কৃত লোন্দা লাইরিক ইরমই। ধরণী সংহিতা অমসুং শিবজ্ঞা মণিপুরগী পণ্ডিতশিংনা ইবনি। মৈতৈ ওঝাশিংনা ইরবা সংস্কৃত লাইরিকশিংগী বাক্য অসি মথক্তা প্রবন্ধ “থাইনগী সাহিত্য” দা মতাং চানা পনগে।

অনিশুবা শরুক

**মৈটৈ লৈমগী অথোইবা মচা খব্বগী মতিক মথৌনা শিংথাবা মতাং ।**

# ১৮৯১গী শহীদশিং।

**ৱাঙ্খি ৱাখোং ঃ—** তা ২-৯-১৮৯০ গী অহিংগী লাল ডুমজনা মণিপুরগী সিংহাসন শ্রীযুক্ত কুলচন্দ্রনা লৌখৌরে। কলিকাতা চঙ্গনা শ্রীযুক্ত সুরচন্দ্রনা ইংরেজ সরকারদা সিংহাসন হন্দোক্নবিয়ু হাইনা দরখাস্ত থাখি। দরখাস্ত অসিগী মরমদা ইংরেজ সরকারনা তাবা বারেপতী মণিপুরগী সিংহাসন শ্রীযুক্ত কুলচন্দ্রদা পিদবা, মণাও ইবুংঙো কুলচন্দ্রদা পিবা অমসুং যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎপু মণিপুর রাজ্যদা বন্দি থম্বা অসিন। তা° ২২-৩-১৮৯১ ই°, নোংমাইজিং কুমিৎকী অযুক পুং ১০ তাবদা পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউডকী ঙ্গিশিদেনশি (মযুম) দা দরবার তৌগদৌরিব, মসিদা আসামগী চিফ কমিশনার কুইন্টন, মহারাজ, যুবরাজ অমসুং মণিপুরগী অঙম অথৌশিং লাওগদৌরি। দরবার অসিদা ইংরেজ সরকারগী থারেপ অসি পাথোক্লগা, যুবরাজ বন্দ তৌগদৌরিব। মহারাজ, অঙম অথৌশিংনা থৌগলজনা, দরবারদা মতম চানা ঙ্গিশিদেনশিদা থোঙ্গান থোরকে। দরবারদা পাংথোক্কদৌরিবা ইংরেজ সরকারগী থারেপ অদু যৈ ত-রোদা। তন্দোকপ লোইদবনা, শ্রীযুৎপু ঙ্গিশিদেনশি মঙ্গলদা লেংশিনবা রাথোই হাবনা থিংখ্রে। মনাইশিংগা লোইননা শ্রীযুৎ ঙ্গিশিদেনশিদা থোঙ্গাল বা মদা হুশা মবক্তা পুং ১০দগী কুমিং যুব কাওবা, লেপ্পুনা লৈরি। শরক অসিদা মৈতৈ লাম্মা থবনা ঙ্গিশিদেনশিগী শরল তুমিন্না লিংশিন্দুনা চংখ্রে, মতুংদা যুবরাজ ফাননব তৌরিবা থোরাং অহু রেংজুরগা, থাঙ্গাল জেনেরেলন। শিংশিংনা তনংবে। ইংরেজগী মরো কাওরিং মাওনা থংবা জেনেরেলনা যুবরাজপু শজাইদা হলহনখ্রে।

ইংরেজ সরকারগী বারেপ মৈতৈরোম্দা হন্লোকপা লোইরতুনা মুংখিল পুং ১ রোম তাবা মতমদা লেংশিল্লকপা রাযগনি হাইনা হল্লংলররবদা, শ্রীযুংনা মনাইশিংগা লোইননা দরবার ঙোলদ' লেং শিনখি। যুবরাজ লাক্কবনা থবক মাররোই হাইনা উরল্লা, রথংগী মুমিং (লৈপাক্‌পোকপা, তা' ২৩-৩ ১৮৯১) গী অযুক পুং ৮ তাবদা দরবার রৈপোক্লবা অমসুং যুবরাজগী শোইদনা দরবার মাওংনবিরনবা, কুইন্টনা মহারাজদা হায়জখি। হায়জবা মাখিরে; শ্রীযুং মনাইশিংগা মা কোম্নংদা লেংখি।

কমু, থাদোকপা ভুমদনা নাত্তনা লৈবন যুবরাজনা দরবার মাওবা ভুম্মোইদবা অমসুং মরম অসিনা শ্রীযুংসু মতুদা লেংলকপগী কারকম লৈতবগী বারোল অসি — দরবারগী মতম ওইরক্লবদা কুইন্টনদা থংহল্লরে। ইংরেজ সরকারগী বারেপ অমসুং যুবরাজবু বন্দি ওইনা পিনবিযু হাইজবা বারোল ইবা কুইন্টনগী চিঠি অমা শ্রীমউদনা মা কোম্নংদা পুরকই। শ্রীযুং মাথোং লেংথোকপা দর-বারদা চিঠি অসি পুপোক্তুনা থম্মরে। যুবরাজবু বন্দি ওইনা ইংরেজদা পিপোকপগী বাকম অসি, যুবরাজ নাবা করবা মতুংদা থম্মরগা কুইন্টন্দা মরোল থংহনবা হাইনা দরবারনা লেপ্পরে। মণি-পুর দরবারগী বারেপ অসি ইবা চাজুম নথা চিঠি অম, কুইন্টন্দা পীক্লনবা গ্রামউদতা থুংশিন্নরে। চাজুম ককাইতুনা চিঠি অতু পাপোক্লগা শ্রীমউদনা যুবরাজ উরক্লগে হাইগংলকলে। উরবা মাপনি হাইবা শ্রীযুংকী মাথং কংলতুনা গ্রীমউদনা যুবরাজ উম্মরে; অতুবু চিঠি অতুদা ইরিব' মরোল অত্তদগী হেম্না মঙোন্দা যুবরাজনা অতৈ বা করিসু হাইবিরক্তে। গ্রিমউদ রিশিদেনশিদা হনখ্রে।

দরবার ভৌরগা যুবরাজ কাগে হোংনবা শোইরবদা, সিকাই থাজিন্দুনা শঙাইদগী যুবরাজ কাননবা, Captain Butcher, Lieutenant Brackenbury অমসুং Lientenant Lugard পু, সিকাই ২০০গা লোইননা নোংম্নাই মতুং পুং ৩ তাবদা থাজিনখ্রে। শঙাই শেনবশিংগা কন্না কাপ্নরবা মতুংদা, মথংগী হুমিং (যুমশকৈশ, তাং ২৪-৩ ১৮৯১) গী অযুক অঙনবদা যুবরাজগী শঙাই লোৌরবদা যুবরাজদী শঙাইদা লৈবমখ্রে। মৈতে লান্মীশিংনা মাইকৈ মরিদগী কোইশিন্নগা কাপশিল্লকপগী চৈংথং থাংবা ওমজ্রহনা যুবরাজগী বৃন্দাবনচন্দ্র মন্দির মথক্তা কাখত্তুনা ইংরেজ সিকাইশিং মথবাই কন্নবা হোংনবি; অদুবু Lieutenant Brackenburyদী মথবাই মাংলে।

মাইকে মরিদগী কোইশিন্দুনা মৈতৈ লান্মীনা থুংলাই তমশিনবিরবা রিশিদেনশি অসি ইংরেজ সিকাই ৮০০না ডাকলি। ইংরেজ সিকাই ১০০০ আসগী মনু দা 42nd, 44th Gurkha Riflesগী সিকাই ৬০০না কুইন্তুনা মণিপুর লাকপদা পুরকপনি; 43rd Gurkha Riflesগী সিকাই ৪০০ হান্নানা লাংথবান কেম্পুতা লৈবনি। ল্যানওং শিনক্নম থংজ্রহনা ইংরেজ সিকাইশিংগা লুচিংবা Colonel Skenneনা উশম লৈকাই, যাথেম লৈকাই অমসুং শাইথোম লৈকাইগী যুম পুমনমক অমসুং রিশিদেনশি মনিংগী হাওখুনগী যুম পুমনমক মৈ থাহনখ্রে। হুমিং তাদ্রীথৈঙদা লাল লোইশিন্নবা হাইহনা পুং ৬ তাবা মতমদা মা কোহুংদগী তোপ কাপলক্লে। তোপকী চৈথেং থাংবা ওমজ্রহনা থুংলাই থারে হাইনা কীন্না বেন্নুন থোংহনখ্রে; মণিপুরগী তোপ কাপখিদ্রে। থুংলাই কাপ্না লেপ্লিহনা তেলিগ্রাম তাম্না শন্নগা তাইশন্নোইগা বা তান্নবা মতম থন্নতং

পীনখিম্ন হায়না কুইস্তনা শ্রীযুক্তা চিঠি কংলকই। ইংরেজ সিফাই-শিংগী খুংলাই ৫ মনময় মণিপুর সরকারদা শিন্নরবা মতুংদা, হাইজবা বা থম্নগনি হাইনা শ্রীযুৎনা কইস্তন্দা চিঠি হনখি।

হাইজবগা কাম্নগ্রা নিংমাল্লে, গ্রীমউদ, কোলোনেল স্কীন, লেফ্টেনেন্ত শিমশন, কোশিনগা লোইননা কুইস্তন্না যুবরাজ উম্নরে। ইংরেজ সিফাইশিংগী খুংলাইনা ইংরেজ রাণীগী মপোৎ ওইবনা, মণিপুর সরকারদা শিন্নপোকপা হুমলোই হাইনা, মানা যুবরাজদা হঙংলি। যুবরাজ কাননবা হোংনবা, যুবরাজনা শঙ্গাই মৈথাবা, মনাই মশল হাংপা, মৈতৈ লাম্না থাংপা, পুল মরিনী যুম পুম্নমক মৈথাবা, ইংরেজ সিফাইননি, মশা কননবা মৈতৈ লাম্নীশিংনা খুংলাই কাপ্পলনি, মণিপুরনা ইংরেজগা লাল হোৌনিংদে; ইংরেজ সিফাইশিংগী খুংলাই মণিপুর সরকারদা শিন্নরবা মতুংদা, কুইস্তন্না হায়জবা বা তাবিগনি—হাইনা যুবরাজনা কুইস্তন্দা তাক-পিরি। হাইজকবা মাবিরক্তে, সাহেব মডা মাপোংলোমদা থোরকখি। তোপ গাবোদ মন্না মৌরকপদা, তানা পান্দনা গ্রীমউদ শিরে; কোশিন মকোক কাইদুনা তুরে। সাহেবশিং অসিনা লাওথোংবা তারবদা, মাশঙ্গাই তন্না লেংলম্বা যুবরাজ হন্নরক্তুনা সাহেব মরি অদু তোপ গারোদ মন্নুংদা পুশিনবিখি; মথোইবু যাত্রা সিংহদা শিন্নরম্নগা লেংখি। অহিং অথেংবদা থাঙ্গাল জেনেরেলনা সাহেব মরি অদু অডাং ওলহম্ননবা মাথং, যাত্রা সিংহদা পীরে। থাঙ্গালগী মাথং অদু পা থোকদা হাইনা যুবরাজনা যাত্রাবা হঙংলে। থুনা যাত্রাগা লোইননা যুবরাজ থাঙ্গাল মনাক মৌরক্লে। মণ্ড মপু পুং অনিরোম বারি শাখি। সাহেবশিংদু কল্লিংবগী বা হাইরম্নগা যুবরাজ মাশঙ্গাইবোমদা জেল শিনখি। নোংমাই মতুংদা থাঙ্গালনা

সাহেব মরি অহু ঋিগাং শেংপশিংদা পিথোক্লুনা অচাং ওলহনখ্রে। পুরাণগী বা- "কংলা মাংদা অঙোবা মকোক তাগনি"—চুমলরে।

কুইন্তমা কোম্নুংদগী হল্লকপা মরৈখিত্রবদা, লেফ্তেনেন্ত গোর্দন অমসুং বোইলুনা চাংহনা ইংরেজ সিপাই ১৬০ তোংজৈ মরিন্দা চেন্দুনা কাছাব তম্পাক তাখি। ৪৩শুবা গুর্খা রাইফলগী জমাদার বিরবল নগরকাতিনা চাংহুনা সিপাই ৩০ তুম্ন যৌখিহুনা, ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফেন্তরিগী লেফ্তেনেন্ত জিঃ জেঃ দবলিযূঃ গ্রান্তা, সাহেব মঙা লালু চোমাই লৌখিবগী পাও তম্নুরে। অসি নত্তবা হিংলিবা ইংরেজ সিপাই পুমনমক মণিপুর সরকারগী বন্দি ওইখ্রে। গ্রান্ত অমসুং নগরকাতিনা লুগাংহুনা ইংরেজ সিপাই ২০০না থৌবাল অপোকপম রৌনা তকশিলকবদা, মেনথোইবা মেজবনা লমজাওবা মৈতৈ সিপাই ১০০না ইংরেজ সিপাইশিং হু কোইশিন্দুনা থমখি। রাথ্বা রাইফুল্লাকপা অমসুং মচাইবুঙেঙা শঙোই সনানা লাম্বী ১০০ পুহুনা মেনথোইবগী মতেং পাংবা লাকখি। মেনথোইবা অমসুং রাথ্বা পুকচেল তিম্নরক্লুবদা, রাথ্বানা মচা ইবুঙেঙা অমসুং লাম্বী ৩০গা লোইননা, ইংরেজ সিপাইশিংনা লোংলিবা কোম শিংদা চোংশিন্দুনা, খুংথেংনবা লান রাম্নখি। রাথ্বা অমসুং মজা ইবুঙেঙা শঙোই সনা সনাত্তোন ধর্ম কংখি, গ্রান্ত অমসুং নগর কাতি শিবা রানা শোকখি। নাকল অনিগী লাম্বী রাম্না শিরখি। রাথ্বা লৈতবা মুংদাং অদুদা ইংরেজ সিপাইশিংবু কোইশিলরবা মৈতৈ লাম্বীশিং অহু মেনথোইবগী রাথংদগী লোথোকপদগী, শোক্লবা গ্রান্ত অমসুং নগরকাতি পুহুনা হিহোৌবিবা ইংরেজ সিপাইশিং তুমু তাম্না চেনখি।

এপ্রিল তাং ২১, ১৮৯১ ইংদা ইংরেজ সরকারনা মণিপুর

লাম্বানিরা• তুম্বু• কোহিমা অমসুং কাছাবদগী সিপাই তেকোল্ অহুম থাম্বিরকই। তুম্বুদগী চংলকপা 2nd Mountain Batary Royal Artillery ( with 4 seven pounder guns ), 2nd Ballation fordshio relight Infantlry, 4th Battalion King's Royal Rifle Corps, 2nd Battalion of 4th Gurkha Regiment and 12th Regiment of the Madras Infantry যাওবা T. Grahm C B.না লুচী বা তেংকাল অহু যেনখোইবা মেজরনা লাম্মী ৭০০কা লোইননা পনেল মখাদা থিংথি। কোহিমা দগী চংলকপা 8th Bengal Mountain Battery (with 4 seven pounder guns), 13th Regiment of Bengal Infantry, 36th Sikh Regament of Bengal Infantry যাওব অমসুং Brigadier General Collet C.B না লুচিংবা তেঙ্গাল অহু নকায়ু• খুরাই লাকপনা লাম্মী ১০০০গা লোইননা কংলাতো বীদা থেংনখি। যাখুংগী খোংগল থোবা লান্দা খোব শ fন লাইশ্রম অমুবান মেখোর, মাবা কাবসিং শুবদার, টেক্রাজাম পোইজা নটাম্বনি। তোংটৈ মাধন লমীদা লাকপা 9th Bengal Mountain Battery (with 2 seven pounder guns), Calcutta Volunter Rifle Corps (Pioneer ( o ), 3rd Regiment of Bengal Infantry, 13th Regiment of Bengal Infantry and 1st Battalion of Gurkha Regiment যাওবা অমসুং Lieutenant Colonel Rennickনা লুচাংবা তেঙ্গাল অহু যাখুং কাম্বাদা হৈরবা মৈতৈ লাম্মী ১০০০ পুদনা লাইমতোন চীংথক থিংথি। সনাখুংগী মতুং ইনবা লান্দা খোবশিংদী ভানবা লৌরূ পুথোরূ মেনখাইবা পোইলা, লোংজব পোইশানচিংবনি।)

# মোংবনা য়ুম চংবা।

মনাও পাকাসনানা তায়বতা লৌহুনা লৈবাকী বায়েল চুপলী মও' চানা পাইবা ঙমলক্তবা, ইংরেজবু লৈবাক ঙাকপগী থবক্তা কা হেন্না খুং থিংজি হনব পুমনমক অসিদগী, মহারাজ সুরচন্দ্রগী বাযেন্দা প্রজানা পেন্নবকত্রে, লৈবাকী মঙাইতবা অদি ফুইনা থওইদনা লৈথোকপা য়াবকত্রুনা সেনাপতি কোইরেংনা লালে চৌডন কোঙ' লৌবে। মহারাজ সুরচন্দ্র মৈ'ত লৈবাক থাদোক্লুনা কলিকাতাদ গভর্ণর জেনেরেলদ সিংহাসন হন্নিনহনবিযু হায়না দরখাস্ত থাবদগী, নিংথৌ খুজম মুন্নবগী থংনবগী অকুপ্পা মরম থিজিন্নবা আসামগী চিফ কমিশনার অমসুং ইংরেজ অফিসার মঙা সনাকোন্তদা থাবকপনি। অনৌবা মৈ'তৈ কুলচন্দ্র অমসুং মনাও টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা ইংরেজ আফিসারশিংবু তরাম তরাম তৌবিথি। নো ঙায়কপদা চংলগনি পোং পুননবা মী পিযু, অবাবা মতেং পাংবিযু হায়জবকপা মতুং ইন্না, সনাকোন্নুংনা ঙম্বা মতে পাংত্রুনা, ইবেঙশিং অসি চংচথিবদা পুদোং চান্নবা, হেক ঙম্মথ তৌংনবিথিবনি। অদুবু নোংঙাল্লমদাইদা ইংরেজ সিফাই ২০০না কাইরেং যুবরাজগী শঙাই কোইশিন্দুনা লৈ থারে। বিনামচন্দ্রনু জুরিদ' লংথোক্লুনা খোংগাওবী থামরে। চৈথারোল কুম্বাবনা অস্পম্না পাও তম্নী—"কাইরেন থা ১০মি নিংথৌকাবা ··নোংঙানগদবা পুং ৮ বাংলিদা। ইংরেজীশিংনা নোংমৈ কাপথি; পুথরম্বা তংকোনা চোংথোক্তনা চংলুবা সাহেবকা খুৎনা কৎনা

য়ায়ত্না অনিমক শিমিন্নরে। তাংখুন অনিস্থু শিখি। থাখোন অমস্থু শিরে। ইংরেজ সিপাই তরেৎনা মিয়ুথোং থাংমা ল্যাম্না পাঙন সরদারগী চংহুনা থুপী • (অহুম) কাংখি। সরদারস্থু হাংখরে। খুল্লক চংহুনা উশম লৈকাই, য়াম্বেম লৈকাই, লাইখোম লৈকাই অহুম মৈ থারে। যুম কনবা য়াম্বেম তোলেনখোম্বা নোংমৈনা পান্দুনা শিরে।”

নোংঙাল্লবদা সনাকোন্নুংদা য়েক্রবশিং অসি করম্না মরু ফুক্কোকনি হায়না খল্লরে। অককনবা গুলি খরতনি, মহু লোইখরগা মরাইনা খুংলাই খাজররকল্লি ওারবা থাঙ্গাল জেনরেল মুম্না খংই। অহুনা য়েক্রবশিংবু লাপ্পলগা মৈতৈ তেঙ্গোলনা কোইশনপ্র সনাকোন্নুংগী চেকপল অকোইবদা নোংম তোংনিং মতোন্দা কোয়েং থিনগং থাদ তোইহন্দুনা মৈতৈ সিপাই পুমনমক নোক খেরহুনা লৈনরে। থিনগংলকলিবা কোযেং অদু মৈতৈ কোক্কি খনমাল্লে—নো মৈতা পংকাপ্পু কাপলকলি, থাঙ্গালনা খনবগুমক থোক্রবে; মুমিং তারমদাইদদী গুলি লোইরে- লাল লেপখরে—য়েরবশিংগী তাং অহু কাইরে। অচুম্বা রাযেন পীখ্রে, গোডা মডা অডাং ওলহনখ্রে। য়েক্রবা সিপাই অমসুং মরাং বঙ্গালীশিংবু মৈতৈ লাম্মীশিংনা খুদোংথিবা লৈতবা লম য়োন থিনবিখি।

সনাকোন্নুংদগী য়াম্বেন অমসুং মহুগী মতুং ইম্না পীবা দণ্ড অসি পীকম থোকপা অচুম্বা দণ্ডনি। সভ্য জগৎকী সরকার পুমনমক অসিগুম্বা শাজং চংপা য়েগ্রবদা প্রাণ দণ্ড পীবা নত্তনা অতোপ্পা দণ্ড অতৈ পীকম লৈতে। প্রদেশ অমগী চিফ কমিশনার য়াওনা অসিগুম্বা ওাকপিবা য়ারোইদবা মরাল অসি তৌই হায়বা অসিদা

ইংরেজশিংনা লৈংনবে। নোংশানস্থ মখোইবু বাংও হায়েং শস্থ ওইনা উই। অদুগু মতিক চানা পুউ শেন্দবা য়াদ, সনা কোঙ্গংদা শোইদনা লাকলগদবা য়েনবশিং থেংননবা শেম শাবা লোইরে। চৈথারোল কুম্বাবনা হায়রি "অহোংশাংবম ডুলচোপকী কুমশোক ১৮১৩ চনি, ইয়াইদা নোংপোকলমদা সাহেব লাকই। পাওনমচা ব্রজবাসি ১, চোংথামচা মিয়া ১, অনি অসি মেঙ্গব হাপলে। পাওনম মচা অমা চনবু মেঙ্গব হাপখি। লোংজাম্বা সুবদারবু পাইনা হাপই।" মংববাক মনিংগে অমস্থং মনঙ্গৈ শ্রীগোবিন্দগী বক্সাগী দমক অচৌ নতা খাক্তনা য়েরবা মলেম থিংনবা লান্মী ওইনা চোংপোকনরকলে।

---

## ২ খোংজোমগী লাল

অস্থম্ন ই ১৮৯১ তাং ১৯, এপ্রিল নুমিৎ নোংপোকলম (থাম কামগী লমদা) য়েকবা লান্মা চংশিনরকপা লৈবে। কলিকাত্তা, রেঙ্গুন, মন্দালয়, নিংথৌ তুরেন খাওনা চংশিবা ঐশি লম্বী অসি য়েনবগী থোমজিল্লকপা সিকাইতনা চনাং থনাংনথবে। নিংথি লান্দুনা মখোই অসি সনাকোয়ুং তম্না চংগে হাইজিল্লকলিবান, অদুবু অভিমন্যুগী দোলায় মনাক্ত চংলকপা কৈবককং শপ্তবথা অদু মিতন শুদ, "পাইবসু ৎম্না, অনুকসু মশক মউংপা, হেকসু মাংখিবা, থাং, নোংমৈ চংদবা জাং" অসিগী মনাক্তা ইংরেজ অদু মিতন তদে, মশম চপ যুংবনি। নোংপোকলোমদা লাকচবা য়েক্নবা তেঙ্গোল অসি—য়েংখোইবা মেঙ্গরনা লুচা বা মৈতে লান্মী ৭০০কী তেঙ্গোলনা থেংনবা তাথরে। অসোমদা (নোংপোকগী) লাকপা

য়েক্রবগী তেঙ্গোল অসি বাম্রস্থ চাওবগী মথক্তা, ইতক্তত্তনা থোম-জিন্নকপনা, মসিবু থিংনবা উপায় অমসুং অনৌবা লালও পুথোকপসি সনাহৈবাক্তা লাম্থো শিনবা কাংবুদা থরা লুনা পোকলে। য়েক্রবগী মশিং য়াম্না, খুংলাই ফবা চেনবগী তেমথেংনা কন্না তকশিনকপদা, থাংবা বাবড়না যেনথোইবা সনা কোম্ব দা অপোইবা লাম্মী অমসুং খুংলাই থাজিনবিরক্রবা শগোল পাও পাথবে। সনায়াপ মতু ইমা চোংথামীয়া মঞ্জবনা লুচাংবা লাম্মী ৬০০কা তেঙ্গোল--খো জোম পা থবে, যেনথোইবা য়ানা থাংলগা তেঙ্গোল অহু অনৌবা তেঙ্গোলনা অনুক পাঙ্গুল পীরে। তা পক নাইদনা ফজিলুম্বা যেক্রবা সিফাইশিং নি হন্নবা হৌবক্রে।

যেগ্রবগী মাহক্কদদী খুংলাইনা পানবা সিফাই পুথোকখরগা অনৌবা সিফাই থাজিন্নকলি অহংপা লৈতনা পোমজিনকপনা তেঙ্গোলগী মথাদা হন্দনা য়াংকংথবা উদে--মশিং চেনগংপা অমসুং চাওথংলকপদী উব থ ট। খুংথেংননা বাম্নবা, গুক্তনা কাপনবদা শাকপা, শিবগী মথং থাজিনকপসি ত্রিখোইদদী বানা পোন্নকলে। মসি মন্না থংবনা সেনাপতি অনি-য়েনথোইবা, চোংথামীয়া-লালগী লুশিনরাবা ফীভম অসিদা-সনাকোম্ব দগী অনৌবা লাম্না অমসুং খুংলাই নিদদা বাদ্রে হাইবা উরে। নো পোক মাইকৈদা ত্রিখোইগী ফীভম তাওবগী বা অসি শগোল পাওনা সনা চবগ থোবে। শ্রীযুং সনায়াপ ফংবদা বাংখৈ মৈরাবা মেক্তবনা লাম্মী ৭০০কী তেঙ্গোল মা পারক্তনা খোংজোম যাত্রা তৌরক্রে।

খোংজোম মাইকৈদা লাল অমুক শাথিনা কন্নাবসি কলিকাত্তা, রেঙ্গুন, মন্দালয় ফাওবীবা ঊশিং লবীদা লাম্মী অমসুং খুংলাই পুশিনবা পুদোংচাবা, ইং ১৮৯০ দা ব্রহ্মা পুন্নমক থুহুম চন্দুনা

তেঙ্গোলগী মপু অনিনা হয়াওখি, হুংশিনা চেং চাম্না তিন্নরকপা মরূপনা মখোইবু থাদোক্লুনা অশোপ্পা সংসার অমদা পোংদাখি-বগীদমক মিং মাবদা পিগ্না ইরা হৌরি।

শগোল পাওনা মৈবাবা লৈতবা অমস্তং মৈতৈ লৈবাককী তেঙ্গোলনা কীভম চাদনা থাংলিবগী অরাবা অস শ্রীযুং চবণ যৌথরে। লালগী কীভম লুশিনকপা মতাং অসিদা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ লাল চংজবগে হাইনা লিল্লাই স্না চরন্দা হঙ্ংচবি। লৈবাক রায়েন চুপ্পা পাইরিবা অমস্তং লালথোং শিনবগী অকপ্পা ভাব পুমমক পুবিবা যুবরাজনা কীভম মতা অসিদা স্নাকোন্নং থাদোকপা চুমদে হাইনা বাজ দববার পূন্নমক স্নানদে। শ্রীযুৎনা যাংগং ক দবনা যুবরাজ তকাশ শোন্দুনা থাচিকতুনা লেথবে। যুধিষ্ঠিরগা খো বী অনিনা লৈবাক্কা যৈশন্দুনা ম রথরবদা পাদী তুশাশন্দা ভীম বীবনা করি তৌবা যাংখিদবা মকাওম, বীর টিকেন্দ্রজাং মন্নাখুংগী যাথং হিক্কোকপা ভুমখিদ্রে। করম্বা লুচিংবা থংজিনগদগে য়েংনবদা মবাইবক ফবা কুপা অড়ু পাওনা ব্রজবাসি ওইবা তাবে। লিবাই ইবুঙ্গোগী যাথং কোক্লো থোংজুনা মেংত লৈবাকী মনিতম্বা ফীম লবু লৈবাক্কা চিংথতুনা খোঙ্গাওনগে চংলকপা য়েকবা তানখাইনবা বজবাসি লালগী শ জন লোইখৎরে। খুংগ-থাং লিশিং শায় লোবনবা সুমদা বন্ধুবদা চুদোইসনা ওখাল অমসুং অড্ডাংমচানাচবা অচানবা পকরানাশ না লাল চংপদা থোগন হৌজগে হঙ্গচখি, অড়ুবু পুখিয় হাইবা যাখিদে। অড়ুবু পাথ শিং অসিনা কবি তৌরকপগে হাইবা নংখিধু। হনকপা তারগনী মাইপাকতুনা লালভুম ফারান পুরক্লুনা শ্রীযুৎ স্নাখুত্তা কংচগে, মসি ভুমদব থোকলবাদি মাইওন্দনা সনাতন ধর্ম ক জবা হাইনা শ্রীগোবিন্দগী থুবাংখাদা ব্রজবাসিনা নিজখিবনি।

লান্মী ৭০০ কী 'তঙ্গোলগী মা পাড়না, হৈবা'খোংজা মেপ্পবগা লোইননা নিংথৌকাবা মুমিং, এপ্রিল তাং ২০, ১৮৯১ ইংদা ব্রজবাসি খোম-জোম তন্না থোংথাদোকপকলে। চুঙ্গাইম্বানচাংবা পুক্রানশিংবু লাল পুবিথিদবগী বা মথক্তা পঞ্জথবে। ব্রজবাসিগী তেঙ্গোলনা ধাংজিং থোরকপদা চুঙ্গোইসনা অমস্তং মাগী মকপ অনিনা সিংহনাদ লাউদুনা মৈ'ত তেঙ্গোল ওকলমলে। শগোল মথক্তগী কন কন চোংখদুনা অমা ব্রজবাসিদা ভক্তি কংথি। তেঙ্গোলনা হুহ'ক পন্দুনা, মৈবাবগী তেঙ্গোল অমস্ত যেক্কবগী তেঙ্গোলগী লান্মীশিংনা ক্ষাংবা কুপ্পা লৈত্তুম প'ব পবেংগুম সনাতন ধর্ম্ম কংদুনা লৈব অদু যেংথি। মাই ক অনিগী ভুববা লানমীশিংদা সনা লৈবাক্কী লাম্মানা ভক্তি কংথি। ব্রজবা সনা ঈনা ইহুং ঙাংনা থোগন তৌরবা, থবাইনদি ল লেকলমলবা মৈবাবা মেরবগী পৃণ্য 'চন্নবা হকচাং অদুবু কোনথংলুবে। শ্রীগোবিন্দ, ইরৈব'ক অমস্তং ইনিংথৌগী সেন কংজবদা স্বর্ণ কারবা মকপপু "ধন্য নি ধন্য নি" হাইনা লাউরি। মুংশিরবা মকপনা থপথিবগী মিবা শিপ্পরবপা শি মরিকশিং অদুদা বজবাসিনা থিবা ঙম্মা লৈথিদে। মেপ্পব মৈরাবা হ হকচা দা মা লুমথাং খুলক্ক কুপলম্নগা থবাই মকা মাম্নববা মরুপ্পুগী বিদায লৌবে। মকপকী নাকোংদা য়েক্কবদা লমল শিংলুগে হাইনস্ত হাইরম্মী। তৌবিবা মতা অসিদা কনাগী মিংলুদা শিনা লৈত্তেংলোইদবা লৈবগে ?

থিন্দনা ব্রজবাসিগী তেঙ্গোলনা ঐথোইগী খোমজোম লাম্বল থোরে। মমাগী খোমলাং অমৃত থবোম থম্না থকচরগা নবাশি না অনৌবা পাঙ্গল কংদুনা থিংনা চোংকন্দুনা মমতুগী নাক্তা শারনবগুম, ব্রজবাসি উবদা মাইথোং লাংসিল্লম্মবা সনা লৈবাক্কী লাম্মী পুম্নমক অনৌবা থোনা, পাঙ্গল কংলু অমস্তং ইনিংথৌ, ইরৈবাক অমস্তং

শ্রীগোবিন্দগীদমক মথৱাই কংকে হাইবা অচেৎপা ৱাশকী মঙাল মাইথোং পুমনমক্তা ফাওবকলে। মৈতৈ লান্মীশিংনা অনৌবা ল্যাল চবা হৌবে। অমুক কুইবা য়েক্রুবনগা যানবা, ঐথোইনা ঙাকথোক-পত্তা থ লম্বা অড—ঐথোইনা যানবা মথোইনা মশা কনবা তারে। যাম্রকলীবা লালগী চৈথেং অসি লমযৌনা কনখৎলকলে। য়েক্রুবনা ল্যাংগথেনচিং, খুঙদা চিংজেন, মনাক মনাক্তা লৈবা মতাচাবা চিংত্রম কযাগী মথক্তা অনেম্বা তমদা শাবিবা মৈতৈ তেঙ্গোল তম্না, অতৎপা লৈতনা 'ধমদাযাব" অমসুং তোপ কাপথরক্রী। মসি উবদা ব্রজবাসিনা থেবচাং মথক্তা লান্মী পুথৎলগা, অনৌবা মঙ দা লালগুং হোংদোক্লনা যেক্ৰবা থেনবা পামই। নলগা খোমজোম পুমথা থাদোক্লগ, ককচাং পালনলোমদা চংথোক্লনা, চাংগী অথুপ্পা লৰীদা নাকোইনা গুজিন্দনা গেম্রবা কেঙ্গোল থুগাইবা অতুগা বাংখেম্রাকপগী থৌবান্দা পন শাত্নলা লৈতেবা কেঙ্গোম্না মাংদগী চপশিন্দুনা য়েম্রবগী তেঙ্গোলবু মাং তুংদা শেক চপ্পত্তম—মেংথাইত্নলা মাংহনবা পামজে। অসিগুম্বা লালগু অসি চোংথামোযা অমসুং য়েনখোইবা অনিনা শিরংগে হাইবা মখ যাদ্রে, ব্রজবাসিগী অনৌবা লালগুং অহু মেঞ্জর অনিনা লাল্লি, তাম্না তোরিবা ললগুং অসিনা হেম্না কৈ হায়বগা মবমদী পাবা হুমদে। কম্না মত খেম্নবা মবক্তা লালগুগী ময়মদা থম্রম্রংভদা নিংথো শেম্বা যাওবদগী নিংথো চৈয়াক ফংত্রনা কৈতম শদা লৈরবা মীগী বাদি অসি যৌনা লুশিনকলবা লালগী ফীভমদা ল্লোকম থোক্কে হাইনা শোম্থা ননা য়েনখোইবনা-চিনলান খাম্নান ওইনা মিংকুপ নাগুম শেনহৌদবা মতাংদা হায়দোকথি। য়েনখোইবগী বাহৈ অসি ব্রজবাসিগী থম্মোইদা তাশোম্না থিনবা ওইনা পোকপ্রে মাগী মাগী খুংগুগাং পাইনত্নলা চাংপোক্ত্রগা গুপামচা পোদাং য়েংনরসি,

অত্তুম অতুম্বা পরাই লৌনরসি হাটনা ব্রজবাসিনা সেনখোইবদা রাগী রাপ। ওইনা শিংনবা মওংদা হাইরে। অনিগী শাওবগী মৈয়িদা অনিমক চাকথেরহনা মৈতৈ লৈবাদা কংউমত্রবা মণি অনি মাংখরগত্রা কীবনা চিংলেনসনা অমসুং চোংথামখানা অপোবা অনিবু খামথরে। সেনখোইবনা লৈরাকী, ইনিংপোংগী অমসুং শ্রীগোবিন্দজীদমক তৌবা ঙম্বা পুম্নমক মাসু তৌবা ঙমগনি হাইতুনা লোত্লগা, বজবাসি শাওবা হত্বে—খুংলাই পাইনতুনা চোংপোকনবমলগদবা মকপ অনিত্ত —শাওনঙব॥ মৈরি অত্ত মুংখিবদ"—কান্নরে, মশেল মশেল ঙাকপীয়ু ব্যবহার কাটনা থকশি খাশি নাইদনা প ঙাং ঙাংনখরে —রারোনহুসি হাইনরতুনা কমকম অমত্তদা কংমিন্নখরে।

হান্না শাবম্বা লাম্বলদগী অহানবদা তৌরকপা লালওং অতুনা যেত্রবা থিব তানথরে। অনৌবা তোংদোকপা হাইবমকুপু নোংম গুলী, তোপমক, বোমদীদাবনা কবিসু তৌবা যাদনবা খোমজোম ভুরেনগী মবিন্দা কোম পরেং তৌতুন—কোম মগ দা মৈতৈ লাখী লৈবা—খেবাগা, লাংঙথেল অমসু থক দাচাং মন্না নরা কোম তৌদুনা মৈতৈ লাখী থুপ্পা অসিম থতনি। কোম মগ দা লৈবা অসি থুদোং চানা থোকলরে, যেত্রবগী নোংম, শোপ, বমদীযাবগী নোংগুম্বা বু না কাপশিন্নকপা গুলিত্ত অবেম্বদা মাংজখবে। ঐ.থাইগী অচৌবা লাম্বলদা লাম্মী মশি থবত লৈবা অতুন লেংগুংপা খীভম শেম্বদা যান্না খুদোং চারে। অসুন্না মৈতৈনা মশা কনবগী মওদা থুপ্তুনা লৈথরে, খেক্কবনা যানশিনবা ঐ.থাইনা ঙাকদোকপা তাবে। নোকনিংবদী অত্ত যৌনা মশিং যাংসু হেন্নিবা, চা দোন্দসু লৈরিবা, খুংলাইদসু মপা লৈতনা কবা হেন্নিবা, শগোল তোংবগী মশিংসু অঙকপা কংনা যাম্লীবা অতুমক্কদা, ভগদত্তগী শামুনা রাঙ্গতনা তুরিবা

তমহুনা, অয়াংবা শগোয়া বাকথৌ সাহেবশিং অসি থিবোইন্নে কাউবা তাঙ্খোকখ্রে, মকম অদুদা লাম্বল শাহুনা অনোবা লাকইবা য়েক্রবগী তেঙ্গোলগী থুংলবা ঙাইহুনা সনা লৈবাকী তেঙ্গোল লৈখ্রে। মায়োক য়াবা ঙমদহুনা লালকমদগী চেনখিবা মিচেন বাকথৌ সাহেবশিংনা বাকথৌ তেঙ্গোলশিংদা, "মৈতৈ লাইনি। ওক্রয়বদা থাবা লৈত্রে।" কা কাইজিল্লববা জাংলা—থিংবাইম লখীদা য়েরবা কনা অমতা খোংদারকখিদে। লম অসোয়দা মৈতৈ তেঙ্গোলনা মাই পাকখ্রে, লমন শিংবগী পেনবা মুংঙাইবনা সনা লৈবাকী লান্মী পূয়মকী মাঙ পোং অত্র করংতবং কনখ্রে। মরৈবাক, মনিংথৌ অমসুং মবুঙো গোবিন্দগী নামদা জয়ধ্বনিনা অতিয়াদা বাংনা কাইগংত্রী, লাপ লপ লৈব চীং পয়েংদগী থক্কোয়কুনা প্রতিধ্বনি থোয়ক্লি।

## ৪ তোংকৈজে মরিলগী লাল

চৈথাবোল কুম্বাবনা অসুম্না পাও তথী, "নোংচুপ লোমদসু সাহেব ১০ মবমগা সিপাই ১০০০ বোমগা লাল তারক্ল। শগোল, শামু য়ায়া পুরকই। মচা ইবুঙ্ঙো কাল হঙ্গবা সনা, ঙাংবা লৌকন পুয়েন, য়েনখোইবা পোইলা, লোংকোম্বা পোইলানা সিকাই ১০০০ গা লাল চংলে। লাইমতোন্দা তেঙ্গোল শাহুনা লৈরে।" লম অসোয়গী লালদী লমথোনা কয়া শোক্লথি। লাইমতোন চীংজাও অসিদা অথুপ্পা লম্বী য়াম্না লৈ। কাছারগী মৈতৈ মচা অমসুং চীংগী হাও থরনা বাকথৌ সাহেবশিংদগী লুপা থবা, শাংপোন মতুম অমা অনি কংবদগী, পেন্দুনা মমাগী ঙক ককপা য়াওরম্রি। ওক্লোক্না লাইবক থিদা। মচিন মনাও কয়ানা ঈ থুজোক কংতুনা মরৈবাকীদমক মহাত্যাগ তৌবি, মখোয়না মরৈবাকপু য়েরন্দা য়োহোংক্লি, মথুংমগ্রা মযুম

মৈ থাদ্রি। মমাগী ভুক ককপা ভুম্বা মচাশিং অসিনা মমা হাংপদা কম্না পৌনা, লৌশিংগী থমখেংবা চাং উংখিবা কাইবসি ইচিন ইনাও ওইত্রনা মৈতৈ কখানা লোংশিনবা পাম্লিবস্থ, মিচং মিথাই নাইদবী ইতিহাসনদী মত্র ম্নাগ্নোই, মখোয়গী অমোংপা থবক অত্তুনা মশাগী (ইতিহাসকী) চেনা থম্না শোইদনা মোংশিলকনগনি। মখোয়না তাকপা অথুপ্পা লম্বী কম্নাগী মতেংনা যেক্রবা ভেঙ্গোলনা তোণ্ডান ভোণ্ডানবা লম্বাদা কা লুপ মরি মণ্ডা থোবা লাল চংলকলে, লম অশোমগী লালও আস অম্নুক যাম্না ঐথোযদ থুদোংচাদনা পোক্রমলোইদবনি। —নিশুথুঙ্বু য়োনবা জুদাশ, মহাত্মাজীবু কাপথুবা নথুরাম গোবগুন্না —মমা লৈবাক যোনবা মী কখাম্ন মৈতৈ লৈবাক্তা লৈহনরি। মথোয় না বাকপে সাহেবতগী অকোংবা থুদান পবতা ফংই, মটিন মনাও কযাদী মথে যনা ক খিবা থুদোল অত্তুনা মাংহনগদোবিবা অত্র .কান-হনবা হোংনবদা—কম্নানা শহিদ ওইরে, কসানা মশাগী ইকনা তর্ণি কংতুনা লম্রবা মনাওশি নু ডাকপীনবা মৈ তৈলেমলা হামজ্রব।

কাংলুপ মণ্ডা তকক থোম্না চলকলিবা য়েক্রবা সিফাই ফিনবা অচাবা লালওং ঐথোযগীম্ন পুথোরে, কবিমত্তা বাওনা লাপ হোরে। উম্নক ম্নাম্নকী থপফম যবা মফম, মত্তা চবা চিংদোং পুন্নমক মৈতৈগী নথুরাম অমম্নং জনাসনা .যম্নবা লুচিংবদা লোইনা শাকপাকপ্রে। মথোয় অনি অত্র থাংজম পোংগেন্দ্র অমম্নং থুমখেম পাংথম্ন অংনসিনি।

থাবন ফবা অঙানি। উম্নক বাবক পুন্নমক নথুবাম অনিসিনা পুশিন্দুনা য়েম্নবা সিফাইশিংনা চনাং থনাংনখ্রে। অশো বা শক উনবা ফংদবা চিংলক উবক্তা থুংলাই কেম্না ফবা, মীশিং ম্নাম্বগী থুদোং চাবা য়েক্রবশিংনা লোবা হোৗবরে। মজাইবুগুডা কালা সনানা লুচি বা ঐথোংবগী ল্পাগা কাংবু অত্র মতাচাবা চিংদোং অমদা লৈম্নগা

জীবরীরদা হায়জিন্নু হাইবা য়াদনা চৈনখিবগুম, য়য়বা সিকাই— মৈতৈ কোম মনাক নকশিনগে হাইবদি খনবা ডুম্বা মতিক ওই-খিদ্রে। হাইজিন্নবা য়াদনা সনা লৈবাক্তা লান্না অসুম্বু মলেম সিকাই—মশা মশাগী খোংকমদা লৈনখ্রে। মসিনা গোমজ্রামলোয়গী য়ানি। যেক্লবশিংনা মকম অসিদা অরৈবা থাক্তনা লাল চংলকপনা মাইকৈ অসিগী লালনা থ্বাইদগী কনখি ; থ্বাইদগীম্বু হেম্না শাথিখি। থিবোমৈ অমসুং তোংজমরিনগী লালগী য়াদি ঙশাইমখৈ পনক্রী। মতাং অসিদা লম অনি অসিদা, কয়াম্বা মওংদা সনালৈবাকী লান্নীনা য়েক্লবশিংবু থিংবগী মওং অত য়েংবিবা য়ুংঙাইবিগনি।

## ৩ থিবোমৈগী লাল

কৌজিক কোহিমা কাইনা খংনরিবা লম অসি মতম অতুদা থিবোমৈ কৌনবম্নী। লম অসোমদা লাইশ্রম জন্তুগান, মাব্যা তান্ন-সিংক অমসুং চৈগ্রুজাম্বা পেংইলানা লুচাংতুনা মৈতৈ লান্নী ৮০০গী তেঙ্গোল অমা য়েক্লবা পিংনব গান্না তোংখ্রে। ঐখোয়গী তেঙ্গোম্না ময়াংখাংদা লাম্বল শাতুনা লৈখ্রে। ইংরেজ সনাজ্যগী সিকাইদৌ মতম অসিদা থ্বাইদগী হেম্না লাল হৈ, মগোয়ম্" সেনাপতিনা লাম্বোং শিনবদা মপা লৈতে পৃথিবীগী মনি তম্বা লৈবাক খুদাংগী কেদোলনা ইংরেজ তেঙ্গোল লাম্বা পাবা ওইখোক্তে—অসুম্না মপা লৈত্রতুনা পুমহেন হেন্দুনা লৈরবা ইংরেজ সিফাইশিং অসিনা পৃথিবী পুম্ন-মক্তী শকক মরি থোকপগী শকক অমা ডাক্তি—হাইবা নাপল বাওবা থাগৎবাহৈ অসিনা মালেম লৈকোইবু পুম্নক শরা শম্না শন্দোক-প্রবনি। ইংরেজদা হাইবদা মখোয়গী সিকাইতা পনবদা—কিবনা লব্রাইশম চপ য়ুংনবা মতমনি। অশুমনা ইংরেজশিংবু মীওইবা

তোকহন্দুনা মিং পিঙ্গা থংবা ঙোয়োক ঙৌবা, তৌবিমলগী মমল শিংবদা উহন্দনা শুবিনা থিনবা লাই মথল অমা ওইনা, খাঙ্গংনবা চিয়োন অসি—মৈতৈ লৈময়গী সনা লৈবাক য়োবা য়াবা নত্তে, সনা লৈবাক্কী মখোয় অসি চেদা যেকপা নোংশান্নি, চয়োং হান্নুংনা লাই-জাও ওনবনি কায়না মখোয়বু থ বি, মখোযনা তৌজবা শাবা খয়বু "ময়াংতাং" কাইনা অস্নুক কুইরবসি ঙাকপীদ্রনতা লাকপনি। চেদা য়েকপা নোংশাশিং অসি মখোয়গী লৈজবা মান, সন্মান পূম্ মক থিবো ময়া মোংকম তৌ হংইনা তমমাগ্রে, অকনবা লাল তৌরে। ঐখোয়না য়ানশিনবতা থংলে মসাং তাং চংবা য়াখিদ্রে মপা ঙাকথোকচবা কাওবং ঙমদ্রে। হুম্ব॥ লাল মতুংদদী কাইদ্রুনা য়াকথো সাহেবশিংনা মাং খাবত্রনা কালা সিফাইশিং মুংশিংকী মাংথানা মৈতৈ লাম্মীগা মংয়োক্লবা ঙমদত্রনা লাওংথাংনা লাক্লেলে। জম্মন লাম্মী-শিংনা মকোক ময় খংদনা শান্থবিরবদং, য়াংনা চেহ্ৱাবক্কুনা থবাই হিংহোই, অদুবু মাইপাক্লা হন্দোকপা successful retreat কাইনা চার্চীল মহাশয়না নাপল য়াওনা পৃথিবী পূম্নমক্ক অযাকপা থোক্লেন্দা খেন্না লাউক্লে। মৈতৈ লাম্মীগী থাং, নোংময়গী মাংদা মাইপাক্লা হন্দোকপা যাবদী নত্তে। তুপীনা লৈতেংবা য়াকথো সাহেব কয়া॥ মঙক মশাদগী তোঙাম্না লৈবাক্তা তাবি। য়েক্লবশিংগী মশাদগা থোকপা ইনা চাংদ্রুনা ব ওশ পী কোলিদা পেচকারি কাপক্কুনা হকচাং পুম্বা অত্থাংবা মচুনা লৈতেংদ্রনা নিংথিজবং অদুনা পাংথক ওইখ্রে, যেক্লবগী ঙক্লা লৈবাক তাবদা সনং লৈবাক্কী লাম্মীশিংনা লমল থুমলে হায়না হবাউরি, থুংঙাইরি। তৌখিমল খংদবা জাং মচাশিং অসিগী মকোক কক্কুনা হুই হোদোং, লাংজাগী মপুক থন-হনবদা, ঐখোয়গী বীরশিংনা হয়াওবি। থাংনা য়ান্দুনা, নোংমৈনা

য়েংবগী মহুম থুগাইনবা ত্মাঙ্গা ভাইহনা লৈরি। য়াথবাগী কাংবুনা লৈরিবা মকম অসিসু অথুপ্পা লম্বীদা নাকোইনা লাক্কুনা য়েংবগী লাঙ্গাবা কাংবু য়োৎলে। য়াথবানা ময়াম মরক্তগী খয়া থাপত্তক লৈহনা বাকথৌ সাকেবশিংগী নোংমৈ কাপলকপগী মৈ ভাংনা ভাল্লকপা মকমশিংদু বেংহনা কদোমদা ফুজিনশিগে হাযনা চৌরা য়া বুদ্ধি তৌরি। মৈতৈ মচানা লম্বী তাকলকপা বেক্কবা লাঙ্গাবা খবন' য়াথবাদা নোংচুবশুম নোংমৈ কাপশিনখরে। নাক্ক' পৌগল তৌবা লান্মীশিং খয়সু শহীদ ওইরে; য়াথবাগী থয়াই কনচৌনবা মপোয়গী থয়াই কৎখরে। অতুবু হৈকদা নোংমৈ মক চ থিবনা মৈচাক্কা হাই হুমতনা ওহোইনা য়াথব' গুলিগী মৈচাক থাংলি মপায়ীশিংনা পোক্নুনা পুরগা পননিংলোমদা পুপোকখি। ককচাংদা কাওরিবা চৈনা করি পৌশাদনা হুমিং অত য়াথবা লাহো শিনবা যাওই।

নো ভালে; অকনবা লাল য়াম্মায়। হুমিংতারমদাইদদি হু হাইগংলকতুনা য়াথবা জ্ঞান মাংলে। নাচৌদা লৈবা পল্লিংপুবা তেঙ্গোলদা মনথবাবু পুথোকতুনা লাইকম্মখি। খোমজোমগী লালগী কীভম লুশিন্নকপনা অয়াখা লম্মী অমসু অথোইবা অপন্নবা সেনাপতি অয়াখা নোংপোক খোমজোম লোমদা থাজ্জনখিবনা তোংমৈ মখিললোমদা খুৎলাই অমসু' লান্মী যোৎলকপ' বানা থোকখি। য়েংবগী মাইকৈদদি চীংমী অমসুং মৈতৈমচা বায়া বাউবয়ে, অগী মপক্ক অতংপা লৈতনা সিকাই থোপচিলকই। অনৌবা থাজিল্লকপা খুংলাই অমসুং সিকাইগী চৈপে ঐ.পায়মী মাইকৈদা কাওবা হৌরে। মৈতৈ তেঙ্গোলগী কীভাং অঁসি ভাওবা হৌরকলে. লালগী মও য়াম্মা লুবা মভাং অমা য়োৎরে।

## ৬। ইমা মৈতৈ লৈমগী খুত্তা মিনাই য়োৎহিং চনবা

শগোলেল মুমিৎ, অমুক অহনবা তাং ২৩, এপ্রিল ১৮৯১ নি। ঙরাং অহিংগী অকনবা লালদা চাদ থকুনা য়াগ্রবনা মৈতৈ লান্মীশিং চোকথবা, পাঙ্গল মবে তাবা উই—অদুবু শি জেন অমসু, খোনাঙ্গি হায়দগী কেনগৎলকলি। ফীভম অসিদা খোমজোম অমসুং তোংজৈময়িল অনিমক্তা সনা লৈবাকী তেঙ্গোংল অনিমক লৈরে। থিন্দনা অকনবা লান হোরে। নাচোংগী পল্লিংগী লানবলদগী অনৌবা খোমজোমকপা লান্মী লাকপনা তোংজৈমবিলগী লায়ল অদু ফীভম কাইদনা থম্বা ঙমলি। যেরুবনা অবৈবা থাদুনা, শিয়গে হায়না ইন্দ্রশিললকলিবা লমদি খোমজোম অসিনি। সনাকোনুংনসু লাহোং শিনবদা খোমজোমগী লায়ন তেক্ক কাইদনা থম্নবা উপায় কয়া থম্নবি, অনৌবা লালওং কয়াসু পুখোক্লরি, অহিং মুংথিল থাক্কনা তোপগায়ওা অহুম্বা পুম্নমক য়া তাম্নহনা লৈখরে। বা তাম্নবা অযাম্বদা শ্রীযুং স্নাখোং লেংখোকতুনা মনাইশিংদ অনৌবা খোনা, বুদ্ধি হাপ্লিরি। নোংপোক নোংচুপ অনিদগী শগোল পাওনা লালগী তারক তারক্লিবা ফীভম অদু সনা চয়ন্দা হঙ্গৎলরি। সনা লৈবাক কনবা অসি ঙসিদি লুনা খোকলে হায়বা খংনরে—অদুবু মথবাই পাম্নুবদি কনাসু য়াউদে।

খুহুদাচিংজিন, লাংথেনচৌং অমসুং মনাক মনাক্তা লৈরিবা চাংজুর কয়াদগী কাপথোরকপা য়েরুবগী তোপ গুলিনা ঐখোইগী লানবন অকোইবদা তাবা হোরে। পনমাংগী লায়ন অদু চাইথাইবা হোরে। তোপ গুলিদগী হেন্না শাথিরিবদি অতৎ অথম য়্রাইদনা কাপলকপা য়েরুবগী বমদীয়ায় অসিনি। য়্রাজকুমার চাংলেনসু পনমাং পুহনা লৈরিবৈঙদা বমদীবায় মরুনা পান্দুনা হকচাং অদু শিংনা শানা শোকলে; ব্রজবাসীনা কোনথংলুবদা মিৎ ভয়ং ভয়ং পাংলমলি;

আন তারমী। মাগী অজাগী তম্পাক্তা রাজকুমার প্রাণ চুপখরে, শহীদ ওইখরে।

ঐখোয়না কাপ্পা নোংমৈ গুলিনা চীংমাইদা তাড়না মাংবা, য়েক্রবগী লাম্বল য়ৌদবা, য়েক্রবগী গুলিনা তেমথেং কনশিল্লকপা অসিদা, তেজোল পুবা (ব্রজবাসি, চোংথামীয়া অমসুং য়েনখোইবা) অহুম্না করথা লালওংদা লাম্বল কনগনি হায়না খকুপ্পা বা তায়রি। তোপ য়াওদনদি চিংথক্তা শাহিবা বাকপো সাহেবকী মকোন থুগাইবা ওইরোইদৌরি। পম্লিংগী লাম্বল পুরিবা বাংথৈরাকপদা তোপ পীরক্লবা থৌবাল অথোকপম তায়া শগোল পাওথারে; অহুমলক তত্তনা পাও থারবদসু তোপ থারকপা মথৈখিদরে। কনানা কনাবুসু ভাইদে; য়েক্রবগী মাইকৈদদি, নৌন থাজিল্লকপা লান্মী অমসুং খুংলাইনা লালগী থোংলৈ অসি অঙকপা ফংনা কনশিল্লকনি। য়েক্রবগী তোপ অমসুং বমদীয়ার তত্তনা কাপ্পগী মৈখুনা অতিয়া অসি ইমম মমলকলে। ঐখোয়গী লাম্বলদা লাল ভমগনি, য়েকনবদা লমন মতিক চানা খুযা ভমগনি হায়বা আশা অহু থথা ভমনরক্তরে; পুং থরগী মতুংদা করি ওইরগদনো। হায়বগী বাথম্না মাইথোং অয়াম্বা ইমক মকশিনখরে।

ভমিং থর থর লৈথরকপগা লোইননা ঐখোয়গী পনমাং ভাক্তক তোরে, ইচাই চাইরে। লামভম কীরাল পুড়না শ্রীযুৎ সনাচরনদা কৎপা, ভমত্রগনা সনাতন ধর্ম্ম ফংবা হায়বা অকনবা ব্রজবাসিগী রাশক অহু লান্মী পূয়মক্তা অমুক থংহল্লে; মথথাই মাংবা কিবা কাংবুনা সনা কোয়ুংদা হল্লো হায়না ব্রজবাসিনা লাওথোকখি। ঊ খুজোক খুজোক মনিংতথা হায়বা অসিগীদমক মমল পীরে; মমল অসিনসু মপা ওইদ্রি—হৌজিক পীবা ভথা হায়বমক্তসু—থবাই কৎপা অসিক্তা মভাইরে। মসিগী মতমসু কুইশিল্লকতরে—পুংবা অমা অনিগী মতুংদা ওইরগদৌরি।

মৈতৈ লাশ্বন্দা কাংখোং চাইবা উরত্নুনা চীংদোন্দা মরুম থুপনা কৈরত্নুনা নোংমৈ, তোপ, বন্দীয়ার কাপলম্বা য়েক্কবা সিকাইশিং অত্ত মাইকৈ অহুমদগী ঐখোয়গী তেঙ্গোল তম্না ফুজিল্লক্রে ; অয়াম্বনা শগোল তোংই ; খোংনা চংলকপা লাম্নীং মশীংসু যামদবা নৎতে। মশিমক লনাইন্নবাকী লাম্নীশিংনা পামজয়স্বমক থোকলে। থর লাপনরিতৈঙদদি নোংমৈ কাপ্পরমই ; শাগোম্বা, থুংকা পুংকা থেংনবা লালগী মতাংনি ; মৈতৈগী শংত্তাক্লবা থাংনা নোংথা কুপ্পগুম্না য়েরবগী মমিং পাঙবা রাকনখি ; যেক্কবা কযাগী মকোক লৈবাক তারে—মৈতৈ লাম্নী করাম্ন শহাদ ওইখরে। য়েকনবশিংগী অতংপা লৈতনা সিফই থাজিল্লকপনা কবা তুরবসু মহুং কবা চংলকখি ; অমগী মকোক কক-থরবসু—অতোপ্পা তরাগী মকোক ককপা লারকলি। ঐথাম্বাদি পন্নিংগী লাম্বলনস্ন য়েংথিদ্রে ; সনা কোন্নু দগীসু কর উপায় অমত্তা তৌরকথিদ্রে। হন্থরকপা মীশিং, লোইশিন্নকপা থুংলাই মেংথংনবা করিমত্তা তৌরকপা লৈখদ্রে। পন্নিংগী লাম্বল পুরিবা অচৌবা লাম্নানা তোপকা লোইননা লাক্লুনা ব্রজবাসিগী হেঙ্গোল অসি মতেং পাংগে নিংদ্রে—শেরাম্বা থাখল অমনা রাংথৈরাকপগুম্বা হুপা অমর অস্তক শাথিনা তোঙ্কনবা, মরৈবাক অমস্তং মংনংথোদা তোগদবা থেংদা কাওথোকহনবসি ওংম্নাকপনি ! মাগী অশোইবা অসিনা ইমা মৈতৈ লৈমগী অরাবা মচাশিংনা তৌজবা বলিদান পূর্নমক্কী মতৌ যমিংত্তা উকনবা ঙমহল্লে ; মৈতৈগী নিংতম্বগী অরাবা থাংমিং মুংথংত্তুনা—মিলাই ওইবগী শাংলবা লোউবা নাইদ্রবা অফং পুশিন্নকলে। মাকোক্কংসু য়েংশিনমন্দবনি ; সনা মাপং অমত্তং ব্রজবাসিগী মতেং পাংলনবা তাওপরমলবদি, রাইথরাকপগী মরৈবাকী নিংতম্বা হয়ানথোকপা চৈথা অসি থিংবা মারখনি। তাজা লিংজবা মহম্মদ, ব্রজবাসিগী হেঙ্গোলনা

তারিবা অরাবা, তোপ পীদবগী পাও অসি মা নাকৈং মৌয়হনা খোমজোম যৌনবা তোপ থিলহনখিবদা খুৎলাই লৌশিনবিনবা কনাইদু লৈরমত্রে, মৈতৈ লান্মীশিংবু যেক্রবনা পল্লোন কয়া থোক্লা কৌইহনা লৈরমলে। তোপ কোন্সুং তাম্না হল্লকলে, তোপশিং অমিনা মতম-চানা ব্রজবাসিশী খুং য়েৌরম্লবদি, তুংদা লাকদবা থৌদোক ইচেল পুমকোং কোংবা যাবমগদবনি, মতুদি পোকখিত্রে—মপা অমতগী অয়াবিবা য়াবেপ, মথক্কী মীনা যেংশিনবা য়াৎপদগী—লৈবাক অমগী মানিংতম্বা মাংহল্লরেদো।

কীতম তো লকলে—মৈতৈ সিকাই অমদা য়েক্রবা কয়া কয়া চংত্রনা অশোইবা মিকুপ নাহম য়েংখ্রে; চোকথরবা পাখোম, হন্থরকপা পাঙ্গল, খর পুবা য়াবকপদগী কাইরকপা থাংগী তালগী খুদোংচাবা য়েংবনা লোবা কোয়ে। মীকুপ খুদিংমক্তা ঐখোয়গী অয়াবা পাওতা পুবকপা নত্তুনা ঐখোয়গী থমোয় খুগাইবা নত্তনা করি হায়রনি ডাই লৈরমলে। অশেংবা মৈতৈগী ঈ হেমা তাবা হেনগৎলকলে। পাংন্দ পাম্লথরবা মৈতৈ ইমাগী মচা কবাগী মাইকী মাংবা হোঙ্গলকলি। থা হাইতুনা য়েক্রবগা খুংথেংননা মাকসিবা মৈতৈ লাম্মী মশি যামশিনকনে।

অসুমা ঐখোয়গী তেঙ্গোলবু য়েক্রবনা পুমকোই কোইথরবা; থরাই খুবাক্তা কাপতুনা মাদা যুলিবা মা লৈবাকী নিংতম্বগী কীয়ানি অত্ত যেক্রবনা মুন্দনা খো নেংনথিগদবদগী কনবা লাক্রিতৈদা, তোংদো মরিন্দম্ম মসিগা চপ মান্নবা কীতম তারি। লাইমতোন্দা শাবা মা লৈবাকী তেন্দোল কাইরে—তু কন্দোকতুনা বিষ্ণুপুর মরাদা থিংবত্তুম, যেনবশিংগী মশিং হেনখ্রবা তন্দোলনা তাংথক নাইদনা তকশিল্লকপদা—থবাই খুবাক্তা কাপতুনা, চেন্থোকন বানা লৈয়ে।

মোখিক হুমিং তাগদোৱবনি--ঙসি তাগদোগিবা হুমিং অসি মৈতৈ নৈবাকীদি মতম চুম্না তাখরগদবনি—অমুকহন্না থোরক্লোইদবনি—খাগ্নিগী লোইবা নাইত্রবা অহিং অমনা মৈতৈনা লৈবাকপু থাদোকপা মৈতনা মোংশিনখরগদবনি। ঙসি তাগদোগিবা হুমিং অসি ইনিংতম্বী হুমিংনি; হুমিং অসিনা তাবদা লিক্লাই ইবুঙ্গোগী মাঙ মুকুট মানথাইখরগদবনি; মা কোম্বুং থুগাইখরগদবনি; শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা মেরুবগী শঙ্খ খোংউপনা খোংনেংনরগদবনি; মৈতৈ থুমকী থুদাংদা মীনাই মোংহিং চল্লরগদবনি। অহিংগী অমখা শন্দোকপা হোৱক্লে; অমখা অসিনা খোমজোম অমসুং বিষ্ণুপুর তুপশিনবা হোৱক্লি।

মেরুবনা পনোল কম্না থোকনা কোইত্নুনা লৈরিবা ব্রজবাসি অমসুং ঐখোয়গী বীর রথীশিং থুডগী থুংলাইদি থারোই—মরৈবাকীদমক অমোইবা ঐ মরিক অহু কাওবা শিন্নহনগনি; অথোবা হুপাগী খোংকাপ অকিবনা পনহনবা ঙমব্রা, নোংমৈ মকনা মাগী খোংথাং লেপহনবা ঙমব্রা থাংমান কয়ানসু মাগী লম্বী থিংবা ঙমব্রা ? ঙমথিরে—মৈতৈ অথোবশিংগী খোংথাং পলহনবা ঙম্বা কনা লৈতে। অশিবদগীদি কনানা নাহোকপা ঙমগনি - মাগী তম্পাক্তা পুন্নমক লোখাগদবনি। ঐখোয়গী অথোবশিংস্থ মহোশা লাইরম্বীগী চৈরাক অসিনা পুনসদবনিকো! হুমিং তাখরে—কনাগুম্বা মাংলৈবাকী লাম্মী অমতসু লেপতুনা লৈবা উবিরোই – অমোইবা বলিদান কংখরে। শ্রীগোবিন্দগী নামামৃত শোন্দুনা খেবচীংখোংদা ব্রজবাসি মাহিপ তাখরে; বৃন্দাবন যাত্রা ওইখরে। পুঞ্জ চেনখরবা দেহ অসি শগোলশেল হুমিংকী হুমিং কিরণ কংবদা মৈতৈ ইমাগী তম্পাক মোবনি—শগোলশেল হুমিংকা হুমিং তাবদা মৈতৈ লৈমনা অমুক লোশিনখরে। লাম

লোইথরে—থোংজোম ভুংওইননা থনমছনা মাকোম্নুংদা রেকনবা চং-শিনখ্রে। বিষ্ণুপুরদসু লাল লেপখ্রে। য়েক্লবগী তেঙ্গোম্মা অথিংবা লৈতনা মাকোম্নুং তম্না হুজিলক্লি—হুমিং পুমতা তাথরে। নিংতম্বগী হুমিং তারে। তমথিনা মমথ্রবা থাশিগী অহিংনা মৈতৈ লৈবাকপু পুমকুপ কুপশিনখ্রে; লিক্লাই ইয়ুংঙোগী তাংবল মম্নাদা হাই হন্না পাইরবা ইনিংতম্বগী কিন্নাল্লু চিংথুহনা থোংনেংনখ্রে; মৈতৈ পুম্নমকী খুত্তা মীনাই য়োক্লিং চনখ্রে।

---

# মৈতৈলৈমগী অথোইবা মচা খরা।

## মৈতৈলৈমগী তম্পাক্তা।



ঙুংশা নেমলক্লে। সনা কৈথেল চোনবা মতমনি। লৈরক কোনশাং পুমনমক হৱাচাবা কোইথোরকপা মীনা ক্রকক্রক ইন্নবা, মপাল কাংজেবুংদা ৱারি লাতাই শাবা নোক-খেবগী খোঞ্জেল্লা নিনবা অমস্তুং খুঙ্গং খুদিংদা নোংমগী শিন্থা লোইত্তুনা লৈপুং ফম্নবা মতমনি। শঙ্গারকপা মতমনি—থালার্তিগী ঙুংশিবা শরিক খোঞ্জেল্লা মাইকৈ শিনথুংনা পুক্লিংদা তাইবংপানবা মপু নিংশিংহনবা মতমনি। অতুবু ঙসিগী ঙুংমিদাংৱই অসিদি মপান কাংজেবু দা, লৈপুং ফমফমদা. লৈরক কোনশাংদা সনা কৈথেন্দা—মী অমতবু য়েঁানা উবা ফংদে; মাইকৈ পুম্নমক্তা উন-ৱাইমুক চিক্লি। শঞ্জেনতা অমতা শল্লুপ পুহ্নুনা য়ুম পাংলকপা উদে—মন্দিরদা থালার্তিগী শরিক খিংবা তাদে। মৈতৈ তম্পাক অসি তাংথক নাইদনা চাকপা মৈগী কুণ্ড অমগুম উরে—খুল অমগী য়ুম তুম্না চাকপা লোইত্তুনা অকনবা মৈনা অশিংঅৱাঙ্থাগী ঙুংশিংকী মতেং লৌত্তুনা—অতোপ্পা খুল অমা ৱাইবা হৌরক্লি। য়ুম অমা চাকপদা 'য়ুমমৈ চাক্লে। কল্লো" হায়বা খোঞ্জেল্লা চিন পুমনমকতগী মিপাইবা য়াওনা থোকপনি; ঙশিদী "কল্লো" হাইবা খিগ্রবা খোঙ্খাং অমতা য়েঁানা তাবা

ফদে। মৈশা লাংবগী মিপাইবনা শংঙ্গালগী থৌরি থদংতুনা চোংম্থোরকপা শম্লুপ্পা লম্বীদা লাওখোংবতংদি ভাগনি। মী কু না ভাবা খুল কয়া তাঙ্গোই ওইনা মালেম থক্তা তারি—মৈরি অসি স্নাকোম্ন পাংলকলি; থিন্দনা স্নাকোম্নং পুমনমক উংকী মপৈ ওইরে, শ্রীগোবিন্দগী মণিমন্দির অচাকপা মৈতান মবক্তা ফুমখ্রে।

শ্রীগোবিন্দবু মৈনা থৌগনখ্রবা! লিক্লাই ইবুঙোনা কদাইদা? অঙন অথৌ লৈমকোন খুন্দাক লানশিরে; কদাইদা চংনখ্রবনো? করি মতৌনো? মাংতাকপনি—লৈবাক কাইবনি; শ্রীগোবিন্দ কছাবদা পুখ্রে; পাংদবা নিংথৌ মাজীত মরৈনাকপু মৈম্নংদা লংশেকলমতুনা মীবৈবাক্তা নাথৈতুনা লৈরি, পাংদবা নিংথৌগী লাম্মি তোঙ্গাল কাইতুনা শমজীথাইনা চেনখ্রে। মৈতৈ লৈবাক্কী স্নাকোম্ন অমসুং মৈতৈয়ুম পুমনমক মে থারিবশি লালওম্ব অবাশিনি। লান্দা মাইপাক্লবা য়েরুবাশিবু ওক্লনবা মৈতৈ কনা অমত্তা লৈবমদবদা মৈতৈ তম্পাক পুমনমক তাঙ্গোই ওইহল্লিবনি।

মতমগী ঈচেন তোংবনা,
তোংখ্রে মুঙাইবা পুন্সি;
য়েংবিহৌ পুক্লিং চংনা!

কপপু কপনিংই থল্লুবদা
ভবাবা মতমনি মহাক্কীদি।

মিনাই ওইনিংদবনা য়েরবগী

নাথৈরিবোই চিং মন্দা!
ওম্বগে কয়া কুইনা লোৎপা?
চিঙ্গা লৈচাও, লৈপরেং. চেনা ১৩

যুম ইংখোল, ললথুম থাদোক্তুনা মৈতৈ পুম্নমক চী মান্দা হোকৎনরি। য়েক্নবগী খো জম থক্তুনা, মিন ই য়োংহি থাংতুনা মৈতৈনা হিংবা ওমদে—মিনাই ওইনা হিংবগী চাংশা নাপোমদা কৈনা চাত্তুনা শিবনা তেন্না কৈ। যেক্নবা অৱা নিংথৌগী থোঙ্জাম মিৎয়েং ফংতুনা ইনিং তম্বা য়েন্দুনা হিংবগী মহুত্তা, চা থকপা ফংদনা চীংথুং মান্নুদা কংতুনা শিবনা তেন্না কৈ। য়েক্নবগী খুত্তুমদা তান্নবা মরৈবাক থাদোক্তুনা মনি তম্বা মাংনিং-দবদগী—মৈতৈ পুমনমক নারক মো শোং, চীং মান লোকচপ কয়াদা নাথৈত্তুদা লৈনরি। মৈতৈ তম্পাক্তা মৈতৈ কনা অমতা লৈখিদ্রে; গোবিন্দ লেখ্রে; নিংথৌ পান্দ্রে; মৈতৈ লৈবাক কাইরে; চহি তরেৎ খুস্তাকলে।

“ওম্বগে কয়া কুইনা লোৎপা?” কুইবা য়াদে—লোৎকম খংনরক্লে; মমা হাৎপা য়াওবা য়েক্নবগী খোংজুম থকপা মৈতৈ থরনা লুচিংতুনা অৱা সিফাইশিংনা উপ্না তাবা উনা লোংনা খিত্তুনা—মৈতৈ শঙ্গু শঙ্গু ফারে। অৱাগী লান্মীশা অসি মানা ওনবা শামখল অমা ওইখ্রে—মীনা লেনা ওই-রক্লীবা শাশিং অসিনা কয়ামুক শাহিং পাম্বা, শাথিবা হাতবগী মপা লৈতবা খুত্তুম উৎপা হোৱে। মৈতৈ চম্নুশিংদা, খুবাক্তা

য়াইরি লেংলগা চীংহুনা পুরিবা মপুরোইবশিংগী লাওখোংনা অৱামৈচাক খা.বহু য়েংহল্লি; মথাদগী মচা মুল্লগা মু.পাক্তা হাইহৎহুনা হাৎপা অহু মৈতৈ মমা কয়াদা উৎলি; খোং খুৎ পুল্লবা মীবু মোরোক মৈথাবগী মৈখু মরক্তা লংশেপকদা স্বর হোনবা ভমদহুনা ওনথোইবসু মচিন মনাও মৈতৈশিংগী মাংদা ইহনবিরি। পুংজা অমতগী মন্নুংদা মৈতৈ চন্নু কয়াবু লুখ্রাশিংদা চনহল্লী—মপুরোইবগী কক্লবা মকোক—ইতৈবা অহু মমাংমক্তদা খো গাওবী শান্নরি অৱাশিংনা। চাবা থকপা থংহন্দহুনা মচামগু, মতৈ মনাও কাইনবগী অৱামৈশা ফংহন্দুনা মৈতৈ জাতি অসি কয়া থুনা মুথৎপা ভমগদগে? মসি পাংথো-ক্লবা অৱা লাম্মি পুমনমক মরোশিং অমসুং মপাঙ্গল থমথেংনা শিজিন্নহুনা অশেংবা শিক্ষা পাইবা হৌরে; শিক্ষা অসি চহি তরেং চংনা শিল্লোইনবা হোৎনগদৌরি।

মম.বু য়োৎহিং চনবা, মচে মচন্দা শাদ চৎকদবা শাজৎ চৎপা মিকুপ খুদি গী মৈতৈগী হকচাংদা থাংগী থাংশোই, খেংশক্তী চৈনা পীরগনা পেনবা অৱাশিংগী অত্যাচারনা—মৈতৈ পা.খ শি গী মিহুগী পিগী ইবা হৌহল্লি—পিশিং অসি য়েক্লবদা চংজগে—ডাকপীয়ু--থৱই কনবিয়ু হাইবগী—তাবা পি নত্তে; য়েক্লবগী অত্যাচারনা নিহন্নরবা পুক্তি.দা অনৌবা থৌনা, পাঙ্গল হান্না শিগী ইরানি। মিগুগী পি তৈংথাকখ্রে; থাক্রক চিকলি—খুৎনা ফংবা খুৎলাই পাইহুনা “লমন খুন্থা—ইমা কনবা” হাইনা নোংশাগী ললাও লাওহুন মৈতৈ পাখং হৌগৎলক্লে

চংশিনবা হৌখ্রে। পাখংশিগী মরক্তা লুচিংবদি—মমাই ফীনা খুম্বা মরেপ ব্বা বা কুচু ডোব। পাখ অমনি, মযাম্না মাবু চন্দ্র কৌনৈ। মথম্‌াইবু পাম্মুদ্রবদা, শিবতবু মতোইনমক কিদ্রবদা মীগী পুনশিদা পা থোক্কে হাইব। থবক মাইপাক্না ঙমদনিঙাই লৈতে হাইবা অসি চন্দ্রগী পুন্সিগী মাবিনা তশেংবা অরাবা প্রমাণনি।

থৌবাল তোমজিং চি খো দনি—অশোংবা উমং মরক্তী। মৈতৈ পাখ, চামবোম খুৎশু খুৎলাই ঔবাইরি। চীংমুং অসিদা পাখংশিং অসিগী লালশং ওইরি—লালশং অসি লম্বী অচৌবদগী থোইনা থাপ্লে। স্না লম্বী অচৌবদা অম্বা কাংবু অমনা লালগী খুৎলাই অমম্ং চৌঙাক পুবক্রী—কাংবু অসিবু ঙাক্লনবা অব্বা সিযাই ৭০০ বোম হেন্না যাওরি। লাওখোংনা, চিং লেন্না অব্ব কা বু ইম্ফাল তন্না খোং শান্লকলি—হরাও তরাম্না লাও খোংবা অস মৈতৈ লালশং যৌখ্রি। খুৎলাই ঔরাইরম্বা পাখ, ও ব্ব। লম্বী তন্না চেম্থোনরক্লী—উবক্ত থুপক্লনা অব্বা কাংবুবু মুন্না যে ল্লি। মৈতৈ পাখ, তুম্মিন্না য়েংতুনা লৈথোকলোই-দৌবি—নাবক্তা মোংশো মবক্তা অব্বাশিংগী তু ইনরি। তু ইন্নবা তে ক্রুনা নাকোইদা মৈতৈ পাখংশিনা হাইগৎখ্রে, চা যানরা, শুকখ্রবা উম্নুংদা থেককোই তৌদনা হাইজিল্লক্লীবা লম্বীগী অখুবা মতা দা মখোইনা অব্বাশিবু ঙাইতুনা লৈবি। অস্তুকপা লম্বী চ লক্লে—অরাশিং ক্রীক ক্রীক ইন্ননা পীকখ্রবা লম্বীদা চ শিল্লক্লী। ইখ খ হৌদনা শগোল তো বা অব্বা খর দি শগেল থক্তগী তাবে—মকোক্তা ই হাথতুনা শিক্লনা লৈম ই থক্তা

ভাবি। মিফুপ অমনিগী মন্নু দ' ভব্ব গী কোক অয়াম্বা ইথোক্লবে; অদ্বা যায়া মে-মা লাওদনা ফুঙ্গ ননা থল্লাই মাংলে। অদ্বা-শিং অসি কোক্ত শোকলে ; কোক্তা ইথোক্তুনা মিৎনা কুপদা শিবা অঙকপা লাইনা অমা থুংলরে—উমং ফাওজনা চংলিবা থেকখোই তৌবা লম্বী অসি লাইফম ওইরম্বা ভাই। অদুবু লাঙ্গফমদী ওইরমত্রে;—উথক্তগী মৈতৈনা লংথরকপা অবামবাইনি মৈতৈগী তেঙ্গি। নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনিদা অদ্বা চেনফম লৈতে, মাইকৈ অনিসিদা চিংশা নাপোম্না অদ্বাবু ফৈগাক-কৈনা থিংলমলে ; খা—ব্বাংদা চেনফম লৈ—খারোমদা চেঙ্গ-রকপা অব্বালাম্মী অমসুং পোৎপুবা মী মশিং য়ামই; অদুবু চাওখ্রবা উজাও কয়া তুত্তনা লম্বী অদু থৎলমলে ; অব্বাংদা চেনবা কা বুম্ভ খাপাংনা চেঙ্গকবা কাংবুগী দশা অদু অস্তুম নাখ। মাইকৈ মরিদা অব্বা কোইখ্রে—উথক্তগী তেল অমসুং অরধাংগী লৈ দী তৎপা লৈখিত্রে—ইওা থাংগী থুরক হাদনা তাবা নে দগী তেম্না শাখিনা—তেল, তা. লাংশোই, অরাম্বাইগী লৈ, তব্বগী কে কথক্ত। হৈথবক্লী—অব্বাকোক কয়া তেম্না যাওরেং পেতুনা লৈমাইনত্তা য়েশিন্দুনা তাহল্লি। খুৎলাইনা পাঞ্জিবা অব্বাশিং মকোক্তা মখুৎ হাপলি ; মমা কৌউত্তুনা, খবনা ফুশিবী থাদুনা, তেংথাত্তনা কপ্পবক্রে। "খুৎলাই থারো ! নথব্বাই হিনিংলবাদি" হাইবা খোল্লাও অমা উথক্তগী লাক্তুনা অব্বা শিংগী নাকোংদা শিজানা ফুবদগী তেম্না শাথিরি। অদ্বা খুৎলাই থানরে—উথক্তগী মৈতৈ পাখং কুমথবকতুনা মিৎনা

কুপদা অন্নাশিংনা লংশেন্নবা খুৎলাই অহু লাপলপ্পা পৈহুনা চীংহুমগুম থন্নলে। অন্না লাম্মী অমস্নুং চে চাক পুবকপা কাংবু অহু চেন্নিং চেন্নিবা মাইকৈদা চেনজহনবিবে—অহুক য়ামথ্রবা অন্নাকোম্নুংদগী পুন্নকপা খুৎলাই অমস্নুং অচা অথক পুন্নমক মৈতৈ পাখংশিংগী খুত্তা তাও হাইনা তমখি মান্নে। চন্দ্রগী অহানবা লাম্হোং অওকপনি; মবপ পুমনমক মাব পমহুনা থাঙ্গংলি—মখুৎ শোকপীবর্দা মখুৎ ইহৌবে! অন্নগী খুৎলাই অমস্নুং অচা অথক পুন্নমক মৈতৈ পাখ শিংগী লালশ য়োবে; মৈতৈগীদমক অন্না নিথোনা খুদোন তৌবকপা ওইনা থোকখ্রে।

থোবাল তোমজীংগী লালশংগী পাখশি অমস্নু মখোইগী লুচিংবা চন্দ্রগী বা চ শক্তা, মোংশো মবক্তা, নাবক্তা, অন্নাগী ওৎনৈবা যোদবা মহমদা নাংখহুনা লৈজবা মৈতৈ পুন্নমক্তা নাকোং যৌবনলি। উবক বাবক্তা শহুদা হুনা লৈবা মৈতৈ কয়া ওসিং কয়ানি চবা ফদবনা বহুনা শিবা তাবনদা, লালশ অসিদগী চে চাক থাবক্তা, মপুংরাইবা হাৎপীগদৌ-রবা মুজাগী মপুবোইবা কনবীনবা বপ লাওজবদা—চো থো-রকপস্নু লালশ অসিগী পাখশিনি। অধাগী ওৎনৈবা, শাহি চাবগী শাজৎ থবা চমহুনা, শিবগে নিংলবা মৈতৈ কযাদা অনৌবা থৌনা অমস্নুং আশা পীনবস্নু পাখংশিং অসিনি। য়েক্লবনা খুত্নমচনথ্রবা মরৈবাক কান্নবা—পাম্বৈ অমতং মৈতৈ-শিংগী লৈজবিবা হাইবমক্তবু—তোমজিং লালশং অসি মঙাই-জরে, অচৌ পিশক, নহা অহল থাইদনা লালশং অসিদা

লাক্লরে—লালশংগী লুচিংবা চন্দ্রগী মতুং ইঙ্গরগা, মাগী লাঞ্জং অমস্তুং লাম্বোং মশিন্দা য়্যাওজরগা, মিথুংচনখ্রবা মরৈবাক কনব ওমগনি নিংজরি। সুপা চামতগী থুংলাই তমফমশং ওইরমবা তোকথিহুনা—তোমজীং চিংদোল অসি মৈতৈ লৈবাক্কী অচৌবা লাম্বল অমা ওইরকলে - লাম্বল অসিদা লৈরিবা তেঙ্গোল অসি নোংমা নোংমগী চাওবা হেনগংলক্লী—লাম্মী মশিং য়ামবা হেন গংলক্লী। অথুপ্পা লাম্বলনি, অৱা খংহন্দনা নারক্তা শারিবা তেঙ্গোলনি—অহুবু তেঙ্গোল অসিগী লাম্মীশিংগী চৈথেং অমস্তুং থাংশোইদী অৱা সিফাইশিংগী মশাদা ফাওহল্লরি সেনাপতি কানিয়োংদা তাশোন্না থিনবগুম ল্লাহল্লি। অৱা সিফাই পুমনমক নোংথক্কুদা; উথক্কুদা য়েংখংলি— মসিবু "অৱা মিংযেং;" কৌনখি—হৌজিক ফাওবা নোংথক্তা য়েংবা, খুদীথিব। উদবা কাংবুগী মিংযেং অসি—"অৱা মিংয়েং" হাইনা খংনরি।

কবো লাম্মী থিবা থংদ্রে, চেনমাং মাংলে—ঈশিং শোকপা চংথিবদগী হল্লক্কে—লালজাবা চংথিবা কাংবু মৱাতাখিদ্রে; থা অমা হেনখ্রে—অৱাকোম্মুংদগী থাখিবা থুংলাই, অচা অথক পুমনমক লমখাংদা মাংখ্রে। কমতৌসিব। ? মরৈবাক য়োনবা শুবন, সেনাপাত কানিযোন অমস্তুং যুবরাজ ইয়েং থুবি চিক্লরে, কন্না চিকমনখ্রমালে—নামংখ্রহুনা থুবি অমুক শঙোকই। য়ানা চিথাইহুনা তোঙরমগদবা থুবিদা শঙোক্কুন্না কনখি, চোইহাং হাংহুনা মশিং নোংম নোংমগী হন্থরক্লীবা অৱা লাম্মীবুদা যমগীহুত শিংদগী কল্লনবা উপায় ফংদ্রে।

অহানা চহি তরেৎ মৈতৈলৈবাক্তা লৈবশি ওন্থোক্না পুক্কিং থুংশি, লাল মাইথিবনা চেঙবন্নবদী মুন্ডাইনা মতুমচা মনাক্তা লৈজবা চুমলমলগদবনি—লাম্মী পুমনমকনা অহা সেনাপতিবু নিন্দা তৌবা হৌনরক্লে। কবম্বা লাল মতৌনো ? পুন্দা যেংকুনা থম্বা ডা খাইখাইহুনা ইস্নান যৌহনবগুম, মাইথিববা মৈতৈনা মখোইবু চাংতম্ন লোইশিন্নকই— ইক আক মেকমাক লাওচনে, "লাইনা পাকা নিশি ভাল"— হেক্তা মন্না তাখিদে।

থাবল যবা অহিংদা অহা লাম্মী তরেৎ নিপান্ন লাম্বলগী থোং ডাক্লী। লাইথো পাক্তা ইনচীংবীশিগী মুংশিববা ইশৈ তাবদা থোক্নবা লাম্পী মবিমুক্তা ইশৈ শকপী তম্না চংশিন্নরি। ইনচাংবী শানৌ খবা ওসি উবা ফবশি অহাশিদা ওরা লোকই; চহি অনি হেন্না মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবদা লৈশাবা, মৌনহা অমতা উদবনি— অহুবু ইনচীবীশিং অসিদা অযাম্বনা শমলাং কোইরবী অমস্তুং মথোক কাবকপী মৌনহানা অযাম্বনি—। মখোইগী মবত্তগী শজি মিত্তা তাবী শানৌ অমদা অহালোন যজনা ডাংহুনা অম্ব সিফাইশিংবু হাইনোক তৌহুনা, মিংচী থৈহুনা পুমডাও ডাওহনলি, থোংশ হুনা লৈগৌবা সিফাই খবহুম্নু লাম্বলগী থোংডাকপগী থৌদা অহু মুংশিবা ইশৈগী ইবৈদা তাউ-খিবনা কাওখ্রে— মবপশিংনা চংখিবা ইনচীংফম অদোমদা লাম্বলগী থোং থাদোকলমলগা চংশিন্নরকলি। ডাকক তুঙোল শই পাবহুনা মযুমদা হল্লিবী ইনচীংবীশিগী মতুং অহা সিফাই-শিংমা যনা থাপ্পা ইন্নরি। অহাবনি— মিংনা কুপ্পদা হাইথৌ

মপানগী মোংশোং মরক্তগী খুৎলাই পাইবা মৈতৈ চোংশিল্লক্তুনা শানৌশিংগী তুং ইগ্গ্নরকপা অৱা তাদশিংবু কোইশিনখ্রে— খুৎলাই মুনবিরে। অৱাগী থোংশংবা সিক্কাই ইথঃ খংহৌদন' মৈতৈগী বন্দি ওইখ্রে— মখুত্তা য়োৎহ্লিং থাংখ্রে। থোংশংবা কনা য়াওদনা লাওনা হাংতুনা থয়োবা অৱাগী লাম্বল মমু্দা,— লুমতুনা লৈরম্বা মৈতৈশিংনা তাংথক নাইদনা ফুভিল্লকলি। ৱাইথৌ চিঙ্গোন্দা শারিবা অৱাগী লাম্বল অসি থ্াথা নণ্ডে; মসি ভারুনবা অচৌবা তেঙ্গোল অমস্তু লৈ। তেঙ্গোলগী লাম্মী অয়াম্বা তুম্নরমলে— তুমদবা খরনা কুইনা থাদোকলমলবা য়ুমগী ৱারিদা, ইশৈদা পুক্লাং লুপ্নতুনা অৱা পোথোক্লরি। ইথং খংহৌদনা মৈতৈশিংনা লান্দারকপদা খুৎলাই পাইবা নংঙৌদনা— মৈতৈদা চংজবা তারে; মৈতৈদা মথৱাই নিজৱা তাখ্রে। ঈরিক অমা তাদনা, ওক অমত্তা ফাওবা কত্তনা মৈতৈনা অৱাগী ৱাইথৌ চিঙ্গোলগী লাম্বল লৌরে— লাম্বন্দা পৈবথ্বা খুৎলাই, অচা অথক অমস্তুং লালগী পোৎচং পুমনমক মৈতৈগী ধ্বাক্তা তাখ্রে। ৱাইথৌ লাম্বল লৌখিৱশি অৱা সেনাপতি কানিয়োংগী য়েৎথবা পাম্বোম ককপদগী হেন্না শাথিবা চৈনানি; লাম্বল অসিদা পৈরম্বা খুৎলাই অত্তু অখন্নবা, চিরব মতাংদা শিজিন্নবা কানিয়োংনা খাক্তুনা থম্বনি; খুৎলাইগী মখল অমস্তু চাস্তু ওন্থোক্লা য়ামই— খুৎলাই লৈতবনা শুপীগুম্ন লৈরম্নবা মৈতৈ মুপা পুমনমক্তা চহি অহুম মরি খুৎলাই ৱাগুনা ঙ্জনবা ওক্লগনি।

মৈতৈনা অৱাগী ৱাইথৌ লাম্বল লৌবগী পাও কাছার লমদম

য়োরে ; লাঞ্জেন্দুনা লৈবা নিংখৌ মাজিতনা মনাই স্নায়ুমজাও তাববু মৈতৈ লাম্মী খরগা লোইননা মৈতৈ লুচীংবা চন্দ্রবু মতেং পাংননবা থারকলি। মতাং অসিদা অৱাগী খোংজুম থকপা শুবোল সিংহবু মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপ্পীরগা, ম'বু কন্নবা অৱা সিফাই ১০০০ খক মৈতৈ লৈবাক্তা থনমলগা— অথোইবা সিফাই অহুনা পুহুনা সেনাপতি কানিয়োন, যুবরাজ ইয়িং ময়ুম তৎৱা লৈবাক্তা খোংশ'ল্লকলি। লেহৌরিবা মরাইবক থারবা অৱা সিফাই অমসুং শুবোলদী মৈতৈনা ওইনানা পারবগ্ন পাশিক্তবা জাংৎনি; অৱা সিফাইশিংগা লোইননা শুবোল চেনখ্রে—মৈতৈ লৈ-বাক্কী নিংতম্বা ফীরাল হাইহুন্না নোংদোন খেৎনা পাইরে; নিংতম্বা ফীরাল য়েংহুনা চন্দ্রনা মোমোন নোকচরি। অৱা তাঙ্খোকখিবগী পাও মহারাজ মাজিত্তা য়োরম্লগনি, মহারাজ লেংথোরক্লুনা থুনমক মৈতৈ লৈবাক্তা গায়েল্লরগনি হাইনা য়ুমজাও স্নানা চন্দ্রদা তমলি। ৱাকম অসি থাজহুনা. চন্দ্রনা য়ুমজাওগী থবক পোরম পুমনমক য়াবে। মতুংদদী লাম্মীগী লুচীংবা অমসুং অঙম অথৌ অয়াম্বা য়ুমজাওনা শেল পীজহুনা মচিন মেনখ্রে—মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌনি হাইহুনা মশামক সিংহাসন কাবে। মৈতৈগী লুচীংবা বীব চন্দ্রবু ফাহুনা কৈশুমশংদা থম্নবা অমসুং অঙাং ওনহন্নবা, য়ুমজাওনা খুজিন তৌবা হোরে।

য়ুমজাওগী পোনম থাজরুবনা, চন্দ্র হৌজিক স্না কোন্নুং অমসুং ময়ুম থাদোক্লুনা, হান্নগী মতৌ গুম্না চাংন্নুংদা হোকখ্রে, মহৌ-শাগী মরুপ পুমনমক খোমহুনা মতিক চন্দ্রবা ভোবমল খত্রবা

য়ুমজাও ম্নাবু সিংহাসন্দগী চীংথুহনা মতিক চাবা চৈরাক পীমনবা শিস্থা পাইবা হৌরে। চন্দ্রগী মতিক মগুণ, মথৌনাগী য়ারি তায়রহুন। গম্ভীর সিংহনা মৈতৈ লাম্মী য়াম্না পুবহুনা, চন্দ্র মতেং পাংমনবা, কাছারদগী মৈতৈ লৈবাক পাংলকলি। গম্ভীর অমস্তুং চন্দ্র অনি তিন্নখ্রে; নোংশা অনিনা ঙংবদা মতু থীববা শক্তিগী পাঙ্গল ফংদবা য়ুমজাওম্না কয়া কুইনা খাংগনি; য়ুমজাও মশক ঊখিদ্রে; গম্ভীর অমস্তুং চন্দ্রনা মৈতৈ লৈমগী নিওঙগী ফংয়াল কংলাদা মহৌশাগুম্না পাইবহু য়ে জরি; মহৌশাগুম্না মাইথোং মকালামলি। মবুঙেঙা গম্ভীরনা ম্নালৈবাক্কী সিংহাসন্দা লেংখহুনা লৈবাক য়ায়েনবা তৌববদা চন্দ্রনা মৈতৈংগী যেংথবা পাম্বোম ওইবি। শ্রীয়ুৎনা মনা মথুম কয়া পীনি বন – অচৌবা ফমথোল কাহন্নি বনি অতুবু চন্দ্রনা নিথোদা মথবু ইদা বংচবিঃ মনা মথুম অমত্তুং অচৌবা ফমথোল করিমতা লৌজদে। বীর অসিগী পারি পুনি, পরিচয় লিক্লাই ইবুঙেঙা য়াম্না খনিংখি— অহুবু চন্দ্রনা মতাকপা লৈখিদ্রে। মমদা মবুঙেঙা শাওবা ঊরহুনা, মহারাজ লাবণ্য চন্দ্রগী মচা ইবুঙেঙানি হায়না, লিক্লাই চরন্দা হঙৎচবি। মশাগী ঈ ওইবস্মহুনা, শ্রীয়ুৎনা মচা ইবুঙেঙাবু চেংনা কোনবিরে— মচা ইবুঙেঙগী চান্নবা মি দি হীরা চন্দ্রনি। হীবা চন্দ্রা— লিক্লাই ইবুঙেঙাগী মমল য়াম্নবা হীরানি। মপা মচা চংহুনা, অন্নানা তুম্না মাংহলম্মবা মৈতৈ লৈবাকপু শেমগৎপা হৌরকলে; অতুবু শেমগৎ শাগৎপগী থবক মতৌন লোমদ্রিঙৈদা, মহৌশাদগী হেন্না চাওবা তেঙ্গোল পুবহুনা, শুবেলবু মৈতৈ

নিংথৌ হাপ্পনবা— অরা সেনাপতি কানিয়োন্না স্নালৈনাক লান্দা-রকলে। হুরাল লান্না ওইখিবনা, মৈতৈনা অরাগা লাল নিংথিনা থেংনবা ঙমখিদে। মৈতৈ লৈবাক কনবা য়াবা উপায় য়েংনরবা লিক্লাই ইবুঙঙা গম্ভীর কাছ রব। হন্দোকপা তাখ্রে। মরৈবাক্কুগী খোংকাপ অমা লাপথোকপা ঙমদবা মাতৃভক্তনি— চন্দ্রদি; অরাগী ওৎনৈবা, শাক্তিং চাবনা চৎপা শাজঙগী মরৈবাক মচাবু কন্নবা চন্দ্রদি মনিপুরদা লেপনা লৈগনি।

অহুমলকণুবা ওইনা, চন্দ্র, হৌজিক চিংশাং নাপোমদা শাইদা লে; মহৌশাগী মকপশিংগা তিন্নরুনা অরা সেনাপতি কানিয়োনগী সিকাইশিংবু, যমব ঙগী লৈবাক্তা হিংথৎ থগুনা, থাবা হৌবি। হীবাচন্দ্র লৈরিমখৈ, গম্ভীর মাইথীবা পীবা য়ারোই— গম্ভীরগী হীবা মাংহন্নবা সেনাপতি কানিয়োন্না উপায় কয়া থিরি; হিনা নম্রগা শিনা হীরাবু যাদ্রনা পীবা ঙম্বা মুপাদা মৈতৈ লৈবক্কী সিংহাসন পীগনি হাইনা কানিয়োন্না লৈবাক শরা শন্না পাও চেপ্লোকলি। কানিয়োনগী হোৎনজবা শাবা অসিনা হীরাবু কোরি ওনহনবা য়াবদা নত্তে— হীরাদী হীরা ওইদুনা লৈগনি— কানিনা মহৌশাগি কানিনি; মাইথিবা ফংদুনা শিল্লোইগদবনি।

কানিয়োন্না কিরম্বহু চপ চানা থোক্লরে। অরা লাম্নীগী শরুক অহুমগী শরুক অনিনা হীরাচন্দ্রবু লাক্লবা রারে—অনৌবা লাম্নী থোমজিন্নকপনস্থ কানিয়োনগী অবাবা কোকপা লৈখিদ্রে— শিভাজীনা ঔরঙ্গজেপ্প্ ভানিং তামাং ওনবগুম্না— অরা নিংথৌ অমস্থং সেনাপতি কানিয়োনবু হীরাচন্দ্রনা মকোক মমৈ ওস্থোক-

পীরে। হীরাচন্দ্র মতোমতা লাক্লবা ঙমদ্রীঙৈদা, গম্ভীর সিংহ হাইবা তেয়্ য়াদ্রবা নোংশা অমসু লৈরি। মানা চংনিংলকপা মতমদা চংলকপদা কনানা থংপিগনি? কানিয়োন সেনা-পতি— কনানিগী মুংশিং কাংলে। কানিনা ঙাওরে—গম্ভীর সিংহ চংলকলে— মনাও নবসিংহ য়াওবকলে। মৈতৈগী চরায়রবা নোংশা অহুমগী খায়াত্ত—মতু থীরবা অবাগী লমহুই শঙ্গু ভারে। মনিংতম্বগী মমল পীবা মশানা ভাবনি— মমল অসি শহীদ-শিংগী অশেংবা ঈতনা ওইগনি— শহীদশিংগী প্রাণ বলিদানতনা ওইগনি। মমল অসি হীরাচন্দ্রনা পিবা তারি।

গম্ভীর সিংহনা তোংজৈ মরিন লোমদা তা থক নাইদনা তকশিল্লকপা লঞ্জাঙ অহু থিংবা য়াদ্রে; কানিয়োম্না গম্ভীর সিংহ থাদোকলমলবসু— মাগী য়েংথংবা পাম্বোম হীরচন্দ্র- মাগী হীরা অসিমতদী মাংহল্লমগে শেনখ্রে—। কাছার লম্বীদগী হন্দোরকপা অবা লাম্মী পুমনমক ময়ুম হনবদা পলেল লম্বাদা হন্দোকপা মশানা তাজবনি। মনিপুর অমসু, অবাগী লম্বী ফৈগাক থিংলিবা হীরাদা কাছারদগী হন্দোরবপা অবা লাম্মা পুমনমক তমশিল্লকলি। নরসিংহ অমসু, গম্ভীর মচিন মনাওনা মচা হীবা কল্লবা হোৎনবা পুমনমক অরেম্বদা ওইরে। মৈতৈ লৈবাক য জরোই— লাল ঙম্বা পামজদে— হরা মাংহল্লগা লোইরে— অদুনা তবানা হীরাচন্দ্রগী কাবুবু পল্লোন পল্লোন কোইরি। অধুপা লম্বী কয়াদা নাম্বোক খনি হাইদুনা, মমা হাৎলগা নিংথৌ ওইনিংবা গুবোলনা অরোনবা চী লম্বী পুমনমক

থিংলি। পূর্ণিমাগী থাজগী তাননবা মতম লৈ— মুণ্ডাইশ্রবা মতম পুমনমক লোইরকই। অমুম্না মমল য়ামশ্রবা পোৎ পুমনমক মপু অমদগী অতোপ্পা মপু অমদা চৎলি। গম্ভীরগী খুত্তগী ওশি হীরা অসি চৎখিদোরে— ব্বাবা পোথাবা ফংলক্লে অমুক্তং মিকপ ফানা তুমহল্লিংনবা মাল্লে ইমা মৈতৈ লৈমনা— মচা অথোবা হীরাগীদমক পোথাফম শেমলি। তাংথক নাইদনা কোইশিল্লীবা অব্বা লাম্মীশিংগী মকোক কয়া লৈবাক তারি— অতোপ্পা কোক চাম চাম ককননবা হীরাচন্দ্র থাং হাইবা তারি। অভিমন্যু হাৎপগী দশ্চ অহু ককচিং ময়াদা উৎলরে। চহি ২১ তা ভাইরিবা স্নাখ্বা হীরা থাং হাইরি। থৌগন তৌরম্বা মনাইশিং লোইনা শহীদ ওইখিদা পী শিন্থরি— মরৈবাক্কীদমক সনাতোন ধর্ম্ম ফংবদা, মনাইশিংবু ধন্যনি লাওরি। কোইরোহনবা ময়ুম চংলগনি— হীরাচন্দ্রম্ব পোথানবা মতম লৈরগনি— ইমা মৈতৈ লৈমগী ওম্পাক্তা য়াহিপ তারগনি। চোকথরকপা পাম্বোমনা থাংগী থাংলোল কায়বা অরাশিংনা ফারি— মুং, উ, জা কয়া লংশিল্লি-। পূজা অমা অনিগী মতুংদদী অরোইবগী ওইনা থাং অহু ব্রাংনা হাইগৎলি— শুবোলগী মওক্কা ঈ থাংদা পীথকখ্রে— হীরা-স্নাখ্বা ইবুঙো পৃথিবী মাংতাদা য়াহিপ তাখ্রে — মৈতৈ লৈমা ইমানা মথাদা মচাবু চেৎনা কোনখ্রে।

অব্বা তানখাইহুনা মৈতৈ লৈবাক্তা গম্ভীর সিংহনা সনাকোম্নুং য়োরকপদা মজা ইবুঙো হীরাচন্দ্রদী শহীদ ওইরমলে— লাইরৈবাক তানখ্রে। অসিগুম্বা হীরা অমবু ইমা মৈতৈ লৈমগী

মচানি হাইজবদা ইমাগী চাওখোকনিঙাইনি; শুদংপীরবা, নেংথুবীরবা মচা ঐখোইগী নাপন তৌজমনি— ঐখোইগী ধ্রুবতারানি— মানা তৌবা মহাত্যাগ অহু মৈতৈ ইমানা মৈতৈ মচাশিংদগী নিরি— ইমাবু কল্লু কৌরি।

অবাবনি— হীরাচন্দ্রানা শহীদ ওইবগী বজবা নত্তে— অসিঙুম্বা মশিদা মৈতৈ পুমনমক্না পামযম থোকপা ফজগে ইরাংনবা মশিনি— অবাবদা অস্তক চাউখ্রবা মাতৃভক্ত অসিবু মহারাজ গম্ভীর সিংহনা কাওখোকপশিনি— অঙম্ব থবগী লমজীং ইন্দুনা হীরাগী মক স্মৃতী মন্দির শখিদ্রে— মাগীদমক "চৈথ'বোন কুম্বাব"দা, নত্রগা পুযা করাদ, নত্রগা পুবান কয়াদা বাহৈ অমত যৌনা ইদুনা মৈতৈ ইমাগী ময়েক লাবা মচাবু নিংশিংদে,- মচা কাইনবগী পাম্বোম পীযম তৈবী ইমাগী অবাবা শকক খজিক্তুং ফাওবা হন্থনবা তৌখিদ্রে। নিংথৌগী খন্থনা বাৎপা, মচামশুগীতা য়েবা অমস্তুং তোমখিন পোকপা মৈতৈ ইমাগী মচাশিংবু কাওখোকপশিদগীনি — ইতিহাসপু নিংথৌগাদা চিবোন তৌবা বাথিনি হাইনরিবশিনি।

জাতিগী ইতিহাস হাইবসে
মিংনা উহৌবা, নাকোংনা তাহৌবা
মরিক চুমনা ইবতনি বারী থরা!
সমাজগী ইতিহাস
মপুং ফাদে; মপুং ফাদে।
থুল্লক্তা শানবা বারী,

মরীক চুমদে; মরীক চুমদে।
ইতিহাসদা শীংথানরিবা
অকল অথৌশিংছুদগী
থোইনা হেল্লা কলথৌরবা,
কেমখ্রে খংহৌ উহৌদনা।

মাপুমতিনা হংলুহুনস্থু
'খং' হাইরমদে কনানস্থু
চেনা খুদীং হাইদোকুনস্থু
য়াওরমদে ইতিহাসদা।

কমল

ঐখোইগী কবি অথোই অসিনা থিন্দুনা তাক্লীবা হৌজিক মতমগী ইতিহাসকী অশোইবা অসি কোক্লনবা মৈতৈ ইতিহ স ইবা কাংবুনা হোৎনদবা য়াদবনি— মৈতৈ চম্থু কয়ানা নিংঙম-দবনা থাংবা য়াদহুনা মতিক চাবা মচা কয়াগীদমক—

"চাংদা শাৎপা ইঙৈল্লে
চিন্নদনা কেমখিবা কলকই।"

হাইনা তেংথাবশি কোকহন্নবা হোৎনদবা য়াদবনি। শহীদকী ঈনা চাইথরবা জাৎকী চাওখৎনবা হারনি- অমৃতনি। মাবু নিংশিংজবনা জাতিগী হস্থরক্লীবা থৌনা, পীকথরলীবা পুক-চেন্দা তংনৌবা পাঙ্গল, থৌনা হাপই-অসিগুম্বা শহীদশিংগী মরক্তা অথোইবা হীরাচন্দ্রবু হৌজিক ফাওবা মিরাইবনা ঐখোইগী কবিগুম্বা অকাইবা, শাথিবা অহোংবা অমা লৈবা তাকপনি।

হৌজিক্কী মমলবা মৈতৈ মালেম অসিদা লমজিংনবা থোক্লীবা ধ্রুবতারাশিং কনা নত্তে— মীরটিকেন্দ্র সিংহ, থাঙ্গাল, হীরাচন্দ্র পাওনা— অথৌবশিং অসিনি।

---

## চাইনবা

চহি ১০০ রোমগী মমাংগী বানি। নিংথৌনা নহা ওইবনা লৈবাক ভাকপগী থবক পুমনমক মমাশিজনা মস্ত্রি, অমসুং অওম্বা অথৌশিংগা তান্নহুনা পাংথোকই। লিক্লাই ইবুঙেঙাবু নি থেম-শীশক হাইনা প্রজা মুংশিনা কোনজৈ। মতম অসি স্নালৈবাক্কী থোইদোক্লা লুবা মতাংনি। নক্লবদা লৈবা অশা লৈবাক অমসুং ইংরেজগী ভারততা চরাম্নবা নোংশাগুম্বা স্নালৈবাক্কী মনিংতম্বা য়োংকে মতাগুম অখাবা মিৎয়েংনা য়েংলকনি। ইংরেজনা Subsidiary Alliance সহি তৌহুনা মনিপুরবু মশাগী সম্রাজ্য মন্নুংদা খোপচিন্নবা তুকৎচখ্রবা তাং কয়া তৌরি। মাইথিবা পীহুনা তান্থোকখ্রবা দেবেন্দ্র সিংহ মহারাজনা মৈতৈ সিংহাসন হুপ্তিনবা— ঠাকা জিলাদা ইংরেজগী মতেং নিরি। ইংরেজগী মতেং লৌহুনা দেবেন্দ্রনা মৈতৈ লৈবাক্তা, লান্দারকপা য়াবগী খুদোংথিবা অমসু শাথিনা লৈরিবা মতমনি। দেবেন্দ্র তান্থোক-থিবগী লালদগী লৈবাক ইরাং হৌবা নেমথরকপতা ভাইরিডৈদা, নিংথৌ মচা কয়াসু নিংথৌ খুভম ফংননবা লাল হৌরক্লী।

লাল হৌবা পুন্নমক মমাশিজনা, হৈশিংনা অমম্মুং নিংথৌ শেম্বশিংগী মপুক্কী নাহন্দনা, লাকশিনখি।

নিংথেমপীশক অসি মহারাজ ঈশ্বরচন্দ্রবর্ত্তি সিংহনি। হৌজিক শ্রীযুৎনা কম্বাল তোংখিবা চহি ৮ গুরে। লৈবাক মরা চেৎলে— শা-লাল লৈত্রে হাইবা য়াবা মতম নত্তে। হাওরাল কয়া হৌরকই— ম্লাকোম্মুংগী তেঙ্গোল অসি হাওরাল থুগাইবা— নিংথৌ মচা কয়াগী নিংথৌ শেম্বা লাল মুথৎপা হোৎনবদা শেক্তা চপ্পগুম ম্বারবা মতাং ওইরি। অসিগুম্বা চীরবা মতাং অসিদা ফুবালা লমদমদা নিংথৌ শেম্বা কাংবু গমনা লাল হৌরে। ফুবালা, ঙাংখলবা.ই, থিংম্মুঙ্গৈ অমম্মুং নিংথৌখোংগী প্রজানা লালহৌবা কা বুগী লুচীংববু মখল খুদীংগী মতেং পীখ্রে— খুলশিং অসিগী মী য়াম্না চোংথোক্লুনা লালহৌবা লুচীংবগী তেঙ্গোন্দা সিফাই ওইনা য়াউরবি।

ম্লাকোম্মুংদগী মতিক চারবা সেনাপতি কয়া অচৌবা তেঙ্গোলগা লোইননা ফুবালাগী লালহৌনা থুগাইনবা থাঔ— শিম্মা পাংবা ঙমদনা, মাইথোং মকশিম্না অয়াম্বা সেনাপতি ম্লাকোম্মদা হন্নরকই। লালহৌবা অসি কুইনা থম্বা য়াদে— মশিগী খুঠুং ইন্দুনা চীংহাওখুৎশিংস্ম লাল হৌবকপা য়ারি; খোইদোক্লস্মু তোংজৈ মরিন নকপনিনা দেবেন্দ্রনা লালহৌবা লুচীংবদা মতেং পীরকপা য়াই— মহাক মশামকস্মু ফুবালা চংলক্লুনা নিংথৌ শেম্বশিংগা ভিন্নথিবা যাই। অসিগুম্বা থোকপা য়াবা খুদোং থিবশিং অসি উবদগী মমাশিজ কুম্মদীনীনা ফুবালাগী

লালহৌবশি য়ারিবমখৈ থুনা লাকশিনবা পামই। লালহৌবগী লুচাংবনা অনৌবা লালওং অমা শাম্লম্লি; স্নাকোস্নুংগী তেঙ্গোলনা হেক মৌরকপগা— নক্কবা চিংদা নাথৈতনা লৈবা, নিংথৌগী তেঙ্গোলনা খরা কোমথোকপা উৎগা চাংদগী হোৎথরক্লুনা— হুয়াল লাম্না তৌবা য়াম্না তোইরি। নোংজুথাগুম্বদনা লালহৌব-শিংগী তেমথেং হেনগলি; স্নাকোম্নুংগী তেঙ্গোলনা হনখিবা উৎগা, মথক্তা পনখ্রিব। খুলশিং অসিদা লালহৌবা লুচাংবনা নিংথৌগুম্না পাল্লি। অসিগুম্বা লালওং অসিদা নিংথৌ লাম্মীশিংনা নিপা থোক্না করিমতা তৌবা য়ারমদে।

ফুবালাগী লালহৌবশি থাশিং য়ামশিল্লকলে— স্নাকোম্নুংনা থুগাইবা ঙমদবনা নিংথৌ শেম্বশিনা মথক্কী খুল মবি মঙাদা মনিং তৌখ্রে। লালহৌবশিংনবু যুবালা অমস্বুং মনাক নক্কবা খুলগী প্রজানা অস্নুক লুনা তৌবা অমস্নুং মথল পুমনমক্কী মতেং পীবগী মরম লৈ:— লালহৌবগী লুচাংবা নিংথৌ মচা অসি লৈত্রাম লব্বাইদগীনি— মাবু স্নাখ্বা লৈত্রাম তাবা হাইনা মখারমগী লব্বাই পুমনমক্কা ইকাই খুমনৈ— ভক্তি অমস্নুং স্নুংশি-বগা লোইননা মাগী মরাহৈ তানৈ। অতুনা মানা নিংথৌ শেম্বা লাল হৌরকপদা মখারমগী খুল অয়াম্বগী প্রজানা মাগী মাইকৈদা তোংবনি। নিংথৌ শেম্বা লুচাংবা অয়াম্বনা তৌবগুম্না, স্নাখ্বাদী মরামাই লাম্মীগী চেং, অচা অথক্ক রাৎলগা, প্রজাদগী নম হাত্নুনা লৌবা, পীম্নু য়াদবা কাংবুদা ফুচৈবা, লমহেনবা কাংবু-বুনা হাৎপা— অসিনচাংবা তমথিবা প্রজানা কিতূকচবা শাজৎ

চঙে। মাগী মহৈ, মিন্নংশি, মথোমাগীদমক য়েংলুরবদী, মাবু রাজ সিংহাসনদা কল্বা মতিক চাদবা মুপানি হাইবা লুনা থোকই। প্রজানা মতেং নিংথিনা পীবনা অমস্তুং য়াল্লিবমখে মথোং শোম-খীবনা— মাখ্বান কোম্মুংগী চাগথ্রবা তেঙ্গোলগী তেমখেং অস্তুক কুইনা থাংবা ওম্বনি।

চিংদা কাথৎ কুমথা তৌহুনা ইবা য়াদনা লৈথোকপা— কোম্মুং লাম্মী লাক্লগস্ত মশক মউহন্দবা— মিংথৌ লাম্মীনা তুং ওন্থোকখ্রবস্তু, লালগী ফীরাল হেক মহাক্টগৎপা লালওং অসিদা মিংথৌ পোকপী কুমুদীনি— মাখ্বা লৈত্রাম তাবা লাক্লগদবশি কোক চাওনা থোকলে। মমৈথৎদা রাজ কুমার শাজৌবা সেনা-পতিনা কোম্মুং তেঙ্গোল পুহুনা মাখ্বা লৈত্রাম তাবা খেৎনবা ফুবালা লমদমদা লাল যাত্রা তৌখ্রে। সেনাপতিনা লাক্কলেকপা মতম অসিদদী মাখ্বাগী খুদোংথিবা অমস্তুং মতাং চাখিত্রধা মতমমি। মী অমগীদমক মী অমনা অকেনকাত্তা কুইনা নামৎ মাংবা ওমদে; চহি মখাক্ত অমা লালহৌবনি হাইহুনা চোংথোক্লপা কোম্নদী লৌবা ওমদবা উবদা, মাখ্বাগীদমক শিগে চোংথোকলম্বা মী কয়া, লাম্মী ওইহুনা তেঙ্গোলদা মুমিৎ চুপ্পা খুৎলাই পাইহুনা লৈরম্বা মী কয়া— অমমম ওইনা মমুম পাংল-রকলে। কনানা কুইনা থাদোক্লবা মতু, মচা উম্বা; "মপা শিববু ফকলোংনা কুপ্পুনা থম্বা লৌ হান্না লিংবা" হাইহুনা, অত্তৈমা কেকুলোংপী শাম্মবগী লাল য়াওনিংদে হাইহুনা— মখ্বাগী লাম্মী অয়াম্বা মযুঙেত্তাবু লাংশেকলমলে। লাম্মীমা পীকথলম্বা মাখ্বাগী

লাম্বল অহু মী তাকলে; অততায় থোকপা, হেনকত্রবা মুপা কুন কুম্থ্রা তংনা স্নাখ্বাগীদমক থব্বাই কৎকনি হাইহুনা লাম্বল শংবা অসি মঙাইরে।

স্নাকোম্নুংগী তেঙ্গোলনা ফুবালামক্তা লাম্বল শাহুনা লৈরে—মতম অসিদা, ফুবালা অমস্নুং নঙ্কবা খুলগী প্রজাশিংনা—ওরাং ফাওবদা ভক্তি, মর্য্যাদা কত্থুনা চেৎচান্না তৌজরম্বা স্নাখ্বাদা—চেং খুজোক অমতং য়োনা হাপখিদ্রে। "নিংথৌ শেম্বদা মতেং পীক্করবদী, নিংথৌগী নাকোংদী ফকলাংদা থেৎপনি, তাম্নরকনি, নিংথৌগী চৈরাক নংদবা য়ারোই।" ব্রাথল অসি পুখিবনা, খুঙ্গা অমতনা স্নাখ্বাবু হন্না য়েংখিদ্রে; স্নাখ্বা অমস্নুং মনাইশিং মুমিৎ কয়ানি চুপ্পা য়াদা কারমতা তাখিদ্রে; মথুংমক্তা শাবা লাম্বলগী মস্নুংদা মশামক বন্দিগুম লৈরে। মৈতৈ লৈবাক থাদোক্তুনা মীরৈবাক অমদা— কাছারদা ওইরবস্নু— চেনবা য়ম্না লাইনা থোকই। মশিস্নু স্নাখ্বানা পামদে; প্রজা পুমনমক্তা "লৈত্রাম তাবগী কেকুলোৎপী লাল" হাইনা মাবু করেমনবগী অথিবা বদনাম অমা, শিরবা ফাওবদা, কোক্তনা লৈহৌরনি। লাল হৌবনি হাইহুনা চোংথোকলুরগা, য়েক্লবগা থা, অমুক্তস্নু য়ান্নদনা করম্না লাল চেনগনি? অহুবু স্নাখ্বাগী নাক্তা স্নাখ্বাগা থানা মী কুম্থ্রা থক্তা মঙাইরে; স্নাকোম্নুংগী অচৌবা তেঙ্গোন্দা মুপা কুম্থ্রা অসিনা করি তৌবা ঙমগনি? শিগে হাইনা হোৎ-চিন্নুবা নত্তনা করি তৌবা য়াররোই হাইনা মিরৈবাক্তা চেনবা তার-বস্নু, নিংথৌ মচা পুমনমক্তা অমস্নুং লালফমদগী মাইওনবা হৈক্তবা

মৈতৈ জাতিদা ঙাকপীবা য়াররোইদবা অপমান অমা লংজবা থোকই। হৌজিক স্নাখ্বা করি তৌগনি?

অহিংগী অমম্বা তাকলকলে— তু উরকপা মতমনি। স্না-কোম্বুংগী লাম্মী কাংবু অমা তৌরাংবম স্থবিদারনা লুচিংলদুনা লাক্লাবা থোরকলি।

স্থবিদার :— তীক্কা চাত্লুনা লাল নাবগী মনাইশিং অসি কদাইদা চৎলিবনো! কোইশিল্লু। হিংনা ফাত্লুনা সেনাপতিদা কংলুশি।

( স্থবিদারগী লাম্মীনা লালহৌবা কাংবু কোইশিনগে তৌবা। )

স্নাখ্বা :— স্থবিদার! মীনা চীন্দা, শানা খোঙ্গুন্দা শিদো! নচিন্দা থকশি খাশি নাইদনা ঙাংখিবগীদমক নং শিবা তাববনি। (মনাইশিংদ') ইচাশা! নখোই তুং হন্লোকউ। স্থবিদারগী মগুণ য়েংশি। ( স্থবিদারদা ) স্থবিদার! নংম্বু নংগী লাম্মীস্থ খুৎলাই শেম শারো। নশা কম্নবা হোৎনহৌ!

স্থবিদার :— ( শগোলগী কুমথদুনা স্নাখ্বাদা খুরম্বা ) ননাই ঐ লালখ্রে; অজ্ঞা। স্নাখ্বা স্নাখো' লেংলকলমগনি নি জ-রুদে। ননাই ঐ····

স্নাখ্বা :— ঐ য়াউরম্মোই হাইদুনা অদুক চোপ্পা খোনথাবা হৌনদে। নংস্থ নিংথৌ মনাইনি; লৈবাক মচা মরক্তা চৎপা শাজৎ কাউথোকপদি চুমদেদনা! ফরে! স্থবিদার! শগোল কাখৎলো! ইপা শাওদে—নং অচুম্বা হাইবতনি।

ইপ্পাদী ক্লৌমনা ন্নারা নাবনি। ইপাগা খক অমা চৎলুসি।

স্নাখ্বাগী কাংবুগা স্নাকোল্লুংগী লাম্মীশিংগা লকশিল্লে ; কুইনা উনখিল্লবা মরুপ কয়া য়াওনরমহুনা কোল্লকনু স্নাখ্রবি; স্নাকোল্লুংগী লাম্মী অমাম্বদী লল্লাইগী মীনা নম্বন' কাংবু অনিগী মীশিং অসি শকখ নবা ঙাকা ওইরম্মি। স্নাখ্বাগী মনাই অনম্লুং কোল্লুং লাম্মীশিং পুন্না চৎমিল্লখ্রে— ব্বারি শাল্লরহুন', কাগী জুলাই তৌহুনা চৎমিল্লম্লি। স্নাখ্বানা খ্বাইগী মাংদা, স্নবিদাবনা তু.ওইম্লপ ইন্দুনা কা.বু অনি অহু কাইদ কাইদ খোং শান্নোকনরকই। থিল্দনা স্নাকোল্লু.গী লাম্বলগী পনমাং য়ৌখ্রে। সেনাপতি শাজৌবস্ন লাম্মী লুচীংবা খরগা ব্লাতাল্লহুনা লাম্বলগী পনথোংদা লৈরম্মী। লাল েৌবগী লুচীংবনা মাং থাহুন' কাংবু অনিগী লম্মীশিংনা মখম অহু য়ৌনা লাকপদা সেনাপতি ঙকখ্রে ; মথুন্না উবদা সেনা-পতিনা খুরুমলি।

সেনাপতি—খুন্না ইবুঙেঙা। কদোমদা লে'বিল্লিবশিব্রে ? আশন ! আশন !

( মনাইশিংনা আশন কৎপা। স্নাখ্বা খুদাদা লেংশিনবা )

স্নাখ্বা— ইবুঙেঙা সেনাপতি ! ইপা চাদ থকবা মতম কুইরে। ইপাগী লাম্মী.........

সেনাপতি— ননাই ঐ ওল্লবা চেং, চাক, অচ অথক পূজরকই— ননাইশিং লাম্মীশিংবু থিনহজগে। করিগী খুন্না ইবুঙেঙাগীবু ব্লাংকনি।

স্নাখ্বা— ইচ'না হাইবা মুঙাই। ইপা ভীক্ষা নিবা লাকপনি; অহুবু চেং, চাক, মচা অথক্লা ইপাগী ভীক্ষা নত্তে। ইপাগী ভীক্ষা অসি হাপউ। ইপাগী খুলি হাপ্না হুনহনগনু।

সেনাপতি— অজ্ঞা। তাকপীয়ু।

স্নাখ্বা— ইপাগী লাম্মী লৈশিল্লক্তে। মীগী চক্লবা মতম লাকপা হাইবশি! ওন্থোকপনি! ইপাগীদমক খল্লাই থাগনি লেপ্লম্বা কয়া ইপাগী অকুপ্পা লালওং, অথুপ্পা কয়া ইচা নিংথেম পীশক্কা হঙ্গত্তুনা ফমখোন কাবা য়াওরে হাইবা ইপা তাদবা নত্তে। ইপাগী লাম্মী ইপাগী তুং ইল্লক্লীব- শিনা লোইরে। লাঙ্গাবা কাংবু ওইরগোই নিংজুনা ইপানা লাকপদা নংগী স্নুবিদারনা ইপাবুস্নু নত্ত নত্তবা কয়া হাইখ্রে। মাদী লাম্দে! ইপা শাউদে। ইপা য়াওই হাইবা খংদবনা মানা পংঙাং ঙাংজবনি। ইপাদী লল্লাই মচানি! লল্লাই মচাবু লল্লাই মচা হাইদবদী কনাদবু লল্লাই মচা কৌরুনি!

সেনাপতি— স্নুবিদার! স্নুবিদার কৈত্রা!

স্নাখ্বা— হৈবুঙেঙা! ইপা বা হাইগে তাও! ইপা অহল ওই- রকপশিনা পেং চোইরে হৈ। করিস্নু লৈতবা অমগীদমক হেক মশাওবা খাখল অমদগীস্নু হেক কপথোকপা অহনগী হৌনশানি। ইপানা ইচাদা নিগে হাইবা ভীক্ষাদী, ইপাগী লাম্বা অমতং পীয়ু হাইবনি।

সেনাপতি —অজ্ঞা।

স্নাখ্বা— ইপাগী নিংবা অসিমতদী থুংহল্লু। ক্ষেত্রী মচানিদো মাই ওন্দুনা শিনিংদে। লাম্মীস্নু লৈজত্রে— ইপাদী লাল তৌবা য়াবা ফীভমস্নু ওইত্রে। নিংথৌ শেম্বা অমদা তৌবা— খুৎতুংপুন্ননা পুন্থনা ময়াম মাংদ শা ঙা চীংব-দৌনা হোইহুনা পুবহুদদি, ইপাগী লাইবক্তা থোকহনগস্নু। ক্ষেত্রী থৌদাং য়েংলগে। লাম্বা লুগনি খল্লুনু! ইপা চহি ৭০ শুবে হৈ। লুদা তোংনা কুপ্পত মঙাইরে; চন্না হেনবা, চাবা ফংদবা তুমদবা মতম কুইরে। অস্নুন্না হিংবদগী ইপা সনাতোন ধর্ম্মনা হেন্না পামলে।

স্নাখ্বাগী ব্লাগী পাওখুম পীবশি সেনাপতিদা য়াম্না নুনা পোকাখ্রে। থাংদা, তাদা, মুপা অমনা পাইহুনা লাম্বা তৌনবা য়াবা খুৎলাই খুদীংমক্তা, স্নাখ্বাগী লাম্বা ওইগদবা মুপা অসি মৈতৈ লৈবাক্তা মশিং য়ামদে; খুত্তা লাইনা থিবা য়াগনি। স্নাখ্বানা হাইবগুন্না সেনাপতিগী তেঙ্গোল চাওই। তেঙ্গোল অসিগী মন্নদগী স্নাখ্বা লাম্বা ওইয়ু হাইবদা কনাস্নু চোৎথোকপা ঙমলোই; মশি সেনাপতিনা মুন্না খংই। সেনাপতিনি হাইহুনা লাক্লগা, য়েক্লবা অমনা লম্বী পীয়ু হাইরগা পীবা ঙমদবশিস্নু, খ্বাইদগী হেন্না চাওবা মাইথিবা অমন। শাগৈ ওইরবস্নু, চহিদা হন্দুনস্নু, নিংথৌ স্না য়াথং ফীগাও শানা পুন্থনা লাকলবনিনা, অসিগুম্বা মাইথিবা অসিবু করম্না খাংহুনা তুমিন্না লৈবা য়াগনি? স্নাখ্ব না চিন্না ফোংনা হাইদবতনি; লাম্বা ওইশি হাইরিবশি সেনাপতি-

মকপুনি। নাইতোম খুৎথেংনবা লান্দা স্নাখ্বাবু ওহ্বা হাইবা অসিদী সেনাপতিস্ন চিংনৈ। অহুবু মাগী লাম্মীশিংগী মমাংদা মশাগী ইকাই খুম্নবা ঙাক্লবা, স্নায়াথং লৈবাক তাদনবা, স্নাখ্বাগা লান্থা ওইরগে হাইনা সেনাপতি ব্বারেপথ্রে। অসিগুম্বা ব্বাথল অসি তৌরুবনা, স্নাখ্বাগী ব্বাহংগী পাওখুম অহু ওহাক খুমদনা লৈরুবনি। নিংথৌ মচাগী থব্বাই করি ওইনা খন্দবা, থৌদাং পাংথোকপতা খনবা অহু, সেনাপতিস্ন তৌরে। সেনাপতি মতোন ইবুঙেঙাগী ব্বাহংগী পাওখুম পীরে।

সেনাপতি— অজ্ঞা! ননাই ঐনা পুজরকপা লাম্মীশিং অসিদী নহা পাথং ঙাক্তনি। ননাইশিংনা খুন্না ইবুঙেঙাগী থৌগন তৌবা মতিক চাবা মত্তে। হঙ্গৎপদা ব্যবহার কাইবদী থে কদ্রা? ননাই ঐ চিন অসি কাংথোকপা থোক্তে।

স্নখ্বা— ইচাসিদি! হাইযু!

সেনাপতি— ননাই ঐ ইতোন ইবুঙেঙাগী থৌগন ফংজরগে। অরানবা পুমনমক ঙ কপীযু।

স্নাখ্বা— মুঙাইদা। ইপানা নিংবা থুংলে। ইপাগী মিত্তদী নং ইচা ওইনা উজবতনি; নিংথৌগী থৌজানগী স্নিৎয়েং ফংলীবা নংদী বিষ্ণুগী অংশ খরা নশাদা চংলিবনি। ইপাহুম করিস্ন লৈতবা আরাম তারব নিংথৌ মচানি। লৈবাক অমগী নিংথৌগী সেনাপতিনা লাল নাগনি কাই-

হুনা চোংথোক্লগা, লাল চৌবা ওঅকবা মীচেম অমগা লাম্বা ওইনবী য়ারোম্লুকো! ইপাবু।

সেনাপতি— অজ্ঞা থৌজান মকজবা কনাংইগী হৈতিক চাদবনি; কুপা লৈবদগী লেবা মংজথরোক্লিমবি।

মপা মচা অনি খুৎথেংননা য়ান্নহুনা জয় পরাজয় য়েংনবা তারে। স্নাথ্বানা কুইনা লুক হাবা কংত্রে হাইবদা, সেনাপতিনা, লাম্বলদগী চেং অচা অথক পুমনমক পুথোক্লুনা কৎলে; থেংহুনা হাবিয়ু লুক হারগা থৌগন ফংজগে নিংশিংলে।

স্নাথ্ব— ইপাগী চেং লোইরে। ইপা খংই। ইচাগী অশেংবা লল ওইরবদী ইপা চাগদবনি। নংনা নিংথৌগী মরন নিংথৌ শেম্বদা পীজথোক্লুনা ইচাবু নিংথৌগী মফমদা অচৌবা পাপ অমা লৌজহনবা ইপা পামদে। নংনা ইপাবু চাক চাথো হাইরবদী, ঐগী লাম্মী অমা অনি লৈরিবশিনা মথোইনা ফংবা থরা পুরকপা অতুদগী ইপা চাগে। নংগীহুম চাক ঈশিংগী থৌরাং তৌরুরো। ইপ গী বরুম্ম।

স্নথ্বাগী লাম্মী অহুম মরি চৎখিহুনা নক্লবা থুন্দা চেং নিখি। ওন্থোকপনি! নিংথৌগী য়েক্লবদা মতেং পাংলুরবদী অরাকম নংলবা য়াই কৈনখিবমা, কনানসু ভীক্ষা হাপখিদ্রে। পাও অসি তারগা স্নাথ্বা মোমোন লোকখি; করিস্ব পুক্লীংদা মুংনাংবা তৌখিদে। মুঙাঙ্গখিদ্রহুনা অতোপ্পা মনাই অনিনা চৌংদা শগোল তোংহুনা চেনখি; তন্না, লকোই লকাং অমা অনিতং পুরকই।

ঈশিং থরক্তংপা লকোই অমা অনিগা স্নাম মেইরাগন স্নাখ্বা নোংমৈবী গোবিন্দ প্রসাদ ফোঙ্গ্রে। অনিগী মায়া থোক্লোরে। খুব পুমনমক কুম্মৈ য়েংগনি হাইত্তুনা থোক্লকলে। স্নাখ্বাগী ছুং ঈরিবা মমাই লান্মী কুম্ম্রাামুকস্তু মবুঙেঙ্গী মিচংনি হাইনা তরক তরক য়েংজরি। স্নাকোঙ্গুংগী অচৌবা তেক্কোলস্তু মথোইগী সেনাপতিগী পাঙ্গুল, খুৎলাই শুবা হৈবা য়েংননবা লৈনম্ত্রে। মতম য়োরক্রে। নিংথৌ মচা ওাক্তনি— থাম্মেন চৎপা ফৈজোম রেশ্মোম কুরিৎ লিংপা য়াই। মত্তিক চাবা পোসাক অসিনা অনিমক লৈত্তেংখ্রে। ফজেৎ লৈত্তেংবা লোঙ্গোগা কাংজেবুংদা থোক্লরে। সেনাপতিনা মতোন ইবুঙেওদা খুম্জরি। মচাবু হৌগৎপীত্তুনা করম্বা খুৎলাইনা হৈনবা খুৎলোইবা পাইমু ওাকপীরি; মচানস্তু মখুরাদা পুক্লীংনা তাবা খুৎলাই থম্নবা হঙ্গৎলি।

স্নাখ্বা— ইচানা ইপাদা হাইবা ঢুমই। ইচানা হৈক্কবা খুৎলাইবু লৈবা হৌনব্রা— মত্তু ইপা থংট। চহিদা য়েলবদী, এনা লু থবা লিবা থোকই। অত্তুনা ইপানা হাইবা য়াও; নত্তে, নথৌনা য়ে বদা, নংদী মপুং ফানা শোম্নবা নুমিৎকুম্বনি; ইপাদী করি লৈত্রবনি; ইপাগীদী নুমিৎ তাগাদৌরনি। নহা ওইনা নংনা খুৎলাই থনফম থোকই।

সেনাপতি— স্নায়াথং কোক্তা হাপচরে। খুৎস্তথাং লৌখৎপীরো।

স্নাখ্বা— ফরে। ইপা থাং পাইরেদো।

সেনাপতি— অজ্ঞা! ননাইস্তু থাং পাইজরা য়ারগদ্রা?

স্নাখ্বা— ইচাগী থুংগুথাং লৈরব্রা ? লিশিং শামু পাইরো।

থাংগী নিয়ম মতুংইন্না অচাবা কীরেগ্দা অথৌবা অনি লেপ্লখ্রে। জয় পরাজয় য়েংনগদৌরি। শাবান মাল্লবা- লাম্বা চাবা অনিনি। করি থোক্লগবা অয়েংবা পুমনমক ৱানখ্রে। অনিমক পাম্মুবগী পাম্মুবা ওাক্তা— অব্বাবদী অমদী শোইদনা য়াইবী মাংবা তারি ; অনি লাম্বা ওইরবদী অমদী শোইবা মহৌশানি।

অনি চোংশিন্নহুনা থাং য়ানবা হৌবদা অয়ুক পুং ১০ তাবা মতম ওইরে। পাঙন্দা, থাংলোন্দা, মিকুপ নাহুম শিংবা মাল্লবা অনি লাম্বা ওইখ্রবদা, অমনা অমবু পুংজা অমনিগী মমুংদা প্রোক প্রোক নমথেক্নুনা, লাকথুগনি হাইবা য়াদে। অমুম্না অনি চোং-থোক্নহুনা জয় পরাজয় য়েংনবা অসি "চাইনবা" কৌই—মৈতৈ অওম্বশিংগী মরক্তা মশি য়াম্না তোইনা থোকই ; মমাংদৈদা মোইরাংগী হাওবা অমসুং খুমন কাওবা অনি চাইনখিবা— ঐথোইগী অওম্বশিংগী চাংয়েংনবশিংগী মরক্তা অফাওবনি ; য়েংথোইবা মেঙ্গর অমসুং স্নাখ্বা চি লেন অনিনা থো.জোম লানফম চাইনবা অহুম্ব মিকুপ নাহুম য়াখিব্রবা অওকপা ফংবা পাঙল অমসুং পৌশিংগী চাংয়েংনি। ওসিগী স্নাখ্বা অমসুং সেনাপতি অনিগী চাইনবা অসি ইতিহাসতা মতাং চাবা মফমদা য়াওফম থোকপা ৱাফমনি। অমনা খংবা থাংলোল; অমম্ব খংই অমনা হৈবা থাংগী পোমিং অমম্ব হৈ ; হাইজিন্নবা য়াদনা অনি লৈনখ্রে; শোইরকপা থা.লোল কাইরকপা পরম উবদা অমনা অমবু লাকথুবা ওমগদবা মওাইরে ; লুবা অমম্ব লৈরি— থাংগী নিয়ম

কাই হাইনা লাম্বা ওইরিবা মুপাদা থাংলোল নমশিল্লুবা য়াবা নত্তে ; অহৈবা মীনা খংনা খংনা থাংলোল থুগাইবা কাংখোং চাইহনবা, য়েক্লববু কোকমৈ খংহন্দননবা অরুবা চক্রি তৌবগু য়াওই। অদুগা অমগী অশোইবদা অমনা খোংলম পংতান তানশিনবা, লাম্বা চানবা হৈশিংবা অনি চাইনরকপদা, য়াদে।

অয়েংবা ভাবকশিংনা মবুঙেগা অনিগী ফজবা শাজৎ, মপা মচাগী প্রেম ভক্তি কাহনদবা মত্তৌ উবদা অমগী মিচং চংবা, অমবু শিশন্থু খনবা ঙমদে ; অনিমক চপ মান্নবা মুংশি ; অনিমকপু চেৎচান্না তৌজৈ অমস্থং পান্মুজৈ। অদুবু অনি থুং খোক্লরক্লবা অমগী থবাই লৌবনা, অমগী মাইপাকপা ওইগদৌবা পাঙ্গল চাংয়েং অসিদা, ভাবকশিংবু মিচং শঙ্গন তৌনরকপা হেক ময়াও-রকই। স্নাকোন্থুংগী তেঙ্গোল অচৌবনা, সেনাপতিনা ওইদা লৈবদা, ওইদা ঙকইন— য়েত্তা চোংবদা, য়েত্তা ঙাথা তৌবা হোরে। লম্বাইগী প্রজানা স্নাখ্বাগী চীংলেম্বা খুৎশুথাং পাইথিবদা চরান্নবা নোংশাগুম মিৎ থগৎহনবা মত্তৌদা পেঙ্গরি।

চাইরক্লৌবশি পুংজা মত্তা তরুক হেজিন্নকলে। চাওরবা কাং-জৈবুং অদু কয়া কয়ারক হন্না লাম্বানবা অনিনা শিন্থংনা থাংগী পোরম্না তকশিন্নকপদগী কোইয়ৌ য়েংখ্রে। চীরবা তাঙ্গা অসিদা চাইনবগী কীভম হোংবা উনরকলে। স্নাখ্বান হুমদুনা পুনিং পুনিংবা মাইকৈদা সেনাপতিগী মাইয়োন লেপখ্রে। নিংহন্নবা মত্তৌদা সেন পতি মাই ঙাংখ্রে ; লাকচৈদা ইকাইদা হাইবা ভাব অমগী ইঙ্গিৎ মাইথোংদা ফোংদোকখি। পোমিৎ লুনা

য়ানখিবা স্নাখ্বাগী থাংবি; কোক অমা লাকপনা সেনাপতিনা মতিক চাবা থাংলোলগী খুজম য়েংথুনা থাকখ্রে। কুপ্পা অরোনবা মিৎয়েং য়াওনা হাইখিবা থাংথাই ওইরমালে; থাকখ্রে, অদুবু হাইরকপা থাংগী পাঙ্গল অরেম্বা মাংখিজি; সেনাপতিগী কোক থোন্দা কয়া চৈকু অদু য়ৌখি; কোকথোন লৈবাক্তা তারে।

স্নাখ্বা— ইচা ইবুঙো'! কোয়েং! কোয়েং!

সেনাপতি— ননাই ঐগী কপ্পবা ঙমদ্রবা কোকী মচেৎ অমা তাখ্রবনি; কোয়েত্তা লৈবাক তাবা নত্তে— ননাই ঐ কোয়েং লৌখৎচববোই।

অনি বা ঙাংনখিদ্রে, অরৈবা লৌশিং অমস্তুং পুন্সিচুপ্পা হোৎনজরকপগী মহৈ পুমনমক তেংনা উৎনবকলে। মিকুপ নাছুম য়াবা মতম নংখিদ্রে, য়ানশিন্নবা থাং অনিগী থোকলকপা খোঙ্গোক অদু হেন্না কনখৎলকলি। তানফম অসিদস্ত সেনাপতিগী ফাজম তাওবা, স্নাখ্বানা হুমহুনা পুনিংবা মাইকৈরোমদা সেনাপতি খোংদাফম শেমদবা য়াবক্তে। চহি ৭০ হেল্লবা স্নাখ্বানি, পুং অরেৎ নিপালগী তঙনা হাইবা থাংহাইনা পাম্বোম চোকপা, পাঙ্গল হস্তবগী মওং করিমতা লেতে, ঈখোংলিবা পাঙ্গল ফগৎলক্লবা লাম্বা অদুবু মাংদা, তুংদা, নাকয়েত্তা পুনিংবা মাইকে খুদোংদা— থাংগী লুখ্রবা চক্রোনা তকখাইরকলি।

হৌজিক মুমিৎ তারমদাই য়োরে; কোরৌহনবগী মঙাল হস্তরকলে; মুংদাংরাইগী কুচু ফজরকপা, মুখ্রলা কাংবু কাওবন্নু ঙাংঙ্গানলা উবা মতমনি। স্নাখ্বাগী মাইথোং তরাম তরাম্না য়েংবা

মুণ্ডাইরি ! হান্নদগী হেন্না ফীভম চেৎপা, তাহন্নিংবা ফীভম তাহন তাহন্দুনা হকচাং কোন্না লাম্বারকপগী মতৌ উবদা, ভাবকশিংনা মাইপাকপগী লাইরেম্বীগী থৌজাল মিংয়েং স্নাখ্বারোমদা তাথ্র-মাল্লে নিংনরকলে ; স্নাকোন্নংগী অচৌবা ভেঙ্গোলগী লাম্মী পুমনমক মাইথোং মকশিনখ্রে ; মিকুপ অমনিগী মম্নুংদা মবুঙ্ভেঙাগী করি ওইরগদনো ঋাখন্দা পুক্নীং খোইদাবা ভমখিদ্রে ; মিপাইবা শকক্কম পুখ্রে। নোংচুপ চীংচেপ্তা কোরৌহনবা চং-খিগদবা খুত্নুপ অনিমুক্কী মাস্তা মঙাইরে। মৈতৈ লাম্মী অমগী লমচৎ খংদবা ওজা নাইদবা শাজৎনা, সেনাপতিগী লাম্বা নোপ-থরকপগী মকশিল্লক্লীব' মাইথোংদা কালি চান্নদা তাহনগদৌরি। স্নাখ্বাদা থকশি খাশি নাইদবা ঋা'হনা থৌগল্লবদা, ভাকপীত্নুনা মণ্ডক লৈখা তাগদবগী কনবিখিবা তৌরাংবম সুবিদার হৌগৎ-লকলে। নাক্কা তাবা উয়ুং অকংব মশা অমা পাইত্নুনা, পাঙ্গল থেক্লা স্নাখ্বা তম্না লখ্রে ; ভাবক পুমনমক পাপী অসিগী ধর্ম্ম কাইবা অমস্নুং শাগী শাজৎ অসিগীদমক অথিবা ঋাহৈনা নিন্দা তৌনরকলে। লংখিবা উয়ুংনা স্নাখ্বাগী খুবোমদা পানখ্রে ; চৈগী অকনবা চৈনানা স্নাখ্বাগী ফীরেপ তানা লেপলম্মীবা শাথেক্কী ফীভম কাইহনখ্রে ; চৈনাগী মৈশা খমথেংখিবনা চুঙ্গোই লং-থোক্লুনা ওইথংবা স্না খুৎনা চৈক্কম অত্নুদা হকচাং খরা নোম্বত্নুনা নানখি।

স্নাখ্বা— লঋাই মচা কনানো ? জয় পরাজয় য়েংনবগী চীরক্লবা
তাঙ্গা অসিদা শানা চৎকদবা শাজৎ…

স্নাথ্বানা ব্বাহৈ মপুং ফাম্রীগী তাঙ্গা, লু লুকথনা অশোকপা স্না হকচাংদা ওইথংবা থুংনা নাল্লিগী মিকুপ অমা ফাদবা মতম অসিদা, মথুরা ইবুঙেঙোগী অশোকপগী মরম হংবা তৌখিদ্রে সেনাত্তিনা ; মপা মচাগী হেক উন্নবদগীনা, পাপী স্নুবিদারনা লংলকপা চৈনা স্নাথ্বানা ফম্রীগী মমাংদা, চৎনরকপা অথৌবা অনিগী শাজৎ, লমচৎ, ব্যবহার য়েংলবদী, থাং থমত্নুনা স্নাথ্বাগী ঈ শিন্থুরিবা খুবোম অত্নু সেনাপতিনা ফৈজোম গুঙ্গানা য়েংলমকম থোকপনি। অত্নুবু মত্নু থোকখিদ্রে ; অশেংবা ক্ষেত্রী মচাগী অচুম্বা লাম্বাগী নিয়ম অত্নু ঙাক্না চৎপা ওম্নবগী পাঙ্গল থৌনা সেনাপতিগী লৈখিদ্রে।

স্নাথ্বানা ঈ শিন্থুরিবা খুবোম ওইথংবা থুংনা নানগে হাইত্নুনা ঙক খজিত্তুং নোম্থবা মিকুপস্নু ফাদবা মতম অসিদা, স্নাথ্বাগী ফীভম তাওবা, থাংলোলগী ফীরেপ হোবা, চৈনা খাংবগী স্বরগী ইত্নুন কাইবগী খুদোংচাবা য়েংত্নুনা—সেনাপতিনা মথুরাগী স্না ঙক্কা থাংনা থৌগন তৌখ্রে। মৈতৈনা তৌনহৌদবা, ক্ষেত্রী পুম্নমকপু ইকাইবা পীবা থাংয়ান অসিনা স্নাথ্বাগী ঙক লৈবাক্তা হকচাংদগী তোঙান্না তাহনবা ওম্বা মতিক লৈতে ; মনাই শাহিং চাবা স্নুবিদারগী মতেং লৌত্নুনা শাদগী হেন্না তোনবা শাজৎ চত্তুনা স্নাথ্বাগী হকচাংদগী ঈ শিন্থহনবদা য়াই ; মবনাই মরৌ-শিংনা, মহৈনা মাগী লাম্বাবু মাইথিবা পীবা ওমজদ্রগা, শাদগী হেন্না তোনবা শাজৎ মৈতৈ লৈবাক্কী সেনাপতি অমনা চৎখি হাইবশি— মৈতৈ পুম্নমক্তা ইকাইবা পীবনি ; মপাঙ্গল মথৌনা

লৈত্রবদী, করিগী মমাল্লবনা চাইনশি হায়না শিংনবদা য়ারুরি? মথল্লাই শিনিংত্রগা মীওইবা তোক্কুনা শাগী শাজৎ চত্তুনা শা ওইনা হিংনবা শিল্লিবোই? মৈতৈ তেঙ্গোলগী সেনাপতিনা শা ওইখিবা।

স্নাখ্বা লৈমাইদা হিকথল্লনা তুরে; শেংখ্রবা স্না হকচাংদগী অতৎ অথম নাইদনা ইথোকলি। বীর অসিগী পোলোইগী মিকুপ খরা অসিদা ভাবক পুমনমক ওখোংনা কপ্লখ্রে; তুং ইঞ্জগদৌরিবনি হাইত্তুনা লেজরম্বা মনাই কুম্ব্রামুক অহ লৈবাক্তা ওনথোইনা অঙাওবগুম লাও খোংহুনা তেংথাখ্রে। মনাই মরি মঙানা কপ্পা কপ্পা মবুঙেঙগী নাক্তা চেনশিনখি; ইহিং নাহিং তৈরবা স্না হকচাং অহু পমখৎলুরি; স্নাখ্বাগী ওক অহু তংখাই হে গুল্লা তুপশিল্লম্মে; খনাও তেংখলমক্তা শোক্তবনা ৱাঙা বা ঙমলমলি। মনাক্তা লেপ্পাবা মী নক্কুবা শাগী শাজৎ চত্তুনা শা অমা ওইনা লেপ্প বা সেনাপতিদা য়েংলহুনা স্নাখ্ব বা অমা অনি ঙাংখি।

স্নাখ্ব। — ইবুঙেঙা সেনাপতি! হৌবদগী ইচা য়াম্না নোপই হাইবা ইপা খংই; নশানা পুবকপা তেঙ্গোল মমাংদা নমাই থুগনি হাইত্তুনা ইপানা য়েংনা য়েংনা তৌবনি। ইপাদী হিংনি দবা কুইরবনি। থাংগী পোমিৎ অমা থুগাইরগা মতা চাবা মফমদা নংগী থাং থাফম পীগে খল্লম্বনি। নথরাই কল্লবগীদমক অহু য়োনা তোম্বগনি হাইবদী ইপাদী থাজরমদে। অহৈগী খুত্তা শিদনা নংগুম্বা মতিক

চাবা ক্ষেত্রী অমগী মফমদা থন্নাই লাক্লিংবনি; নংনা ক্ষেত্রীগী শাজং চৎপা গুমদবনিনা. শত্ত ক্ষেত্রী অমগী মথুন্তা ইপাগী থন্নাই শিন্নগে নি বহু থোক্তে। লালফম মন্নাই-নিনা ইপা স্নাতোন ধর্ম্ম ফংলে। ক্ষেত্রী অমগী মশিদগী হেন্না লাইবক ফববু কন্নম্না তানবা ফংগনি। (স্না হকচাং থোগন তৌন্নিবা মনাই অমদা) ঈশিং খজিক্কং পীথকউ ইপাবু।

মনাই মুপা— অস্ত্রা! ননাই ঐ লৌখো দগী ঈশিং লৌজরুগে! চাওথোই স্ন খ্বা'গী থোগন তৌ। সেনাপনি নথুরাত্তোন্দা অত্তোপ্পা থাংগ্নান অমকুংগা থোগন কৎপনা চুমগত্রা? ঈশিং ফানগে হাইরিবশি ঈনা চরম ফুনথিবন। ফানবা য়ারোইদৌবি; খনাও চরম শেংবা ওইনা স্না খ্বাগী তুপত্রীবা গুক অসিদ। থাং অহুনা অমুক্কুংগা য়ানবিয়ুবা! সেনাপতিগী শাজং অহুনদী, ওজা গুরু নাইদবা লমচৎ অহু উজবদদী, ঐনা নিজবশি থুংগনি শিংজৈ।

সেনাপতি— খুন্না ইবুঙেঙা ননাই ঐবু অমুক্কং ঙাকপীদ্রবদী— পুনশিচুপ্পা…………

স্নাখ্বা— সেনাপতি, নৈবাকী সেনাপতিনা লাল গুন্নবা য়েংহনা তৌনিংবা উপায় তৌবদা কনানা করি হাইগনি। নং করিগী লালগনি; নশাগী য়েক্নবা লাম্বাবু হাৎথুহনা নমাই পাক্নবা নংবু লালবা হৌনব্রা?

সেনাপতি— (স্নাখ্বাগী নাক্তা চংশিন্দুনো খুরুম্বা, কপ্পা গুহাক

ঈশিং খিতংদী ননাই পুজরকে; খজিতং ওইরবসু থক-
পীয়ুবা। ননাই ঐবু পুনশি চুপ্পা, নিঙমদবা পাপকী মৈ···

স্নাখ্বা— ইবুঙো! ইপা শোইখ্রে হৈ! ইপাগী অয়োইবা মিকুপ
লাকলে। ইপানা ম্রাথল তাইওন্নখিহ্না ইচাদা অকনবা
ম্রাহৈ খরা হাইখ্রে। ইপাবু ম্রারোম্মু। নং মঙোল ওইনা
ইম্ফালদা হল্লুনা পাম্লুরো। নখুত্তা স্নাতোন ধর্ম্ম ফংবদা
ইপাগী নিংবা থুংলে। নংনা ঈশিং পীথকে হাইবহ্ন পুরব-
লোগবা! ইপাবু খনাও চরম অসি কংখ্রেদা!

সেনাপতি ওথোংনা কপখ্রে, থোং তম্না ঈশিং শোকপা থোং-
থাং কম্না চেনখ্রে। মিংনা কুপ্লদা ঈশিং পুত্নুনা স্নাখ্বাগী স্নানাক
য়ৌখ্রে।

সেনাপতিনা স্নাখ্বাগী ইততত্তনা ই শিঙ্গ্রিবা কোক অহু তপ্পা
থাঙ্গৎখ্রে; পাংথোকলাদা পুরকপা ঈশিং অহু লিরি লিরি স্নাখ্বাগী
খনাওদা হৈথখি। ইথৌলাংলমখ্রমাল্লে, ঈশিং অহু থকপনি হাই-
হ্ননা থকলি। ওস্থোকপনি! য়েংহৈখিত্রে; তুপকদৌরবা ওক্লীনা
ঈশিংনা চনিং য়োম্বা ওমখিদ্রে। লাওনা কাহ্ননা লৈরিবা ওক্লী
থাংক্ষম অহুদা ঈশিং পুমনমক ওারকলি।

স্নাখ্বা— ইপা মুঙাইরে। ইচানা পীথকপা ঈশিংনা ইপাগী অরাবা,
চৈনা পুমনমক কোকলে। ইপাবু করিগুম্বা অমত্তংদী
হাইরমগেনা!

সেনাপতি— অজ্ঞা! ননাই ঐঙোন্দা······

স্নাখ্বা— ইপাদী সংসারগী অৱা অনা পুমনমক্কগী মুক্তি ফংলে।

ইপাগীদমক মথক্সাই কত্তুনা চাদ থক্তনা, অদ্বাবা থাং-মিন্নক্লবা মুপা.........

( ব্বা ভাংবা ম্লাবা, থর শিকথখিবা )

সেনাপতি— অজ্ঞা ! অরোইবা সেবা অমতং কংজনবা কুপা পীনবিরশিনা, ননাই ঐগী থম্মোইদা পাপক্কী মৈ চাক্লস্বহু মুৎহনখ্রে। ননাই ঐ থংজরে। থৌগল তৌরম্বা ননাই পুমনমক ননাই ঐনা থাদোকচরবনি, খুন্না ইবুঙেঙানা মথোইগী তৌবিরম্বা পুমনমক অহু ননাইনা হোৎন-জবনদা য়োবা ওইথোক্তে, ননাই ঐনা চাক চালুক অমতং ফংলিবা মথৈদা, ননাইশিংগা য়েন্নহনা চামিন্নজগনি।

স্নাথ্বা— ইপাগী ! শ্রীগোবিন্দ শ্রী......

সেনাপতি— ইপা ইবুঙেঙা !

খোং কোল্লুনা সেনাপতিনা স্নাখ্বাগী ঙক অহু তম্পাক্তা থাজ-ত্তুনা ওখোংনা অঙাওবগুম কপখ্রে। মৈতৈ তেঙ্গোল পুমনমক, মপা মচাগী থাংগী কুম্মৈ য়েংবা লাকপা ভাবোক পুমনমক চান্নবা তেংথা নাওইখ্রে। স্নাখ্বা মৈতৈ লৈবাক থাদোকখ্রে; অসিগুম্বা বীর অসিবু নিংথৌ শেম্বনি হাইহনা কনানা কন্না য়েংবা ঙমগনি ? মাবু উবা মী পুমনমক ঙাঙবগুম্না, মহাক্না মালেম থাদোকপা মতম অসিদা, লাওখোংনা তেংথান্নিবশিনি।

---

# থাঙ্গালগী জয়

সেনাপতি কোম্বুং অসি মৈতৈ লৈবাক শিনথুংনা কাওই। কোম্বুং অসিদা নিংথৌ মচা মণ্ডাগী শঙ্গাই লৈ; রাজকুমার মচিন মনাও মণ্ডাখক নিংথৌগী কম নাই; দোলাই কৈনা তোংই। মচিন মনাও মণ্ডাগী মচা ইবুঙ্গোশিং পুম্না কুম্ব্রা হেল্লি; ওম্না পাথং ফাম্লরে। পাম্না কাংঙ্গে, মুক্না, কোম্বুংগী হরাওবা অয়াম্বদা সেনাপতি কোম্বুংগী পাথংশিংনা নিংথৌগী মনা থোমহ্নুনা পুখি। রাজকুমার মচিন মনাও মণ্ডাগী মরক্তা অনিশুবা ব্রাংখৈরাকপা দীনচন্দ্র থাঙ্গাল জেনরেলগী লাম্বা ওইরে। লোক অমদা কৈ অনি কুনবা য়াদে; থাঙ্গাল নত্রগা দীনচন্দ্রস্না অনিগী মরক্তা অমা শোইদনা হন্দোকপা তারি।

নিংথৌগী থৌজাল মিৎয়েং ফংবদা, লন্দা, মনাই মশন্দ, সেনাপতি কোম্বুং অসি নোংমা নোংমগী ফীরাল মাই চুম্বা হেনগৎলক্নী। "সেনাপতি কোম্বুংগী উজাও কাহেল্লা ব্রাংলে; মশা থাদবা য়াদ্রে।" অম্মুম্না ফোংনা থাজালনা হাইবা ময়াম তায়রে; উশা থাবা য়াম্লনবা, মাগী লম্বীদগী শোশারিবা ব্রাংখৈ-রাকপা দীনচন্দ্রবু লোথোক্লনবা, উপায় কয়া তৌগ্রে; অচাবা তাঙ্গা ভাইগ্রে, থাজাল জেনরেল। ব্রাংখৈরাকপগী মচা ইবুঙ্গো য়াইমা চাওক্তোলগা স্নাকৈথেল্ ময়াইদা খুৎ থোক্লা লাম্বা ওইখিবা, লৈবাক কুম্মৈ তাখিবদা ইকাইখিবগী মলোমদগী, ব্রাংখৈরাকপগী অশোইবা য়েংশিনবদা, টিকেন্দ্রজীৎস্নু থাঙ্গালগী মতেং পাংগ্রে।

"মৈতৈভ্রুগী স্না য়োম্বা তোংজৈ মাংখ্রে। শ্রীযুৎ স্নানাক্তা অহিং মুংখিল খাক্তনা থৌগনবদী ব্রাংখৈরাকপনি। মানা লৌদনা, স্না চীনচুপ অসি অতৈ কনা অমনা লৌরমযম থোক্কে।" মতা চাবা মতম কংবদা, খাজাল, কোইরেং অনিনা শ্রীযুৎকী তোংজৈ পুখোম্বক্তনবা ব্রাংখৈরাকপদা তক্লবা হৌরকই। মীগী মগুণ শুম্বোকপনি! কাগী করেম্নবা, তুকচবা, লোক্লবগা য়ান্নবা ব্রাহৈ খরভং, ব্রাংখৈরাকপগী চিন্দগী থোকখি। তোংজৈ মাংবা কংনবা খিক্লিবা অণ্ডবা অনি মন্না পুমক্কুম কুমহ্নুনা লৈগ্রে, কোইরেং, খাজাল অনিনা ব্রাংখৈরাকপদা করি তৌবা য়াখিদ্রে। তোংজৈ হুয়ানবা শীবদা পুক্কীং য়াম্না নাখি; অহুবু মনাই ব্রাংখৈরাকপবু লিক্লাই ইবুঙেঙানা থেমজিনখি।

কোম্মুংগী তোপ গারোত য়োরক্তনা অকবা রাথোক সেনাপতি কোন্দা লোইখোকপা; সেনাপতি কোন্দা লান্নাবা ভন্ব। মুপা ৫০০ দগী হেন্না লৈবা; অহুগী মথক্তা ব্রাংখৈরাকপগী মচিন মনাওশিংনা লম্বাই খম্বাই তোইনা চত্তুনা লালচাক খাংবা, সেনাপতি কোম্মুংদা নোংমৈ ১০০ দগী হেন্না খম্বা, স্নাখ্বা বোরা চাওবা লাল হৌখিবা মতুং অসিদা অমুক নিংথৌ শেম্ব। লাল হৌরক্তনবা, মচিনতোংবা কয়াইবা নিংথৌ মচাশিংবু স্নাকোম্নুনা চেকশিন্নবা য়েংশিনফম থোকপা মরম পুমনমক অসি, খাজাল জেনরেল অমন্দুং টিকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিনা শ্রীযুৎ স্নানাকোংদা হুজংলি। অচানবা মনাই ব্রাংখৈরাকপা চীকথুবা ব্রা অসি মৈতৈভ্রুনা ন্নাকোং অনি গুনা হাপখিত্রবদা, খাজাল অমন্দুং টিকেন্দ্র

অনি, য়েক্লবা মশা থাননবা অনৌবা পাম্বৈ থিবা তাখি।

শ্রীযুৎ মহারাজনা লৈবাক রায়েনবগী থবক্তা পুক্নীং থিং-জিনবা থরা য়াম্লকপা, ধর্ম্ম কর্ম্মদা পুক্নীং য়ায়া থিংজিল্লকপদা, থাঙ্গাল অমস্থুং টিকেন্দ্রজিৎগী পাঙ্গল য়ায়া হেনগৎখ্রে; অনিনা অতোংবদা লেপখ্রে; য়াংখৈবাকপগী কীভম তাওখ্রে।

সেনাপতি কোম্বুং-চায়বা মৈতৈ লৈবাক্কী কোম্বুং ওইরে; লৈবাক অমদা নিংথৌ অনি পাম্লে হাইবা অকনবা লৈবাক ইরাং অমা হৌরকলি। নিংথৌ শেম্বা লাল হৌরকপা থিংনবা মচিনতোংবা নিংথৌ মচাশিংদা থম্মীবা নোংমৈ লৌখৎশি হাইবা থাঙ্গাল অমস্থুং টিকেন্দ্রজিৎকী য়াকম অসি শ্রীযুৎনা য়ারে। লৈবাক্কী ইরাং অসি শ্রীযুৎ স্নানাকোং যৌরে; বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমস্থুং জেনবেল অনিনা য়াংখৈরাকপগী শাজৎকী মরমদা হক্লৎপা য়াশিং অসিদা অচুম্বা থরা যাওরেমগদ্রা হাইনা শ্রীযুৎ স্নাপুক্নীংদা রাখল তৌবক্লে। অছুনা নিংথৌবু ভম্বা অনিনা রাংখৈরাকপগী মনাও ইবুঙেঙা অনি, কালাম্বা অমস্থুং ঙাংবাম্নাবু ফাহুনা নিংথৌ-জা লোইশংদা থম্বদা শ্রীযুৎনা থাদোক্লবা য়াথং পীখিদে।

শ্রীযুৎকী মাইথোংদগী স্নাপুক্নীংদা চীংনরিবা মঙং অত্থু য়াংখৈ-রাকপনা থংখ্রে; মবুঙেঙাগী য়াথম্দা পুরিবা ভাব অছু শেংদোক্লবা ভাঙাস্থু ফংখিদ্রে। অছুগী মথক্তা মবাম্লৈতবা মনাও অনিস্থু মরম চাদনা ফাজিন্দুনা কোম্বুংদা বন্দিগুম্না থমখিবসি, য়াংখৈ-রাকপগী পুক্নীংদা ওম্বোক্লা মুঙাইতনা থোকখি। ময়াম্বুং তাহন্দনা য়াংখৈরাকপগী মচিন মনাওশিংনা থুপ্পা লালগী থৌরাং তৌবা

হৌরে। মনাওশিংনা লালগী শেমশাবা ৱাংখৈরাকপা থংজদে; মৈতেঙ্ নয় মনাইনা লাল হৌরকনি হাইবদী থাজদে। মপু মনাই অনিগী মরক্তা মহৌশাগী প্রেম অমস্তুং রাজভক্তিগী অচেৎপা মরি তৎনদ্রী; নিংথৌ অমস্তুং অচানবা মনাইগী মরক্তা লৈনকম থোকপা মরি অতু ককনদ্রী। অদুবু খোংবান চেনবা মখৈনা শিং শেম্বা লোইখ্রে; মৈরি অমতং চংগদবা অতুত্তা মঙাইরে; মৈরি অসিম্ন মরনাই হৌজরকলে।

অঙম্বা নিংথৌ মচা পুমনমক্তগী শ্রীবুৎনা শিজনজৌ হাইনা থমহনবা নোংমৈ অমস্তুং অরুবা খুৎলাই পুমনমক পুখৎলক্তুনা কোম্বুং লাম্মীশিংনা তোপ গারত্তা পৈবা হৌরে। কোম্বুং সিফাই কুনমঙাথক সেনাপতি কোন্দা নোংমৈ অমস্তুং অরুব খুৎলাই লৌথৎপা লাকলে। ৱাংখৈরাকপদী লৈথিত্রবা অহল্লমনগীদমক কুম অমগী তর্পনগী উৎসব দ্বাদশি মুমিৎ অসিদা বৎলমলি; উৎসবকী লাথাবা লোইরমনা, লুক্তাকদবা মতাং ঙাইহনা লৈবম্মী। তাঙা অসিদা কোম্বুং সিফাইশিংনা ৱাংখৈরাকপদা নোংমৈ লৌ-থৎনবগী ৱা হৌদোকখি। মাখ্বানা উৎসব লোইরগা নোংমৈ লৌবা লাক্লনবা সিফাইশিংদা হাইবদা সিফাইশিংগী লুচীংবনা থকশি থাখি নাইদনা ৱা থরা হঙ্ৎখি। বার্ত্তন কংহনা উৎসব য়াওনবা লাক্লীবা ব্রাহ্মণ, বৈস্নবশিংগী মাংদা মপাবুংবু করিস্তু লৈত্তনা হাইবা তাবদা মচা মশু পুমনমক শাওখিবনা অঙাওব-গুমখ্রে; সিফাইশিংবু থুবাক, থুতুমনা চেংশাইকম য়ৈথেকখ্রে; চীন্দগী থকশি থাশি নাইদবা ৱা থোকহনবা য়াদনবা তৌখ্রে।

মচাশিংগী কাহেনবা শাজং অসিগীদমক অয়াকপা য়াহৈনা চৈহত্তুনা, কোম্নুং সিফাইশিংহ্নু উফুল ওইরমলগদবদগী স্নাথানা কনখি।

লাম্মী কুনমঙাগী মচিন্দগী থোকখিবা থৌওং পুমনমক তারংহুনা ; বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমস্নুং জেনরেল থাঙ্গাল ভপথবা য়াম্রে ; থোইদোক্না সিফাইশিংগী মশাদা অশোক অপনবা অহু উবদা পুক্নীং ফাজিনবা ওমখিম্রে। নোংমৈ লৌথৎলকউ হাইবা য়াথং অহু পাংথোক্কবা য়াম্রে। নোংমৈ পাইবা কোম্নুং সিফাই য়াংখৈ, সুবীদার তরুনসিংহনা লুচীংহুনা সেনাপতি কোম্নুং ম্লৌখ্রে ; য়াংখৈরাকপদা খুদক অহুমত্তদা নোংমৈ পীয়ু স্নাকোম্নুংদা নোংমৈ পুদনা হনবা তৌররোই হাইখি। থোইদোক্নম্ন শ্রীযুৎনা হাপ্নীবা ফমগী মতুংইন্না ফংবা খুৎলাই— ফম লৌথোক্ত্রীবা মখৈ থাদোকফম থোক্কবা ; নোংমৈ লৌথৎপগী য়াফম অসি শ্রীযুৎকী স্না মোহর নমহুনা লৈবাক পুংজাও য়ৈহুনা প্রজাদা থংহন্দবনা, ম্নিংথৌ স্নায়াথংনি খংবা য়াদে। অম্নুম্না য়াংখৈরাকপনা ঙাংলকপ য়াগী য়াপা ওইনা, তরুন সুবিদারনা ব্যবহার কাইবা য় খরা ঙাংখি। সিফাইশিং অসি অহানবা লাক্লম্বা সিফাই কুনমঙানা তাখিবা দশা অহু নংলে ; মথোইগী নোংমৈ অয়াম্বা মুনবিখ্রে ; সেনাপতি কোম্নুংগী হোজং মপান ফাওবা মঙক লাক্কুনা ইম্মোক্কুনা কয়া মথোং চাদনা তাম্মোকখি।

## ২। লাল কাপ্নবা

থাঙ্গাল অমস্নুং বীর টিকেন্দ্রজিৎ অনিনা তাহম্নিংবা ফীভম

তাগ্রে ; য়াংখৈরাকপনা নিংথৌ শেম্বা লাল হৌরে হাইবা প্রমাণ যংগ্রে ; সেনাপতি কোম্বুং অসি হৌজিক নিংথৌ শেম্বা লাম্মী-শিংগী লাম্বল ওইরে ; লাম্বল অসি থুগাইননবা য়াকোম্বুংগী সিফাইশিংনা তকশিনবা হৌখ্রে। হৌজিক ডাক্তরথানা, নিউ মারকেট অমস্তুং ভৈরবদান স্কুলনা কোনবা লম অসিদা সেনাপতি কোম্বুং লৈরম্মী ; ডাক্তরথানাগী মমাংদা হৌরিবা বোকুল পাম্বী অসি য়াম্বা য়াংখৈরাকপগী মাগুব ময়াদা হৌরম্বনি ; বোকুল অসিনা য়াম্বাবু নিংশিংলি।

সেনাপতি কে.ন্দা লাম্হৈংনবা ওম্বা মী চনিদগী হেন্না লৈতে ; য়াম্নবদা নোংমৈ চাম কুন্দগী হেন্না লৈতে। থুংনা থেক্তুনা পাবা য়াম্বা মী থরঙ অসিনা, য়াকোম্বুংগী অচৌবা তেঙ্গোলগী মাংদা কয়ম্না লেপকনি? অবাং তুকান লম্বী পরেংদা বীর টিকেন্দ্রজিৎনা লুচীংহুনা, য়াকোম্বুংগী লাম্মী ৫০০ রোম, সেনাপতি কোনগী অবাংথংবা লৈপন থুগাইহুনা, লাল হৌবা তেঙ্গোল তকখাইনবা, চংশিনলকলি। য়াকোম্বুং চেকপন মপান্দা অচৌবা তেঙ্গোল পারেং লেংগ্রে ; কোম্বুং সিফাই পুমনমক্তা সেনাপতি কোম্বুংদা অতৎপা লৈতনা থুংলাই তমশিনলি, তোপ কয়া কাপশিল্লি।

কোম্বুংগী সিফাই লিশি তরাদগী হেন্না য়াওরিবা তেঙ্গোল তরামুক অসি মাইকৈ মরিদগী য়াংখৈরাকপগী কোন অসি কোই-শিল্লবদী, পুংজা খরগী মম্বুংদা নিংথৌ শেম্বা লাল থুগাইবা য়াররম্বনি! নাকল অনিদা ঈ ইতা তানদনা লাল তেনশিনবা

য়ারম্বনি। অসিগুম্ব মওদা থাঙ্গাল লাম্হোং শিনখিদে; ঙ্কেনবেলগী লালওং পরম অসি ওম্হোকপনি! অরাং মাইকৈদা বীর টিকেন্দ্রজিৎনা ফুজিল্লিবা অসি নত্তনা-সেনাপতিকোনগী অত্তে মাইকৈদা কোম্নুং লাম্মী থাজিনখিদে। নাগ তুবেল মপান পরিং অনি অসি নারক মোংশোংনি; চবোৎ হাপুংনা কুংখ্রবা মফম্নি। লালহৌবা কাংবুনা বীরসিংগী খুৎপুবু লাইনা থিংখ্রে; রাংখৈবাকপগী লাম্বলগী অরাং মাইকৈ পুবা শস্ত্রিক চংনিংখোম্বনা বীরসিংনা তকশিল্লকপগী চৈথেং অদু থক্তোকপা হোৎনবদা, সনাতোন ধর্ম্ম ফংগে; ময়াম্বগী লমনখুম্নবা, মনাও গুলাপসিংহনা অনৌবা লাল চংলকলি। মুমিৎ থুংবা মতুংনি। থাঙ্গালগী লালওং মতুংইন্না বীব টিকেন্দ্রজীৎকী কাংবুম্ব লাল হন্দোকখি। কোম্নুংগী মশিং নাইত্রবা সিফাইনা খোংনেৎনদুনা, পুজা অমা ফাদনা, উৎ ওইবম্মগদবা রাংখৈরাকপগী মুপা ২০০ গুদবা তেঙ্গোলবু ম্না-কোম্নুংনা পুমথা থাদোক্নুনা থমখ্রে।

রাংখৈবাকপগী তেঙ্গোল লাঙ্গোল চীংগোন্দা হন্দোকতুনা লরাই থরাইদগী হাইগৎনরকপা খোংলোই ঙাইবগা, অচাবা মতাংদা ম্নাকোম্নুং তম্না লাল চংলকপা য়াবা উপায় লৈয়ে। অদুবু তাঞ্জা অসি ম্নাখা রাংখৈবাকপগী তেঙ্গোলগী সেনাপতি মাইপাক ম্নানা নাম্হোকহনখি। সেনাপতি অসি রাংখৈরাকপগী মনাও ইবুঙেঙানি। সেনাপতিগী লালওং ময়াম্বুম্ব য়াখ্রে; রাংখৈ-রাকপগী লাম্মী চনি ম্নাকোম্নুং তম্না ফুজিনবা তাখ্রে, জয় পবাজয় য়েংনবা তাখ্রে। হৌজিক ডাক্তরখানাদগী আসাম রাইফলগী

নোংচুপ থংবা থোং ফাওবগী লম অসি ফজনা লৈতেম মান্নবা তেমখ্রবা লম্পাক অমনি; লালশোম্বী লম্পাক হাইনা কৌনরম্মি; লম্পাক অসি অকনবা লাল শোক্লফম ওইম্মু তমখিমাল্লে। মাখ্বা অমসুং মনাও সেনাপতিনা লুচিংবুনা মুপা চনি লালশোম্বী লম্পাক ফাওবুনা যুবরাজ শঙ্গাই পাংনা লাঞ্জংলকখি; মতাং অসিদগী কোন্নুং সিফাইশিংনা যুবরাজ শঙ্গাই নিংথিনা ডাকখিদে; অথিংবা পুন্নমক নমথেক্কুনা, রাংখৈরাকপগী কাংবুনা যুবরাজ কোন্নুং লৌখ্রে; মাকোন্নুং তম্না ফুজিন্নবা থুদো চাবা লাম্বল অমা ফংখ্রে। মখ্বা অমসুং মচিন মনাওশিংগী মচা মশু কয়ানা শহীদ ওইবুনা মথোইগী অশেংবা ইনা—মমল পিরগা, যুবরাজ শঙ্গাই রাংখৈ-রাকপগী কাংবুনা থুৎচনখিবনি। লালশেনবী লম্পাক্তা, বৃনামচন্দ্র মন্দিরগী অকোইবদা শহীদশিংগী শেংলবা হকচাং কয়া তারি; পুন্নমক্কী মিওয়া পীগী ইরা চেনহনগদবা দৃশ্যনি।

যুবরাজ শঙ্গইদা মহুম শাবুনা লৈবিবা নিংথৌ শেম্বা লাম্মী-শিংবু মাকোন্নুংগী ভেঙ্গোলনা তানথাইনবা হোৎনদে; হৌজিক মুমিৎ লৈথখ্রে। ওন্থোকপনি! রাংখৈরাকপগী চামা খরতা হেল্লবা লাম্মীনা য়ানশিনবা—মাকোন্নুংনা ডাকথোকপা তারি। থাঙ্গালগী মীনা থংভনত্রবা লাম্থোং মশিন!

রাংখৈরাকপগী কাংবু যুবরাজ শঙ্গাই থাদোক্লে; খুয়াথোংদা লাল হন্দোক্লে। মাখ্বা দীনচন্দ্রনা লাঙ্গোলদা হন্দোক্লগা লরাই থরাইদগী হাইগংনরক্কদবা লাম্মী খোমজিন্দুনা ফীভম চেৎনা অহিংদা মাকোন্নুং মাথোং থুগাইনিংই। মনাও সেনাপতিনা

নিংহন্নবা পামখিদে; মচিন মনাও অনি রা মথা তানখিদে; "ইনাওনা চংশিনবদা, ইয়াম্বন্ন তুংইনবদি ভমগত্রা খল্লি" হায়রগা রাংখৈরাকপা স্নাকোন্নুং পাংনা চংশিনবা লাঙ্গংদা-খ্বাইগী মাং থাব হৌখ্রে। মু মিৎ তাখিবা কুইরে। কৃষ্ণা দ্বাদশীনি; থামম্বা অহিংনি। স্নাখ্বাগী কাংবু কোন্নুংগী হোগাইবী থোং থুগাইনবা হোৎনখ্রে; হোগাইবী থোং অসি হৌজিক বিঃ ওঃ সিঃ লৈরিবা মপা অম্বাইদনি। মাইপাকস্না সেনাপতিগী লালওং থাগৎ-নিঙাইনি; অথেংবা অহিংগী অচীকপা অমম্নুং অমম্বগী খুদোংচাবা লৌখ্রে; কোন্নুং লাম্মীশিংদা নাশোল খজিক্কুং খংহন্দনা স্নাখ্বা, সেনাপতিনা লুচিংবা কাংবু অমদি কোন্নুংগী স্নথোং থোংজাও মাং য়ৌখ্রে।

থামম্বা অহিং ওইবনা, মতা চারুবনা চথোক-চশিন তৌবা কোন্নুং সিফাই লৈরমদবনা, রাংখৈরাকপগী কাংবুনা স্নথোং য়ৌখিবসি—কোন্নু তেঙ্গালমা খংখিদে। লুরিবদি—স্নাথোংজাও মাংদা কুইনা লপ্পুনা লৈবা অসি অশিবা লাইগী খয়াত্তা চোংশিনবগুন্না খুদোং থিগদৌরি। মী চামওগী কাংবু অমনা স্নাকোন্নুংগী অচৌবা তেঙ্গোল তারেং নিপানগী খয়াত্তা তারবদি করি ওইগনি? অতুগীম্নু মথক্তা স্নাথোংজাও চেৎনা লোন্দুনা লৈরি; মসি হাংদোকপাসি শুকংম্নু ওম্মোই হাইবা ফাওবা য়াই। স্নথোং ঙাকপা কাংবুনা মথক্তগী তমথরকপা খুৎলাইমথৈ য়েক্লবদা শোইদনা পানবা য়াবা, য়েক্লবনা থোংঙাকপশিংদা লংখৎপা খুৎলাইনা অরেম্বদা তানদবা মৈতৈ কোন্নুংগী স্নথোং শাথিবনি।

য়াম্না লুপ্নিবা অমনা, লাঞ্জাবা কোম্লুং সিফাইনা ঙাংথৈরাকপগী কাংবুনা স্নথোং মাংদা লেপ্তুনা লৈবগী নাশোন খজিক্কুং ফংখিবদা, লালহৌবা কাংবু অসি থোংনা থোংনা মং থিবা তাগদৌরি। অদুবু কবয়া স্নথোং লানশিন্দুনা কোম্লুং মন্নং চংগনি? মতিক চাবা উপায় ফংখ্রে—ঙা খৈবাকপগী মচাম্নুপা স্নাখ্বা লৈবেনস্নানা কোম্লুংগী চেকপনথক্তা চোংথংখ্রে; ফুট কুনমঙা হেন্না ঙাংলিবা চেকপন মথক্তা চোংখৎপা। স্নথোং শংবা সিফাইনা লৈবেন স্নাদা কনানো হাইনা হংলি। কোম্লুংগী লাঞ্জাবা সিফাইনি— মনাক অশ্বাইদা য়েক্নবা কনা লাক্কে হাইনা স্নাখ্বা লৈরেন স্নানা খুমল্লি। স্নথোং ঙাংমদা কোম্লুং সিফাই থবা লাঞ্জাকবদগী হল্লক্কুনা লৈবে; থোংজাও হাংদোক্কুনা মথোইবু স্নাকোম্লুং মন্নং চংহল্লু হাইনা লৈবেন স্নানা থোংশবশিদা হাইরি। স্নাখ্বাগী ঙাঙাং অসিদা, কবিস্ন চিংনবা পোরীংঙাই লৈখিদে, স্নাথোংজাও হাংদোকখ্রে। ঙাংখৈবাকপগী কাংবু মিৎনা কুপ্পদা স্নাকোম্লুং মন্নুংদা ফুজিনখ্রে। য়াম্না থুনা স্নথোং ঙাকপশিংনা নিংথৌশেম্বা লাম্মীনি খংলকপদা, নমথাক তৌদুনা কোম্নং চংশিল্লক্লিবা য়েক্নবশিংগী মথক্তা অপাই অপাইবা খুৎলাইনা নেংচুবগুম লংশিনখ্রে। খুৎকা খুৎকা থেংনবা অকনবা লাল থেংনখ্রে।

চোংথামীযানা য়াথং পীদুনা কোম্লুং সিফাই মঙানা নিংথৌ শেম্বা কাংবু ঙকখাইননবা তোপ মৈনা চুবা হৌবে। মসি উরকপদা, স্নাখ্বা লৈবেন চেকপন্দগী তোপ মৈনা চুবা সিফাইশিং তম্না চোংশিনখ্রে; লৈরেন স্নাগী অকীবা ফংবা থাংহাইদা থাংবা

য়াদভুনা ক্তোকপশিং কাইহুনা চেনখ্রে। লৈবেনম্না তোপকী মৈনা ককখ্রে। অতুবু মতম থেংলম্লে ; চুরন্না মৈনা অহু তোপ মক য়েৌনা চাকশিল্লম্লে ; থংহৌদনা তোপ পোখায়খ্রে। তোপ মরুনা চেন্থনা, পোখায়বকপা গুলিনা খাহুনা রাংথৈরাকপগী লান্মী ৫০ বোম হেন্না লৈমাইথক্তা খুঙ্গৎপা য়াদবা ফাঙমদা তাখ্রে। তুরিবা য়াংথৈগী মন্নুংদা রাংথৈরাকপগী মচিন মনাও-শিংগী মচা তরা হেন্না ম্নাওরি। ওন্থোকপা লাঙংনি! য়াইবী মাংলবা মচা মগুবু অন্নুরুং য়েৌনা হন্না য়েংলম্না তৌখিদে। মুংশিং মাং থাহুনা রাংথৈবাকপগী কাংবু ফুজিনখ্রে। মংপাবা কাংবু তানখৎলক্লবদা, স্নাখ্বা লৈবেন নোংমৈগুল্লিনা ফৈকদা পানখ্রে ; স্নাখ্বা তুহৌবে।

অথৌবগী থম্মোইদা ব্রজদগী হেন্না কল্লি। কনাগী পুক্নিং হন্নবা উদে ; রাংথৈবাকপগী কাংবু কোন্নুংগী অনিগুবা চেকপন লাল শনখ্রে। মতম অসি অহিং নোংয়াই য়েৌবে। য়েরুবা লান্মী য়া থৈমুক্তনা কোন্নুং সিফাই লিশিং কয়ামুক অসিবু মকোকনমৈ থংহনখিদ্রে ; চক্রব্যূহ চংলকপা অভিমন্যু লাক্লবদা কৌবব ভেঙ্গোন্না কোকপী ঙাওবগুনখ্রে। কনাগুম্বা সম্বাইনা য়েরুবা মশক থংনবা মৈবা চুখৎপা ঙাওরকই ; মৈবা মশক হেক উবদা, মৈরা চুখৎচবা মুপা—য়েরুবগী খুংলাইগী অয়োবা চৈথেং ফংদনা তোকপা লৈখিদ্রে ; বনাম্নু মৈবা চুখৎপা ঙমখিদ্রে। ঐগী মিচং মাগী কাংবু থবা ঙম্নদবগী খুদোংচাবা লৌহুনা রাংথৈরাকপগী কাংবুনা মুংকোন্নুংগী অহুমগুবা চেকপন লানশিনখ্রে ; কোন্নুংগী

লোইশং, লালশ, তোপ পাবত, পুকৈ পুম্নমক মৈথাবগী রাকম সেনাপতি মাইপাকম্না হৌদোক্লি। মতম অসিদা কোম্নুংদা শাবা লোয়শং, শগোলশং পুম্নমক ইনা কুপ্পা ভাক্তনি; মৈ থাবম্নবদি লালগী করম্বা ফীভম তারমগনি? ওম্বোকপনি! স্নাখ্বা রাংথৈ রাকপগী এরেপ! স্নাকোম্নুং চাকপদা শ্রীগোবিন্দ মন্দিরবু মৈশা লাংগনি; মপোক কয়াদা কোকপা ওম্নবোইদবা পাপ লংজবা থোক্তনি। গোবিন্দগী মনি মন্দিরবু মৈনমক য়েৌবা ওমত্রগম্নু, মীগী মযুম করম্না থাগনি! লালওম্নবনি হায়তুনা মৈতৈ অথোৌবা, চৈ-নবা হৈতবা নিংথৌমচাশিংনা "পবমপবাদগী" চৎনরকপা লালগী রায়েন করম্না হিক্তোক্তনি! স্নাকোম্নুং মৈথাবগী রক্ষম অসি রাংথৈবাকপনা যাথিদ্রে।

ধর্ম্ম অমম্নুং মিম্নুংশিদ নকশিল্লীবা অদুব—লাল ওম্বগী লম্বী-দগী লাপথোকপা হেল্লকই। মৈতৈনা ধর্ম্ম, সত্য অমম্নু, মি-ম্নুংশিগী লমদা কাইদবা পাহৈনা লালওম ফীবাল ফংনবা তাম্লে, মসিতা ওাতুনা চৎল্লবা হোনন্দা, মাইথিথিবা মৈতৈ য়ামখ্রে। স্নাখ্বা রাংথৈবাকপম্নু মথোইগী মম্নুংদা অমান। অসিগুম্বা মৈতৈ অথোৌবশিংগী লালও অসি--মীবমলেনগীতা য়েৌবা, লাইবম-লেনগী খম্ভদবা কাংবুনাদি—ভাব তাবা ওমলোই।

স্নাখ্বা রাংথৈরাবপগী পিল্লবা মশিং য মত্রবা কাংবু কংলা কম্বাল তোংকম পাংনা হাইজিল্লক্লি; মতা ফবা রা মবিনবোপ কযা অকনবা থৌরিনা পুন্দা কংলাগী অকোইবা শম্বন থারি; কবাক-থাংনা থৌরি কক্তুনা, ময়ামগী চংনবা লম্বী ফাংপা হোৎনকিঙৈদা,

শঙ্গাইশেনবা সিফাই অমগী নোংমৈ গুলিদা খুৎয়েন্তা অমস্তং ওইথংবা পাম্বোম মরুদা পান্দুনা, ব্রাংখৈরাকপগী মগু ইবুংঙা তুখ্রে। মচা মগুনা লৈবাকথক্তা ইহিং নাহিং শাবা মতৌদা পী তাবা ফাওবা তৈথোকপা মতম ফংবা মতাং থোকখিদ্রে। স্নাখ্বা ব্রাংখৈরাকপগী কাংবু কংলা পুং য়োখ্রে; মবুংডোবু ফম্বাল তোংহনবা লোইখ্রে।

স্নাখ্বা দীনচন্দ্র ব্রাংখৈরাকপা ফম্বালদি তো খ্রে; কোম্লুং.দি লৌখ্রি। মশা লালওং করম্না চংথগনি? সিফাইনা পল্লোন কয়া কোয়হুনা থম্লিবা কোম্লুং—য়াংখৈ ফারক্ত্রবা ব্রাংখৈরাকপগী কাংবুনা লৌবা ভম্বা ওইথোক্তে। নোংঙাম্রিখৈভেদা লাঙ্গোলচীং য়োনবা লাল হন্দোরক্লি। চংখিবনা কোম্বা — হন্দোকপা লুবশি তে ইনা থোকই। কোম্লুংগী চেকপন পল্লো'ল অহুম লাম্থে.ক্লুনা লাল য়াম্না য়াম্নহুন' লৈরকপা—মতম কয়া চংবা তা'র। চিংখৈ ফীতুপ হুনখ্রে; কৌরৌহনবগী মঙাল ফংলক্লে। লম্বী শিংলিবা কোম্লুং সিফাইশিংগী খুৎলাইগী তেমথেং কনশিনবা মথং মথং হেনগংলক্লি। স্নাখ্বা দীনচন্দ্র মচিন মনাও অমস্তং মচাশিংদা একা-দশী ব্রত তৌরগ দ্বাদশী হুমিৎকী পারনাস্থ তৌবা নংখিদ্রে; লাল চংলকপনা হানখ্রে। অতুগী মথক্তা হুমিৎ য়ুংবদগী নোংঙাল্লমদাই ফাওবা ততুনা থাং হায়বকপদা, শ্বর মপি ফুইনা ফুইনা হোনখ্র; হুমিৎ নিনি য়াদা করিমতা তাদবা, খুৎলাইনা পানবগী শোকপগী চৈনা, অরাম-.খীব ংবগী চৈথেং, তংনা য় হুবগী চোবথবা — পুম্নঃকী মৈরিনা হুকচাং থক থক নিকখ্রে। য়েরুবা লাম্বী উবা ফ লকপদা

চেকপন মথক্তগী, রা'না শ'খ্রবা লোইশং, পুকৈ কযাগী মথক্তগী নোংমৈশুবা হৈবা খুৎচুমখ্রবা কোম্নুং সিফাই কয়ানা, নিংথৌশেম্বা লম্মীশিংদা, নোংমৈ গুলী তমথবক্লি। রাংথৈবাকপগী কাংবু কোম্নুং শিফাইশিংনা মাইকৈ মখিদা কোইখ্রে। সেনাপতি মাই-পাকম্না কৈকদা নোংমৈ গুলিগী চৈনা ফংবদা, লৈমাইথক্তা তাখ্রে। মিকুপ খুদিংদা অরাবা পাও ঙাক্না তাগদৌবি। শেংখ্রবা থবাক্তা নোংমৈনা থোগনখ্রে; মাখোয়া রাংথৈরাকপা—গাবিন্দ নামৃত শোন্দুনা, খুক খুদক কুন্দুগা মালেম থ'দোক্লমদাইগী অবোইবা পুংজা ঙাইখ্র; মাখোয়া মীবম্লেন্দগী লেখ্রে। মনাও ইবুংহো অনিমু ময'ম্বু দা দণ্ডবৎ তাবগী মও দা, তুং ওইরপ্না, যাম্নিপ তারি, মাতোন ধর্ম্ম ফখ্রে। "মফম অসিদা অচৌবা নিংথৌমচ অমা তুবগনি। যেংউ টচাশা।"—মাখোয়া দীনচন্দ্রনা মনাইশিংদা চহি অসিগী মম'দা তাকপিখি। হাযবিবা মফম অসিনক্তদা মখোয়াগী নোঙ্গাফম ওইরবে।

## রাংথৈরাকপা

তবেংনি পানবী থাজন অতিয়'দা ছন তবংনা থোক্লি। লাম্বলদা লম্মী পুমনমক ল'লগী শাজন লোইনবে; ল'লম্বোং শিনবশিগী সুচিংবন লাশ যত্র তৌনবা ঘাথং পীগদবতা ঙাইরে। পুজা অম অনিগী মনুং দা লাল চ'লবদী তেঙ্গোল অসিগী ল'লজং লকপা থিংবশি ওইথোক্তবনি। লাম্মী পুমনমক লাম্বলগী মপান্দা পবে পবে লেংখ্রে; ল'লগী ফীবাম্না নো'দোন

খেৎনা হাইহুমলি। লাম্বোংশিনবা লুচী.বশিংগী মরক্তা চোংথা-মীয়া অমস্তুং পাওনা ব্রজ বাসি য়াওরি; লাম্বল অসি নম্বোল হৈবী মখোংদনি. স্নাখ্বা ৱাংখৈরাকপনা লালহৌবশিংগী মকোক-চিংলি; ব্রজবাসি অমস্তুং মিয়ানা স্নাখ্বাগী য়েং ওই পাম্বোম অনি ওইরি। অতুবু লাল যাত্রাগী পুংফম পীদবনা তেঙ্গোল পুমনমক লাংতকননা ডাইতুনা লৈনখ্রে।

স্নাখ্বা ৱাংখৈরাকপনা করম্না পুংজা অমা অনিসিগী মন্থ দা লালচ'লো হায়না তেঙ্গোলগী লাম্মী'শি দা য়াথ পীবা ঙমগনি! স্নাখ্বা অসিনা ৱাংখৈরাকপা ফমথোল নাইতুনা লৈবাক পুমনমক্তা হাই হুন্না দোলাই ফৈনা তো.তুনা পালকপস্থ লিক্লাই ইবুঙোগী থৌজানগী মিংয় খরা ফ বদগীনি। মৈতৈঙ্,না শেম্বীবনা মীয়া অমস্তুং ব্রজবাসী অ'নিগী মমিং লৈমা নিংথৌকোন্দা তানবনি; অথোইবা ফমনাইব শি'দা চনব'ন। মপাবু খাংলেলিডৈদা মচা-শিংনা তে'থানাওইতুনা লৈবদগী হেন্না ৱানা মৈতৈ পুমনমক লৈনবা মতমনি; মহারাজ ইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তি খাংলেন্দুনা স্না শঙ্গাই শুমা দা লৈরিবা পুংজানি। অসিগুম্বা মতমদা নিংথৌ শেম্বা ল'ম্মা লুচী তুনা স্নাখ্বা অমস্তুং মনাই অকনবা অনিনা স্না কোনু' তন্না লাল করম্না চগনি? নিংথৌ মনাই অকনবা থা,মক মরুংঙা লৈতবদা পিশিন্তুনা লৈনখ্রে; লালহৌবির্বনি, নিংথৌশেমলিবনি; কোন্থংগী কা'খো'চাইবা ৱারবা তানফমদা লাম্মী পৌজিল্লবদী মিংনা কুপ্পদা লালঙম ফিরান ফগনি হাইবা ৱাখল তৌখ্রিদ্রে।

অথোইবা অহুমগী থবক য়াংশিনবা ম্নাংপা উবদা লন্মী লুচাংবা পুমনমক মচিনথোক্না লাওনরক্লে, পুংজ্ঞা অমা অসিগী মমুংদা লালযাত্রা তৌহনা নোংডাশ্রোইঙেদা স্নাকোন্মুং লৌনবা শিনবায়ু হাইনা লাওনরকলে। লাম্মী পুমনমক্ক তকশিল্লকপা হেঙ্গিলকলবদা পাওনা ব্রজবাসীনা লালওংগী পোবম— তেঙ্গোল পুমনমক্তা তাকলকলি। শ্রীযুৎনা খাংলেল্লিঙেদা, মৈতৈ পুমনমক পম্থৌ খাংলেন্দুনা লৈবদগী হেন্না ম্নানরিঙৈ মতাং অসিদা স্না কোন্মুংদা নিংথৌশেম্বা তেঙ্গোল লালচংবা তৌবাই, শ্রীযুৎকী স্নাহকচাংবু অগ্নীদেবদা শিন্নবা লোইহিত্রবা ফাওবা লালগী যাত্রা য়াদে— অদুম্না পাওনা ব্রজবসীনা লম্মী পুমনমক্তা য়াথং লাওথোকলকলি।

লাম্থোংশিনবগী শিস্তাপুরিবা লুচিংবা অহুম্না লেপখিবা ম্নাবেপ অসি মুরুবা ওম্বা কনাস্থু য়াওদে; মবুক্তা পেন্দবা, য়ানিংদবা কোঙ্গাই লৈহুনমু চিন্থো'রখিদ্রে, পুরা ফাথহুনা লৈনখ্রে। শ্রীযুৎকী সংস্থাবগী থৌরাং ভেবা, মৈতৈ লৈবাক নিংথৌ পান্দনা লৈবা য়াদবনা লৈবাক ম্নায়েল মতুং ইন্না যুবরাজ সুরচন্দ্রবু অহিংলেন্দনা নিংথৌ থিন্দোকপা, মনিংথৌ লৈতবগী তেংথাহনা অভাংবগন্না লৈবা স্নাকোন্মুগী ফাওম ফব্রবা— পুমনমক অসিগী তাঞ্জা লৌহুনা স্নাখ্বাগী নিংথৌশেবা তোঙ্গোলনা স্নাকোন্মু তম্না ফুজিনখিবা থোক্রবদা, স্নাকোন্মু কনবা লুগনি; স্নাখ্বানা লাল ওমফীরাল ফংলম্বা হেন্দোক্না য়ারবনি। অসিগুম্বা খুদোং চাবা অসি নাম্নে'কহৌখ্রে যুবরাজবু নিংথৌ হাপ্পা

অমস্তুং শ্রীযুৎকী সংস্কার লোইবা ভাইবা তাংবদী, লালহৌবা কাংবুগী খুদোংথিবা শরুক চামা হেনগৎল্লকনি ; ম্নাকোম্নুংগী খুৎলাই অমস্তুং মীশিংদা শরুক চামা হেল্লবা তেঙ্গোন্না তকশিল্লকপা থক্তোকপা ম্নাখ্বাগী তেঙ্গোলনা লুনা খোক্কনি। মসি পুমনমক ম্নাখ্বা অমস্তুং অকনবা মনাই অনিমক থংদবা নত্তে ; অদুবু মবুঙ্গোনা থাংলেল্লিদৈদা লালহৌবগী থাং য়ানবা ম্নাখ্বানা তৌররোই। অস্তুন্না নম্বোল লাম্বন্দা ম্নাখ্বাগী তেঙ্গোল পুমনমক লাইনা লাল ঙম্বা য়াবা তাঙ্গা নাম্থোকতনথিবগী মুংনাংতুনা অহিং লেনখি।

নোংঙাল্লে ; ম্নাকোম্নুংদগী তোপ মথং মথং কাপলকলি। অমিৎ মুংবা মতম ওইরে ; শ্রীযুৎ সংস্কার লোইখ্রে। যুবরাজ সুরচন্দ্রনা মৈতৈলৈবাক্কী অনৌবা নিংথৌ ওইখ্রে ; মনাও কুলচন্দ্রবু যুবরাজ হাপখ্রে। লাল হৌবগী ফীবাল হাইগৎপা অসি ম্না কোম্নুংদা ডান্নদবা নত্তে ; মবুঙৌ ইবুঙ্গো গম্ভীর ম্নাহাক্কতগী মনিংথৌগীদমক মথল্লাই কৎচবক্লবা থাঙ্গাল মেঙ্গ্রনা লালহৌবা লুচিংবশিংনা শান্নবিবা পোরম পুমনমক শিং শিংনা উই ; লালহৌবিবা মপা- ম্না খৈবাকপা বোরাচাওবা, থাঙ্গাল মেঙ্গ্রনা মুন্না থই ; মবুঙ্গোনা নিবা মতুং ইন্না যুবরাজনা রাজসিংহাসন কাবগনি ; রাজ সিংহাসন্দা মবুঙ্গোগী মচাঅহনবু চিংথবদী মেঙ্গ্রনা থগাই হিংলিদৈদদি ওইথোক্কে ; মনিংথৌ কনগনি ; ম্নাকোম্নুং ডাক্কনি, অসিগুম্বা শিংখা অসি পাংথোকপদা মথল্লাই কত্তুনতা লাক্লবা থাঙ্গালনি।

লালহৌবা তেঙ্গোল থুগাইনবা, লৈবাক ইরাং হৌহনবা নিংথৌশেম্বা কাংবুগী লুচীংবশিংবু ফাননবা, স্নাকোক্লংগী অচৌবা তেঙ্গোল থাঙ্গাল মেগ্গরনা লুচিংলহুনা। নম্বোল হৈবী মখোং তম্না যাত্রা তৌননবা থৌরাং লোইখ্রে; জয় জুগার লাওখ্রে; সিংহনাদ লাওখ্রে; তোপ গারওগী তোপ কাপ্পুনা লাল যাত্রাগী মঙ্গল ওইগদবা মিকুপ অহু তাকখ্রে; স্নাকোম্ন গী তেঙ্গোল নম্বোল তম্না খোংশানখ্রে। থিন্দনা নম্বোল য়েংখ্রে; লালহৌবা তেঙ্গোলনা লাম্বল শাহুনা লৈরিবা নম্বোলগী হৈবীমখোংদা স্নাকোম্ন গী তেঙ্গোল তকশিনগদোবগী শেম শাবা হৌরি।

## ২। নম্বোলগী লাল

নিংথৌগী থক্তা লালহৌবা তেঙ্গোলদা মতেং পাংলবদা লৈবাক্কী বায়েন চৈবাক যংগনি; লালহৌবশিংগা করিগুম্বা মরি অমতা থমগন্নু হাইনা নম্বোল যুমবুম থুনা বড়সেনাপতি থাঙ্গালনা পাও চেনখ্রে; নিংথৌনা খাংলেল্লিভৈদা, লৈবাক পুমনমক মবুভেডা কাইনবগী মৈশা লা লিভৈদা নিংথৌশেম্বা লালহৌবদা য়াংশিবা মৈতৈ মচা পুমনমক্তা— খুৎলাই থাননবা অমম্নুং মযুমদা হন্দুনা লৈখিদ্রবা লিক্লাই ইবুংঙভানা লাইরমলেন্দা য়াইফকনবা লাইনিং পৈবৈ চেৎলুনবা সেনাপতিনা য়াথং পিরি। য়াথ অসি ইনবা পুমনমক নিংথৌশেম্বা লালহৌবা য়াওরুববম্নু ঙ.কলগনি হাইনা থ হনলি। য়েরুবা অমদা মথবাই

কনজনবা মতিক চাবা উপায় পিরবা মতুংদা—লালহৌবা তেঙ্গোল তকথাইননবা বড় সেনাপতিনা লালঙ শিনবা হৌরে।

লাইনিংথৌ কোরি ফাবনা কোনবা লমনি ; নম্বোল কৌবীনি স্না লৈবাক্কী অথোইবা খুঞ্জানি; অথোইবা অঙম্বা কয়াগী পোক্ন-ফমনি ; নোংদম্বগী মীনা খ'বাঙমদবা থৌদোক্কী খোংলৈ অঙক-পনি। চীক্লা লৈরম্বী মুঙাইয়াইফবনা পালম্বী নম্বোল অসি লালফম ওইয়ু তমখ্রমাল্লে : মরাইবক্তা মৈতৈ অথৌবা কয়াগী হকচাংগী ঈনা শিন্দুর নম্মু হাইবা পুংজা য়ৌরকলে।

তেঙ্গোল অনি খুংথেংনখ্রে ; মাইকৈ অনিগী লাম্মী পুমনমক মশা মশানা পাইনবম্বা খুংলাই থাবা হৌরে; থাং, তা, লাংশোই লম্বু কয়াগী থেংজিন্নবগী য়াকলবা মখোলতা মতারি; শোক্লবা লাম্মীনা খুংলাইগী চৈনা খাংবা য়াবনা লাঙখোংবগী খোঞ্জেন্না পুমনিল নিল্লি ; অতং অখম লৈতনা তোপ্পা নোংমৈগী মখোন্না তমথীবী হিংচাবীনা য়োংলগে ঙংবগুম শাথিরি। শাজে কন্না থারবা শগোলনা য়েক্লবা তন্না পৌজিল্লকপা খেক্লা খোংবনা অকিবগী মশক ওইরি। মিকুপ খুদিংদা মৈতৈ কয়া লৈমাইথক্তা তুরি—মপোক অসিমগী অমুক হন্না হৌগৎলকপা ঙমদনা তুখ্রিবনি।

লম্বী অচৌবগী নাকল অনিদা লৈবা ইরম ঙংলুরবা খোংলম-শিংঅহু ঈরৈ কন্না ইচেন তারে ; অৱাবনি—নোংগী ইশিং অহেনবা চিথোক্লবা চেনবা ইশিংনংলমত্রে ; মৈতৈ লিশিংকয়াগী হকচাংদগী থোকপা ঈ ঙাক্লনা ইচেল নাইনা চেনখ্রে।

খুংথে ননা য়ান্নবা লালগী মিংফম হোংবা য়াদবা মতাংনি ; পুংজা অমগী মাংদা লালবন অমতদগী থোকমিন্নরকপা মরুপ্পা খুৎলাইনা শোক্তুনা লৈমাইথক্তা হিকথতুনা তাবত্তু কোনথতুনা লাইকন্নবা কনাপ্পু য়াওদে ; লাম্বা অমনা মথবাই মাঙলগা—অমগী মাইপাক্কদৌরিবা—অকীবা মখল অমগী মশান্ননি—লালনি – মীহাৎনবনি—অমগী শিবগা—অমগী মাইপাকপনি। পাক-চাওখ্রবা স্না লম্বী অতু লৈখোম থোকখ্রে ; খুৎলাইনা থাববা মীগী ঈ অমস্তুং হকচাংনা ওনবা লৈখোমনি—য়েংঙৈখিদ্রবা দৃশ্য অসিদা পৃথিবী মাতা থকথক নিকপগুম উখ্রে ; লালগী লাই রেন্বীনা কুম্মে অসিদা মুডাইনা মিৎয়েং তান্নিবোই। মতোমতা য়েংবা পেন্দতুনা অচানবা মনাই-লাংজা লমতুই,-কাক কয়া থাজিন্দুনা তমথিরবা ইগী ইরাও হোরবা লমদম অতুবু অকিবগী শকফম অমা পুহল্লি।

পুংজা কয়া খুৎথেংনবা লালদা লাম্বা ওইখ্রে ; নাকল অনিগী লাম্বী কয়া শোক্তুনা শিতুনা লৈমাইথক্তা তাখ্রে। হেন্না ই থোক-হনবনা ফবা ওইবোই খনবনা বড় সেনাপতি থাঙ্গান্না লাল লোইশিন্নবা অনৌবা খুৎলাই থাবা হোরে ; অতৎপা লৈতনা তোপ কাপখ্রে ; থম্মোই পুমনমক চেকখাইগদৌবগুম্না শাথিবা তোপকী খোঙ্হোকনি ; গুলি অমগী তেমথেংনা চাম চামগী য়াইবী লাইনা লৌবা খুৎলাইনি। মশিং হেনবা খুৎলাই হেন্না ফবা য়েক্রুবা তেঙ্গোলনা তকশিল্লকপা থিংবদা থক থক নিক্না খাংলম্বা স্নাখ্বা ঝাংখৈরাকপগী তেঙ্গোলনা—হৌজিক মশিং লাকওমদনা

কাপলকপা তোপকী মাংদা করম্না খাংগনি ? বোরা চাওবগী তেঙ্গোন কাইবা হৌরে—শমজি থাইনা মাইকৈ মাইকৈদা চেন্নরকলে। মৈতৈ মচা ঙাক্তনি ; শেরান্ননা লমজীংবিখিবনা থোকপনি থন্দুনা, সেনপতি থাঙ্গালনা মথবাইহিংজনবা চেঙখিবা নিংথৌশেম্বা লান্মীশিংবু তানবা তৌখিদে। অদুবু লালহৌবা লুচিংবা স্নাখ্বা, ব্রজবাসী অমস্তুং মীয়াদু হিংনা ফাননবা উপায় কয়া শিনখ্রে।



## ৬ স্নাখ্বনা লাল হন্দোকপা

লালহৌবা লুচীংবা অমস্তুং লাম্থোংশিনবা অনি ফাদুনা হিংনা লিক্লাই ইবুঙোদা কংকে নিংবদু থুংখিদ্রে; বড়সেনাপতিদা খাংখৈ-রাকপা, ব্রজবাসি অমস্তুং মীয়ানা নাম্থোকখিবগী শগোল পাও পীররে। লালহৌবা লুচিংবা অদুন্না লালজেল্লকপগী খোংচৎ অসি ওন্থোকপা শাথিবা চাংয়েংবনি, চংজফম নিরুবা খুল কয়ানা মিকুপ অমতং য়ৌনা পনফম পীরক্তে—কয়ানি চরা হেল্লরুবা মৈতৈমচা অহুমনি—চাকচরা অমতং য়ৌনা পীজবদী থমখ্রদুন। লৈকাইগী পুখ্রীদা ইশিং খুজোক অমতং য়ৌনা পীথকলক্তে। 'নিংথৌকনবা য়াও-নিংথৌশেম্বা য়াওগনু থম্নখ্রে। অথৌবা অহুম চরাহেনবা, তুমদহিপ্তবনা পলহনবদি ঙম্ব। থোক্তে-থিনদনা তোংজৈ মরিন তাখ্রে ; পারাও খুদীংদা, থানা ফমফম পুমনমক্তা নিংথৌ

লাম্মী কাংলুপ কয়ানা থংখিবনা অচুম্বা লম্বীদা চৎপস্থ য়াখিল্লে ; হাওখুল কয়া শমতুনা, নাথৈবা লম্বীকয়া ফাওতুনা খোংশাল্লকলি খজিক্তং মিকুপ নাত্তম শেনবা ৱাংহৌবা ৱাংপদা যেক্লবগী খুত্থমদা তাবা তাবিবনি—থৱাই মা বা শোইদবনি। অত্থবু—পে'বম খংবা অওম্বা অনিনা অপনবা পুমনমক নমথেক্তুনা—মবুত্তো ৱাংথৈবাকপবু—ক'ছাব তানা পুনম্নবা হোৎনবি। অচুম্বা লম্বীদ ইন্দুনা অবনবা মুপাগী খোংচত্তা বিষ্ণুপুরদগী ক'ছ'র যাওবশি—মুহিৎ মবিনিদা তানবনি—অত্থবু অথৌবা অত্তম্না হাযবিবা মুমৎ অসিদা লমশাং অসি চৎপদি য়াবোই-দোবে। থোৎনা নৌনা যোকলকপনি ; অৱাৎপা অমগীদমক মনাই কয়ানা থৌগন চ লখনি , মোনপাক মোন্দ্রমদা য়াওম্নবনি—অত্থবু স্নাখ্বাগীদী অৱাবা মতমনি ; মুংথুম মচা অমদা মোন খাংদুনা নাপী হাপুং মবক্তা হিপ্লত্থ য়েংহৈদবা মতৌনি। শি থাদুনা লোইরয়োইদবা অৱাবা মাথয়োক্লতুনা, য়েরবনা তাম্নরবপা অমমুং ফাননবা শিল্লকপা থোবাং পুমনমক নাম্থোক্তুনা—লম-থুংফম য়োংখ্রে—কাছার তাখ্রে।



## ৪ কাছারদা স্নাথ্ৱা

কাছার অসি মৈতৈলৈবাক্তগী লাল হন্দোকপা নিংথৌমচা কয়াগী চংজফমনি ; গম্ভীর, নরসিংস্ন মফম অসিদা মতম খরা শাইদাংলগা অচৌবা তেঙ্গোল পুরক্লুনা অবাশিংবু ভানথোক্লুনা স্না লৈবাক্কী নিংদম ফীবান অমুক হন্না য়ুংখি। হৌজিক ৱাংখৈবাকপা অমস্নুং মশাবী অচানবা মীয়া অমস্নুং ব্রজবাসিস্ন কাছারদা শাইদাংখ্রে—অমুক্তং লাইবক চাং য়েংহনা মৈতৈ নিংথৌ মথক্তা লাল তাগে লেপনখ্রে। লালগী শেমশাবদা মপা লৈত্রবা মীয়ানি; তোংজৈ মরিল পবিংদা লৈবা হাওখুল কয়াগী লুচীংবদগী মতেং ফংখ্রে; মীয়াগী লাল থোরাং উবদা বৃটিশশিংনা মৈতৈস্ন শাওখিবা য়াই কৌহনা ফোংনা মীয়াগী মতেং পাংথ্রবস্নু, মীয়াগী লম্বীদা অপনবা মবি তৌখিদে। কাছার অমস্নুং আসামগী মচিন্তোংবা অওন্বা কয়া তুমিন্না অয়াবা মওংদা মতেং পিরবে মীয়াগী শেমশাবা মপুং ফাদোরে। নম্বোল কৈবী মখোংদা কাইহনা চেন্নখিবা স্নাথ্ৱাগী লান্মী অয়াম্বা কাছার য়ৌনরকলে—স্নাথ্ৱাগীদমক মথরাই কৎননবা লাররে। বিষ্ণুপ্রীয়া বয়া কাছার মৈতৈ কয়াস্ন স্নাথ্ৱাগী তেঙ্গোন্দা লান্মী ওইনা য়াওররে। ব্রজবাসী অমস্নুং মীয়ানা শিল্লকলিবা লালগী থৌরাং থা অহুমগী মতুংদগী মপুং ফারক্লে।

কাছারদা স্নাখ্বাগী তেঙ্গাল শেমগৎলকপা অসি থাঙ্গালগী হকচাংদা য়াইরোং হজিনখিবগুম্না—বাইচিনখ্রে—য়াইরোং নাট হন্নবা পাম্বে কয়া—য়েংখ্রে— অদুবু থাঙ্গালগী হোৎনবা কয়া মহৈ য়ানখিদে। ব্রিটিশশিংনদা স্নাখ্বা ফাননবা হাঙ্গখিবা, হাও খুল্লাকপশীংদা লালহৌবা লাম্নীশিংনা লাক্কদবা অথুপ্পা লম্বী পীদনবা য়াথং পীখিবা পুন্নমক মওং চানা পাংথোকবক্লে। অদুবু তোংজে মরিন লম্বীদা ফম্লীবা মৈতৈ থানা খুদীংদা স্নাকোন্নংদগী অচেনবা লাম্নী খোমজিংখ্রে—পারাও খুদিংদা শাবা লাম্বল পুন্নমক কোন্নং সিফাইনা থম্না পৈখ্রে। থাঙ্গালগী নিংথিনা শিল্লিবা লালগী থৌরাং অসি লিথোক্কুনা ব্রজবাসী অমস্তুং মীয়ানা স্নাখ্বাগী তেঙ্গোল পুরগা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্নাগদবা অসি অরাইবা থবক অমা ওইরোইদৌবি। অথোবা মীগী থংম্বাইদা ব্রজদগী হেন্না কল্লি অচৌবা অনিবু কনানা পলহনবা ঙমগনি।

———



## ৫ অনিরকশুবা লাঙ্গংবা—ইরোইশেম্বগী লাম্বল

নাথৈহুনা অরোনবা লম্বীদা বাংখৈরাকপগী তেঙ্গোল অচৌবা মুমিং মণ্ডানিগী মতুংদা, মৈতৈ লৈবাক তাখ্রে ; য়োংয়াংতেক লমদমদা থুংখ্রে। মফম অসিদা লালওং শিন্নরে— মাখোগী তেঙ্গোল অহু শরুক অহুম থোক্লা থায়রে ; শরুক অমনা মাখোনা লুচীংহুনা য়োংয়াংতেক্তা লাম্বল শাহুনা লৈরিবা মাকোম্নুং তেঙ্গোল তম্না ফুজিনখ্রে ; অতোপ্পা শরুক্লা ব্রজবাসীনা পুরহুনা ইরোইশেম্বা তম্না লাঙ্গংলক্লি ; অহুমশুবা কাংবু অহুনা, চো-থামীন্নানা মাং থারহুনা, মোইরাং হম্বুবা তম্না চংশিনখ্রে।

নারক মোংশোং মরক্তা নিংথৌশেম্বা কাংবু লৈরে উবদা, মাকোম্নুং তেঙ্গোলগী লাম্মীশিংনা উম্নুং-বাম্নুং চংহুনা য়েক্নবা মথবাই লোননবা চংশিনবা হোৌখ্রে। নারক শিংলক মোংশোং মরক্তা মশিং হেনবা অমসুং খুলাই ফবনা পংলাক লাকচবা লুই ; অহুগীমু মথক্তা ব্রজবাসীনা থা অহুম 'চুপ্পা লমদম অসিগী লম্মীৎ, লাল থুপফম মতাচাবা মফম খংদোকুনা লোইখ্রবনি; মশিং ফনা য়ামদ্রবসু অমসুং খুলাই ফবা ম্নাংলবসু, মাখোগী লাম্মীশিংনা মতাচাবা মফমদা থৈজিন্দুনা লৈরগা কোম্নুং তেঙ্গোলগী তকশিল্লকপা তেমথেং অহু ইরাই লাইনা থকতোকখি। অশিংবা লালওংগী মপান্না চাওখ্রবা নিংথৌ তেঙ্গোল অমা, য়ামখিদ্রবা লাল হৌবা লাম্মী খরদনা—য়োংয়াংতেক লমদমদগী

হেন্দোকপা য়াহন্দনা, ফাজিন্দুনা থমখ্রে ; ব্রজবাসী অমম্তুং মীয়া অনিনা কোয়া লাঙ্গংবা য়াননবা লাম্নী স্নাখ্বানা শিনখ্রে।

চোংথা মীয়াতনবু চংখ্রবদি থোকপা অমা তৌদনা তোক্কে ; মোইরাং হম্মুবা লমদম অসিদা লাঙ্গম্বনা লুচীংহুনা নিংথৌ লাম্নী কাংবু অমা লাঙ্গাহুনা লৈরম্বা উবদা, মীয়া নিংবা থুংখ্রে—চরাম্নরবা নোংশানা অনোইবা শক্তি উবদা, হরাও তয়াম্বগুম্না পুক্লিং মুণ্ডাইখ্রে। নিংথৌ মনাই লাঙ্গম্বা অসি—স্নাখ্বাগী মাইকৈদা য়াওগনি হাইহুনা মীয়া অমম্তুং ব্রজবাসীগা লোইননা লাল-চাক চামিন্নখি—মমৈদা লালগী থৌরাং হাইজিন্নক্রবা, চীরবা মতাংদা, স্নাকোম্নুং মাইকৈদা চংখি। স্নাখ্বাগী লালওং অমম্তুং অথুপ্পা কয়া থাঙ্গালদা তমহুনা, অনৌবা ফমথোল অমম্তুং মনা মথুম ফংখি। তৌবিমল খংদবা মীচেল—লাঙ্গম্বা—ময়াগী খুবাক্তগী নাম্থোকপা ঙমগদ্রা ? ধাশক ঙাক্তবা, হুরান শাজংকাঁদমক—মীয়ানা চৈবহু শাথিখ্রবমাল্লে—লাঙ্গম্বা মাই ইচৌক-মুক ঙাংখ্রে। কাংবু অনিমক খুথেংনবা মিকুপ নাহুম য়াদবা লাল হৌখ্রে। লাকঙম ফাঙমদ্রবা মীয়ানা—লাঙ্গম্বা চামনা মহু নামা থংপা খইথোক্কে। বেষ্টং লাম্নী কাইনখ্রে। লাঙ্গম্বা বন্দী ওইরে, লম্বা মনাক্তা কুরাওদা নাই কোম্নুং ওন্না পুখ্রে—হকচাংদা লুগুণ নওনা ফীজেৎ অমতা ফাওবা পকখিদ্রে। দৌরবতী ফীমুনবা নত্তবনিনা—পেন্নরে—মীয়াগী কাংবু নোকপদা খোইরি তংনরে। অতোপ্পা গুলী অমনা তৌবিমল খংদবা হুপা অসি মৈত্তৈ লৈবাক্তগী তাম্থোকখ্রে লাঙ্গম্বা য়াইবী মাংলে।

স্নাখ্বা অমস্তুং মীয়ানা য়েক্লবা মাইয়োক্লরিদৌদা, ব্রজবাসীদী লমথাংদা শাথিবা অপনবা থোইনা থেংনখিদে; ইরোইশেম্বা চীংদোন্দা ব্রজবাসীগী তেঙ্গোল থুংখ্রে; পোৎথাবা তৌথিদ্রে—লাম্বল শাননবা লাম্মী পুন্নমক মশা মশাগী মতিক-চাবা থৌদাং থুংখ্রে; পুন্নমক্কী মাংথানা ব্রজবাসী মশামকস্তু থবক শুন্নি। অহিংগী পুংজা ফনা হাইজিনখ্রে। মীয়াগী তেঙ্গোল—ইরোইশেম্বদা থুংলরে। লাঙ্গম্বা বস্ত্রহরনগী ৱারী তাবদা—মীয়া, ব্রজবাসি অনি—অমুক নোক্লরে; অত্থবু অওম্বা অনি অহিংচুপ্পা মিৎনা ককলা অমতা চীংথিদে—অতৈ লাম্মীশিংগা লোইননা লাম্বল শাবা লোইশিন্নবা পুক্নিং চংনখ্রে। নোংঙানবদা ইরোইশেম্বা চীংদা অকনবা লাল থেংনরগনি; স্নাখ্বা লৈতবদী তেঙ্গোল পুমনমক মকোক মনাও পান্দবগুম উগনি। মশি থোক্তনবা, য়োংয়াংতেক্তা লাল নারিবা কাংবুগী মকোকচীংবা অতোপ্পা লুচীংবা অমা থাখ্রে; স্নাখ্বাবুনা নোংঙাদ্রীদৌদা ইরোইশেম্বা লাম্বল য়োবিরক্লবা অথুবা শগোল পাও থাখ্রে। অনৌবা লুচীংবনা লালওং শিনহোরে; তু উরকপদা স্নাখ্বাস্তু—মীয়া; ব্রজবাসী অনিগী নাক্তা ইরোইশেম্বা লাম্বল য়োরকলে।



# ৬ ইরোইশেম্বা চৌংথী লাল।

অয়ুক অঙনবনি। স্নাকোম্নুংগী তেঙ্গোল অচৌবগী মাং-থাহনা সেনাপতি টিকেন্দ্রজীৎ ইরোইশেম্বা লাম্বল তকথাইননবা থুংলরে। লালহৌবা তেঙ্গোল ময়া নকশিনরশি বীরসিংহনা মুনা খোকদোরি—চৌংদোন্দগী স্নাখ্বাগী লাম্নীনা তমথবকপা। লিগী তেমথেং কনখ্রে; অদাং মাইকৈদগী লাঙ্গোলচীং পরেংদা কোম্নুং লাম্নী থাজিন্দুনা ইরোইশেম্বা লাম্বল থুগাইবহু,অরাইবা থবক নত্তে; লম অসি ব্রজবাসীনা ডাকুনা লৈরি। নোংচুপ-লোমদগী ফুরেন মপান্দগী লাঙংবা হৌরবা তারবম্নু,—লম অসি মীয়ানা মথুৎচাবা খোংলোই কয়াগা লোইননা কৈগাক কৈনা লৈখ্রে। স্নাখ্বাগী লাম্বলগী পনমাং অসিদা সেনাপতিগী তেঙ্গোল থৌজিনবা থে'ক্লবম্নু,-লমদম অসি পুমকোক কোকখ্রে, য়েক্লবশিংনা চৌংদোংদগী তমথরকপা। নোংমৈ মরুগী ময়াই শাথিনা কল্লি। থা থংবা মাইকৈরোমদম্নু—হিরম কয়াদা য়েক্লবনা অচেৎপা ফীভমদা লৈখ্রে। স্নাখ্বা বোরাচাওবগী লাম্বল থুগাইবা অসি তরাই তবাইবা থবক নত্রে, ব্রজবাসী অমম্নুং মীয়ানা য়েক্লবনা ওস্থোক্লা খুদোংচাবা মফমদা তেঙ্গোল শাবা অমম্নুং পবিংচুম্না লালওং শিল্লম্বা অসি বীর সেনাপতিনা থাগত্তবা ওমদে। পুংজা অহুম মরিদী য়েক্লবা তেঙ্গোন্দা হাইজিনবা য়াদনা—বীর সেনাপতি লৈরে; অচাবা লালওং

পুথোক্লবা লাম্মী লুচীংবা মেজর, সুবেদার, পোইলা কয়াগা যা চিন্না তানখ্রে।

সুমিৎ কারকলে; চাকঙন চানবা মতম ওইরে। বীরসিংহ তুংহন্নবা পোকপা নত্তে; মাংথারে—য়েক্লবা লাম্বল কোইবা হৌরে। মতাচাবা চীংদোংদগী মনিংতোনা খুৎলাই তমথরকপনা, স্নাথ্বাগী তেজোলনা ফীভম তারি; স্নাকোম্নুংগী লাম্নীনা ফীভম তাওরি। শিবগী মশিংদা কোম্লুং সিফাইনা য়ামই; লালগী ফীভম হোংবা উরে। বীরসিংহগী লাম্নীনা ইরোইশেম্বা চীংকাবা হৌরে; য়েক্লবা লাম্বলগী পনমাং ময়া নকশিনখ্রে। ব্রজবাসী অমম্লুং মীয়ানা কোম্লুং সিফাইশিংগী ফুজিল্লকপা তকথোক্লবা, থবাই খুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনরি। তেজোল অনি অসি নকশিন্নরকদোরে; খুৎথেংননা য়াম্নবা লালগী মতাং য়োদোরে। অহেনবা লাম্মী থাজিন্দুনা য়েক্লবগী লাম্বলগী মাইকৈ পুমনমক্তা অকনবা তেমথেং ফাওনবা বীরটিকেন্দ্রজীৎনা পুজিন তৌখ্রে।

খুরক হাংদনা নোংমৈ কাপ্পবা মতমনি; বাকচীংগী সুমিৎ মশক উহন্দবা ওম্বা লৈচিন্দগী হেন্না কুংনা নোংমৈগী মৈথুনা অতিয়া শিন্থুংনা হাইগৎলকলি। বীরটিকেন্দ্রজীৎ স্নাথ্বা খুৎনা তোপ কাপ্পা হৌখ্রে। ইরোইশেম্বা চীংজাও ফুক্লুনা লংশেকদোবগুম উখ্রে। চেকশিন্না শাথ্রবা স্নাথ্বাগী লাম্বলনা য়েক্লবগী হেক্সিল্লকইবা তেমথেং থক্তোকপা লাক্লরি; মিকুপ খুদিংদা মাইকৈ অনিগী লাম্মী কয়া কয়া লৈমাইথক্তা হাইথুত্নুনা তুরি; অমুকহন্না হৌগৎলকয়োইদবা মতুনি। খুৎলাইগী চৈনাদী

কংসবা শিবদী নত্রিবা লাম্মীশিংগী অবা খাংবা ওমদবা লাওখোংবা, খম্মোই চৌংখাইবা য়ানা হৌবা তোপকী মখোল, ফুইনা চুবা নোংগুম খুরক হাংদনা কাপ্পরীবা নোংমৈ—পুমনমক্কী মখোন্দা, মালেম লৈবা খাংবা ওমদবা খক খক নিকপগুম উখ্রে।

পোলিটিখেল এজেন্টনা গুরখালাম্মী ৪০০ পুত্থনা বীর সেনাপতিগী লাল পাংবা লাকলে; লালগী থৌদা পীনবিন্নু হায়না বীরসিংদা হঙ্গৎলরি। স্নাকোম্নুং তেঙ্গোলনা ইংরেজ মতেং লৌবগী কান্নবা উদে; অদুবু মপুকচেল তীংনা পীরকপা মতেং লৌবিত্রবদী মপুক মুংওাইখিরোই—বাখল অসি তৌত্থনা বীরসিংহনা ইংরেজ সিফাইশিংদা মতিক থোকপা লগুংগী থৌদা পীনবীরে। মাথোইনা লাংজিং মথক্তা লৈরগা চোইথোক-রকপা য়েরুবা লাম্মী থৎনবা য়াথং কংজথি। লাংজৌং অমম্নুং ইরোইশেম্বা চীং অনিনা থাপ্পবনা ইংরেজ সিফাইসিংনা লালগী নোংমৈ গুলীগী মৈশা কংখিদে। অদুবু য়োংয়াংতেক্তগী স্নাখ্বা বোরাচাওবগী লাম্মীনা মবুঙেভাগী তেঙ্গোল কয়নবা চংলকফম লম্বী অত্থদা ইংরেজশিনা যেগাক থিংখ্রে।

মুংশা নেমথরকলে; স্নাখ্বাগী পনমাংদা কোম্নুং সিফাই থংখ্রে; খুৎথেংনবা লাল হৌরে—থাং, তা, লাংশোই, লম্বু কয়াগী থেংজিন্নবা মখোলতা মঙাইখ্রে; নোংমৈ মখোল চান্নবা তামাখবদি নত্তে। স্নাখ্বাগী তেঙ্গোল কনবসি লূরক্লবা মত্তাংনি; বীয়া, ব্রজবাসি অনিনা লাম্বল পুম্নকোই কোইত্রীওদা, স্নাখ্বাবু ফাছার তান্না লেংনবা, মতুংগী লালওং শেম্নবা হঙ্গৎলক্লে।

মনাই ময়াম্বু অশিবগী থায়াগ্তা লংশিল্লগা, মথৱাই পুন্থনা কাপুরুষগুম্না লানফমদগী চেম্থোকপসি ৱাংখৈরাকপনা করম্না য়াগনি? মনাই অচানবা অনিনা তকশিনবনা খাংবা য়ারক্লবদা, স্নাখ্বানা, খুৎচাবা খোংলোই খরনা থৌগল তৌদুনা, লাল হন্দোক-রক্লে। অথৌবা অনিনা ঙাক্লম্বা লাম্থোং পোরি থুগাইদুনা স্নাকোম্বুং সিফাইশিংনা স্নাখ্বাগী লাম্বল মন্নুং চংখ্রে; লাম্বল মন্নুংদা থেংনবা লাল অসি শাম্মু য়াইগা অনি য়াথিন্নবা অমদী, নোংশালাবা অনি শোক্লবগা প্রমান তৌবনা ৱাংপনি—শিংপাবা য়াবা অচাবা ৱাহৈদী মৈতৈকবি কয়ানা ফংগদমঙাইরে।

মরনাই লাম্বল কাইবা, য়েক্লবা সিফাইনা তাংথক নাইদবা তকশিল্লকপা, অচানবা মনাই ময়াম্না মাগীদমক মথৱাই কৎপা স্নাখ্বা কণ্ডদে; লান্নিং হন্দোক্লবা স্নখ্বা পুক্লাং তপথবা লৈখিব্রে। কোন্নুং বাজাই মরোন মতুং ইন্না, নোংমৈ কাপ্না লেপখিবা, অতৎপা লৈতনা য়ান্নরম্বা খুৎলাইগী থেংজিন্নবা মখোল তাখিদবদা মনাই লাগ্না পুম্নমক যেক্লবা তেংঙাগী খুত্তা বন্দি লোইনা গইখ্রে হাইবা স্নাখ্বা থলে। থৱাইদগী হেন্না পাম্মুজবা মনাই পুমনমক য়েক্লবগী মীথুৎ চনখ্রবদা, স্নাখ্বা লাল হন্দোকরক্লি।

ব্রজবাসী অমম্নুং মীয়ানা তাকলকপা অথুপ্পা লম্বীদা স্নাখ্বানা লেংবা তারবদী, নোংচুপ পাংনা লমশাং তম্না হন্দোকফম থোকপনি। অদুবু থৌগন তৌরিবা খোংলোইশিং লংশেক্লম্নগা, চিংখৈ পানা স্নাখ্বা শগোল খুরুপ থাদুনা থোজিনখি। খোংনা তুং ইঙ্গরকপা মনাই পুমনমক ঙকচানদুনা লেনরি; লাপ্না

মবুঙেঙা তুংইন্নবা চংশিল্লকলি। থিন্নদা ম্নাখ্না খুয়াথোং য়ৌখ্রে; য়াঙ্গোই থক্তগী খোঙ্গেক যাংনা লাওরকলি—"নিংথৌশেম্বা কাজরো! লৈবাকমচাশা চংলকউ। নিংথৌ মনা কংহৌরো"। ম্নাখ্নানা ত্তৌবসি করি মন্তোন্নো? পুমনমক ঙরুখ্রে। খুয়াথোং লম্বীদা মনাই ওইনাম লিপান্দা চৎলম্বা উবদা ম্নাখ্না য়াঙ্গোই থক্তগী কুমথরে। লাল্লহৌবা লুচীংবা কারগা কমথোন কাহৌরো, দোলাই কৈনা তোংহৌরো তাকপিরে; ম্নাখ্নগী মনাই লিপান্দোনি। অচানবা মনাইনা য়ানিংদনা শিথাং খাংবা উবদা, যাংথৈরাকপদ্রা মনাইদা ম্নাকোন্নুং তাম্না থিল্লু হাইনা তাকপীখি। য়াথং অসিমদী লিপান্দোনা হিক্তোকপা ঙমদত্নুনা মপু মনাই ম্নাকোন্নুং পাংখ্রে।

কোয়োহনবা নোংচুপ চীংচেপ্তা লৈথখ্রে। মনাইগী যাং থারত্নুনা ম্নাখ্না মৈতিঙু ম্নাশঙ্গাই য়েৌখ্রে। লিল্লাই ইবুঙ্গো স্নরচন্দ্রদা মতিকচাবা ভক্তি কত্নুনা ম্নাখ্নানা হঙ্গৎচরকখি, "ননাই লিপাঙোনা ননাই ঐবু ফাত্নুনা হিংদনা ম্নাচবন্দা কৎচরিবনি। নিংথৌ শেম্বা লুচীংবা ফারকপা ঙম্বা ননাইবু শ্রীযুৎনা শেম্বীয়ু; লালহৌবা ননাই ঐদি মতিক চাবা যায়েন চৈরাক ফংজরগে"।

মহারাজ পুমঙক ঙকখ্রে। নিংথৌশেম্বা লুচীংবনা নিংথৌ খুত্তা তারবদ, অঙাং ওনবা শোইদবনি। মথোংনা থোংনা নিংথৌ ম্নানাক্তা নিংথৌশেম্বা মুপানা যায়েন চৈরাক নিজবসি—ওন্থোকপা মতৌনি। মহারাজ যা ঙাংথোকপা ঙমখিদ্রে।

---

# কনানা কোন্নুং কানথিবগে ?

অহিং থেংজিন্নকলে। থামন্না অহিং ওইবনা মাইকৈ থংবা লুরবা মতমনি। কোম্মুংগী স্নথোংদা কন্না লোল্লি। অথেংবা অহিংদা তৌথোক্কনা তৌরকপা মতা অসিদা স্নথোংশংবা পুমনমক খুৎলু শেম্নখ্রে ; খুৎলাই পাঙ্গনখ্রে ; খরনা স্নথোং মথক্তা থাংমৈ পুথক্তনা য়েংখ্রে। খর ফুইনা হোনবা মীপাইরবা মুপা খরা স্নথোংগী থোংজাওদা কন্না থিল্লি—"থোংহাংদোকপীয়ু" হায়না লাওরি। লাওরিবা কাংবু অসি মথুক্তা খুৎলাইস্নু য়াওদে ; ইচম চম্বা ফীজোন শেৎলি। অচৌবা মৈরাগী মভান্দা মথোইগী শক্তম মুন্না উরে। মথোই অসি লাল হৌব কাংবু নত্তে। অরুবা শ্রীযুক্তা হঙ্গৎনিংবা ব্রাকম অমা লৈত্থনা নোংভানবা ভাইওমদবা স্নাকোস্নুং তান্না চেল্লকপনি। স্নথোং ভাকপা কাংবুনা স্নথোং হাংদোকখ্রে ; মিপাইরবা মী তরাহুবু তরাম তরাম্না পুশিনবিবিখ্রে।

"মরাল লৈজদাবা প্রজা য়াম্না হাৎপীরে ; যুম্মৈ থারে ; লুট তৌবা. নমজা নমথেক্লবগী য়েংহৈদবা ওৎনৈবনা খুল কয়া মাংভাকলে।" অস্নুম্না তরা লুচিংবনা পাও তমখ্রে। অরুবা পাওনি ; স্নথোংদা পন্দুনা থম্বা য়াবা নত্রে। অত্থনা থোংশংবশিংনা লুচীংবা পুশিন্দুনা স্না-শঙ্গাই তম্না চংশিনখ্রে। অত্থক থেংখ্রবা পুংজাদা মহারাণী ইবেম্মা ভুমলমত্রী। থোংশংবা

অমস্তুং খুলাকপনা লৈমহন্দা খুরুমহনা থোগল পাও হঙ্গংপা হোরকলে। লুচীংবগী মপাও নিংথিনা তারে ; প্রজাগী অবাবা, দশা তাবদা মনাও ইবেম্মা মাইথোং লাংশিল্ল। পুরক্লীবা পাও অসি অরুবা পাওনি। লৈমহনগী স্না-মাংদা, শগোলশং, শামুশং, লালশং পান্নব, লোইশং পুমনমক্কী লাকপা, পুকৈ খুদীংগী হঞ্জবা থুংলরে। মখোইনা পুরিবা লোইশং, পুকৈ, লালশংগী, মওং লৈমহন্দা শুগাইনা হঙ্গংলি ; পুমনমক মরু লুক্বা তুমিন্না লৈনখ্রে। লৈমহনদী মিপাইবা, থুকৎপগী মওং খজিক্কংদস্তু মাইথোংদা মমি তাদে ; ইতপ তপ্না চিংলেম্না মনাইশিং নাক্তা ফমলি।

অওম্বা পুমনমক্কা মাইথোং মকশিনবগী মরম লৈ ; শগোল-শংদা শগোল বাত্তনা লৈ ; তোংবীনবা মীদী লৈতে। শামুশং অমস্তুং লালশংদস্তু মশি মওাই ; লালশংদস্তু লার্মী কাংবু নচা অমা অনিদং লৈবতা মওাই। অসিগুম্বা মতম অসিদা অওম অথৌ অমস্তুং মৈতৈঙুনা কদাইদা লেংখ্রে ? মহারাণীতা থাদোক্লী-বশিবু! মনাও ইবেম্মদা স্বক লুনা থোক্লীবা পাও অসিনা করিনো ? লিক্লাই ইবুঙেঙানা মৈতৈ তেঙ্গোলগী মাংথাহনা কবো জয় তৌবা লেংখি ; লৈবাক্কী অওম অথৌ অয়াম্বা শ্রীযুৎ থোগল ইনখি। মৈতৈ তেংঙ্গোল অমস্তুং নিংথৌ লৈতবা তাঞ্জা ফংহনা, লাল হোরকপনি, নিংথৌ শেম্নীবশি—কুয়োম হাওখুন্নি। হাওখুল অসি নিংথৌরোন কয়াগী হাতক্কগী লমহেন্দুনতা লাক্লবনি। অবাবা চিরবা মতাং অসিদা লাল

হোরক্লী। লালহৌবশি থিংদনা থম্লবদি, অতৈ হাওখুনশিংস্থ মথং মথং লাল হোরকপা য়াই ; পীক্লা লৈরম্বা লালহৌবনা চিং পুমনমক সারা শনবা অকনবা নিংথৌশেম্বা লাক্লাও ওইরকপা য়াই ; লালগী ইরৈদা স্না কোম্নুং অমস্নং স্না লৈবাক পুমনমক কাং খোং শারবা য়াই। অদুনা লালহৌবশি শন্দোক্ত্রিভৈদা থুনমক থিংহৌদবা য়াদে, নিংথৌ শেম্বাশিংবু মতিক চাবা রায়েনগী চৈরাক পীহৌদবা য়াদে ; অদুবু কনানা লাল তৌবা চৎকনি ? কনানা স্না কোম্নুং কনগনি ?

খুৎ ꠆ই মতিক চানা লৈ ; পাইবিনবা লাম্মীদী লৈতে লালগী শগোল রাত্তনা লৈ— শগোল তোংদুনা লালচংগদবা কনাম্ল থোরক্লীডাই লৈতে। লুরবা তানকম অসিদা লাল চৎননবা শেম শাননব' লৈমহন্না য়াথ' পাখ্রে ; লালওং শিন্নবা, তেঙ্গোল লুচিংনবা সেনাপতিস্থ হাপখ্রে। নৌনা থল্লকলিবা সেনাপতি অসি পামদে, মতিক চাদে হায়জ্রবদী অওম্বশিংনা হঙ্গৎপা ওমজদে ; মহাক মীচম অমা নত্তে— শ্রীবিষ্ণুগী অংশ থরদং মশাদা চংলিবা মীতানি। অদুবু ওম্ভোকপা মীওংনি ; মাবু কম্লনবা মৈতৈ নিংথৌ অমস্নং লৈবাক পুমনমক থরাই কত্তুনবা হোৎগদবা অমস্নং মাবু কনবা ওমদবনা লৈবাক অমস্নং নিংথৌগী মান মর্যাদা পুমনমক উত্তা ঘী হৈবগুম্না অরেম্বদা মাংগদৌরিব, মাতানি। হিরাইগুম্না চেৎনা লোত্তুনা থমগদৌবা মীশক অসিনা করম্না তেঙ্গোল মাংথাদুনা য়েক্লবা লাম্মীশিং মায়োক্লগনি ? রাখল অসিদা অওম অথৌ পুম্নমক

চোংথোক্লে ; লৈমহনগী তেঙ্গোলগী নৌনা মিংচল্লকপা লাম্মী ওইখ্রে। "ইচনগী করি ৱাংকনি। ইবুংনা নতুংইনগনি" হাইতুনা নিঙোল্লাকপা কয় থোক্নরকলি। মনাও ইবেম্মগী লাম্মী মশিং হেনগৎহল্লি।

লাল অসি মুপা ঙাক্তগী মিংচৎ তানফম, অচাওরম খমথেনা য়েৌনফমগী লম্বী ওইনা নিংনবনি। মুপীনা চাখুমদা মুপানা লাপফমদা হাইনবনি। অতুবু খাবৈ চেগপ্তা খুৎ লোইবা অতুক থাং চুঙ্গোইনম্ম থোকনি হায়বা। লৈমহন তাংজখোম্বীনা উৎদৌরি। অওইবামক্লী মৈতৈ মুপীগী খুৎনা নাওশুম হাইবা তা পকচৈ— থাং থাঙ্গৎপা ঙমজবা পাঙ্গল লৈজ পোৎনত্তে হাইবশি অবানবনি উৎখ্রে; লৈমহন্না লাল চংগদৌরিবা মুমিৎ অসিগী চহি ২১০গী মাংদা মনাও ইবেম্ম, লিম্বোইওম্বীনা মপুরোইবা মহারাজ নিথৌখোম্বগী খুংগু থাং পাইতুনা মৈতৈ মুপীনা নম্মা য়াওবা মৈতৈ তেঙ্গোল পুতুনা, মহারাজ লেংথোকখিবা মতমদা, লালহৌরকপা তাংখুল কয়াগী মকোক কয়া লালগী লাইরেম্বী তুর্গা মাতাদা কৎখি। লেমহন অমম্মুং মনাই মুপীশিংনা লালফম অনিদা থংন-থংনা লালঙম ফীরাল ফংখি; ম্না কোম্মুং, মৈতৈ লৈবাক অমম্মুং রাজসিংহাসন কনখি; মৈতৈম্নপী পাম্বোমদা মাইপাক্লা থাংশিজিন্নবা ঙম্বা পাঙ্গল লৈ হাইবা জগন্না উৎখি। লিম্বোইওম্বী নোঙ্গাখিবা চহি ২০০ রোমশুরে, ঙসি মুপীগী কুইনা কাওকরবা থৌনা, অমম্মুং পোৎলোই শেৎপতদা পকপা নত্তন', লালফী শেৎপদনা হেন্না নি থিজবা শক্তম অতু লৈমহন তাংজখোম্বীনা নিংথিনা অমুক উকদৌরি।

লৈমহনগী তেঙ্গোল অসি ওম্থোক্লা চাওরে। মুপাগী মশিং য়াম্দবনত্তে; অদুবু মুপাগী মশিংদগীদী মুপী মশিংনা য়াম্না শাথিনা হেনখ্রে। জয় মঙ্গল তৌরদুনা, সিংহনাদ লাওরদুনা লৈমহন লাল যাত্রা তৌখ্রে। থিন্দনা কুয়োম হাওখুল য়ৌখ্রে। "মুপী ঙাক্তা লাল লাকলে; লৈনাচোম লংম্নকনি; তালং লকলোই; মিংচিগী তেল কাপলকনি। তুগী তেল কাপলক্লোই; হাওখিবোং হাইরকলোই" মু শিবৌ হায়রক্লি; বাশিং অসি হাওশিংনা হাইনরদুনা, জাজা নোক্লী জগোই শারি; হিদাকমনা হেন্না য়াম্না উম শিন্দুনা অহেনবা তিল শিতোক্লী। "অমুক য়াম্বা মুপীশিং অসি ঙসি লাল য়াওবা হাওবশিংতনা য়েন্নজবা তারবদি, হাওবা অমদা মুপী অমমমদী থুংগনিদা হৈ। অদুদী অনৌবা মুপীগা হাওবীগদী খৎনবা তারেদো? শজি মিতাশিং অসিতা ইরাৎপা, ওক্রামিতা হাওবীবুনা তাথিবা তৌনরোইশি।" তুপানা নম্বা মৈতৈ তেঙ্গোল উবদা হাওবশিংগী করেম্নবা, থওইদবা, থকশি-খাশিনাইদবা কাগেনখ্রে; চাং অমদা লেপ্পবা তৌনবনি কারেম কথাইনবশি; অদুবু অবাংবা চীংদদী চাদৌ খরা য়াম্মী; চাং ককপা য়াদে।

লালগী লাইরেম্বী দুর্গনা য়েক্লবগী মমিত্তা কু অমম্নুং খাংলেনশং ওইনবগুম্না, লৈমহন হাওবশিংগী মিত্তা অঙকপা লাইরেম্বী অমগুম্না উখ্রে। চরাম্নবা নোংশা অমোমগুম্না— হাওমচাশিং অদুবু শজিমচা গুম্না করিম্নু লৈতনা উখ্রে। লিক্লাই ইবুঙ্ঙোগী লোইনবীনি; শ্রীবিষ্ণুগী অংশ থরক্তং ওইববম্নু ইবেম্মদা চংল্লি;

লম্বীগী গুণ পুমনমক্না ঙিললি। রূপ, গুণ অসিগী মমাংদা হাওবশিং মরাই লুকখ্রে; করম্না করেম্নবা ওমগনি? মখোইনা লোইপোং কৎলিবা মৈতৈগুগী লৈমহল্লি।

হাওশিংনা থাখিবা মুম, মাংহনখিবা পোং চৈ, হাৎখিবা মী, ওৎখিবা নৈখিবা পুমনমক লোইনা কোকপীবা ওমগনি; হায়গী মতৌগুম্না মণিপুর মহারাজনা মণিপুরী ওইনা য়েংছুনা মখোইদা চানবীবা মিৎয়েং য়েংবিগনি; মনিং থুংদবা, অৱাৎপা হুডাইতবা পুমনমক মণিপুরেশ্বরনা কোকপিগনি। চীংমীশিংনা খুৎলাই থাদোকদবনি; মণিপুরগী চাকৎহাং ভাহোংননবা, শেমগৎ শাগৎপা, লোইংখোলগী থবক্তা পুক্রিং থিংজিনগনি; নিংথৌগী থক্তা লালহৌবা অসি তোক্নুনা, খুলাই থারগা ময়ুম-ময়ুমদা হল্লগদবনি। লৈমহনগী য়াথং অসি হয়া হয়া শগোল তোংবা মৈতৈ লাম্মীনা লাওরক্লি; অতৈবু য়াথং ইনগে হাইজ্রে; খুৎলাই থাগে হোৎনজ্রে; মৈতৈ তেজোল তম্না খুৎলাই থাজিল্লকলে।

কয়া য়েংবিরবদা, কয়া থংননবা তাকপীরবদা, থকশি খাশি নাইদবা কয়া খাংহুনা, মপুক্লীং ফাৎথনবা কয়ারক থোং-নৌনা হোৎনবিরকস্ল, চীংমীশিংনা মপুক্লিং হোংবা মরৈখিজ্রে। মশাগী লৈজ-লৈজবা খুৎলাই মৈতৈ লাম্মীশিংদা লংশিনবা হোৎখ্রে। হকচাং কল্দবা য়াদে; লৈবাক নিংথৌগী চৈয়াক থাংবা লাল্লা চৎপা মী মতিক চানা চৈথা পীদবা য়াদে; থায়েন পথাপ থংনবা তাকপীবদা মনাকোং য়েল্লুনা লৈখোকপগীদমক মনা

চেগাই থাদবা য়ারোই। থুংকা-থুংকা থেংনবা লাল য়াম্মগে। মহারাণী লিম্বোইঙম্বীনা চহি ২০০গী মতুংদা অনৌবা শায়োন লৌম্বুনা লৈমহন তাংজখোম্বী ওইনা পোক্লরক্রা? মৈতৈ লাম্মী পুমনমক্কা শোম্মরি। অতকপা কংনা লাম্বোংশিনবদা, লাজংনবগী পোরৈ য়াংপদা, মনাও ইবেম্মা হৈশিংবা উৎখ্রে। মৈতৈগী অরাম্বাইনা হাওবা কয়াগী ককোক কাওমুং য়ুংখ্রে; মৈতৈ মুপীস্নু অয়েকপা লাই নৎলমখ্রে, লৈ নাগোমদী লংলক্লে; জ্ঞা, লম্বু, লাংশোই লংখ্রে; হাওবা কয়াগী থবাক্তা, নঙ্গদা, কোক্তা কাওরেং লেংখ্রে; মিংচিগী তেল কাম্মা নংত্র মালে; ছ তৈবা তেল কাম্মা আরম্বাই লংবা ওইরমগ্লে; চুমতা য়োংনা তিম্বো্রাক পাইবতা নৎখিত্রে; ইঙাগী ফুইনা চুবা থোংদগী হেম্মা কুংনা তেল অমস্তুং আরাম্বাইনা হাওশিংগী মথক্তা কাপখ্রে; থুরক হাংখিত্রে।

মৈতৈ বাহৈদা মুপী পুবা মুপা লংনগমু হাইবশি চুম্মাগ্লে। কৃষ্ণ জর্মগী হোম চাবা লাকপী লৈশাবী কাংবু অমদা তুংইন্নরকপদী পাথং অমানিদা য়াওরকই; লম্বীদা ভাইরম্বা চোংলম চাদবা পাথং শঙ্গু অমা চেংশাইকম শিদোকলমহুনা থোরকই; পাথং অনিম্ভু লৈশাবী শঙ্গুনা লানবা পানথুতপ চাবদা ওম্বোকপনি মম্নাকুম্ব। থ্যাও হেক মকেন্নি। মমাং থাহুনা পুরকপা মুপী অসি খুদোংখিবা লৈরবদী মুপীবু তুংদা থম্বা অমস্তুং মুপী অম্ভু কম্নবা চোংথোকপা অসি মৈতৈগী এলহৌ-ভৈদগী চৎনরকপনি। মাং থাহুনা পুরকপা মুপীনা খুদোংখিবা

লৈরে ; মুপা মাং থাবীয় চাইবা তৌরে। লালনগী হেন্না খুদোংথিবা শাথিবা লৈরে। লালক্না মুপী পুমমক শনবা তৌদনা চংশিনবক্তা থংই। মখোইগী মাংদা থাবা, তুংন্নবা লৈরবা লাঙ্গং অসিনা মুপা লাম্মীশিংদা ওক্নোকপা ইকাইবগা য়াম্নবা মুপীনা হেনখ্রে হাইবা বাখল অমা পোকহনখ্রে ; মহৌশানা নোংশাগা পান্নমনবা, নোংশাতনা নোপক্তুনক্তা তোক্লবা মৈতৈ লাম্মীনি। মুপীনা হেনখ্রে শিবিনা ফরে হাইবা ইকাইবা অসিনগা থৌজিনবনা, মখোইগী মুপা লাম্মীগী মমাংদা, মখোইগী থাংম্নান্দা, হাংদা, অমক্তা মকোক কনব য়াম্রে। চান্নাম্নবা শামু লমশানা লকুবন নৈথাইবগুম্না মৈতৈ মুপা লাম্মী মুপী সিফাইশিংনা হাওবশিংত্থু নৈথাইখ্রে ; লৈমাই থক্তা হাওগী ই অমম্লং শাদোংনা লৈখোম থোকলি। মুপা লাম্মাগী খুৎ থরা হেন্না থুগংলকপদা মুপী সিফাইশিংত্থু মত্থুগী অনিরক য়াংননবা হোৎনরি ; মুপানা মুপীগী খুৎ য়ান য়োননবা হোৎনরি। মুপী লাম্মীশিংনা থবক হেন্না য়াংশিল্লি ; খুৎকক খোংকাপ থুগৎনবকগী মৈরিং, মৈশা অসি হাওবাশিংদগী কোকথক্তা হৈখ্রে। হাওবা খাংবা য়াম্রে ; কাইনখ্রে ; মচোই মচোইনা মাইকৈ মরিদা থরাটকনবিয়ু হাইনা কপতুনা কোইচেন চেনবা হৌরকলে। শংগোল তোংবশিংনা লানঙ্গেন, লালখাকশিংবু তাম্নরি ; শংগোল থক্তগী থৌরি কোঙ্গোই লংনবা য়াওই ; থৌরি কিশিনা হাওবা কয়াগী ভক্তা থুখ্রো বন্দি ওইখ্রে। অসিগুম্বা লানফা কয়া খুৎ তুংবুম্নরহুনা বন্দি ওইনা